# ꯂꯨꯍꯣꯡꯕꯒꯤ ꯑꯍꯤꯡ

# লুহোংবগী অহিং

অইবা

এস. সি. যাইখোম্বা




যাইখোম পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

*Luhongbagee Ahing*
(A collection of nineteen short stories in Manipuri
by S C Yaikhomba)

অফোঙবা : যাইস্খাম সনাতোম্বা (নেতাজী) মৈতৈ
খুরাই পুথিবা লৈকাই
লম্ফো কৈথেল ইম্ফাল ইষ্ট মণিপুরনা
যাইখোম পব্লিকেসন্সকীদমক

অইবা : এস. সি. যাইখোম্বা

© অইবা

অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর, ২০১৩
মখুম যেকপা : বনাধিব কুমার যেন্দ্রেম্বম
কোপী মশীং : ৫০০ (চামঙা)
ফংফম থোকপা : ফংফম থোকপা খ্বাদংনক অইবগীনি।



মমল : লুপা ১৯০

যাইবিবেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উরিপোক য়াই ব্রহ্মপর, বীর তিকেন্দ্রজিৎ
লৈকভুগোং ... ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১ (মণিপুর) দা নম্মি

## মিলন

অঙাং নাল্লাদি ওইবিবঙৈ
চৎখিবনি নঙনা ভাইবং অসে থাদোক্লুনা
অপেন পেন্দা কবিসুদি হাযবমদা
খঙনুদবা নবুংগী মীচৈদা
মিপাইবদুনা তথক তথক মিৎযেংনা
তমজবকখিবদো থম্মোইনুংগী অল্লা মৈচাক্তো
নীংশিংনুবদা কপ্লিদো ঙসিসু নবুংদি;
নোংমগী চবা ফাওবা ল্লাংনা চৎখ্রবী
নঙগী থবাযনা মপৃগী লৈকোলদা
মোমোন নোকা লৈববসু খঙদে
লাযববা নবংনি কবিসু লৈতে
লৈখিদে নফমদা পীনবা
চল্লবা খুদোল অসিমতং তগ্রি ঙসি
ঐখোয ইচীল ইনাও খ্বাইগী মহুৎ শিন্দুনা
মতম কুইববগী ভুংসিদা
ল্লাবৌবনুকো'

# ব্রাহৈ খবদং

ইবৈবাক ইবমদম অসিদা পোক্লবে। চাউবক্লে লৈবক্লে। হিংখিগনি ইবৈবাক ইবমদমগীদমক। উদবা তাদবা থেংনদবা যাদে ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক কযা। থেংনবে, তাখবে। মযামসিগী মবক্তো ভাবনা শাজিনবদা ফাওবা ঙইথোকপা যাগদবা মান্দবা থৌদোক কযাসি থোক্লক্লনা যাওবক্লবা নত্তে। উবিবা তাবিবা থেংনবিবা থৌদোক বাথোক কযা হৃযজবগী ব্রানি তশেংনদি খবখক্লনি। [illegible] থৌদোক বাথোক খুদিংমক লমদমসিদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমক্লা সাইনমক [illegible] থেংনবিবানি তাবিবনি অযবগদি হাযমনবা থোক্লনি। শোযদনা লানগনি। এৌনা থেংনজবিবা তাজবিবা খবা অসিস্ তশেংনা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী শকক চাদ খোকপগী মনুংদা শুপ্লতগী শকক অমা ফাওবা যৌগদবা নত্তে।

থেংনজবিবা থৌদোক খবা অসিদংগী মবমদা অসুম খঙকবদা খল্লক্লবা ঙল্লক্লে অতোপ্পা অতেনবা ব্রাখল চাম চাম। থোক্লক্ষা যাবা থোক্লকপা যাবা থৌদোক কযাগী মবমদা খন্দবা ঙল্লক্লে, খল্লকই। থম্মোইদগী ঈফুৎ মচা মচা ওইনা যাওদাক্লকই। মথোযগী মবমদা যাম্লা ইনীংই। ব্রাখল মঙলান্দা ঙাইহাক লৈবম্লগা ইবা নংহৌদনা মাঙখিবসু কোঙ্গাযনি। খবদানি ইজবিবসি। ইথোক্লবা ফাওবদা লাইবিক ওইনা পুথোকপদা হাপচিনজবা ঙমজদদুনা হাপচদবসু লৈতৌবি। চৈবিবক্লদবা খন্দুনা অকিবা ফাওবক্লবসু নত্তে। অসুম্লা তৌবগদি ফগনি অসুম্লা তৌবগনা ফত্তে হাযবা ইশাগী ওইবা

অপাম্বা ফোঙদোকচবসু নৎচদে। ইচম চম্না পুক্রিংদা ফাওবকপা ঈথিল খবখক্রুদং পাউদমজবনি।

ইজবিবা ব্রাবীমচাশিং অসিদা কনাগুম্বা হিংলিবা নৎত্রগা লৈখিদ্রবা মীওই অমতগা মবী লৈনজদে। থৌদোক বাথোক হায়বসিদি অমগা অমগা মান্নকবা চানবম্বসু যাওবম্ব মাই। মতম মতমগী লাওবকপা মওং মওঙী খবদা ইনীংবা মওংদা হেক্তা ইজাখবানি। কনাগুম্বগী পুন্সি নৎত্রগা থৌদোক্কা মান্নবা চাননা থোকলুববসু অইবগী ব্রাখলগী ঈচেলদি অসি ঙাক্তেনি খর্নবিদুনা ঙাকপিযু। হেন্না ফজগদবা মতাং থেংনবিবগসু তাকপিবকউ। ইজবিবা ব্রাবী খবা অসি ঐনা ব্রাবীমচানি হায়না হেক্তা লৌজবতনি। অদোমগী পাউতাক ফিগাও শানা যাজবি।

ফুকপ অসিগী অয-যত্ত নৈনজদুনা ইজবসু নৎচদে। ইজবিবা খবা অসিগী মনুংদা অযবতং লৌখৎপিয়ু। অফবা অমতা যাওবমদ্রবস ভুংগী মীবোলগীদমক থেংনবগা লোইনমক লংশেকপিখো। বাফম খবা অসিদংনি ইতিব ইপা নত্তনা ঐগী লাইবিক অসিদা ফোঙদোকচনীংবা। ব্রাহম্ভোক যাওবিববা যাওদ্রিববা হায়বসু খঙজদে। ঙসিদি লৈবাক মীয়ামগী মযনদা ঐগী লাইবিব অসি শিন্নজনি।

লাইবিক অসিগী মখুম যেকপিবকপা ঐগী ইনাও যেন্দ্রেশ্বম বনাধিব কমাবগী লমন অমদি তোন্দুন নৈহৌবগনি। লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোংনবদা মপুং ওইনা থৌদাং লৌবিখিবা যাইবিবেন কম্যুনিকেশন্সকী প্রোপ্রাইটব ওইবিবিবা ইনাও ইম্মাজীৎ নিংথৌজম্বম ইমদি কম্যুনিকেশন্স অসিদা থবক তৌবিনিবা ইচীল ইনাও পুন্নমক্কী লমন অমস্ তোনশিঙবে। অবোইবদা লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা পুব্রিং হবচাংগী পাঙ্গল হাপকৎপিখিবা খ্বাই পুন্নমকপুস্ থাগৎচবি। পুন্সিগী কাউজবোই।

ইম্ফাল                                                  এস. সি. ময়াইখোম্বা
১২ নবেম্বর, ২০১৩

# ব্রাবীমচাশিং


| | | |
|---|---|---|
| ১ | ভূতনা নম্বা | ১১ |
| ২ | নখোযসু অমুক্তা যেংউ | ১৮ |
| ৩ | তসা কল্লক পেল্লিদা | ২৪ |
| ৪ | ইতিহাস অমনা লাক্লবদা | ৩৩ |
| ৫ | ঈশ্ববনা সাক্ষী | ৪০ |
| ৬ | কনানা খঙবগে | ৪৭ |
| ৭ | মচু মান্নদবা সেন্দ্রং | ৫৩ |
| ৮ | লুহোংবগী অতিং | ৬০ |
| ৯ | পাপ অমগী মহ ঙুদা | ৬৯ |
| ১০ | পিবাংগী মপোল | ৭৭ |
| ১১ | পৃথবীগী অমম্বা মচেং | ৮৫ |
| ১২ | আইন শান্নবা | ৯২ |
| ১৩ | মঙলানগী তন্থৈবং | ৯৮ |
| ১৪ | এগী নুপীগী সনাগী লিক | ১০৬ |
| ১৫ | প্রোফেসাব | ১১২ |
| ১৬ | মঙলাক্লবা | ১১৯ |
| ১৭ | নুংশিবনা মকপনি পাম্নবনা খোঙলোযনি | ১২৪ |
| ১৮ | নৈখাইবিববা ঈচেল | ১৩২ |
| ১৯ | হোৎনজমন মহৈ | ১৪০ |

## ভূতনা নম্বা

"কদায চৎত্তোইনো সোবো, গুন্তানা?"

"তোনালগী ব্লাকৎ মীফম যাওকগে তৌবনি। মখোয বাবাগী তৌগদবা থবক্তশিংদা লোইনমক লোইশিল্লবন্নবনি।" তাবুধিগী ব্লাদু থৌ-বা ইশা শাদনা ইতৈমা সোবোজিনীনা মফি মবোল শেৎনা শেৎনা খুন্নকপানি।

"ইহে, অদুগী নত্তেনে ঐনা হাযবদি। চুৰ্মা খঙদে ল্যাল্লি খঙদে মীনা তৌনৈ হাযদুনা পংডযাও যাওবসি তৌগনু হাযবনিনে। নখোযনা তৌবিবসিবু কবিবু কান্নবা ফংলিবগে, হা?"

ইতৈমা সোবোজিনী মচীন যাম্না যাংবী নুপীদি নত্তে। অদুবু, ঙাঙনীংবা ব্লাদি লোৎশিন্দুনা থম্বা হৈনদবী নুপীনি। তাবুধিনা হাযবিবদ ভাব তাবিববা তাদ্রবনা খঙদে, থোক হেক্তা খুমদোবকই,

"অঙাং অসিগী ব্লাকৎ মীফম ফম্বদা মখোয বাবানা কবিগীনো অসুক যাম্না যেংশিনবিবিবাসবো?" অতোপ্পা অঙাংসু নত্তে। লৈকাই অসিগী অঙাংনি। মাগুম্না অঙাংদি

লৈকাইসিদা অনী শুনা লৈবা নত্তে। মানা পৈশা খজিক্কং পাযখৎচবসি উবদা কল্লক্কুনা হাৎতোকপিবিবা নৎত্ৰো?”

“সোবো নঙসে ব্ৰা অসি তপ্ৰা জ্ঞান তানা ঙাঙনবা হেক যাদেদা।”

অসি হাযবগা তাবুধি চপ লেপ্লি। ৱা মখা শৎ তারক্তে। ঙাইহাক খঞ্জানবা মাল্লি। তৌবগীদি তোনাল হাযবিবা অঙাং অসি চহী অহুম মবি অসিদা যাম্লদি হোংলে। মমা মপানদি অসি যৌনা শেল্বিবা ঙস্স নত্তে। মহৈ মশিং খবা অদুক তমহল্লিবা অদু মঙাযবে। ৱানোম্নবা পৈশা লৈহন্দুনা সবকাবগী থবক ফাওবা ফংহৌদে। হৌজিক্তি সবকাবগী থবক্ক কল্লকপিগদবা মী নৎত্ৰে। মহাকসু সবকাব মচা অমগুম্লে। মাগী মখাদা নোংমদা মীওই মঙা অমা তবা অমদি থবক শূবি।

অচৌবা লম্বী থোংমক নৎত্ৰবসু লৈকাইগী লম্বী থোং মচা-মশু ফাওবদি মহাক লৈবদগী নুংঙাইবে। খবা ফত্তবা মফম অমা উবদা সবকাব ঙাইদনা মহাক্লা হেক্তা শেমজিল্লি। মহাক্লা সবকাবদগী বোল্লা তান্নজকবনা অমনি। মদু মীযাম্লা উকদে। লম্বী থোংদা নত্তনা, মৈ ঈশিং ফাওবা যজনা যংহল্লে। মসিদগী হেল্লা নুংঙাইবা লৈকাইসিবু কদাযদা লৈবমগদগে? অসিদসু নত্তনা শান্না-খোৎনবদসু থৱায যাওশিল্লি। লৈকাইগী ক্লবতা মতেং চাউনা চাউনা পাংদুনা মণিপুব পুম্নগী থাক্তা টুর্নামেন্ট পাংথোকহল্লি।

ঙসি ফাওবদা মহাক্লা মী অমা খৎনকবে, নিংঙাই-শংদানকবে হাযবা অমতা থেংনখিদে। মহাক লৈখিদবা অসি লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা পেল্লদে হাযবা যাই। তাবুধিগুম্বা মীওই খবতনি অপেন পেন্দা ফোঙদোক্কনা তুমিন্না লৈবিবসি। ৎৱায অমগী মমল কবিসু লৈহন্দনা হেক্তা হাৎতোকপিবগীদি কবিদা নুংঙাইবমদগে? তপ্লপ্লা মখা অমুক শমথবকই,

“কনানা হাৎলিবনো? কবি মবমগী হাৎলিবনো? নখোয মদু খঙলব্ৰা?”

“অদু খঙলবদবু লৈবাক ঈবাং হৌখিদ্ৰো? খঙদদনবু সবকাবদা মীহাৎপা পুথোকপিযু হাযজবিবসিনি।”

নহানমখৈদি ইতৈমনা তৌবা পবক্তা তাবুধিদু অথিংবা ইপীদি পীদবনি। মসিমক্লা ইতৈমনা কুশি-বাশিদা ইমুংদু পাল্লি হাযবদি নত্তে। ইতৈমসু মাগী কুশিদা থবকসি কৈদৌঙৈদসু তৌখিদে। হন্দক্কী মতাং অসিসু মহাক্তি হৌবকপদা তাবুধিদা ৱাবী যাম্লা শাজখিবনি। তাবুধিনা ৱাসি ইঙাঙ ঙাঙদনা লৈখিবনি। মীযাম ৱানবকপনবা নৎত্ৰগা চবক

চহিং নাইবা লংলা-লংজিন খঙদবা অসিনবা মহাকসু ঙসিদি ব্রা খবা ঙাঙলক্লে —

"অমনা তৌবে সবকাব, অমনা তৌবে সবকাব, সিবু সবকাবনা ঈনশিল্লগা তৌহনববো? সবকাবনা মীহাৎপশিংসে মশক লোইনা খঙবা নত্তে। মশক খঙদবা মীহাৎপা অমবু ইবায লাযনা হেক্তা পৃথোকপা ঙম্মা নত্তে। কোযথি থিবগা পুথোকপা তাবনিনে।"

"সবকাবসু অদুম মঙায, চপ মান্নে। ব্রাকৎত্রবদি মমিৎ তাঙই, মনা পঙই। ব্রাকৎলফাওবদা তাশিন্নদনা উশিন্নদনা অদুম লৈথোকপা ঙম্মী। সিদবু মমাওইবীশিংগা ফমদুনা লৈথোকপা কদাযদগী ঙমদোইনো?

"হোযনে, মদুসু ঐ যাবগে সোবো। লৈবাক অমদা থোক্লিবা থৌদোক বাথোক খুদিংদগী সবকাবনা নাথৈদুনা চেনবা খক যাবোই। অদবু প্রজা ওইবিবা ঐখোযসু খবা খম্থবা চুম্মী হাযবনিনে নঙবো।"

"চুম্বা চুমদবা লৈবাক্লা হৌববদি থাঙজৌ পাযদুনা ইনবা তাবে।"

"মমিৎ উদবা মনা পঙবা মীযামগী মতুং ইল্লবদি কবি ওইনি? নঙ মদু খঙনা চৎলু।"

"খঙদ্রে খঙদ্রে। মমিৎ তাঙগেবা মনা পঙগেবা ঐনা কবম্মা নাইতোম তাদোইনো?"

"সিদনিনে ঐনা সোরেন্দগী সোনো হেক হেক যৌবল্লিবসে।"

সোনো যৌবগাংবা হনবা লৈতে ইতৈমা সোবোজিনী। তাবুধি তম্বা নখৎ ও মশা-ও হোৎপ হোৎচিল্লকই।

"নত্তে মখোয বাবাবু থোক্লিবা থৌদোকসি ঐখোযদা থোক্লবদি খাঙদুনা অসুম লৈবা ঙমগদ্রা হাযবা?"

"ও, ঐখোযদদি থোক্রোইযে। অদুননি ঐনা হাযবিবসে।"

"হোবেন কবি ওইনি, হযেং কবি ওইনি খঙদ্রবা মতমসিদা অদুম্না হেক্তা হাযবিন্দা।" অসি হাযবল্লগা ইতৈমদু মুকম মুকম শোল্লগা থোকখি।

কদোমদগীনো খঙদে ঙসি অযুকসিদা ইতৈমগা তাদগসি চীন কাঙর্জোদ ফজনা থোম্লবে। তৌবগীদি নোংমা কাংদনা মীওই কযা শিবি। চুম্নগী লাযনা তিন্না নৎত্রগা অতল ওইবক্তুনা নৎত্রগা খুদোংথীবা থৌদোক্লা শিবা নত্তে। মীনা মীবু হাৎপনি। শিববা মতুংদা

মবাল শীবকপনা অযাম্বনি। মবালসু পীবক্তবা, অশিবা মশা ফাওবা ফংদবনসু কোঙ্গাযনি। মসিমক্লা নে-না তানা হিংবা পুন্সি মহিং অমা লমদম অসিদা লৈহল্লক্তবে হাযবসিমদি চুল্লবনি।

তোনালবু কবিগীদমক হাৎলল্লিবনো হাযবগী লংলা-লংজিন অমতা ফংবা ঙমদনা লৈবক্লিবসি নুমিৎ তবানিমুক্তি ফাবম্লগনি। কনা গুম্বা লুপ নৎত্রগা মীওই অমতনা মহাক্কী মীশি অসিগী মতাংদা শেংদোবকপ লৈতবি।

মযুমগী মীওইশিংনা ফোঙদোবকপগী মতুং ইন্নদি মহাক থবক শূফমদা চৎখিবনি। মযুমদগী অযুক্কী পূং তবাকা অদুরাইদা থোকখি। মহাক্লা চৎখিবা মতমদা মশাদা লুপা লিশিং যাঙ্খেস্ যাওখি। কৈথেলদগী পোৎ-চৈ খবা লৈবগা মহাক্কী থবক মফমদা চৎকনি হাযবম্মী। নুমিৎতুমা হল্লক্তবদু মহাক্কী থবক মফমদা লৈত্রবোই নীংই। নোংঙানবগী পূং নিপালকা অদুরাইদা মহাক্কী মোবাইলদগী ফোন লাকখি। মহাক ওইববোই নীংদুনা পাযখৎলুই। মহাক ওইবমদে। মহাক্কী হকচাং অশিবা ওইনা ফংনীংদ্রবদি লুপা ক্রোব অমা নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা পীবক্লবা হাযবকই। পুলিসনচিংবা অতোপ্পা মী ওই অমদা তাহনবা যাবোইসু হাযবকই। ইমুং-মনুং পূম্নমক পাখৎনবে। কোযচেন চেন্নদুনা লুপা শাখ কুনদা যানবে। ইমুংগী অবৈবা সনা-লুপা, মাল-চাং পূম্নমক কাযথোক্কুনা পীখ্রে। অসি ফাওবা থাদোকপিবকখিদে। তবেৎনি শুবগী অযুক্তনি মহাক্লা শিনা ফংখিবসি। নুমিৎ খবনিগী মমাঙদা হাৎলগা হন্দোক্লম্বা মাল্লি। পুমথনবা হকচাং অদু লৌখোং অমদা উপশিন্দুনা তাবম্বনি। লৌ খোইবা চৎপা খুঙ্গাশিংনা থেংনবকপনি।

অসিগুম্বা মীশি অসিদা মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা কবম্লা পেনগান'? পৈশা লৌথোকখ্রবা মতুংদা মিনুংশি খঙদবা মওংদা হাৎতোক্লগা থম্বিবম্বনি। মমিৎ অনী ফি অমনা পুনশিল্লম্মী। মখুৎ অনী তুংবুন্নবম্মী। যানুংদগী কাপ্পা মানবা নোংমৈ মব্দ অমা লুখমলোমদা ফাওদোক্লগা চৎখি। মশাদা শোকপগী দাগফম কয়া অমসু তাবম্মী। নাতৈ চাবা মীশি অমা হায়বদু ওইদ্রবনি।

তাবুধিদু ইতৈমনা থোকখিবদু মখা তানা খামলুদ্রে। ঙাইহাক যেংদুনা লৈহৌই। মহাক্কী কাদা চঙলক্কুনা ফম্যাঙদা থাবিবা চৌক্রিদুদা তপ্না ফমথৈ। মহাক তৃমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা যাবক্তে। মহাক্কী মথৌমক্তি নত্তে। অদুবু, তোনালনা লৈখিদবগী ওইথোকপা যাবা মবম খবা থিবা হৌই।

অহানবদা,

তোনালসি হন্দক লাক্লিবা ইলেক্সনদা ভোট লেপকনি হাযগুমসু তৌই। হৌজিক লৈবিবা এম এল এ অসিনা মদু পামগদবা নত্তে। মখোয অনীসি কযাসু নুংশিনদবগুমসু উই। অতৈ লৈকাইগীদি খঙদে, লৈকাই অসিগী ওইনদি তোনালবু খবা হেন্না পাম্লবগুম উই। অদু ওইববদি এম এল এ অসিগী খুৎনেক্তা তোনাল শিবা ওইবিগদ্রা? কনানা খঙবা?

নৎত্রগা,

কনাগুম্বগা নিংঙাই শংদানকদুনা মখোযনা তৌবা ওইবিদবা? মসিসু থোক্লোই হাযনীংঙাই লৈতে।

ইতোপ হেক তোপ্পা অমনা,

হন্দক মবক্তি পুলিসকী মীওইশিং যাম্না তোযনা লাকখি। তোনালগা মকপ মপাংগুম যাম্না হবাও তযাম তিন্নৈ। মহাক্না পুলিসকা তিন্নবিবসিবু অফবগী ওইবিদবা? চিংনফম থোকপ্রা? পুলিস হাযবসিদি প্রজাবু ঙাকপি শেনবিনবা প্রজাগী যাইফনবগীদমক থবক তৌবা কাঙলপ অমনি। লৈবাক্কী আইন চাক্লনা তোংনবা শান্তি থম্নবা তোৎনবনা মখোযগী মথৌনি। মীওইনা সমাজগীদমক কৎথোক্লবা পুলিশিংগী মনুংদা মখোযগী পুলিসসু অমান। অদুবু, লমদম আসনদি মসিগী ওন্না তৈনবদা লৈবগুম তৌরক্লি। মখোযবু উবদা কিন-ডক্কচনা পোক্লবক্ক। মখোযবু যেক্লন ওইনা উনবক্লি। মসিগী মবমস্ চাউনা লৈফম থোকই। থবক্কা এবক্লবু তৌবিবা মীগা মাদুদা পীনিবা ত্রেনিংগা চানবক্লবাদ কবন্না থনক্লা অযবা ওইগদগে। মসিদি শিনফম অমথক্কী রা নত্তে, পুম্নমক্কীনি। তোনালনা মখোযবু কিখিদ্রবা কবিগী? নৎত্রগা, কিনা কিনা লোযনদবা যাদদুনা লোযনখিবরা?

মন্মাদ?

তোনালগী মযমদা নোংমৈ কাপশিনবা, লোম লংশিনবা অসি মতম থবগী মমাংদা খবা থোকখি। তোনালগী নুংশিবা মতৌ উবগা লৈকাই মীযাম্না নুংঙাইখিদে। মীনক্তা লোম লংশিনবিগনু, মীচমদা অবাবা পীবিগনু হাযদুনা লৈকাইনা বাকৎ মীযম ফমখি। কবিগীদমক কনানা অসুম্না তৌবিবনো হাযনা তোনালদা হংলুবদি মহাক কবিগুম্বা অমতা খঙদে হাযবসিনি। কনাগুম্বা অমতগা মহাক্কা নুংশিনদবা নুংঙাইনদবা লৈতে হায।

লৈকাইগী মীওই খবনদি কবিগুম্বা খবা লৈবমগনি হাযনা ঙাঙনখি। কবিগুম্বা খবা লৈতনা হেক্তা হাযবা যাবা নত্তে, হেক্তা তৌবা যাবা নত্তে। তোনালদা মখোযগী চে চাং

শিন্নবগা পৈশা খাযহল্লগা পাসেন্টেজ যেন্নবম্বসু যাই। তোনালনা পৈশা পাযশিনখ্রগা পাঁথোবক্তবদগী শাউনবম্বসু যাই। বিল যংলগা পৈশা খাইবমদবগী ওইবম্বসু যাই। নংঐগা, তোনালনা তাকথোক তাকশিন তৌদুনা মীফা মীপুন মীশি মীনা থোকহল্লম্বসু কনানা খঙবা।

তাবুধিদু মতাং অসিন্নাইদা মঙক খংনোম নোম্মী। মঙাল অমা উবগুম মমিৎ মনা খংশিং শিংই। কবি গুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম তৌই। ফুক হৌগৎলগা হনগৎ হন্দা চৎলি। মখুৎ খুৎশা প্রোক প্রোক অমুক্তং থেকই। চৌক্রিদা অমুক ফমথৈ। মখুৎ যেৎতু মচীনবান মযাদা থমদুনা অমুক থল্লি।

চহী খবগী মমাংদা তোনালগী মযুমদা মশক খঙদবা নহাবোল খবা তোযনা লাকখবগুম তৌই। মসি লৈকাইগী মীওই খবনদি উখি। অযুক নুংথিলদা ফোংনা মকপ মপাং অমা ওইনা লাকখিবা নত্তে। অমম অথেঙদা মযম মতম যেংলগা লাকখিবনা অযাম্বা ওইনা তৌই। কনি ব্রাবীবু শাবিবা, কনি খবক্কীবু ওইবিগবা ? কইনা লৈবমদে। শৎ হেক চৎখি। মতমসিদা তোনালদি ঠিকা খবা খবা তৌখৎলকপদা মঙাযনমখিনি। মগাকসু মযুমদা নীংথি নুংঙাইনা লৈবা উদে, লাকপগা চৎখিবনা হাল্লি। হংনকবদনা থবক যাম্মা চিল্লিতা মখুম্মী। ঠিকা তৌববু অসুক যাম্না চিন্নব্রা খঙদে।

মাসর্দা মাঙওইনবা নোংমা,

শোক ২০০০ বা অদুব্রাইদা ওইবমগনি মহাক্লা ঠিকাবা তৌবা হৌদ্রিঙে মমাঙনী। মতমনি। তোনালদু মথা খবা শাবগা লাকপা শাল্লি। তাবুধগী তাল চানকদুনা হাযগদ্রা চানদনা হযাগদ্রা লৈবক মচান হাইজিল্লকফমদা হেক থেংনব বনি। মতৌদুদা নুংঙাইতদুনা তাবুধিসু ভাইগাক লেপ্পগ রাবী শাফবনি।

"তাবুধি, ঐ পৈশা খবা তান্নীংই, যুম পাম্লুবদগী মথা কঙনা শাবে।"

"পৈশা তানগদবনি তোনাল। পৈশা য়াওদনা যুম পানবা যাবোই। পৈশা তানবদা ইকাইগনু, চাঁলহাও থিগনু। ঐসু থবক শৃফম মফম অমা অনী থিবিবক্কে। নঙবু কবি থবক শৃনীংবগে?"

'তাবুধি, ঐ লৈকাই লৈকাই চৎতুনা থিক্ববনি। লৈকাই অমমমদা ফজ ফজববা, চাউবা চাউববা শানবিবা যুমশিং অসি তবাই তবাইনা শাবা নৎলমদ্রে। মখোযনা তৌবিবা থবকশিং অসি ঐসু তৌবা হৈনি। ঐসু তৌবা তাবে।"

"আইন্না যাদবা থবক তৌবগে হাযবিবো নঙবো?"

"আইন্না যাদবা থবক তৌবা হৌনদেদা তাবুধি। আইন্না য়াদুনা তৌনবিবা ঙাক্তনি।"

"ফৈ ফৈ, আইন্না য়াদবদি তৌক্নুকো।"

হাযবগী ব্রানি তেল্লবা মতম খবা অসিদা মাগী হোংলক্লিবা মওংসি য়েংলুবগদি নম্বব ফোব লল্লোনববা, টেব্লেট লল্লোনববা নৎত্রগা গঞ্জা লল্লোনববা অমদি শোযদনা ওইফম থোকপনি। অদুবু হাযবিবশিং অসিদি পৈশা খবা হান্না যাওদনদি য়াবা নত্তে। পৈশা য়াওদনা পৈশা তানগে হায়বগদি কবম্বা থবক ওইবিগবা? ভূত শান্নবা! ভূত শান্নবা হাযবসিদি অবাযবা থবক্তি নত্তে। ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদা ভূত শান্নবগী ব্রাবী তাখিবদু যাম্না কিখি। ভূত শান্নবিবা মীদুনা মপাঙ্গল শোঞ্জিল্লক্লবা মতমদা ভূতনা নমদুনা হাৎলি হায। মানা তানখিবা পৈশাদু নোংমা শিংদবসু যাদে। ভূতকী চাকথাকসু নুংতিগী হুন্দবা য়াদে। শান্নববোই খল্লবা মতমদা ফজনা লোইশিনবা অমা চঙই। নৎত্রবদি যুমথংনবা ফাওবা শোক্লিবনি। তৃম্ফম চাফম লৈফম চাফম খঙবা নত্তে। অহলশিংনা ভূতকী ব্রাবী লীবদা তাসু তানীং তাকবগা ফমুংদা তৃম্বা চঙবা ফাওবা ঙম্নদ্রিবনি। তাবুধিদু হৌজিক্তদা ব্রাখল অমা লাকপ গুম তৌই। স্বব অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা তপ্লপ্পা শোল্লকই—

"তোনাল নঙনা তৌবিসিবু, ভূতনা নম্বা হাযদুবনে।"

যুমশকৈশা

২৪/৬/০৯

## নখোযসু অমুক্তা যেংউ

অয়ুক মাঙৌবগা যৌয়া যৌয়া ইমুং-মনুং লাউনবকপসিদি চৎখোক খোৎতোকপদা মায পাক্কদবা মান্দে। ঐখোযগী ইমাবোকখোযগী ইমুংসিসু ওন্থোক্লা খৎনগনম্লবা হাযদুনি। মখোয অহুম মবিতা লৈবদা কাবগীনো খঙদে নোংমতা কাংদে হাযবদু যৌই। মখোযগী অয়ুক নুমিদাং খাযদনা লাউনবা মতৌসিদা ইকাযবনা মকপ মপাং ইমানবাশিংফাওবা যুমদা লাকহনীংদবে। বাহে-ব্রাতানা যজনদ্রিবা। মখোযসিবু কবি অমতা ইকাযবগা খঙদ্রবা [illegible]দ। ঙসিসু ইমাবোক্কা ইতৈমগা লাউনবিবসি ঙসাই নোং খেক ঙানখুং ঙানফু তৌবদগীনি। মাদসু লৈবমগনি। অদুবু, মখোল মব্রাকা অমতা তাদে। অহম অহা ফাওবা হাযবক্তে। ঐনা খনবদা তাদসি চহী নিফুমুক্তি শোযদনা শুবন্নগনি। অঙাংদা অঙাংমকসু নত্তে। কবিগুম্না খবদি হাযবা যাব্রা খল্লি। ইপলদু লৈবন্নবদি অসুম্নাদি তৌবমগদবা মান্দে। তাদদি উচি মখুলদবু চঙখ্রববা খঙদে। চেক মোক লাউবক্তে।

ইতৈমগা ইমাবোক্কসিবু নোংমতং লাউনহৌদবদা চাকপু চঙলমখিগদ্রা খঙদে। অসুম্না লাউনবসি নত্তনা মখোযনীনা নোংমতা ঈংনা তপ্পা কৌনা ঙাঙনবসি থেংনবক্রবা

কুইবক্নে। নোংফাদোক্কা থেংনববদি নুমিৎ থাগী খোঙচৎকসি লেপখিদৌ মাল্লি। তাবদা ব্রাববা লৈকাইগী মীশিংনা মখোযগী যুমগী তিন মথক্তা থাবক্লিবা নৃংদুমসি ফনদি যাল্লল্লনি। ফজনা খূনজিল্লবদি টাটা গাডী মপোৎ তংখাযমুক্তি ফাবল্লদ্রা খল্লি। মখোযবু তিনদা নুংনা পানবগী মখোলদু নোংমতা তাদববা খঙদে। নৎত্রগা, তাল থাবিবকপা খুবাক খূবিবকপা ওইনা খল্লব্রা খঙদে। নৃংদুম থাবক্নে হাযদুনা নোংমতা খৎনবা তোকখিবা থেংনদ্রি। নৃংদুম থাবক্লগা মপান্দদুম থোক্লগা হেন্না খৎনখৎলকই হাযদুনি।

অসুম্না ইতৈমগা ইমাবোক্কা কন্না খৎনখৎলক্লবা তাদদু কৈনো অমা তৌকব্রা নৎত্রগা তৌবিব্রা অমদি তৌবল্লা যাই হাযবা ঐনা চিংনবা অমদি লৈ। নোংমসু অসুম্না কন্না লাউনবল্লগা নেমথখ্রে হাযদুনা ঐসু হোবে হোবে শঙ্গোম লৌবা চঙলুবনি। তাদদু চেঙ খৈদুনা লৈবক্মী। ঐ হেক উবদা মহাক খংপ্রেক খংখিবা মাল্লি যাংকোক্তু লৈমাযদা পুপ লাউনা থাদৈ। চেঙশিংদু লৈমাযদা পুংচাই চাই। ঐসু ইঙক ঙক্নুনা যেংদুনা লৈ। অসুম্না তাদনা ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং তৌখিবসি কনল্লা মতমদগী হৌখিবনো হাযবা ঐ চপ চানদি নীংশিংবা থোক্ত্রে। চাউবাক্না নীংশিংবদা ইতৈমগা লুহোংলবা মতুং চহী অনী অহুমকা সুবকপা অদুব্রাইদগীকা ওইবমগদ্রা খল্লি। লুহোংদ্রিঙৈদদি উফুল মবিক অমা তৈজবল্লা নুপা নত্তে। ইমাবোক্না মথল্তা পোকচবা মচানি হাযদুনা শীক্নুনা নান্দুনা থমজবকপনি। মশাকা নানজবমখ্রপোৎনি। নুমিৎতুদি চেঙকুপ্পা উফুল্লা কবিনো খঙদে মমাযকদু ইতৈ তৈদুনা পুংব্রাউ ব্রাউদুনা লৈবক্মী। চপ লেপ্তুনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলল্লগা তপ্পপ্পা নোকফেৎ তৌবগা হাযবকই.

"নতৈমনা ওফিস কাবা থেঙখ্রনি হাযবদুদা ঐনা সুম খৈদোকপিগে তৌবনি।"

"কৈসু কাযদেদা তাদা। অঙম অঙল্লা মতেং পাংনববু কৈদৌই হাযগে?" ঐনা তপ্পপ্পা খুন্মী।

মহাক্না তপ্পা ফমথবগা লৈবাক্তগী চেঙশিংদু খুজোক্না খূনগৎনবা হোৎনৈ। ঐসু চঙশিন্দুনা মাগী মতেং পাংবিবক্মী। মহাকসু চেঙ খৈদুনা অদুম লৈহৌবে। ঐসু টেবল মথক্তগী শঙ্গোমদু লৌবগা অদুম লাক্নে। মখোযগী শঙ্গোম শুন্নী ষণবী লৈ। শঙ্গোমসু তাদনা অদুম শুন্মী। মী অতোপ্পকা নেক্তে। ঐনা যুমদা হল্লকপদা মওন মওন অসুম খনখি। কযাদা মথোঙ চাদ্রিবনো? নুপাসিনা সবকাবগী থবক অমা তৌবল্লবদি অসুম্না তৌবমগদবা মান্দে। অসুম্না খন্দুনা চৎলিঙৈ উহৌদে, ফাওনফম যৌবকপদা হেন্দোক্নুনা লৈবা শম্বল মচীল

অমনা ফুবিৎতা শৎ হেক পল্লি। তুংলোমদা খংচিং চিংই। শঙ্গোম পাত্রদু খূৎতগী নাম্ভোক্তুনা লৈমায়দা তাখি। পাত্রদু তুদ্রিঙৈ থুনা খূনগৎনবা লাক্রে। নংহৌদে। লৈমাযদু শঙ্গোম্না পুংচাই চাই। পাত্রদা অমুক যেংই লৈমাযদা অমুক যেংই। ঐ ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ। নুমিৎতু ঐ শঙ্গোম অদুম থক্তে।

নীংশিংবা হৌববনিনা মবী মবী অদুম নীংশিংলক্রে। ইতৈমনা য়ুম পাল্লকপা মতমদু ঐ ফজনা নীংশিংলি। মহাক্না য়ুম পাল্লকপা মতমদা সবকাবগী থবক অমা তৌবক্রে। কবি থবকনো হাযবদি খঙদে। ঐসু নোংমতা হংলুদে। মতম খবা তাদনা থিন্দোক থিঞ্জিনসু তৌখি। থবক তৌবীনিনা অউনপোৎ ফনা য়াম্মী হাযনা লৈকাইনা ঙাঙনখি। গাডীদগী হেন্দোক্তুনা শেংদোক্লবা ফদি ফাওবা যাওবকই হাযনখি। মদু যেংলগা তাদনা লৌকব্রা খঙদে। তাদনদি লৈবাক্কী মীয়ামগী যাম্না খনবী পুকচেল চাউবীনি হায। মমোম লৈমগী জেনবেল সেক্রেটবি ওইদুনা লৈবাক্কী অকুবা মতাং কযাদা অচৌবা শকক যাবকই। মহাক্কী পুকচেল চাউবা কৎথোকপা ঙম্বা মতৌদুদা তাদনা ইতৈমবু পামজকবা নুংশিজকবনি হায। কবিগুম্বা মতমদা ইতৈমনা লৈশাবিঙৈদা ইদুনা চেফোঙশিংদা ফোঙখিবা ব্রাবেং কযা তাদনা পুবক্তুনা ঐসু পাখ্রে। চাওখৎপা সমাজ অমা পুবকপদা নুপা নুপী অনীনা লৌমিন্নগদবা থৌদাং, নুপীগী মফম, লৈনগদবা মবী অমদি হক মান্নবগী মতাংদা মহাক্কী ব্রাখল্লোন ফনা ফজবনি। ব্রাঙাঙ শঙাঙ থৌগল্লোন ব্যবহাবনচিংবগী মবমদা ইখিবা মহাক্কী ব্রাবেংশিংদু ফর্জখিদে হাযবা য়াবোই। অদুবু, ঙসিদি মহাক্না তৌথোবক্লিবা থবকসিগদি খবা খেন্ননা উবে। ঐগী ব্রাখলনবা? নৎত্রগা, লৈবাক্কীদমক খল্লিবা মীযামগী সেবা তৌবিবা মীওই খুদিংমকসিবু মযুম মযুমদদি অসুম্না তৌবিদবা?

ইতৈমগা তাদগবুদি যাম্না নুংশিননা লৈমিন্নবা মাল্লি। নোংমতা খৎনা চৈনবা তাদে। মখোয অনীদি হবাও হবাও ফম্মিন্নৈ, চামিন্নৈ, চৎমিন্নৈ। ফাগি-জুগাই য়াম্না তোয়না তৌনবা থেংনৈ অদুগা যাম্না থব্রায় তানা নোকমিন্নৈ। তাদনা অঙাংগী নীংথা, ফিবোল শুদোক চামথোক্তুনা ঈশৈক্কা ঙংদুনা হবাও হবাও ফৌদোকপসু নোংফাদোক অদুম মথেংনৈ। তাল্লক্তুদা ইমাবোক্কা থেংনববদি মীওইবগী ব্রা হায়বগী ব্রাদি লৈত্রে। মথবাক্তা খুৎতুম্না মথক্তগা শুজদুনা লাউ-খোংগদৌবিবনি। মসিবু থায়নগী খুনুংগী ব্রাকা হায়বদুবা? ঐ মসিমদি তশেংনা খঙদে। তাদনা মযামদু তাববসু তাদবা শাদুনা মাগী কাদা তুমিন্না অদুম চঙখিনি। মসিনা চাওখৎপা নৎত্রগা নোল্লুকপগী খুদমলা? মসিমসু ঐ তশেংনা খঙদে।

ইমাবোক্লা মচানুপাদগী হৌখিবা কুম্মৈদু মমৌনুপীগী শরুক্কসু অদুম থুংখিগদৌবিবনি। মসিনা মনেম ফত্তবী হায়দুবা? মসিমসুনি ঐনা মল্লিবসি। মনি-মমৌসু হেক ৱাদ্রিমখৈ ষণ ৱাইনবদৌনা ওনশিন্নদুনা ৱাইনহৌগদৌবিবনি। মসিমসু হৌজিক্তি লৈকাইনা চীনফা পুনবে।

ঐনা ৱাইদগী ঙক্লিবদি তাদগী মরুপ মপাংশিং অদুনি। মমান্নবা খবদি নোং-ফাদোকসু মাগীদা লাকপা অদুম উই। মখোযসু অসিগুম্বা থৌদোকসি শোযদনা থেংনবা যাওবমগনি। মখোয়নসু কবি অমতা হায়বিদ্রববা খঙদে। ঐদি যাম্না হায়নীংই। তাদসে য়াম্না চৈনীংই। মহাক নুপা যাম্না থোকমন্দে। মহাক্লা নুপা থোক্লগাবু অসুম্না তৌগদ্রা? সবকাবগী থবক তৌহৌদবা নুপা খুদিংমক নুপী ওল্লদ্রা? সবকাবগী থবক্তনা থবক্লা? মাসু নুপা থোক্লা থবক শূদুনা পৈশা তানবা য়াইনা। সবকাবগী ওফিসাব ওইবা নুপা কযাসু সবকাবগী থবক তৌদবা য়ুমগী নুপীবু কিজববুদি যাম্না লৈ। মসিবু নুপা নুপাদুনা নৎত্রগা নুপী নুপীদুনা পুবে হাযনা লৌগদ্রা? মী মখল মখলনি হাযগদ্রা?

ঐনা অসুম খনবদা তাদগীসিদি তনবা অমসু যাওবব্রা খঙদে। মান্ননীংদবা হাযদুবা হাযবসু খঙদে। মহাক্কী ৱাখলনা কবিগুম্বা অমতা মনীং তম্না তৌবা উদে। অযাম্বনা ইতৈমনা হাযবা হাযবগা তৌবা ঙাক্তা ওইনা উই। মহাক্লা শেৎলি চাবিবা খুদিংমক ইতৈমগী মপান তাংবগুম তৌবি। পুম্নমকসি ইমাবোক্লা লাউবদসু ইফোং ফোংনা পল্লবনি। অউবা খুদিংনসু মসি লোইনা খঙনবমগনি। নৎত্রগা মখোয অনী ৱাশক্লবকা লৈম্নববা? মসিমসু ঐ কন্না খঙনীংবা পোক্লি। নোংমসু কৈথেল চঙলুবদা মখোয অনীগী মতুংদা কোক হেক তাকুবে। অহানবদদি অতোপ্পা মী ওইববোই নীংই। মখোযগী মেম সাহেবনা কৈথেল কাবদা সাহেবকী গাডী ড্রাইভবনা ইন্নবিবোই খল্লুবে। অদুনা তাদনা খাউ অমা যাল্লগা ইতৈমগী তুংদা শোৎ শোৎ চৎলম্বদুদা মখোয অনী ওইবমগনি হাযবগী ভাব সুংতৌ তৌকদে। মখোয়নসু ঐ লাকই হাযবকা খঙবা নত্তে। নকশিল্লকপদুদা যেংদবা যাদদুনা যেংলুবনি। মখোয় অনীবু হেনগৎতুনা চৎনীংলুবনি। সাহেবকী অঙাংশিং স্কুলদা থিল্লুবগা সাহেবপু ওফিসতা থাধবল্লগা হোবে হোবে মেম সাহেবকা কৈথেল অমুক কাবকপগী মওংদুদি খজিক খৈয়ে হাযদুনা যেংলুবনি। তাদা হেক ওইবম্মী। তুংদগী যেংলবসু তাদবুদি ফজনা খঙই। মখোয় অনীনি হেক খঙলকপগা ঐগী খোঙথাং খংতপ তপথৈ। মখোয অনীবু কৌসু কৌকদ্রে, হেনগৎতুনা চৎকে হাযনসু খল্লুদ্রে। মখোয অনীসু ৱাবী নুংঙাইনা শাদুনা

চৎলি।

"লেম্বী হন্দক্তি নঙগী তলব ফংলকপগা ঐগী ফুবিৎ অমগা খোঙ্গ্রাউ অমগদি লৈসিকো।"

"লৈনি। নঙগী লৈদনা ঐনা কনাগী লৈদোযনো?" ইতৈমনা খুম্লকপনি।

অসুম চৎলকপনা ঙাযোনফম যৌবক্লে। তাদনা খুদোনবী থিন্দুনা হাযবকই,

"অসিদগী ঙাসি ওইনা লৈবসি লেম্বী।"

"নঙনবু চানীংলদি যাবে কৈদৌগে।"

মসিবু যুম্নানবগী চৎনবোল্লা? অমনা হাযবদা অমনা তাবা হাযবদুবু অসিবা? তাথোক তাশিন তৌনবদা কবিবু অকাযবা লৈবগে? মখোয অনী ঙা-যোনফমদা হাইজিলহৌবে। ঐসু লোৎলপ তৌনা অদুম নানথোবক্লে। নুমিৎতুমদি ইমাবোকসু ঙানা মচীল মেনখিববা খঙদে লালপাউ লাকখিবা তাহৌদে। তাদনা ঙেক ঙেক শংদুনা পুহৌবিবা পোৎযোম, ইতৈমনা কেনা হাইনা হুম্না চৎহৌবিবা দৃশ্যদু ওক্লবম্লবদি লালফম অচৌবা অমদি লৈফম থোকপনি। ওক্লহৌদ্রববা? নৎত্রগা, অসুম্না কৈথেল কারুবগী মহাওসি মহাকসু হান্না হেক হেক ফংখ্রববা? মবম অমদি লৈফম থোকই। অদুবু মবমদু থিকব্বা মতাং চাদবনা থিকদ্রে।

অদুগা ঙসি অযুক্কী খৎনবিবসিনা কবি মবমগী? মসিমসু ঐ খঙবা ঙমদবি? ইমাবোক্কী মাযকৈদগীদি মপা মপু নোবোক তাবা যৌখ্রে। ইতৈমগী মাযকৈদগীনা ইমুংগী লৈত লাযবা ঙাচেৎ থুমচেৎতগী হৌবগা চাওখৎলবা যুরোপকী লৈবাক ইংলেণ্ড অমেরিকা যৌখ্রে। অমনা মনীংথোঙলোমদগী লাউই। অমনা মমাঙথোঙলোমদগী খুম্মী। অমনা মনীংথোঙলোমদা লৈবদা অমনা মমাঙথোঙলোমদা লৈ। কদাযরাইদা থৈনবনো খঙদে, ফনবু হৈ। মখোল অনী অসি যাম্না তোযনা হোংদোক হোংজিন তৌই। থৈনবদা তাল চানকদুনা থেংগাইনবগী মখোল থোক্লকপদনি থংনবা মীকুপতা নুংগী নোংসু তাবক্কদৌবিবসি।

চহী কযা লাল তৌনবদা শিহৌদ্রবা প্রজাশিংগী মবক্তা অরাবনা শরুক কযা হেল্লবসু নুংঙাইবা খবসু যাওবমগদ্রা? ঐখোযনা তাজবদা জপান লাল মনুংদা মীওই কযা অশি-অনা নংখ্রবসু সনা লুপা থাউজাউ থেংনবদগী নুংঙাইবা ইমুং খবদি য়াওখি হায়নৈ। মনি-মমৌগী লালসু লোইখিবা ঙাইহাক ওইবে। অমাঙ-অতা কবিবু থোকখ্রবা

ঙসাইমখৈ শোক্লবিবা মখোয ইম্মুংগী লালনা তাদদদি কবিবু পীবল্লিগবা ? অব্রাববু ওইবিদবা কান্নববু ওইবিদবা ? মোমোন মোমোন তৌদুনা থোবক্লি তাদদি। মহাক্কী মাযথোঙদু উকবগা ঐগী খঙনীংবসি অসুম হেনগৎলক্লি। মতৌদু উকবগদি লালদুগী মবম হংলুবদা থোইনা শাউনীংগদবদি মান্দে। ঐ মাবু তান্নদুনা কন্না হংনীংলে। নীংজিং মাংজিং তান্নদুনা উচীন নাচিন্না ইচীল ইনাও উনবে। ঐনা হংই,

"কদায চত্তোইনো তাদা?"

"অশ্বাইফাও সুম চৎকে তৌবনিদা।" তাদনা মোং হাদনা ইশম শম্না খুন্নকই।

ঐনা হংনীংলিবা ব্রাহংদি মসি নত্তে। মাগী খোঙ্হোক স্বব হাইবপ হান্না যেংবনি। মাগী খোঙ্হোক্তা থোইনা অশাওবগী স্বব হোন্দোববকপা থেংনদে। অদুবু, চীনবানসি কাথোক্লমদাইদা পাক হেক কাথোকপদি ঙমদে। কবিগীনো খঙদে। ইবাল নৈববা মী অমগুম তুমিন্না নৈবা তাই মীকুপ খবদি। মানসু ব্রা মখা তাবক্তে। ঙাইহাক্তি তুমিন তুমিন চৎমিন্নে। অসুম্না ঙাইহাক চৎমিন্নববা মতুংদা থৌনা লাকই। হংতদি হংলগে খন্দুনা হংবান,

"ইমাবোক্কা ইতৈমগা নোংঙান্দ্রিঙৈদগী লাল হৌবকইদুবো কবিগীনো ?"

"কৈসু নত্তেদা, নখোয নতৈমগী যি অহনবা অমখক টেলবদা তাইহৌমাল্লে। ঐনা চৎথোক্কদবা নৈববদি খবা লৌবিবকউ হাযবা। মদুদা ইমানা তাহৌববজাৎনি। মদুদগী হৌবক্লিবা লালনি।" তাদনা থৌ-ব্রা ইশা শাদনা খুমদোবকই।

ঐ ব্রা মখা তাবা ঙমদে। মীনা ঙাঙনাববসি খবদি চুম্মীদনা খন্না চৎলিঙৈ তাদনা অসুম্না হাযবকই,

ইনুংঙো, ঐনা নৈবিবাস ঙাবি' নৈবগা মাওবা মধা শাদ্রবনি। নোং মাদোক নখোয নতৈমগী মতাং চাদবা মতমদা মতেং অদুক খনা পাংবিবগা ব্রানি। ঐদি অবা মুবাকদি ওইদ্রবনি। অধা মুবাকা হাযবদুদি নুংঙাইবমগদৌ মানখেদা। নখোযসু অমুক্তা যেংউনে।

"অস' লোইবেহে।"

থাংজ

১৮/০৭/০৯

## তস! কল্লক পেল্লিদা

বোবোনা হোসপিটালগী ফমুংদা চৈনা খাঙলক্লিবসি নুমিৎ নীনি হুমনি শুজিল্লক্রে। চেক শূবা বোবো ফনা চেকশিন্না তপ্না ঈংনা শূজববা খল্লি। অদুবু চেক শূবা বোবো মিথ্রিনা কবশ্ন। মীকুপতা শগাইদগী নাম্থখিদুনা লৈমায যৌবকখিবনো ? খঙহৌবা উহৌবা যাওবল্লগদি নোক্লীংবা অমা নৎত্রগা পাখৎপা অমা ফাওনবগ্নসু যাবনি। অহানবদদি মকোক্লা যুংনা লৈথবকপনি। অদুবু, কদাযদনো অমা থেংলুবদগী অমুক উরু উরু লৈবগা তাবকখিবনি। ইস ইস হাযবা খোঞ্জেল তাথ্রবসু ফজনা উহৌবদি ইয়াও যাওহৌদবে। লৈমায যৌববা মতমদতা খঙনা উনবকখিবনি। যাম্না থীনা শোকপা মান্দ্রগসু মহাক্কী মখোঙ যেৎতু মখুৎ অনীনা কন্না পাযশিন্দুনা শুগৎলগা ফমখি। হৌগৎলক্তে। থবক শূমিন্নবিবা মখোয অমা অনীনা চঙশিন্দুনা যেংবদা মখুৎনা পায়শিল্লিবা মফমদু যাম্না থুনা পোমখৎলকপা উবে। শোযদনা তেক্লম্লনি খন্নবদগী হোসপিটালদা পুখৎলকখিবনি। তেকসু তেক্লম্লে।

মথক কাদুনা থবক শূবা হাযবসি খবা চেকশিনফম থোকপনি। মহাকসু মদু খঙনা

শোয়দনমক্কী চেকশিন্না হোৎনজবমগনি। তৌবগীদি মহাক্কী ব্লাখলদা মৈ অমুক অমুক মাঙবসিমদি ঙসিসু অদুম মতৌবি। থংনবা ফমুংদা লৈবিবা অনাবা অমদি সেবা তৌবা লাক্লিবা মীওইশিং অদু ফাওবদা মহাক্কী মিৎমাঙদগী হেক হেক মাঙলি। মসিগী মবম শোযদনমক্কী লৈফম থোক্তববা? শোযদনা লৈফম থোকই।

মহাক হান্না চেক শৃবম্বা নত্তে। হিংনবা উপাই অমা থিবকপদা চেক শৃখিবনি। জুগাল্লি ওইবদগী মিষ্টি কাবা কুইদবি। কনাগুম্বনা বোযোমিষ্টি থিবকপদা মহাক্না থেংনকববদগী মিং ওম্বোকউ হাযনা ফাগি তৌবিবম্বা ফাওবা যাওববনি। অশেংবা মমিংদি বোবজাউ কৌজবনি। মযাম্না বোবো বোবো কৌবিবনি। চেক শৃদ্রিঙৈগী মমাঙদা ভেন অমা থৌজবম্মী। লাইবিকসু এম এ ফাওবা তমশিল্লুবে। সবকাবগী থবক অমা ফংবগী মমিদি উবক্তুদুনা অহল লমনশিংনা অবৈবা পোৎ-চৈ খবা কাযথোক্লগা গাডী অদু লৈবিখিবনি। হিংবা হাযবসি থবক্লি, পৈশানি। পৈশা থোক্লবা থবক অমদি তৌবা মথৌ তাই। গাডী অদু থৌজবদগী পৈশা খবা খবা থোক্তুনা পুন্সিগী আশা অনৌবা যেন্নীং অমা চোংলকই। অদুগুম্বা আশাগী যেন্নীংদো খঙহৌদনা লাকপা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা হুমদোকখি। ঙসিদি মহাক মযুমদা ফাওবা লৈবা ইকাযদুনা অতোপ্পা লৈকাই অমদা লাক্তুনা মীগী মযুমদা ভাড়াদা লৈববি। মহাক্কী পুন্সিদা মসিসু থোক্লগনি থাজদবা অঙকপা অমনি। থোক্তবা যাদদুনা থোক্লবি।

চহী মবি মঙাগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমা ঙসি ফাওবা মহাক্না কাউবা ঙমদনা লৈবি। পুন্সিগী ওইনসু যেক্তুনা লৈহৌবগদবা থৌদোকনি। থম্মোইনুংদা অশোকপা দাগফম অমগা লোযননা লৈহৌবগদবনি।

নোংমা,

ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না তূন্নগে হাযনা যমুংদা চঙলবা মতমদনি মহাক্কী মোবাইল ফোনদা মিস কোল অমা লাকখিবদো। মহাক থোইনা থৌশাকদে। তূম্নবা হোৎনৈ। নংহৌববোই মতাগুম অমুক লাকই। পাযখৎকে তৌবিঙৈদা মুৎখিবনা হাল্লি। নম্বরদু খঙনীংদুনা যেংই। অখঙবা নম্বর ওইবমদে। মুৎথৎতুনা থমগে খল্লিঙৈদা অমুক লাকই। তোযনা লাকপদুদদি মহাক্না ওক্তুনা যেংই। খুল্লক্তে। মহাক শাউনীংদুনা মুৎথৎলগা থম্মী। ঙাইহাক অসুম্না থম্লুবগা কবি খল্লুববনো খঙদে মহাক্না অমুক তৌকই। হন্দকমুক্তি মহাক্কী পাউখুম লাকখি। নুপীগী খোঞ্জেলনি।

"হল্লো! কনা ওইববনো?"

ব্রাহং অদু তাকুবদগী হান্নদগী শাউনীংদুনা নৈবম্বা বোবো তিং লাউই। শাউনীংবনা হেন-- খেবনা ফাথবা নংহৌদনা হাযদোকখি,

'হৌজিক্তা ফোন অনীবক অহুম্নক তৌবক্কম্নগা কনানোগা হংলক্লিদি কবিগীনো? মতুং মনাও অদুম্না তৌবক্কনু। ঐ অদুগুম্বা মী নত্তে।"

"ও ও, অদুগী ওইবে?"

"কৈনো অদুগী ওইবেকা হাযদি?"

"অদুই ওইববদি সুমদৌবনি।"

মবাল যাজবগুম্বা মানবা ব্রাহৈদু তাকুবদগী ফোন মুৎথৎকে তৌবম্বা বোবো মুৎথৎপা ঙমদবে। কবি মখা তাবকপগে হাযদুনা ঙাইহাক ঙাইবি। যাম্না থুনা মখা তাবকই,

"ফোনসি অঙাংশিংনা পাযবম্বা তাবে। ঐগী কাদা তাচৌগী মচাশিং খবা লৈবম্বনি। ঐদি হৌজিক চঙজবকপদা মঙার্যবি। মখোযনা গেম শান্নবিনিকা হাযদুনা হেক হেক শান্নবনি।"

"ফবে অদুদি থম্লগে। শাউবা যাদে।" বোবোনা হাইবপ খল্লগা খুর্ম্মী।

"কবিগীনো নুপানবো অদুক যাম্না শাউগল্লিবো? ইনম্মকা খাঙবা ঙম্লমগদবা মান্দে। ইনম্মা লৈবিবব নৎত্রো?"

বোবো খুমদে, তুমিন লৈ। ইকাযবব্রা কৈনো? ফোনদসু কবি কবিনো খবা ঙাঙবগুমসু তৌবি। হৈখ্রেদা নুপীগী লাইব্রা। হৌজিক্তা মৈ হৌগুম শাউবম্বা বোবোগী মৈচাক্তো তপ্পা তপ্পা ঈংথবকপ গুম তৌবি। মহাক্না শাউর্কাববদু চুমলিব্রা লাল্লিব্রা ঙাইহাক খন্থবা মাল্লি। নুপীদুনা হার্যাববা ব্রাদু চুম্লম্বসু যাই, লাল্লম্বসু যাই। বোবোবু মদু যৌনা খর্ত্থিখববা? নোকফেৎ তৌবকই।

"ঐ খবা শাউত্রমাল্লে, লান্না লৌনুকো।"

"শাউদেদা, কৈদৌ শাউদোইনো? শোযখিবা হাযবসিদি অসি ঙাক্তনি।"

"ফবে ফবে, অদুদি থম্লগেকো।"

"কৈনো অমতা হংজহৌখিগে।"

"কবি ওইববনো?"

"তামোগী মিংবু কবি কৌগে? সুম খঙজনীং তৌনি।"

"বোবো কৌই। অদো নঙগীদি?"

বোবোদু থোইনা খঙনীংদুনা হংনীংদুনা হংলুবদি মান্দে। নুপীদুনা মাগী মিং হংলকপদুদা মাসু মচীন্দা পুবা চীনফা ওইনা অদুক হংলুবা মাল্লি। মী অমনা ঐগী মিং হংলক্লবদি ঐসু মীদুগী মিং হেক্তা হংনীংই। হংলুববনিনা নুপীদুসু খুমদবা যাদবনিনা পাউখুম পীবকই,

"অঈংবী কৌজে তামো। বিসেনপুবদগীনি।"

"মিংসি যাম্না ফজে। তশেংনা ঈংলমগদবা মাল্লি। শক্তা যাম্না ফজবমদৌবা মাল্লি।"

"শকপুদি ফজবা নত্তেদা। ইমাগা পাবুংগনা থোনবিবা মিংনি। মীগী মমাঙদা যাম্না ইকাযজৈ।"

"ইমাগা পাবুংগনা থোনবিবা মিংসি চানব্রা হাযব্রা অমুক্তংদি যেংনীংখ্রেদা। খোঞ্জেলবুদি ঈংলবা। শকসু অমুক্তং ঈংব্রা যেংজনীংবা।" কদাযদগী হাযদোকখিবনো খঙদে। মাইবীনা লাই তোংবগুম বোবোগী মচীনদসু লাই তোংখি।

"যাবুদি যাই। ঐসু যাম্না শাউগনবা নুপা থোকপা নুপা অমতা ফাসিবা খনজবকপা কুইববনি। অদুদা ইনম্মগা অমুক খৎনবদি ঐদি ঙমজবোইকো।"

"হে ননম্মা লৈতবি। লৈবগবু ঐনা হাযবকখিদবো?" বোবোসু হন্দকমুক্তি ফজনা নোকখি। অসোমদা ফোন পাযবিবী শকহেনবী কনাগী থম্মোইদা পাল্লমগদবা মাল্লি। সোমদাদি কনাসু লৈতে। অদুবু, পুক্লিংগী মমি মাযথোঙদা তাবকপসিদি কনানা থিংলুবা ঙমগনি।

"লৈবম্লগসু লাইবক যেংবা হাযদু তাবেদনা, শিবগা শি।"

শক্তা শক্তা উনদ্রবসু অসুম্না অমনা অমগী মমিং মথা লৈফম চাযম লোইনা খঙদোক্ল খ্রে। মাগী মাগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লদুনা অহিং খবা চৎখ্রে। বোবোগী থম্মোইদা অঈংবীবু উনীংবগী ঈথৌলাংবা অসি মিটব চামগী লমজেলগুম খোঞ্জেন যাঙবা অসুম হেনগৎলক্লি। ফাথবা ঙমহৌদবা পুক্লিংগী ইহুল অমদগী অঈংবীদা শক খঙননবা মতম অমা নিকবে। নিকববনিনা পীফম থোকপা অঈংবীসু পীবক্লে।

লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিৎ অসি ঙাইবগী অব্রাবা মঙদা ফাওবা যৌবক্লে। মতম হেন্দোকখ্রে খন্দুনা থব্রায় ব্রানা হোবে হোবে হোৎনকববগা মঙ ওইবম্বা নুমিৎ যাওবক্লে। লেপ্তুনা চৎপা মতমগী খোঙচৎনিনা নোংমগী মতুংদা নোংমা হৌখি। হাযনবা নুমিৎকী

অযুক্লা বোবোগী থোঙজিন্দা মোমোন নোক্লা লেপ্লবে। বোবো ইঙাও ঙাওবে। অঙ্গংবী উনবগা কবি হাযবা, কবি খুম্বা অসিনচিংবা কযা খনবা হোৎনবিঙৈদা ঙবাং অচিংসু হৌখিবা খঙহৌদ্রবনি। ঙাইহাক অমুক তূম ঙাইহাক অমুক তূমদা, ব্রাখল মচেৎ মঙলান মচেৎ ওইনা হৌখিবনি।

নুমিৎ খুদিংগা ঙসিগা মান্নদে। অযুক ঙন্তানা গাডী শেংদোক খোৎতোক চামথোক খোৎতোক তৌই। মমা মপানা ঙাঙবা শকপা ফাওবা ইতা তাদবদৌনা তৌই। লাইনা চেনখ্রবা হাযদুবা খঙদে। মঙলান অমদা ইতাউ তাউদুনা লৈবগুম উই। থোইদোক্লা অব্রা শক্লোন পুবমক্তি নত্তবনিনা কনানসু থোইনা নুংশা থীনকদে। ইক নান্না লুথোক্লগা চাক্কা চাথোক্লগা জ্ঞান তাবা মান্না টিভিকা যেংদুনা লৈ। অযুক্কী পূং তবামাথোইকা তাবকপা অদুব্রাইদনি অফিং অফাই ওইনা অমুক উবক্লিবসি। কবিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম ফোন তৌই।

মযাম লৈমিন্নবম্বদগী মফি-মবোল হোংদোক্লগা নোকমি নোকমি থোকখি। মওং অমনিকো। চৎলমদাইগী মহাক্কী মাযথোঙদ উহৌবা কনাগী থম্মোইদা কবিনো খবদি শোযদনা ফাওগনি। মহাক্কী খোঙচৎ অসিদা কবিবু থোক্লগবা? মহাক্কী লাইবক্তা কবি তম্লিগবা? মহৌশা মহৌশা কনানসু কবিসু খল্লম্লোই। মহাক মশামকপু খাল্লিগদবা?

হান্না অমুক্তা উনখিবসু লৈতবি। শক খঙনখিবসু নত্তে। অঙকপানি পাখঙ লৈশাবী, হেক উনবমক্তদা মিৎকা মিৎকা থম্মোইগা থম্মোইগা পাউ ফাওদোক্লে। হান্না খঙনববগুম অমনা অমগী মাযকৈ তন্না চঙশিন্নে। হাযনখিবা মতুং ইন্না বোবোগা অঙ্গংবীগা নম্মোল কৈথেলদা থেংনবে। কবী মতৎ মতৎ শান্দুনা মখোয অনী কোযবা যাবা কোর্থমিন্নরুবে। চৎপা যাবা চৎমিন্নকবে। ন্যামদাংব্রাইবম ওইবক্লে হাযদুনা অঙ্গংবীবু বিসেনপুব তন্না অমুক খিনবিবকই। লম্বীদা বেষ্টুবেন্ট অমদা কবিনো অমতংদি চামিন্নখিসি হাযদুনা চঙমিন্নে। মুশি মুশিবা বেষ্টুবেন্টকী মৈঙাল মবক্তদা অমনা অমবু মযেক শেংনা উবা ফংনদে। কবিগুম্বদা মখুৎ অনী শোক্লখিবা খঙহৌদে। কবিগুম্বদা হকচাং অনী থেংগাযনখি। মম্বনিনা উনদবদগী থোকখিবা ওইবম্বসু যাই। ব্রাহৈ অমতদি কাঙথোক্লবকখিদে।

ঙসাই অহানবা হেক উনবা মীকুপতা অঙ্গংবীবু ফজৈ হাযবসি বোবোগী থম্মোইনা যাজখ্রবনি। মহাক্কী ওইজনীংলবসু অহানবা নুমিৎ ওইবনা হৌজিক ফাওবা থম্মোইনুংগী ব্রা পাক হেক ফোঙদোকচবা ঙমদবি। নুপা ওইববসু মফম অমদদি অসোনবা অব্রাৎপা মফম

অমদি অদুম মবৈবক্মী হাযদুনি। ঙসাইমখৈ অঙানবদা লৈবিঙৈ ঙমদ্রবসু মুশি মুশিবা মৈঙাল মবক্তুদি বোবোনা অঙ্গংবীগী হকচাংগী মফম খুদিংমক অমমমতা ওইনা মনীং তম্না যেংবা ঙম্লক্লি। যেংলুবা মফম অমদগী অমদা ইবায় লাযনা মিৎফম হেক্তা হোংদোকপা ঙমখিদে। অসুম্না মাগী মিৎযেংবু তপ্না তপ্না চিংশিল্লম্বদগী মশা পূম্নমক চিংশিনখিবা খঙহৌদে। অঙ্গংবীনা মযুমদা হনবা ঙম্লবোই হাযবে। মতাং অদু যৌববদা বোবোনা অঙ্গংবীবু কবম্না থাদোক্তুনা চৎপা ঙমগনি। মখোয অনী নুংশি পম্ব্লুং যৌবসি হাযনা লেপ্লখ্রে।

নোংঙানবদদি বোবো নুপী চেল্লে হাযদুনা লৈকাই ব্রা ব্রা লাউবে। নুপী মযুমদা হাযদোকপা চৎনবা কোয়চেন চেন্নখ্রে। ইমুং মনুং যুম্লোন কৈবোন্নবা পূমনোম হেক নোক্মী।

অযুক্কী মতম লোইশিল্লক্লে। হাযদোকপা চৎখিবা অহলশিং হল্লকপা মতম ওইবে। খৌবাংনা ঙাইনবি। কবিবু থোক্লগবা? কবিবু হাযবক্কবা? চৎখিবা অহলশিং হল্লক্লিবনা কনানা খঙবা ঙমগনি? মখোযনা হল্লক্কদবা মাযকৈ যেংদুনা ঙাইনবি। উচিন নাচিন্না হল্লক্লে। চৎখিবা মী ওইদি অহুমনি। অদুবু, হল্লক্লিবনা অনীতনি। অমদি যাওবক্রবে।

হংনকবা মতমদদি মযাম পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ, ঙাইহাক্তি ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে। অসুম্না কযাম কুইনদি লৈগনি? লৈহৌবিবা মী অদু লৌবা চৎতবদি যাদে। চৎপা মতমদা লুপা লাখ অনীদি পুদবা যাদে। মদুসু নুমিৎ অসিমক্তদা থিল্লুগদবনি। নুপী মযুমগী অকনবা যাথংনি। নপীসু নুমিৎ অসিমক্তদা থিনগদবনি। নুপী থিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা পৈশা অসি হান্না যৌহনগদবনি। পংযাম যাম্বদি নত্তে। অদুবু, কবি ঙপাইনো তৌগদবা?

বোবোনা পৈশা খবা খবা তানজবিবা ভেন অদু বনধোপ থম্বদা মতাবে। অৱাৎপা খবনা লৈকাইদগী পূথোক পূশিন খবা তৌবগা উচিন নাচিন্না শুবে। মযাম স্বব খবা তোন্দোক্লে।

কুইদে, স্বব হোন্দোকপা লোইদ্রিহৈদা মথা শাবা অমুক হৌনবে। মবমদি — নোংমা কাল্লগা মথংগী নুমিৎতা লুহোংবা তাবি। নোং হেক ঙানবগা থবক্কী থবকমক্তা ঙাযদৌবি। থবক্তমক ওইজববদি খবা ফৈ। থবক হাযবিবসি পৈশাগী মথৌনি। কদাযদগী কনাদগী কবম্না অমুক থিনকগদৌবি? হৌজিক্তা থিনকবতা মঙাযবি। অদুবু, লৈতে হাযদুনা তোকপদি যাবিববা?

নোং ঙানবগা মাগী মাগী মথৌ মথৌদা কোযচেন চেন্নে। পৈশা থিবা চৎপনা চৎপা, থবক চৎপনা চৎপনি। নুপী মযুমগী বার্তোনসু বাবো মমাঙদা থিল্লুদবা যাদবনি। নোং

ঙানবগা লুহোংবনিনা বার্তোন তৌবা অমুক নংনহৌবোইদৌবিবনি। বোবোনা লৈকাইগী মনাওশিং থোকপা নাউচা থাদুনা পৃং তবামাথোই অদুব্রাইদা বার্তোন থিনবা চৎহল্লি। কবিনুংগীনো হাযবদু যৌই বোবো। লাইবক্কীনি। কবম্না লৈথোক্কনা চেনগনি।

চাউবাকপা মফমদুদি নাউচা যৌশিল্লক্লে। বোবোসু চপ চাবা মফম খঙলগা তাল্লকপা নত্তে। বোবোনা ফোন নম্বর অমবুদি পীবকই। অদুবু, খঙদা খঙদ্রকান্দা তৌগে খল্লি। কনাদা হান্না হংসিগে খল্লিঙৈদা মাগা লাইবিক তম্মিন্নখিবা মমান্নবা অমা হেক লাকই। মহাক খকনুং নুংঙাই। অৱাবা পোৎলুম অমা খংথা থাবগুম্মী। মমান্নবদুদা অঙ্গৈংবীগী যুম হংই।

মমান্নবগী মযুম মনাক্লি। মখোয় অনী চঙমিন্নর্কসি হাযদুনা লাকমিন্নৈ। মমান্নবনা মবম হংলকই। মমান্নবগী মযুমদসু খঙবা ওইনা চঙলুসি হাযদুনা ৱাবী শা শাদুনা লাকপনি। বার্তোনগী ৱা হেক যৌবকপদা মমান্নবনা হাযবকপা ৱাদু তাবদা নাউচা খংপ্রেক খংই। (ইস। মদুগী নুপীদুদি চেল্লুবা অহুন্নক শুববা? হৌজিক হৌজিকসু অহুমশুবা নুপাদুগা লুহোংনবা মতম থানদুনা লৈববা।) হাযনকবা তৌদনা মখোয় অনী চপ চপ লোপ্পি। অঙ্গৈংবীগী কোম্মোং মযা যৌবম্লে। খোঙ থাংজিনবা পাক ঙন্নদে। মখোয় অনী ঙাইহাক যেংনদুনা লৈ। নাউচানা মমান্নবদুদা চঙলগুমসি হাযবে। পম্ববা তৌবমদবে। মহাক থুনা যাঙনা হল্লকই। মমান্নবদুনা মযুমদা ঙাইহাক্তং চঙলুখিসি হাযবা ফাওবা মহাক চঙলমদবে। মযুম হেক যৌবগা মহাক্না তাবক্লিবা ৱা পুন্নমক বোবোদা তমসিবা খল্লি। সোমদা যৌবক্লগা হৌজিক্তা অমুক বোবোনা খঙনা খঙনা তৌবা ওইবন্নদি কমদৌবা হাযনা খল্লক্লি। মহাক নৃং অনীগী মবক্তা হা ওইবা হাযবদু ওইবে। মখুৎতা পাযবিবা বার্তোনদু উবদা বোবোনা হংলকই, "কবি তৌবগে নাউচা? বার্তোন পীবমদ্রবো? থিবা খঙদ্রবো?"

নাউচানা বার্তোনদুদা অমুক যেংই বোবোদা অমুক যেংই। মশাদু ফ্রিং ফ্রিং চোংই। হাযসি কদায় হাযগুমসি কদায় ঙাইহাক অমুক উংজানদুনা লৈ। কবি হাযনবু হায়দৌবিবনো? অদুবু, পোকপদগী অসিগুম্বা থবর্কসি অমুক্তা থেংনদ্রিবা নাউচানা খাঙবা ঙম্লমদে। অচুম্বদু খঙলগা অমুক চৎলবসু চৎলগে খন্দুনা মখুৎতা পায়বিবা বার্তোনদু টেবলদা থাধবগা হাযবকই,

"নুপীদুগা তাবোগা খঙনবা কযাম কুইবগে?"

"কুইদবি, কবিগীনো?"

"নুপীদো , নুপা অহুমদা চেল্লুবে হায।"

"হা! কবিনো নাউচা নঙনা হাযবিসিবো? কনানা হাযবিনো? চুল্লব্রা হাযবা?"

"সিবু ফাগি তৌবা যাবা পোৎলো? তাবো নঙ অমুক্তং হংদোকনৌ। ইমান্নবদুনা নুপা মমিংকা লোইনা হায়বক্লবনি।"

"ঐ লোইবেদনা নাউচা। নঙগীসি চুর্মদি চুল্লেকো।"

"ঐ চপ চাবদি খঙদে। ইমান্নবদু মচানদি থীবল্লোই। ইমান্নবদুগা ঐখোয অনী মখোযগী থোঙ্গাল যৌকববনি।"

নাউচানা অঈংবীগী যুমগী মওং মতৌ ফাওবা তল্লে। হাযদোকপা চৎলুবা অহলশিংনা শানখিবা ৱাবীগা ইমান মান্নবে। বোবো তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা ঙমদে। অহল লমন পূন্নমক্তু অমদগী অনী, অনীদগী মথং মথং লোইনা তানবে। ঙকখ্রে, ঙকখ্রে, অঙকপা নুপীনি। মথং মথং হংনবা যাবা মফমদা হংনকবদা পুবল্লিবা পাউ অদু চুল্লল্লে।

অঈংবীগী মযুমদা চৎনকবদদি লুহোংবা কাযদনবা অদুম্মক শীনসি হাযবকই। লৌখিবা পৈশা হনবগী ৱাফমদুমা যাবকপা লৈতবে। ইজৎকী দাবীগী ৱাফম অমদুম থোবর্কখি। লুহোংবা তোল্লবসু পৈশাদুদি মাঙবদা তাবি। বোবো মৈ হৌনা শাউবে। বোবোনা লুহোংবা পামদবে। ইমুং-মনুং শাগেগী অহল লমনশিংনসু লুহোংবা অসি সুংপাম পামদবে। কবমদি তৌনি, লুহোংবা কাযবা তাবে।

নোংঙানবদদি লুহোংবা নুমিৎ ওইগদৌবিবনি। নুংঙাইবা মঙলান কযা এঙদুনা হৌখিবা খঙহৌদনা নোংঙানখিদৌবা অহিংগ। অদুবু খল্লুবা ৱাখল খুদিংদা মযায চবুক্তা পং পং তংলি। মাযকৈ খঙদবা অমম্মা লম্মীতনা পীক পাল্লে। অদুম ওইনমক মতমবু কনানসু খামলুবা ঙমদে। নোংঙানদবদি যাদবনিনা নুমিৎ ৩ থোবক্লে। এহাক্কী লম্বীদি হৌজিক ফাওবা মাল্লে। মপান থোক্তুনা চীন-যা শেংদোকপা, এায-ামৎ তাথোকপা ফাওবা ঙমদবে। উক উকবা মীপূম খুদিংমক্তা পংইক্তা ইকায। এমাগবা লাকপাশিং ফাওবা মপান থোক্তুনা উনবা ঙমদবে। থোঙ লোনশিন্দূনা খাঙই। থেংনা থে্নবা যুমগী মা ওইশিংনা ফনা ফনবা অদুম হোৎনখ্রে।

লুহোংবা তোল্লে। পৈশা খনা খবা তাজবম্মা তেনস্ বনবোপ থমদোকখবে। হৌজক কাব তৌগান? থোকাখবা থৌদোক খ্যাদংএক কবম্ম বাউবা ঙমগনি? থোকখ্রবদি থোকখ্রে হাযবগসু মাঙখ্রবা ইজৎ কবম্ম' হাঙলংলা ঙমগান? এহাক্কা এবাল কাবনো?

মহাকপু মবাল লৈতে হায়বা যাগদ্রনে? মসিনা মসি ওইখ্রবসু মহাক্না মপান থোকপা ইকায় হায়দুনা ইমুংদা কয়াম কুইনা লোৎতুনা লৈগনি? মহাক্না কবম্না ময়ুম থাদোবকখিবা?

ময়ুম থাদোবকখিবা অহিং অদো ঙবাং নহালতা ওইববোই নীংলি। ফন্না কুইবন্নে। চহী মঙা তকক ফাবন্নে। ইকায়খাঙবদগী কণ্ড কোৎলি হায়বদুনি। মহাক ময়ুমগী মমা-মপা মচীন মনাওশিংবু নুংশিদবা নত্তে। মখোয়নসু মাবু ময়ুমদা হল্লক্লবা ইতৎ তন্তনা হাযবিবনি। হৌজিক্তসু মমানা হাযবম্বতা মঙাযবি।

মতম শাংনা হিপ্তুনা লৈবসিসু অৱাবা অমনি। খ্বাঙ যাঙলেন নাশিল্লকই। খজিক্তং লেঙ খোৎপা পাল্লকই। মসি ফাওবদি মহাকী অশোকপসু থোইদোক্লা অনাবা ফাওদবে। ঙাইহাক্তং হৌগৎতুনা ফমুং মথক্তা মখোঙ তিংথোক্তুনা চেপখৎতুনা থম্বা মোন অমদা ঙাথদুনা ফর্ম্বনি। মতম অসিদনি, হে নীংশিংবা! নঙনা অমুক নৌহৌনা হৌখ্রবা থৌদোক্কী লৈমায ফাক্লবিবা। মহাক অঙ্গংবীবুদি কাউবা শুকঙম ঙমদে। নীংশিংলুবগা থোইনা হেন্না খোয়দৌ শাউগৎলি। চাউববা নমথাক অসিগীদমক মহাক অঙ্গংবীবু শোযদনা হাৎপা ঙমগনি। শাউনীংমনখিদুনা মখযাৎ চীক্তুনা মখুৎনা মোম্পাক মথক্তা লৈজবী থাদুনা শুই। ওইস! ওম্থোকপনি। মোম্পাক্তা থাবা খুৎতুম্না হাইজিন্দুনা মখোঙ অশোকপদা পাল্লুবি। লৌৱাই লুতোন শাৎলি। মখোঙ পাযশিন্দুনা ফেবে ফেবে হাইদুনা খাঙই। ও খোংই। কযাদা নাম্রবা চৈনানো?

শগোলশেল

২২/১০/০৯

# ইতিহাস অমনা লাক্লবদা

পাকাসনা অয়ুক্কী খবব অমা কন্না পাবি। খবব অদুগী মফম অমদা ইথা থাজদবা পাউ অমা থেংনকবা মাল্লি। থেংনকবা পাউ অদুগী মবোল অদুনি মহাক্লা হঞ্জিন হঞ্জিন ঙসাইদগী পাবিবসি। মানা অদুক নুংশা থীনা থব্বায যাওনা পাবিবদু কবি পাউনো খঙদে। কনাগুম্বা মকপ মপাং খঙনা চান্নবগী অশি অনাগী পাউকা যাওবব্রা? নংত্রগা বন্দ ব্লোকেদ নুমিৎ হুম্ফু হুম্ফুতবা মবিফু তৌনিকা য়াওবববা? তৌবগীদি বন্দ ব্লোকোদ অশি-অনাগী পাউ ফোঙদ্রবদি হৌজিক্কী খববদি কবি পাউ ফোঙগনি। হেক ফাক্তোকপগা অশি-অনাগী পাউকা যাওব্রা য়েংনবনা অয়াম্বা ওইবমগদ্রা খল্লি। অশি-অনাগী পাউনা তোযমল্লকপদগী কনাগুম্বা খবদি পাবা তন্দুনা খবব পাদবসু যাওনবক্কত্রা খল্লি। পাকাসনাসু অদু মঙায, হাৎনা শুনবগী শেঙ্গা থুমজাগী পাউসি মহাকসু কযা হৈনদ্রবনি। চাওখৎতবা জাতিগী পাউনি হায়দুনা য়াম্না শাউবনি। কবিগুম্বা মতমদা তাবিনবা যাওদ্রবসু মথন্তা থীনা চৈজবসু থেংনৈ। কবিগুম্বদনা অসিগুম্বা পাউ খবগী মবমদা থেংনা থেংনবা মীওইদা ওনশিন্দুনা ৱাবী শাবসু য়াওবিবনি। খঙদে খবব থব্রায যাওনা কযা পাগন্দবা পাকাসনা ঙসিগী পাউ

অমদি হঞ্জিন হঞ্জিন পাবি। নহালমখৈ অমুক্তা থেংনদ্রিবা পাউকা ওইবিদবা? মাগী নুপী অঙাংনকা হংবা ঙাঙবা ব্রাকা ইতা তাদবদৌনা তৌই।

খববদু অফিং অফাই ওইনা য়াম্না থুনা থুপচিল্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। পোখাফম কাদা চঙদুনা সোফা অমদা অমুক ফমদুনা স্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা খববদুদা অমুক য়েংবা হৌই। কবি তৌবে পাকাসনা? কবি যাওবে পাকাসনা? অউবা অহল-লমন মকপ-মপাশিংনা অসুম্না হংনীংগদবা মতৌনি। মখা থাবা মচা মনাওশিংনসু শোযদনা হংনীংগনি। কবি তৌবগে বাবা, কাকা, তামো অসিনচিংবা। ঙসিদি মহাক মৌনি লুপ্লিবা মীওই অমগুমখ্রে। নুংতি নুমিৎ খুদিংগী ওইববদি ঙসাইনা খোইবেল মশা পাইবগুম পাইবগদবা মতমনি।

মতম অমদা অব্রাবা শকফম পুদুনা কোযচৎ চৎলম্লবসু হৌজিক্তি পাকাসনা নুংঙাইবনা মশকক ওইববনি। নুপী ফাওবা অতোনবী অমা থিববনি। ঙসি মানা লৈবির্বসিসু নুপী অতোনবীগী নৌনা শাবা যুমদুদনি। মীগী শেল তোন্দবসিমুক নুংঙাইবা লৈত্রে হাযবসি হৌজিক্তি মহাক তশেংনা খঙলম্লদ্রা হাযনা খল্লি। মতম অমদা মীগী শেলনা খ্বাঙ কোযবদগী হেন্দোক্তুনা লেপ থুম্লে হাযদবু যৌকববনি। কোযলোৎ লোৎতুনা খাঙদে হাযবতা ঙাযকববনি। নোং হেক ঙানবগা পৈশা থৌবা লাকপা মীনা বব লাই খুকম্বা লাকপগা চপ মান্নবে হাযনকববনি লৈকাইনা। কবিগী মীগী মবল অদুক যাম্না তোল্লুবিবনো মাদি?

মবম লৈ।

চহী খবগী মমাঙদা পাকাসনা মমান্নবা অনীগা গাডী মচা অমমম খবা থুনা তোংনবা ব্রা খন্নবা হৌখি। তোলোব ফনা ফংদনসু তুঙশিনবা অমা যাওদনদি পৈশা হাযবসি লোইশিনখিবা হেক্তা খঙহৌদে। মকপ অমা তৌসি হাযদুনা ব্রাবেপ তানবে। মখোয় অহুম্না অহানবগী অহুম অদু লৌবা তাববদি থা অহুম মবিগী মনুংদা মখোয় অহুমদি গাড়ী মচা অমমমদি তোংনবনি। ব্রাফম অসিদা য়ানবদুনা মখোয অহুম্না মাগী মাগী মেম্বব খোম্বা হৌনবে।

মকপ হৌবগা মেম্বব মশীং যাম্না পুথোকপা মমান্নবা অনীদুনা অহানবা অমসুং অনীশুবদু লৌখ্রে। অহুমশুবা থাদনা পাকাসনানা ফংই। মখোয়গী মঙলান মঙাফাওনখ্রে। মখোয অহুম নুমিৎ খুদিংগী উনৈ। হবাউ অম্যাম্না তিন্নৈ। নুমিৎ খুদিংগী উনৈ হাযবদগী হেন্দোক্তুনা

নোংমদা অনীবক অহুমলক ফাওবা উনবক্লে। মখোয় অহুমগী গাডীসু মশা মশানা লৈজবনি হায়বগসু মচু ফাওবা মান্নে। থা অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অসুম্না চহী অমা হৌখি। চহী অনী হৌখি। মখোয় অহুমতা তিন্নবন্নদগী ৱাখল মান্নবা মকপকী মেম্বব খবসু মখোয়গী মবক্তা যাওববে। চুম্না সুম পূনবদি নুংঙাইবক্তে। চাক ঈশিংসু যাওবকই। চাক্কী মবক্তা স্থাবসু য়াওবকই। তোংলিবা গাডীগী শেৎলিবা ফিজেৎ চাকশেৎকী মগুণ ঙাক্লবা হোৎনবদা যুমগী মাল-চাং ফাওবা কায়বা য়াওনবমগদবা মাল্লক্লে। অদুবু, থোইনা মথি ফোংনদে। মখোযগী ৱাখলদা মখোয় পুন্সিগী মমল থিবিবা, মহাও খঙনবা হোৎনবিবা মীওই ঙাক্তেনি।

চহী অমা অনীগী মনুংদা পাকাসনাগী পুন্সি ফনা ফজনা হোংলে হায়বা য়াই। স্থাব ফজনা শান্নবে। যু ফজনা থক্লে। নোংমা নীনীদগী হেন্দোক্তুনা চযোল অমা ফাওবা মযুমদা হল্লক্তবা যাওবে। হংনকুববসু ওফিসকী থবক চৎলিবনি হায়না খুম্মী। মযুমগী নুপী অঙাংশিংগা তোযনা খৎনা চৈনবা যাওবক্লে।

মহাক্লা ঙল্লক্লিবসি! শিবা নাবফাওবা কিবক্তে হাযবা যাবক্লে। মহাক্লা যু তোযনা থকপা চঙবা মফম অমা লৈ। মফম অসি যুম অমদগী পাকথন মচা অমা তপথবগা শেম্বনি। মফম অসিদা চঙলিবসি মথস্তা নত্তে, মী অতৈসু অদুম মচঙই। অহানবদদি মহাকসু মী অতৈনা চঙবগা মান্নবা চঙলম্বনি। হৌজিক্তি মী অতৈগী খুৎচঙগা মাগী খুৎচঙগা খেন্নবে। মহাক্লা চঙবদি মী অতৈনা চৎনখ্রবা মতুং দুকান থোঙ লোল্লবা মতুংদা ওইনা চঙলক্লে।

মহাক অঙাওবগা পাংথক ওইবক্লে। ম[illegible] পুবা মফমদা মহাক চৎপা হৌবক্লে। মহাক কবিগীদি খঙলম্লোই। পোথাফম 'থিব' ওইবম্বসু যাই। অদুবু, মহাক মথোঙ অমদি ইচা চাশিল্লক্তবে।

নোংমসু মী অতৈ চৎনখ্রবা মতুং মহাক মথস্তা কবি খন্দুনা মফমদুদা চঙলিবনো খঙদে। ওফিসতগী নিংঙাই শংদানবা যাওখিব্রা? নৎত্রগা, মযুমদগী খৎনা চৈনদুনা থোক্লকখিব্রা খঙদে। অসুম ফন্নম্বদগী মথস্তা পংথক্তা থকচিনবদগী তুথোকখি। লাযনা অমনা জ্ঞান মাঙদুনা তুবা নত্তে। যু যোল্লিবী নুপী অদুনা ফজনা খঙই। যুগী নিশানা মহাক তুখিবনি। তুজববসু মবোল মবী ফাইনা ৱা অদুম ঙাঙবা ঙন্নি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি নুপীদুদদি তোয়না থোকপা থৌদোক্লি। অহানবদা খবা পাখৎলল্লবসু হৌজিক্তি থোইদোক্লা খন্দবে। মসিগী মথক্তা পাকাসনাগা মাগা খঙনবা ঙসি ঙবাংতা নত্তে। ঙাইহাক পোথাবগা ফজখিনি খন্দুনা ডোক্তবোমদদি পুকদবে। ঙাইহাক্তং পোথানবা হাযদুনা চিংবোই

থাংবোই তৌদুনা ফমুং অমদা হিপহনখি। ঙাইহাক ওইবে। জ্ঞান লাক্তে। দুকান থোঙ লোপ্লবনি। চাক-ঈশিং তোক্লববনি। মৌনহা অদুনা ফনা কন্নদি হৌদোকচবনি। অদুবু, মহাক হৌগৎপা কৌবা মবৈখিদবে।

থেঙজিল্লক্লবা অহিংগী মতমদদি কবিবু থোক্লিগবা? কবিবু থোকপা হৌনবগে? মফম অদু মৌ নহা অদুগা মচানুপী পিশক অমতগা লৈজবনি। মখুবা মতোনশিং লৈববসু য়ুম তোঙান তোঙান লৈনবনি। মখোয়সু মহৌশা মহৌশানি। মানা মানা থোকপা অদুম পংলৈ লৈনবনি। মমা লৈবক্মী। নুপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমাগী মনাক্তা লাক্লুনা লৈববনি। লাইবক থীবদগী মমাসু লাযনা অমনা ইকুই কুইদনা লৈখিদবে। অহানবদদি মমানা মথন্তা হিংনবা হোৎনজবদা খবা খবা যোঞ্জবম্বনি। মখোয অহুম শুববা মতমদদি খবা চাউখৎতবা যাদদুনা চাউখৎখি। মসিসু লাযনা পৈশা তানবা যাবা উপাইশিংগী মনুংদা অমনি। মমা লৈবিঙৈদগী হৈহৌববা শিনফম অসি হৌজিক্তি মহাক্লা চৎথহৌবনি। ফনা তোক্লগে খল্লবসু উপাই ইবৈ লৈতবনা মীনোক মৈশা অদুম মখাঙবা তাবি। থেঙজিল্লক্লবনিনা যুমলোন কৈবোন্নবশিংসু লোইনা তুম্না হিপ্লখ্রে।

অহিং মমৈ ওইবক্লবদা নিশাগী মযায় চন্নক্লে। পাকাসনা জ্ঞান খবা খবা লাকই। ফম্মাঙদা কনানো অমা হিপলি। তপ্পা যেংবা হৌই। খঙলে। মহাক্লা লৈবিবদু মযুম নত্তে। হিপলিবদু নুপীনি। পাকাসনাগী মিৎতা উবিবসিনা কবি?

হে সমুদ্রগী ঈথক
নঙগী ইপোমবু অসুম্না হৌব্রনে'
হে ঈমায চোল্লবী গঙ্গা
নঙগী ঈচেলবু অসুম্না লূব্রা'?
অচীকপা অহিংগী হে থাজ
নঙগী মাযথোঙবু অসি যৌনা ঈংব্রা?

ঙাইহাক মঙলাক্লকববা তুংদা ব্রাখলগী অনৌবা যেন্নিং অমা লাকখি। মুশি মুশিবা মৈঙাল অদু নত্তনা কা অদুদা মহাকপু থিংবিনবা কনাসু লৈতে। অকি অখং লৈত্রবা সংসাব পূম্নমক মহাক্কী ওইখ্রে। শম্বল লৈতবা ইংখোলদা যন চঙবা হৌনশা ওইবমাক্লে।

পাকাসনা মাগী মকপ মপাংশিংদগী খবা খবা নাথৈবা হৌবক্লে। মখোয়গী মবক্তা মহাক তোযনা য়াওবদ্রে। মহাক্কী হোংলক্লিবা লমচৎকী মবমদা মমান্নবশিংনসু খঙবা

হৌবে। মহাক্কী হোংলক্লিবা লমচৎকী অফা ফত্তগী মবমদা তত্তনা হায়। মহাক্কা তাবা কৌবা লৈতে। মী অমনা মী অমদা কয়াম তোয়না কবিবু হায়বা ঙমগনি। মযাম্না তৌদনবা ফনা হায়ববসু মহাক্লদি নুপী অদুবু থাদোকপা ঙমখিদ্রে। মযুমদা নোংমা হল্লক্লবসু নোংমদি হেক্তা মাঙখি। দুকান হায়গদ্রা নৎত্রগা যুম হাযগদ্রা মফম অদুদগী ওফিস অকা অকুম তোয়শিল্লক্লে।

মবকসিদা মখোয়না হৌবা মকুপ অদু লোইগদবা মী তবেৎতা ঙাযববা মতমদা কায়বে। মতৌ কবম্না কনানা কবি তৌখিবদগী কায়বিবনো হায়বা ফাওবা মহাক খঙদে মহাক্কী পীগদবা মেম্বব মশীং অহুমদি ব্রাৎহৌবি। মসিমদি মহাক খঙই। অহুমখক্তনি হাযবগী ব্রানি, পূন্না পাশিল্লুববদি লুপা লাখ তকক তবেৎতি শুবমগনি। তলব লুপা লিশিং তবেৎ নিপালখক চাবা মঙোন্দদি অচৌবা শেনফম অমনি। খঞ্জিল্লুবদা মহাক মমিৎ মনা তগুন পাইবা হৌই। নিয়মগী মতুং ইন্না মেম্ববশিংগী পৈশাদুদি পীদবা যাদে। মমান্নবশিংগা তানক্লবদসু তানবা থোক্তবে। মকুপ কাযবে তাবদগী পৈশা থৌবা লাক্লবা হৌবে। কবি উপাই তৌবা তাই। গাডী যোনবা তাবে। লৌ কাযথোকপা তাবে। মদুনসু কোন্নদে। লৈনবিবা ইংখোল বনধোপ থম্বা তাবি। পূম্নমকসিবু তৌহৈব্রনে? তৌহৈবা তৌহৈদবা তৌদর্বদি ইয়ামক মযাদ্রে। নৎত্রগদি মীনা ফুখিবা তাবি। থবক তৎপা তাবি। ইজৎ ঙাক্তবসু যাদে। ওৎলৈ পালৈ ফনা তৌদুনা যেংর্বনি। অদুবু, মযাদ্রে। মফম কদাযদা চেন্দুনা লোৎকনি। শেল্লেপতগী শেন্দোই শেন্দোইদগী শেল্লেপ মীগী পৈশানা লেপ থুমখিবনি।

ঙাওবমখৈ ঙাওক্লববসু জ্ঞান লাকপা মতমদদি খন্দবা যাবক্তে। মীগী পৈশা মতৌ কবম্না শিংগনি? কবি উপাই তৌনি। লম্বীদা চৎলে খল্লি। ওফিসতা লৈবে খল্লি। মযুমদা লৈবে খল্লি। মৌনহা অদুগী মনাক্তা লৈবে তোকপা যাদবা মাগী ব্রাখলনি। খনবমখৈ খল্লবা মতুংদা ব্রাফম অমখক নীংশিংলক্লে। নেংমা নুমিদাংব্রাইবম অমা ওফিসতগী হল্লকপদা মখাবোমগী ইনাও যাইফবনা ইথা থাজদনা লাযনা পৈশা তান্নবা উপাই অমা হাযবম্বনি। মানবুদি অদুগুম্বা মওংদা পৈশা তানবদি তৌগুমসি হাযদুনা ইযা যাখিদবনি। মখোয অনী নিংঙাই শংদানবমক নৎত্রবসু খোনদি খবা কন্নব্রববা? যাইফবদু খবা মুক্লপ্না শাউবপ্না চৎখিবা মাল্লি।

মতম খবা লৈবগা সেটলমেন্টতা কেশিয়াব ওইবা পাকাসনা ফাম্রে। লৈবাক পূংজাও থীল্লে। লুপা লাখ য়াঙখৈগী ডিমান্দনি। লৈকাইগী ক্লব, মৈবা পাযবী থবক চিল্লে।

জে এ সি শেন্নে। বগু, ব্রোকেদনচিংবা মথং মথং চৎথবে। মবকসিদা কনা কনাগুম্বনা অসুম্না ঙাঙনবসু মযাওই—"পাকাসনাদু মহা খদ্রক্কী মীনি। মফম অমদা নুপী অমা থিবগা তুমিন লৈবম্বসু যাবিবনি।"

মহাক্না মী হাৎলুবা, আইন্না যাদবা থবক তৌকই হাযবা মীয়াম্না খঙলু উকবমক্তি নত্তবনিনা লৈবাক ঈবাং ফজনা হৌখি। নোংমগী শুজ-নোমজদুনা হিংজবা মীওই কযাগী পুন্সিদা অন্নাবা চৈথেং ফজনা নংহনখি। নুমিৎ নিফুমঙানিগী তুংদা পাকাসনা তেক্তা কাযদনা থাদোবকখি।

টিভিগী পাউ তাবিঙৈদা পাউ অদুগা মবী লৈনবা ভিডিও বেকোর্ডিং মতেক মতেক থাদোক্লুনা উহনবা অসিসু তশেংনা নুংঙাই। পাকাসনা ফাকবগী থাদোবকপা নুমিৎকী নুমিদাংগী পাউদসু মহাক্না পাউমীশিংদা তন্নকপা পাউগী শন্নপ্পা বেকোর্ডিং অমা থাদোকখি। বেকোর্ডিং মতেক অদুদা মহাক্না অসুম্না হায—"অহানবা নুমিৎ অদুমদি অযুকসু নুমিদাংসু চাবা হেন্লে। ঐবু মিৎ খুমজিল্লগা পুবনা মফম কদাযদা পুবিবনো হায়বা খঙদে। ঈচিক চীকপা মীচিক মীবাওখোল তাবক্তবদা অথাপ্পা মফম অমা যৌবে হাযবা খঙখি। গাডী খাল্লগা অঙম্বা কাখৎপা হৌখি। মওং মতৌদুনা চীংনি হাযবসিমসু শোযদ্রে। লোংঙাল্লগা চাক পীজৈ। চাক চাবা মতমখক্তদা মিৎ হাংদোকই। চেল্লবদি হাৎকনি হাযদুনা কিহল্লি। ব্রাহৈ অমা অনী হাযকুবগী চৈনা কল্লকখি। মখোযগী মশাদা মিনুংশিগী ব্রাফম মচেৎ অমতা যাওদে। ঐ হিংনা হল্লক্কনি হাযবা থাজকদে। মীযাম্না কল্লা হোৎনবিবদগী ঐ যুমদা অমুক হনজবকপা ফংবনি। মীযামগী শিংঙল্লবোইদবা লমন অমদি পুন্সি অসিদা তোনশিঞ্জববনি। মফম অমদগী অমদা হোং হোংদুনা চৎপদা নুমিৎ কুন্থ্রানিমুক শুবা অদুনাইদদি ঐখোযনা লৈবিবা মফমদু গুব্রাহাটিনি হাযবকখি। চপ চাবদি খঙদে। যাম্না নিলখোংবদুনা ওইবমগদবসু মাল্লি। অসুম্না নুমিৎ শাংনা লৈবকপসিদা যুমগী খনবদা পুক্লিং হকচাং পাঙ্গল খংশোন শোম্থখিবোই নীংই। হকচাং নুংঙাইবক্তবা হৌবকখি।"

মহাক্না টিভিগী খুৎথাংদা মীযামদা তম্লিবা পাউ অদু কযা য়াম্না চুম্বা ওইবিদগে? মাগী মতুংদা মেডিয়ানা ইন্নদুনা লৌবা পাউ ওইবল্লগদি শোযদনা অচুম্বা পাউনি হায়বম্বা যাই। অদুবু, মহাক্না পীখিবা তমখিবা পাউ অদুদা চিংনবা থাজদবা মীওই কয়াবু য়াওবমগদগে? মপাউ অদু তাবদা থম্মোই শোক্না নুংঙাইনদবা কযা য়াওখিদবসু নত্তে। অদুবু, মহাক্তি অহাওবদা চাদুনা নুংঙাইনা লৈবম্বসু কনানা খঙবা।

মসিগী মতুংদা লৈকাইনা খঙবদা মহাক মপান থোকপা কিবে। মী মশক খঙদবা লাকপদা যাবিমখৈ যুমগী নুপী অঙাংশিংনা হান্না উনবে। ওফিসতগী থা অমা ছুটি লৌবগা মপান্দা মশা লায়েংবা চৎলুই। হল্লক্লগা ওফিস কাবে। নুপী অহনসু অতোনবী থিবকপগী ইশৌ লাংলম্বদু তোকখ্রে। পৈশা থৌবা লাক্লম্বা মযামদুসু লাকপা উখিদবে। চহী অহুম মবি হৌখ্রে। মহাক মশামকপু অসুম্না নুংঙাইনা হিংবা ঙম্লক্কনি থাজবমগদ্রা?

অদুবু, লুবিবদি!

ঙসি অযুক্কী খববগী পাউ অদুনি। ঙসাইমখৈ খঙদ্রবসু হৌজিক্তি খঙলে। ইনাও যাইফবগা মহাক্কা পূন্না চৎমিন্নকবা নুপামচাদুনি ঙসি পুলিসনা ফাবে হাযদুনা ফোটোগা কোন্ননা খববদা যাওবক্লিবসি। মীযামদগী নমথাক তৌদুনা শেন লৌবা মুনবগী থবক তৌবা গেং খুৎপু অমগী মীওই অমা ফাবে। মখা তানা ব্রাহং পাউহংবদা মীওই খবসু হাযদোবক্রে হাযবি। পাকাসনা অঙাং অদু মশক ফজনা খঙই। অশেংবদি যাইফবগা নুপামচাদুগনা শিল-লাং তৌদুনা পাকাসনানা ইম্ফাল মনুংদা কোইলোৎ লোৎতুনা নুমিৎ নিফুমঙানিমুক্তু লৈখি। মখোয অহুম্না চানীংবা চাদুনা থক্লীংবা থক্তুনা নুংঙাইনা লেনখিবনি। ঙবাং ফাবক্লিবা নুপামচাদু মুম্বাইগী হোটেল অমদগী ফাবকপনি। মুম্বাইদা মহাক্কী ফ্রেট মচা অমা লৈবল্লেসু হাযবি।

ইমুং মনুং কনাদসু হাযদোক্তে। পাকাসনা ফম্মী ফমফম খঙলক্তে। চৎলে চৎফম খঙলক্রে। পাবম্বা খবব টেবল মথক্তা চাইনা তাবি। মহাক থোঙ্গাললোমদা গাডী মখোল অমা, অহৌবা মখোল (খোঞ্জেল) অমত্তা তাবা যাবক্তবে। অঙাওবগা চপ মান্নবক্রে। খুনীং কাঙ কাঙদুনা যেংবা হৌবক্রে। ফোংনা যেংবা ঙম্লক্তদুনা থোঙজিন মকম থোঙনাও মকমদগী যেংবা হৌবক্রে। মখুৎনা মমাযদা মশিং খঙদবমখৈ নাল্লি। অদুবু অযুক্তা শৌবা হুমাংদো মহাক তৈথোকপদি শংলক্তবে।

থাংজ

০৫/১২/০৯

# ঈশ্বরনা সাক্ষী

অযুক অঙনবসিদা সোভা মকোই কোক্লিববা ফোযবিববা কবিনো অমা কন্না তৌবি। কবি লমদা কবি থবক চংকে খল্লিবনো খঙদে। ঙসিদি খবা নান্না চংকে খনবা মাল্লি। মাগী নাকলদা ফল্লগা মচানুপীনা ঙসাইদগী পোবোক শোনবদৌনা শৌবিবদু তাদে। মপাদা মানা বোয় অমা অনীদা লৈবিয়ু হায়বিবসি নুমিৎ নীনী হুমনিদি শূবন্ননি। মপানা থৌ-ব্রা ইশা শাদে। নোংমনা অমা হায় নোংমনা অমা খুম তৌদুনা অদুম মবৈ। সোভাসু মচানুপীগী বোয়দু লৈবোয় খন্না লৈদবদি ওইবল্লোই। নোংমা নীনীদি য়াবি খন্দুনা মাসু লৈদবা ওইবন্না য়াই। তৌবগীদি মহ্যকসি কাউজল খবদি থীগল্লি। মসিগীদমক মচানুপীনা খবা মাঙজৌননা হায়বিবনি হাযনা খল্লম্বসু য়াই। মাগী নুপীনা ফাওবা মঙোন্দা চৈবা হায়গদ্রা ঙাওবা হায়গদ্রা অমুক্তোইবা লোইববনি। মদুসু মহাক থোইনা চীন্দা পাউদানগে খনবা মান্দে। ঙাঙলিবদু মঙোন্দা নত্তগুম্মী, তুমিন্না অদুম মবৈথোকখি। নোংফাদোক্তি হযেং শোযদনা তৌবগে হায়দনা খুন্নকপসু ময়াওই। হৌজিক ফাওবগীদি মসিনা লোইবে হাযবা তাই। মঙোন্দা থোইনা অহোংবা লাকপা উদবি। মাগী নুপীবু ফুগে খল্লবদি ফনা য়াম্ন

দি ফুবা য়াববনি। নৎত্রগা, মাগী নুপীনা যাদু মন্ত্রনকা ফাগ্রববা খঙদে। মসিমদি ঐ তশেংনা খঙদে। তৌবগীবুদি মহাক মচাবুসু কযা ফুদে। নোংমতসু ফুদে হায়বা য়াইদা। মচানা নিংঙাই তৌদা তৌশিল্লক্নবসু থেম্বতনি মানা তৌবিবসি।

ঙসিগীদি নিংঙাইমকসু নত্তবনিনা মহাক মচানুপীবু থেম্বসু তৌদে, পাউখুম পীবসু তৌদে। কনাগুম্বা অমা ওইববদি ঙসাইনা কবি গুম্বা অমদি হাযবক্লগদ্রা খল্লি। চুন্না সুম ঙাঙলম্বদগী হেন্দোক্লুনা মপাবু উতোং অহোবা, কাপথোকখ্রবা নাউবি মক ফাওবা য়ৌদ্রে। কনানবু ঙাঙবা তাবদগী ঙাঙলিবনো খঙদে। কনাগুম্বা অমনা ইনশিনবা মান্না ঙাঙই। মচানা ফনা ঙাঙজববসু মহাক হৌজিক ফাওবা হান্নগী হান্নগুম তাদ্রিবগুম অদুম উই। হুম হুম হাযনা ইশৈদুম ঙংথোবকই। চহী তরুক তবেৎতা ঙাযজববসু মাগী মচানুপীদু মতা অমা ওইনা শিংবগুমদি উই। মাসু হন্দে। মখা তানা কবি কবিনো খবসু ঙাঙলি।

নুপীনা মপৃং ফানা ঙমখ্রবা নুপাসু লৈবন্দ্রা যাই। অদু ওইববদি খঙদ্রে, নৎত্রবদি, নুপীনা নুপাদা ৱা অমা হাযবা হাযবসি মফম মতম খবদি যেংবা মাল্লি। মচানুপীগী মতৌদা ঙসাইদগী ইমুংদা নোক্লীংবা খাঙলিবা সোভাগী নুপীসু ৱা অমা অনী হাযহৌনীংদুনা থোবকই। নোকমি নোকমি তৌদুনা মচাবু মকোক্তা নাম্থবিবগা মাগী নুপাদা যেংলগা হাযবকই,

"বাবাদা হাযকবনু, মমা লৈবিবগে হাযবগা। কৈদৌনা বাবাদা অমুক হাযকবিবনো? বাবাগী তুম্বাদ পুন্নবনি।"

"হা কবি হায়বা?"

সোভা খংপ্রেক খংই। মখুৎতগী মিংশেল মচাদু খংথম থম্মী। অতৈ ৱাহৈ অমা হায়বা ওইবল্লগদি মহাক হৌজিক ফাওবা থৌওইনা তাবমদবসু যাবি। ৱাহৈ অদু মহাক্কী নুপীনা মতৌ কবম্না হাযবক্লিবা? নহালমখৈ অমুক্তা হাযবক্লিবা ৱাহৈনি। খঙলগা হাযবক্লিববা? খঙদনা হাযবক্লিববা? ৱাহৈ অসিদা মহাক্লা খংবগী মবম, ৱাহৈ অসি পল্লকপদা মহাক্লা তাবমদবদগী তাবকপগী মবম লৈ।

নোংমা!

ধোনোনা সোভা নঙগী তুম্বা অপুম্বদুদা থুগাইবগা লোইবে হাযদুনা ৱাখোক অমা পায়দুনা তান্নবকপনি। মহাক ধোনোগা থৌওইনা ওনশিন্নদুনা খৎনক্নবসু তৌবমদে। মযুম য়ৌনবা অদুম চেল্লকই। ধোনোসু লৈহৌদে, সোভাগী মযুম যৌনবা তান্নবকই। সোভাদি

ইমুং যৌনবা চেনশিনখ্রে। ধোনোবু মীয়াম্না কোয়থৎ থৎতুনা খাম্মী। সোভাদি ইমুংদা খুৎলাই থিবিববা? শাউব্রক্লবদি মীনা ইবায় লায়নকা লাকচবা য়াবা মীদি নত্তে। নৎত্রগা মানা লাল্লুদুনা লোৎলিত্রা খঙদে। মহাক অদুম থোবক্তবে। নুমিৎ অদুদগীনি মহাক্না ধোনোবু উবা ইযা যাখিদ্রিবসি। খুউ হেক্তা শেল্লি। ফুন্ননবগীবা, নৎত্রগা চেন্ননবগীবা ফীভম অমদি ইশেমদা শেমদুনা অদুম লৈবা মাল্লি। ধোনোনদি ইথৌ থৌশাবা মান্দে। নুমিৎতুদগী কবিসু কবিসু অমতা হায়বকপা লৈখিদবে।

নুমিৎতুগী রাবীদু অসুম্না থোকখিবনি।

লৌ কন্না লোক্লবা মতমান। সোভাদু মতমদুদা যুমথংনবগী ত্রেক্তব অমা থৌবি। ত্রেক্তবদু ধোনোগী লৌ যৈবা নুমিৎতা ফৌ খবা চিংবিনবা হাযবকপসি থামুক্কী মমাঙদগীনি। হেক থেংনবা খুদিংগী অদুম নীংশিংই হাযবা যাই। মসিদগী হেন্দোক্কুনা থাউ হাপ্পু হাযদুনা বোযনা (এদভান্স) ফাওবা পীগ্রবনি। লৌ যৈগদবা নুমিৎতুসু অযুক ঙস্তা লাক্কুনা নীংশিংজবল্লবনি। শোযববোই হায়দুনা লৈহৌববনি।

চাক চাগে তৌবিঙৈদা মাগী মরুপ তোঙ্গাউ পবপ পবপ চঙলকই, মাগী মরুপনা লাকপা মতৌদু উবদা সোভানা কৌই,

"কৈদৌবে ভায়?"

"ভায খুৎলং অনী হাযদোবক্লে। নঙবু থবক লৈববো?" তোঙ্গাউনা উপাই অমা পান্নগী মওংদা হংলকই।

"হৌজিক্কীবুদি লৈতে। হোবেন পূং অহুমকা অদুরাইদদি তাদা ধোনোগী ফৌ চিংগদবদি লৈ।" সোভানা ইতিং তিংনা খুমদোকখি।

"এ, অদু ওইবদি যাম্না ফবে। হোবেল মতমদু যৌবগা নঙ অদুম চৎখো। ঐসু যাওবোই হাযদুনা তৌবম্বনি। ঐখোয় অনী যাওববদি যাবনি। চাক চাদ্রিবা নৎত্রা? ঐখোযদা চাকবসি লাকও।"

কোযবা চৎলে কবিগুম্বদা চৎমিন্নবা, কবিগুম্বদা চাক খুৎলং তৌমিন্নবা মরুপ অনী অসুম্না চৎমিন্নখি। পাখঙ ঙাক্তগা ওইনবিবনা মাগী ঐগী তুকা থোইনা থিনদবি। হাযনীংবা রা হাযদোক্লবদা থোইনসু হঙ্গোইনদে। অমনা অমগী রা ইখঙ খঙনবি। মতম অদু সোভানা মযুম পানগদবা চহী অহুম মরি রাৎলিঙৈগী রানি।

লৌ অদু অসুম যৈবকপদা পূং অনী অহুম তাবা অদুরাই ফাওবদা তংখাই

হেনজিল্লকপদদুম ঙায়বমখিনি। পূং তাশিল্লকপদুদা সোভাদু লৈবা যাবক্তবা মাল্লি। ফনা কাউগনবা মীনি, অদুবু, নুমিৎতুমদি মহাক কাউদে। ধোনোগী মিহুল খঙবনবা কবিনো? মচীন্দা মুকম মুকম শোল্লি। অদুবু, কবিগীনো খঙদে মাগী মকুপনা হায়বফাওবদা মখোঙ থাংদোকপা ইঙম ঙমদে। তৌবগীবুদি ব্রাৎলিবা থবকশিং অদু উবদগী ওইবম্বসু যাই।

মিনিট মঙা তবা হেনখিবদগী পূংখায় যৌখি। পূংখাযদগী পূং যৌখি। থবক লোইদ্রবসু মাগী মকুপনা মাবু চৎলো হায়দুনা তাল্লক্লে। মাসু চৎনীংদুনা লৈবম্লবনি। হোবে হোবে কাখৎলকই। সাইকলদু মযুম যৌনবা থৌবকপদা লম্বীদা নুংশিৎ তাথোকখ্রে। সাইকল থৌবা যাদ্রে। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হাযবদু চপ চানা হেক থোকই।

সাইকল ফোৎফমসু লৈতে। সাইকল ইন্না ইন্না চেনচৎ চৎলি। চৎনা চৎনা ধোনোনা ঙসাই অযুক ফাওবদা হেক থেংনবা খুদিংগী ঙাঙলম্বা মযামদু মথং মথং নীংশিংলক্লি। "ঐদি থেঙবা হৈনদে। ঐগীদি ঙন্তানা লোইগদবনি। মীগীনা খুৎলং তবামাথোই নীথোই কুম্বদা ঐগীদি তবামঙা কুমগদবনি। নঙগী থৌ-ব্রা শাদবীদু তৌনুকো। মীঙোন্দা হাযগদবসু নঙ লৈ হায়দুনা হাযদ্রবনি। নঙনা ঙল্লোই হাযবগাসু খবা মাঙজৌননা হাযদোবকউকো। নহালমুকসু থেঙনা হেক লাকই নঙনা তৌবিবা। অদুম্না তৌববদি হন্দকমুক্তি ঐবু ফত্তে হাযনুকো। ঙসিদি পূং অহুম অদুব্রাইদা শোযদনা লাকউকো।" সোভাগী খোঙথাংদু কনখৎলকই। অদুবু, মঙম ইশান শান্দবগুম তৌই। খোঙথাং কনকৎপগীবা নৎত্রগা, মিহুল চোংবা মশীং হেনগৎপগীবা হুমাং তাবসু হেনগৎলকই। লম্বীসু শাংবা হেনগৎলকই।

মযুম যৌবকপদদি পূং তরুক্তি তাবম্লদ্রা খল্লি। নিংথম থাগী মতমদদি পূং তরুক হাযবসি নুমিৎ ফজনা তাখ্রে হাযবা যাবে। ধোনো লাক্লম্মী, শাউদুনা চৎখ্রে তাবদগী ইমুংদকা চঙলমদনা সাইকল শুমাঙদা থাধবম্লগা গাডী লৌথোকপা চেনখ্রে। গাডীদি লৈবমদ্রে। ধোনোনা ড্রাইভর অমা পুবক্তুনা পুখ্রে হাযবে। গাডী মপুনা চৈসু চৈবিবে। মযুমদা হল্লক্লে তৌবিঙৈদা কদোমদগীনো খঙদে ধোনোদু চেনশিল্লকই। তুম্বা অপুম্বা নঙতা থুগাইবগা লোইবে হাযনা লাউবদুনা হোৎচিল্লকপনি। চুম্লকা চেনশিল্লকপা নত্তে, মখুৎতা ব্রাখোক অমসু পাযবকই। খুৎলৈ থুবমদ্রবদি থোমবু থোল্লমগনি।

মীগী মখলসি খায়বা তাবগদি সোভাসি কবম্বা মখলগী কাঙলুপ্তা চল্লমগনি' হংবা য়াবা ৱাহংনি। মণিপুরদা ঐখোযনা তোয়না থেংনবদি মী অমনা মী অমদা হূই, হৌদোং, গধা, ষণকা হায়দুনা তোযন' হাযবসিনি। কবিগুম্বদা নুপী চবোয, নুপী ক্বাক, নুপী হৌদোংকা হাযবসু তাখ্রে। অদু ওইবগদি মীগী মখলসি হূই, হৌদোং, চবোয, ক্বাক, গধা, ষণকা হাযদুনা খাযদোকপা যাবমগদ্রা' মীওইববু অসুম্না শা উচেক্কী কাংলুপতা মখল খাযদোকপদি চুল্লমগদবদি মান্দে। ফজবা চাওখৎপগী খুদমসু মান্দে। অদুবু, লমচৎ শাজৎতা হাইবপ মায়বদগী হায়নবা ওইবমগদবা মাল্লি।

অমবু ওইবে অমবু ওইবে সোভানা অঙাং ওইবিবৈঁদা অহল ওইবশিংনা চৈখিবসি মখল ফনদি য়াম্লমগনি। কনাগুম্বনা ষন্নি হাযনবসু যাওখি। হূই, হৌদোং, গধা হাযবনচিংবসি মহাক্কী অঙাং ওইবিবৈঁগী মিংগৌশিংনি। মিংগৌশিং অসি কৌবকপদা মহাক থোইনা নুংঙাইতবা উদে। হৈনখ্রমাল্লে। সুংশা উবু শাউদে। তুম্বা অপুম্বা হাযবসিমদি মঙোন্দা পনবা ইযা যাদে। মমিৎ মনা হেক্তা শিংই। তুম্বা অপুম্বগী ৱাবীসি থৌদোক অসি নত্তবা থৌদোক কয়া অমসু লৈখ্রে।

থৌদোকশিং অসিনা অসি ওইখ্রসনু। মখাদা ঙসি অযুক্কী ৱাবীদা অমুক লাকচবগে। পনবা যাদবা তাবা যাদবা ৱাহৈ অমা মাগী নুপীগী মচীন্দগী হাযদেবকপদু খংতা তাবদুদা সোভাদু পিং লাউদনীংঙাই লৈতে। উশিংতে হাযদুনা নুপীবু শোযদনা ফুনীংলমগনি। অদুবু, মাগী নুপীগা অঙাংগদি কৈসু খঙজদবনিনা ইচম চম্না মঙোন্দা যেংদুনা লেপ্লি। কবেম্লবা উশিত্তবগী মওংদি মান্দে। মাগী নুপীগা অঙাংগদা ঙাইহাক মুম্না যেংলম্মী। অশাউবা, পাখৎপা ফাথবগা কবিগুম্না অমা নীংশিংলকপগুম তপ্লপ্লা মচানুপীদা হাযবকই,

"ইচাগী বোয়সু লৈবনি ঙসিদি। বাবানা কাউবদি খজিক্তনি। মীদি য়াম্না য়াম্না কাউখ্রপোৎনি। সে শাউবনু। বাবা নুংঙাইবা ৱাবী অমা লীবিগে। মুম্না তাওকো।"

মচানুপীনা পৈথোক্তুনা লৈ। হোযসু হাযদে। মাইসু হাযদে।

"ঐনা ইমুং মনুংগী কুপনোমশিংসি তৌবিবৈঁদা নোংফাদোকসু অঙাংসে লাইবিক খবা তাকপিবা যাবনি' হাযৌবা যাবনি খঙদুনা মাগী নুপীনা শৎ হেক্তা হায়জিল্লকই। অঙাংগী লাইবিক্তি সোভানতা তাক্লিবনি।

শৌবা হৌগৎলক্লিবা মাগী নুপীগী মচীন্দু মেনবা ওইনা হায়বকই, "ৱাবীসি হেক

লোইবগা বাবানা লাইবিকসু তাকপিনি।" মাগী নুপীদসু ওনশিন্দুনা অমুক হায, "নঙসু তাবা য়াবা ৱাবীনি। নঙসু তাওনে।"

"তাজনীংদে তাজনীংদে। মমা লাইবিক লৌথোকপিকগে। বাবা লাইবিক তাকহল্লুকো।" অসি হায়বন্নগা মাগী নুপীনা মচানুপী থল্লন্নগা চঙখি।

বাবা ৱাবী হৌবগে'

ননা শেংদোকউ। হোবেন অমুক তাহৌদে হায়বা য়াবোইকো। মুন্না তাওকো। লম অমদা য়াম্না কাউগনবা নুপা অমা লৈবোবে। মঙোন্দা হায়খিবা ৱাসি ঙাইহাক লৈবগদি কাউবে হেক্তা হাযবোবে। কৈথেলদগী লৈবক্লবা হায়খিবা পোৎসি নোংমতা চুম্না লৈবক্তে। নোংমসু নুপাদু কৈথেল চৎকনি হায়বে। মখোযগী লমদু কৈথেলগা খবা থাপনৈ। মীওই অহুম মবিসু লাক্লুনা পোৎ তপ্লবে। ফনা কাগন্দুনসু মাগী নুপীনা লৈকাইগী মীশিংদুদা মাগী নুপাদুদা পোৎ তপকনু হাযবসু ঙমদ্রে। মহাক্লসু মী অতৈনা চৎপা মতমদা অসুম্না হেক হেক তপ্লি।

মীগী পোৎশিংদু লৈবা হোৎনবিঙৈদা মচা অনাবগী হিদাকতু কাউনি হাযদুনা মাগী নুপীনা পাখৎচৈ। উপাই অমা নীংশিংলক্লে। চৎলমদাইদা মাগী নুপীনা পবপ পবপ চঙশিল্লক্লুনা নুপাদুগী ফুবিৎখাউদা লৈতুম অমা হাপচিনবিবৈ। হোবেল ফুবিৎখাউ হুমজিল্লুবদা লৈতুমদু থেংনবদা মচাগী হিদাক্তু নীংশিংনবা হাযবম্মী।

ফনা কুইনা ঙাইববা তুংদা বস লাক্লুনা বস তোংখৎলি। বস ভাবা লৌবা লাকই। মহাক্লা ভাবা লৌথোক্লবা ফুবিৎখাউদা হুমজিল্লি। ফনা কন্না মাই। অদুবু পৈশাদি ইথেং থেংনদে। ঙসাইগী লৈতুমদু ওইনা থেংনৈ। লৈতুমদু লৌথোক্লগা ঙাইহাক খল্লি। কবম্না মথোং চাদবা অঙাংনা হাপচিল্লিবনো ফুবিৎকা লোইনা মোৎলন্ননি খন্দুনা মখোযদৌদুম শাউগৎলি। লৈতুমদু বসকী থোঙনাওদা শৎ লংথোকখি। ফুবিৎখাউ মথঙ মথঙ মাবদা পৈশাদি কোন্না থেংনবে।

কৈথেল কাকবগা নুপাদু নুমিদাংবাইবম মযুমদা হল্লকই। ইশৈকা ঙং ঙংদুনা মোন্দাকা যাম্না নুংঙাইনা হল্লকইপোৎনি। মাবু হেক উবদা মাগী নুপীনা হংলকই, "অঙাংগী হিদাক লৈবিবক্লবা নৎত্রা?"

নুপাদু মাগী নুপীগী ৱাহৈদু তাবদা খংপ্রেক খংই। হৌজিক্তা জ্ঞান লাকই। মহাক্লা ইথক থক্কৎনা যাম্না নুংঙাইতনা খুন্নকই,

"অস, লৈতুমদি লংথোক্লন্লে।"

রাবী লোইবদুনা সোন্ভানা মচানুপীদা যেংলগা খুদোনবীকা শীংলদুনা হায,

"অদুদগীদি নুপাদুগা নুপীদুগা খৎনবেদনা। তো, মীগীদি লৈতুম হাপ্লফাওবা কাউবিসিনি। নুংঙাইত্রা রাবীসে'? লৈতুমদুসু চুম্লকা তাহৌবা নত্তে। লম্বী চৎলম্বা মী অমগী লৌরাইদা অমুক পালহৌবিপোৎনি।"

ঙসাইমখৈ পৈথোক্কুনা লৈকবা মচানুপীনা শৎ লৈশিল্লক্লগা যাম্না থরায তানা নোক্কুনা হায়বকই,

"বাবা, অদুসু নঙ ওইবম্নি।"

"কনানা হাযবিবা।"

নিংথৌকাবা

০১/১২/০৯

## কনানা খঙবগে

হন্দক মবকসি মশা ইনুং নুংঙাইবক্তবনা কল্পনা খবা পোথাবা পাম্মী। ফিল্মগী এসাইনমেন্ট লৌদনা থা অমা অনী পোথাবকপনি। তৌযম খঙদদুনা মানা কুমখিবা ফিল্মশিংগী ফোটো এলবম যাক্কুনা যেংই। ইচীক চাকই। খোঞ্জেল থোক্লা লাউ খোংলিবা হাযববু মহাক্কী কাগী শিলিংফেন অদু মঙাযবে। মবক মবক মহাক্লা এলবম ফাকপগী মখোলদু অদুমতংগা যাওবি। মহাক ফমুং মথক্তা মোন্দা ঙাৎদুনা ফল্লি। লাপতক্লা টেবল অমা, চৌক্রি অমা লৈ। ফিযানখোক অমগী মনাক্তা অলমিবা (অম্বাবি) অমসু লৈখ্রি। গল্লানচিংবা লৈতেংগী ওইবা পোৎ-চৈ খবসু মফম চানা চানা লৈবা উই। হাইফেৎ যেংবদা কাদুদুদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক (ফেনদু নত্তনা) চপ চপ লেপ্তুনা উং উংদুনা লৈবগুম উই। মবক মবক্তা ফেনদু ফাওবা উংদুনা লৈবা মাল্লি।

ডোক্তবনা কবিসু তৌবোই যুমদা মতম খবা পোথাবগা ফবক্কনি হাযবদগী হোসপিটালদগী হল্লকপা হপতামুক্তি ফাবল্লনি। ফম্বা ব্রাবকপগী ঙাইহাক হিপতোক্লুবে। উবোলোন ওইনা ঙাইহাক উইথকবমাল্লে, কল্পনা মীকপ খংথোক থোকই। ঙাইহাক

তুমথবন্নসু য়াবনি। তূন্না কায়বে। কবিগীনো মীকপ খংথোক থোক্লগা মহাক্লা অমুক মপি তাবমখৈ কপলিবদি? মহাক্লা তমথোক্লবদি কবন্না খঙগনি? মবম অমদি লৈফম থোকই।

মবম হায়ববু,

মহাক্লা হায় মহাক্কী মমণ্ডদা শ্যাম লাক্লম্মী। মহাকপু ওক্তবী লমচৎ নাইদবীনি হায়না য়াম্না থীনা চৈবম্মী। মীওইবগী লমচৎ য়াওদ্রবা মীবু কবন্না মীনো? শাগা কবি খেন্নবিবগে? মীওইবনা শা মখল অমা ওইববসু মীওইবা অমা ওইনা হিংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। অফ-ফত্তগী ৱাখল খন্দুনা তুং-মাঙ য়েংদুনা থবক তৌগদবনি। মীওইবদি চানবা হিংগদবা নত্তে, হিংনবা চাগদবনি। মীকুপ খলগী নুংঙাইবনা পুন্সিগী নুংঙাইবনি হায়না লৌবা য়াদে। তৌনীংবতা তৌবনা নীং-তম্বগী ৱাহন্থোক ওইহনবা য়াবোই। মীওইবগী পুক্লিং ৱাখলগী ফিভমনা জাতি অদুগী চাওখৎপগী থাক উৎকদবনি, ফিজেৎ লৈতেংনা নত্তে। লমচৎ যাওদ্রবা মীদি সমাজ অদুবু লৈখা তাহন্নবা মহিক অমনি।

ফিল্ম কুম্বী হিবোইন অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙনববা কল্পনাদা কবিগী অসুম্না চৈবন্নিবা? মহাক্লা কবি অকাযবা অবানবা তৌখিবগে? চুম্নগী ফিল্ম কুমবতা নত্তনা মচা মমৌ ওইজবগে হাযদুনা লাকপা মী মশীং থীঙমদবে। মশক মতৌ ফজবা, মবল-মথুম লৈবা পাখঙ কযানা নুংশি-মবী লৈনসি হাযদুনা মীকুপ খুদিং থেন্নবি। মসিদগী হেন্দোক্লনা নুপী অঙাং লৈববা মন্নী, এম এর্ল এ ফাওবনা অতোনবী ওইনবা উপাই কয়া থিদুনা তক্লবি। চহি কুম্ত্রক্ক তবেৎ শুবক্লিবী কল্পনাগী ফজববু কবন্না শৈথাগনি? চূঙ ফিবাল চাবী মতমসিগী ভাবক্লা খ্বাইদগী য়েংনীংলিবী ফিল্মগী হিবোইননি। মসিমক্তং হায়বগে।

ঙসি ফাওবদা তেল্লবা চহী তবামুক্কী মতম অসিদা ফিল্ম চাম হেন্না কুমখ্রে। মহাক্লা লাংলুবা শক্তম ইফদা ফজে, ইপক্তা পকই। খুঙ্গংদগী হৌবকপী ওইববসু কনানা মহাকপু খুঙ্গংগী লৈবাংনি হায়বা ঙমগনি? খুঙ্গংগী পুন্সিদগী হৌবগা সহবগী পুন্সি, মশক নাইবা ওফিসাব ফাওবা শাবদা মহাক্লা হৈতবা লৈতে। বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা কয়া ফংখ্রে। অৱাবা নুংঙাইবা অনীমক্কী শক্তম লাংলিবী মহাক্কী পুন্সিনি। মহাক্কী হকচাং খজিক্তং ফগৎলকপগা অনৌবা ফিল্মগীদমক এসাইনমেন্ট লৌগদবগী প্রদুসবশিংনা পবেং শানা মথঙ মথঙ ঙাইবি। ইমুংগী অহল লমন মীওই খুদিংমক্লা মহাক্লা চৎপা খুদিং মমিগুম ইন্নগদবগী ঙাইদুনা লৈবি।

ফিল্মগী হিবো অমা হিবোইন অমা ওইবা হাযবসি পাক হেক ওইবা য়াবা নত্তে।

শক-চু, চুঙ ফিবান চাবা অমদি চঙই, শক ফজে হাযদুনা হেক মযাদবি। এক্তিং হৈবা মঙোন্দা পীবক্লিবা শক্তম অদু মালহনবা ঙম্বা হায়বা অমসু চঙলি। মী অমনা হেক তৌবা য়াবা শিনফম অমা নত্তে। কল্পনাগী মপানা মচাবু শিনফম অসিদা খোঙদাহন্নীংদে। মবম কবিগীবু ওইবিগবা? মহাক্লা ফনা য়ানীংদ্রবসু অয়াবদুমদি পীথোকলুবে। অমুক থিংলুবদা অবায়বা অমদি ওইববোই।

অহানবা ফিল্ম অদু মহাক্কী পুন্সিগী নুংঙাইবা তাঙ্কক অমনি। কৈদৌঙৈ মশক অশেংবদু অমুক্তং উবা ফংগনি খন্দুনা লাকচবা হিবো অমগা অহানবা ফিল্মমক্তদা কুমিন্নবা ফংগদৌবি। কল্পনা পাখৎপা অমসু ফাওই, নুংঙাইবা অমসু ফাওই। লৈতাফম খঙদে মহাক্কী ব্রাখল। মহাক চৎলে চৎনা মঙ মঙবা, ফন্নে ফম্না মঙ মঙবা হাযবা মতাংদু য়ৌবব্রা খঙদে।

ফিল্ম নম্বা লোইবদুনা মীযাম মমাঙদা পুথোবক্লে। যাম্না ফজবমক নৎত্রবসু মীযাম্না মচাবু থাগৎনবকপদা কল্পনাগী মপাসু হবা ওবা নুংঙাইবা অমদি মফাওই। মচাগী ফিল্ম যেংলগা মমা মপা অনীনা থব্রায তানা নোকচবা মতাংসু যাওবকই। মপি তাবমখৈ কপ্লীংবসু যাওবক্তবা নত্তে। অহিং নুংথিল নাইদনা লৈকাইদগী অবাপ্পদগী নুপী অঙাং কযা মচাবু হিবোইন্নি হাযদুনা যেংবা লাকই। ইমুং মনুং হান্ন শুম লৈবা যাবক্তবে। খবা লূ-নান্না লৈনবা হোৎনবক্লে। ফিল্ম কুম্বা যানীংলমদবা মপাদো মচাবু ফিল্মগীদমক নেক্লবদা অযেৎপা পীখিদ্রে। খুঙ্গংদা লৈবম্বদগী ইম্ফালদা ভাবা লৌদুনা লৈববে। মচা মথন্তা থাদোক্নুনা লৈহনবা নত্তে। ইমুংগী মীওই অমা অনীগা লোযনদুনা লৈবনি। ভাবাদা লৈবম্বদগী সহবদগী খজিক্তং হাইথবগা ইংখোল অমা লৈদুনা যুমমচা অমা শাবে। খঙহৌদে ঙবাংদা ওইববোই নীংখি খুঙ্গংদগী হোংগৎলকখিবদো।

মহাক লাকপতি ক্রোবপতিমক্তি নত্তে। মণিপুবগী আর্টিষ্ট অমনা পৈশা কযামবু তানবা ঙমনি। অদুবু, মী অমগা অমগা মান্নদে হায়দুনি। মহাক্লা তাল্লিবা পৈশাদু কবিদা শীজিন্নগদগে হায়না খনবা হৌবকই। মফম চাবা অমদা শীজিন্নখিবনদি ফৈ। মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগী মফমদা দান খবসু মশামক চৎতুনা তৌসু তৌথোক্লুই। যাম্বা নত্তে, ঙমজবা খবা হাযদুনি। মদুনা পুন্সিগী অপেনবা হাযবদুদি মপুং ফানা ফংবা ঙন্নব্রা? নৎত্রগা, কবি তোংজবা ফংগদৌবিবা? তোংজবা লৈতনা মীওইবনা কবি থবক তৌনবগে? কনানা খঙবা, মবাল লৈবদুনা মবাল খবা কুপশিন্নবা হোৎনবিববা? হংবা য়াবা ব্রাহংনি। মাবু মযুম পাল্লবোইদবা? মশাগীদমক্তি কয়া য়াম্না লৈজববগে? মীওইবা অমা ওইনা পোক্লগা যুম

পান্দনা পুন্সি লোমখিবা অসিবু মপুং ফাবা মপোক অমা ওইগদ্রনে? মীপুম খুদিংমক য়ুম পানবগী ব্রাখলদি কান্দুনা খক চংলল্লোই। মফমনা মতমনা য়াদদুনা য়ুম পান্দবা য়াওখিবনা লাইবক্কী ব্রানি। কল্পনাগী মফমদসু য়ুম পানবগী ব্রাখল অসি লাকপা মতমদা শ্যামবু কান্দুনা চংপা ঙম্লিগদবা? চহী নৌজববসু মহাক য়ুম পাল্লবোই হায়দুনা অকনবা ফিবেপ অমদি লৌখ্রবনি। মহাক শ্যামবু কাউবা ঙম্লবা কন্না হোংনবি। কাউসু কাউকবে।

মবকসিদনি হৌজিক্তা শ্যাম্না মহাক্কী মমঙদা হাথু হাথুনা লাক্কল্লিবা। শ্যাম কনানো? কল্পনাগী পুন্সিগা কবি মবী লৈনবিবগে? ফিল্মগী হিবোবা, প্রদুসববা নংত্রগা দাইবেক্তববা? মহাক্না হকচাং ঙমদদুনা লৈবিবী কল্পনাগী মমঙদা কবিগী লাক্কল্লিবা? কল্পনাদি তঙাইফদবা মী খবা নত্তনা কনাসু উনদনা মতম খবা পোথাদুনা লৈবিবনি।

শ্যাম অতৈ কনাসু নত্তে। কল্পনানা খুঙ্গংদা লৈবিঙৈদা শকথঙনখিবা খুঙ্গংগী পাখঙ অমনি। নুংশি পঙ্গুং যৌমিন্নসি ব্রাশক্রখিবা মহাক্নি। নীংশিংলুবদা কবম্না থম্মোই পুবা ঙমগনি? অব্রা অনা তাববা মতমদা অমনা অমগী মতেং পাংনবকখিবনি। কোক চীকইদং তাবদতা চেল্লক্কুনা হংজববনি। হিদাক লৈদুনা পুবকখি। অচা অথক পুবকখি। ঙসিদি পুবকখিদবে। লাকখিদবে।

হবাও কুম্মৈ খুদিংদা চংপা য়াবা মফমশিংদা চংমিন্নৈ। পূন্না শকক যামিন্নৈ। চৈবাওচীং কামিন্নৈ। কৃষ্ণ জন্মদা কিহোম চাবা চংমিন্নৈ। কবিগুম্বদা পাংকী থমচেং চাবা চংমিন্নৈ। ইকাই হঙ্গোইনবা লৈবক্তবে। য়ুম পাল্লসি হাযদুনা মতম ফাওবা লেপ্পকবে। খঙহৌদনা ফিল্ম কুম্নবা নেকপা লাকখিবনি। শ্যাম্নদি যাম্না কন্না থিংজখিবনি।

"ফিল্ম কুম্বা নুপীশিংসে মথোং যাম্না চাদে হাযনৈ। লমচং যাম্না কাম্মী যুকাসু থকই হায়নৈ।"

"ঐনবু কদাযদগী য়ু থক্তৌবিনো? মীনা তৌববসু ঐদি তৌবোইযে। ঐবু থাজদ্রো?"

শ্যাম খুমফম খঙদদুনা ঙাইহাক উংদুনা লৈ। খুদাং পাযদুনা চিংলুবসু যাদবগুম তৌ। কল্পনাদা যেংলম্বা মমিংতু যেংবা ঙম্লক্তে। লৈমাযদা ওইনা মিংযেংযম তাবকই। মমায মমিং খজিক ঙাংলপ তৌবকই।

"নঙবু থাজদবা নত্তে। ঐদি মসে শুংপাম হেক পামদে।"

"বাবানসু যাথোকলুবে। হৌজিকপু কৈদৌসি হাযবনো? বাবানা শাউখ্রবদি নঙসু

ঐসু ফগদ্রো?"

শ্যাম খুমদ্রে। মশাগী ওইজবা থিমনবা হায়দুবা? নৎত্রগা খম্বল চাউবিবা হায়বদুবা খঙদে। নৎত্রগা, উপাই লৈববোই খন্দুনা খুমদ্রিববা? মবম অমদি লৈবে। কল্পনাদি হায়ফম থোকপা তকশিনফম থোকপা ৱাফমদু পনবা লৈতে। মখা তাথবকই, "অমুক্তং কুন্নগে, অদুগা তোক্লগে। হা? য়াবোবা?'

অসুন্না ফিল্ম অমুক্তং কুমনীংলিবা কল্পনাদি ৱাখলনা চিংদুনা পুখ্রে। ঈশ্বরগী নোংদমবু কনানা থিংবা ঙমগনি? শ্যামগী ৱা তাখিদবদি নত্তে। নুপীনা তৌগে খনখ্রবদা ঙমদবা কবিবু লৈবিবগে? লমলক্কী শামু লমশাগুম শাহৌ ফগৎলক্লিবা শ্যামদো সর্কাসকী তম্বিববা নোংশাগুম তেথখি। কল্পনাগী অপাম্বদা য়াদবা ঙমখিদবে।

কল্পনাসু অহানবা ফিল্ম নম্বা হৌবকপা মতমদদি শ্যামগী যাথং ঙাক্লবা, নুপী ওইবীগী ইজৎ কন্নবা কন্না হোৎনজখি। ফিল্ম নম্বা চৎপা খুদিংগী ইমুংগী মীওই অমমমদি লোয়নখি। হেক লোইবগা মীকুপ অমা পন্থবা তৌদনা মযুমদা হল্লকখি। মীওই অমতনা চিংনবা যাবা থবক তৌখিদে।

ফিল্ম মবি মঙা নম্বা অদুৱাই ফাওবদি অহল লমনর্শিংসু যাম্না চেকশিন্না হোৎনজবম্মী। মশীং খবা য়ামখৎলকপদগীদি মখোযসু খবা কোমথোবকখি। মখোযগা লোয়ননা চৎত্রে হাযবমক্তি নত্তে। অমগা অমগা ৱাবী ৱাতাই ঙাইহাক শানবা অদু ফাওবদি যেৎলুদবে। পামজবনা তৌবা থবক্তা যানীংদবা, ঙাঙলকপা ৱা তানীংদবা কনাবু লৈবমগদগে? কল্পনাসু মহাক্না পামজবা হিবোগা ঙাইহাক ৱাবী শাবা পামজবা হৌনশানি। ৱাবী খবা খবা শানবম্বদগী তশেংনা নকর্শিন্নবা হাযবদু ওইবে। ফিল্ম নমদবা মতমদসু মখোয অনীতগী ওইবা থবক লৈবক্লে। মতম অসিদদি অহল লমন যাওবা নত্তে। অমনা অমগী মফমদা থম্মোইনুংগী ৱা মনীং তম্না ফোঙদোক্লবা হৌবক্লে। নুপী লৈববা নুপানি হাযবসি ফাওবা কল্পনানা হেক হেক কাউথোকই। মহাক্কী থৱায হকচাং মশীং নাইদনা কৎথোক্লক্লে।

মৈবু ফিনা কুপতুনা কযাম কুইনা থম্বা যাগনি? নুংশিৎ শিৎতনা উনা লেঙবা হৌনদে। নিলফুং নিলফুং ঙাঙনবক্লে। মশামক্কী মিৎমাঙদা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক পাউথাং যৈনা কল্পনাগী মনাকোং যৌবক্লে। মহাক মযুমদা লৈবা ঙম্লক্তবে। অহল লমন ইমুং মনুংনা তাখ্রবা খঙলক্লবদি কবম তৌবা? অতোনবী ওইবগে চপ চানা লেপলে।

খনবমখৈ খল্লবা মতুং নোংমা চেম্ছোক্লবে। নুপী অহল লাক্কুনা মাগী মমাঙদা চীংজাওগুম লেপ্লবে। থম্মোই লাঞ্জাও অমদি থোকখ্রে। অচৌবা ব্রাথোক ওইগদবদু উৎনা ব্রাইনা খুম্ন খি। খাইদোক্লবদা মতাবে। উপাই অমা তৌবগা শান্তি ফংগদবা মখল্লি, অবেং অবেং পৃথবে। হৈনখিবা নিশা থাদোকপা লুই, ফাখিবা ঈশৈ নোংমতসু ঙংই হায়বদুনি। লৈবাক পৃংজাও থীনখ্রবা ফাওবদা মখোয অনী লোন্না লোন্না উনবা তোকখিদে।

মীগী মনম কনানা খিংবা ঙমগদগে? কল্পনাবু থম্মোই শেংনা নুংশিজক্কবা কনাগুম্বনা ব্রাফম অসি তাকবগা কবম্মা খাঙগনি? লৈশক য়েংবদগী হেন্না য়েংজদ্রিবা পাম্মুবনা লৈনম ফাওবা নমজদ্রিবা শ্যামগী নাকোংদা ব্রাফম অসি নোংমা যৌখ্রে। খোঙফম হন্দোকপা যাববোইদবা লৈবাংগী লৈনাবু চোইনা তাহনখিবা থৌদোক অসিনা শ্যামবু ঙাওহনখি। নোংমা মখুৎতা খুৎলায পায়দুনা ল্যাকখি। থেংনবা খুদিং লোইশিল্লগে মতৌনি। কনাগী মফমদা শীজিন্নগে খল্লিবা খুৎলাযনো? লমন! কনাগী মফমদা লমন খুমগদৌবিবা? কল্পনাবু ফংনবা থিবক্লি। কল্পনাদবা? উনখি অচিকপা মফম অমদা। শ্যামগী ঈবা চেল্লবা ঙাঙলবা মমিৎনা কল্পনাবু চাগদবদুম য়েংখি। ব্রা ঙাঙবা থোকখিদে। মবুক্তা যেপ্পুনা পুবক্লিবা থাঙগী থাঙখোক কযাবক হন্না পাযবক্লে। শৎতোকপদি ঙমখিদে। কল্পনাসু কপ্পা মখৈ কপ্পগা হল্লকখি। হোসপিটালদা লাযকন্নবা ঙমদনা শ্যাম লৈখিদ্রে হায়না নোংঙানবগী পাউচেদা থেংনখি। কল্পনা ঙকপনা খম থেংখি।

থাংজ

০১/০৫/১০

## মচু মান্নদবা সেন্দল

"ইমা কদায চৎপিদৌবিনো?" মরুপ বাজেনখোযগী চুবিতাফম মযাদগী ঐনা হংবনি।

"হৈমা ইবুংঙো নঙ লাক্লিববা?" মরুপ বাজেনখোযগী ইমানা ঐনা চঙলকপদু উহৌদ্রমাল্লে। ঐনা কৌবা তাবগা ঐঙোন্দ মমায় ওনশিন্দুনা ঐনা হংলিবা ৱাহংদুগী পাউখুম ওইনা অতোপ্পা ৱাহং অমনা খুন্নকপনি।

"হোয় ইমা।"

মখোঙদা তোংলিবা সেন্দলদু শেমজিন শেমজিন্না মখা তানা মবী মবী অমুক শোন্থবকই।

"ইমা মখা থংবগী অসিদা সোবাৎ অমা চৎকে তৌবনি। ইমাগী সেন্দলসে য়েংলিঙৈদা ইচা লাকপগা অমতা উহৌদবে। সেন্দল অনীসে মচু ফাওবা মান্দবে। নাম্মা নাম্মনা জুবা শাজিল্লগা তোংলিবসি নঙগী মরুপসু উববনি। মঙোন্দা অমতা লৈবকউ হাযবিবসি কুইববনি। মথুন মনা ওইনা তাদে।"

"হেবা ইমা, অদুক লাযবদুবু। হোবেল হল্লকপদা মীবক নাবক য়েংলগা অহনবা অমা কোক হেক থিংজিল্লগা লাকউ।" মাঙ্গোলদা কবিনো অমা কন্না ইবা হোৎনবল্লিবা ঐগী মকপ বাজেন্না থৌ-রা ইশা শাদনা খুল্লকপনি।

"হোবেন মপূ লৈবল্লদি কমদৌবা?"

"অদুক লায়বদুবো ইমা।"

"কমাযনা? কমাযনা লাযদোইবা?"

"মপূ লৈবল্লগনা ইমাইপেম্মা, মিৎকা উজা লাকচদেদা হাযদুনা কোক হেক হাযযু।"

"হোয হোয, ইমা লাইবক যেংলুবগে।" অসি হাযবগা ইমাদু দাবি কুমথবক্লে। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লগা হাযবম্মী, "ফমহৌখোকো ইবুংঙো। নঙগী মকুপকা ঙাঙনবসি ঐ ঙমজা লাকচদে।"

"হোয ইমা, বাজেন্না হাযবদু হোবেল কাউদি কাউবিবক্কনুকো ইমা।"

"থীদা, মসিমসু হেক যাওশিল্লকই।"

ইমা চৎখ্রে। ঐসু মাঙ্গোলদা কাখৎতুনা মকুপকা ঐখোয অনী যম্মিন্নহৌবে। ইমাগী সেন্দলদু মকুপ বাজেন্না লৈবা ঙমদবা নত্তে। চামবক হেন্দোক্লা লৈবা ঙম্মী হাযবর্দ্রনি। মশা কোলেজ লেকচববনি। মাগী নুপীনা হায স্কুলগী ওজানি। মচা হাযবা অনীতনি। কা হেন্না চাদিং তৌবা ইমুংসু নত্তে। অদুগা কবিগীনো ইমাগী সেন্দলসিবো অহনবা অমতা তোংহন্দ্রিবসিবো? থওইনা যেংলুদবনিনা নহালমখৈদি উবু উদে। হোয়দা অহল ওইবক্লবনিনা কবিসু অকাযবা লৈতবে। ইযাদা যাবে। বাশি অমদুম লৈবে হাযদুনি। কন্নানবু কবিবু হাযনকগবনো? মসি ঐখোযনা তৌকবদি যাবা নত্তে। হযেং যৌদ্রিঙৈদা কৈনো কৈনো অদুম ঙাঙনখিগদৌবিবনি। অহল হাযবসিদি অসি ঙাক্তনি। সেন্দল তোংলগা পল্লি খোঙলৌনৈ হাযদুনা তোংদনা চৎপসু কোঙ্গায অমনি। অহলনা কেকদুনবু কবিবু কান্নগদৌবিবনো? অমনবা ফক্লাংদা শুনু হাইবগুম্বনি। অদুবু, অউবা অমনদি শোয়দনা হংনীংগনি, হাযনীংগনি। ঐসু ঐগী মকপ বাজেনদা তপ্পপ্না হৌদোকই,

"হাযসু হাযবনি ভায, ইমাগীসি অমতংদি লৈবিবা যাবনি। ময়াম মমাঙদা ইকাযদনা হাযবল্লিবা ওইবিনি।"

"কবিবু কান্নদোইনো? অহনবা অমা তোংলগা চৎখ্রগা হোবেল হল্লকপদা

অসিগুম্বা অমা তোংলগা অমুক লাক্কনি। মাগী সেন্দল লৈবদা ঐ শিদৌববনি।"

"ইমানদি লৈদবা কুইবে হায়বম্মিদা।" ঐনা নোকফেৎ তৌনা হংই।

"মানব্রা?" মহাক্না শন্নপ্না খুন্নকই।

"অহল ওইববকপসিদি মপুন্নিং যাম্না নুংশিগল্লি, যাম্না ৱাবৌগল্লি হাযনৈকো।" ঐসু কোইনদবদগী অদুক হাযবা হাযদুনি, মকপপু লান্না লৌকবদি নত্তে।

"ভায মানা হৌজিক তোংখিবা সেন্দলদো নুমিৎ হুম্নি মবিনিকদি ফাবন্নদ্রা ওন্নবকপা।" মানা স্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা ইশম শম্না খুমদোবকই।

"হা"

"লৈবদা ঙাযবিবা অহনবা অমা তোংলগা চৎখ্রগা অসি ওইনা পুবক্লিবনি।"

ও! ঐ নীংশিংলক্লে। লমদমসিদা সেন্দলফাও লৈবা ঙমদবা লাযববা মীওই যাম্না লৈ। থৌদোক ৱাথোক হবাও কুম্মৈ অমা থোকপা নুমিৎতা হুবালহৌদ্রবদি খোঙউপ সেন্দল তোংবা ফংজবমগদবা মান্দে। ঐগীদমক্তদসু মাঙলিবসি তবেৎ নিপাল তবামুক্তি শুবল্লগনি। যুমদদি ইপোৎ চেকশিন্দবা তাববনি। ঐগী নুপীদফাওবা তমথোকপা ইকাযববনি। শোযবদগী ওন্ননা তোংখিবদি যা ওবস্থা যাই। অদুবু, লৌগে খন্না লৌবসিদি চামগী মনুংদা মবিফুতবামাপলদি ওইবমগদ্রা খল্লি। মসিগী চপ চাবা প্রমাণদি পীবা ঙমদবা যাই। থাজবদি যাম্না ৱাংনা লৈ। ঐগী মাঙখিবা সেন্দলশিং ঙসি ফাওবদা থৌদোক থোকফমদুদা থিল্লক্লম্মী হাযদুনা ফংবা অমফাওবা যাওখিদ্রি। তান চানকদুনা থামুক্কী মমাঙদা মাঙখিবা অদুমদি ঙবাং নহালদি ফংই। অদুবু, মদুসু থৌদোক থোকফমদগী লৈবল্লে হাযদুনা তাক্লকখিবদি নত্তে।

সুমদৌবনি। ঐখোয লৈকাইগী তাদা নিংথেমজাউগী মচানুপাগী মঙানি চাক্কৌবা অমা থাবমদা চৎলুবনি। থোবকপদা ঐগী সেন্দলদু অদুম লৈবমদে। ওন্নখিব্রা খন্দুনা ফনা কুইনা যেংদুনা লৈ। মাঙমল্লক্লবদুদা মাঙলমগনি হাযবা থাজকদ্রবনি। ওন্নখিবা ওইবগদি অমদি লেমহৌবা যাই খল্লুবনি। মথঙ মথঙ থোক্লকখিবনা মী ইবৈ লৈশিল্লক্তবে। ঐসু ইতস্তা অসুম লৈবদু ফবক তাবনিনা ইমান্নবা অমা ঙাইহাক খাম্মী। মহাক্না মযম ওন্নব্রা যেংউ হায়বদুদা ওন্নদ্রবা মকমদু থাংদোক্লুনকা থল্লম্ব্রা হাযদুনা মযম অমা অনী হাইবপ উক উক লৈদুনা যেংই। ঐগী সেন্দল থমফমদুদা অফববা ফত্তববা, অচৌববা অপীকপবা সেন্দল অমা ফাওবা লেমহৌদবে। কান্নববোই খন্দুনা ঐখোয অনীসু হল্লক্লে। ঐ ইহাঙ হাঙনা হল্লক্লে। ঐ থোইনা শাউনীংলুবদি পোক্তে। পুক্নিংদদি মওল মওল খল্লি। (মসিগুম্বসি

ঐগীদতা থোক্কদবনি। সেন্দল ফাওবা হূবাল্লিবা লমদম, নঙনা কৈদৌঙে কবম্বা মতমদনো চাওখৎকদৌবা? মথঙদদি সেন্দল হাপ্লবা খাউ অমা পুবনা চুন্নিব্রা? সেন্দল তোংলগা চৎলুবিবা ঐনা লাল্লিববা?)

অঙকপদি! ঐগা মনীং মমাঙ লৈমিন্নবিবা তামুহেন্দ্রোনা ঙবাং নহালদি সেন্দলদু তোংদুনা হেক মথোবক্নে। হোটেলদা চা থকমিন্নবিঙেদা উবকপনি। ঐগী সেন্দলদুগা মান্নবা ওইবিদবা খন্দুনা পাক হেক হৌদোকপা হংলুবা ঙমদে। ঐগী নৎলমদ্রবদি চোপনগদৌবিবনি। মায় ঙাঙনদৌবিবনি। ফনা কুইনা য়েংই। ঐগীদুবু শোয়দ্রববা? মঙোন্দা অমুক য়েংই, সেন্দলদা অমুক যেংই। ঐনা য়েংলিবদু মহাক্নদি উবিববা উদববা খঙদে মযামগা ৱাবী শাবা যাওবি। ৱা ৱা নোক্লি। ঐগী থম্মোইদা চিংনবদি অসুম হেনগৎলকখি। লৈবা কুইখিদ্রিবা পোৎনি। হেক যেংবদা খঙবা যাবা মফম অমা ফাওবা লৈতে। অদুবু, সেন্দলদুনা পিক্তক তাবগুম তৌনদি উই। অশেংবা অমা খঙদোকপনা ফবে। ওইবমদ্রবসু কবিবু তৌনি হাযগে? খনখোয খল্লবা মতুংদা ঐ ৱা হৌদোকপদা তাবে।

"তাইনদোগী সেন্দলসিবো ?"

"ঐগী সেন্দলসে কবি তৌবগে?" সেন্দলদা হাইবপ যেংলগা তামুহেন্দ্রোনা যাম্না ইচঙ থৌনা খুন্নকই। ঐ পুক্লিংদা খজিক হঞ্জানৈ। অদুবু হংবা হৌববনিনা হংদবদি যাদে।

"লৈবিবা কযাম কুইরগে?"

"কুইবেদা ইবুংঙো। লুপা চামঙা পীদুনা লৈকববনি।"

"ঐগীসু অসিগা মান্নবা অমা লৈকবতা ঙাযবি। লুপা চাতবেৎ মবিফুতবামাপল পীবনি।"

"নঙগীদুগা মান্নবম্মোইদা। সে সে থাজদ্রগা য়েংউসে।" কদায়দগীনো খঙদে মাসু মখোঙদা তোংলিবা সেন্দলদু লৈবাক্তা পোপ থাথবকই।

ফম্মিন্নবিবা ঐখোয মবি মঙাগী মিৎয়েংদু সেন্দলদুদা পুল্লপ তাবমগদ্রা খল্লি। মমল থাবা নল্লিবা চে অদু কোক্লমদ্রি। অমনা তাপ হেক পাযখৎতুনা য়েংই। ঐদি ইশানা চৎলগা লৈকবা সেন্দলনিনা মমল কাউদবি। ঐনা হায়খিবা মমলদুমক থাবম্মী। মহাক মদুমদি শেৎতৎপা কাউবমাল্লে। নৎত্রগা, ঙসি হাথু হাথু পুথোক্কুনা তোংলক্লিববা খঙদে। নহালমখৈদি অযাম্বা মতমদা মাদি হৱায সেন্দলতা অযাম্বা তোংবনি। মযাম্না মমল ঙাঙনবকপদুদা মাসু সেন্দল নামদু পাযখত্তুনা য়েংই। মমায় মমিৎ ঈচপমুক ঙাঙই।

ঐদি ঐগীদুনি হায়দুনা তোংলিবনি। ওন্নহৌবেদনা নহাল। সিদি নঙগীনি হায়বা? নঙগী ওইবদি লৌজখ্রো।" ব্রাখল খল্লপ তৌনা খোন তপথবপ হায়বকপনি।

"তাইনদো অদুম তোংজবোদা, ঐগীদি হান্নগীসু লৈবি। ঐগী মাঙখিবদুদা তাইনদোনা তোংলিবদুগা হেক মান্নবমদুদা চুম্না সুম হংবনি।"

ওন্নহৌবে হায়বদুবু থাজবা যাগদ্রনে? মাবু হান্নসু মখোঙনা চাউবা হেনবা সেন্দল তোংলিগদ্রনে? মখোঙগা চানদবা সেন্দল তোংবা হৌনদেদা। সেন্দলদু ঐগী অশেংবনি। ঐনা পুবকপদা মহাক্না কবিসু হায়গদবা লৈতে। ঐনা মাবু মীয়াম মমাঙদুদা চঙহাং হাংপদুমদি ফজমনদ্রববা হায়না খল্লুবে। নুমিৎ খুদিংগী থেংনবিবনি। চামিন থকমিন্নবিবনি। লৈকাইগী ইয়াম্বনি। ইয়াম্ব গুম্বনি। মদুমা মঙোন্দা পীথোকপদা কবিসু অকায়বা লৈতে। ঐ সেন্দলদু মঙোন্দা অদুম পীথোক্লম্লে। মহাক পেল্লিগদবা? নংত্রগা, শাউনীংলমগদবা? মবমচৎ অমা ইচুম চুমদে হায়বসিমদি হান্নদগী মীয়াম্নসু খঙনদুনা লাক্লবনি। মতিক চাবা প্রমাণ অমদি ওইবেদনা। ঐনা সেন্দলদু পুবক্লম্লগদি ময়াম পুম্নমক্নদি পেন্নবমগনি। মাঙখিবা সেন্দল খুদিংমক থেংনববদি ব্রাবীসি ইমান মান্নবমগদবা থল্লি।

ঐ মঙলান্দা ঙাইহাক তাউকবে। বাজেন্না ব্রাবী হৌবকপদা ঐ জ্ঞান খংলাক লাকই। মাসু ঐসু ঙাইহাক উংদুনা ফমলুবব্রা খঙদে। ঐনা জ্ঞান তাবকপদা মাদি টেবলদা চাইদুনা লৈবা চে-চাং খবা লোইশিন্দুনা লৈবম্মী। চে-চাং খবদি পুশিনখ্রে। খবা অমদি থম্লম্মী। থম্নল্লিবা চেশিং অদুগী মনুংদা খবব অমনা মথক ইথং থংদুনা লৈহৌই। সৎ লাউনা পায়খৎলুবদা এদিটোবিয়েল কলম থেংনৈ। অহৌবা পবেংমক্তদা ইবিবদো থেংনৈ 'ঠিকাদাব সবকাবগী থৌবম থৌশিল মীয়াম্না যেংবা তাবি'—মসিগী মথক্তনা পৌবপ তৌবা মযেক্না 'ঠিকাদাব সবকাব' হায়না থাবি। লৈবাক্কী মপি মপা ওইবিবশিং অসি ফাওবা মথোঙ চাদ্রবসিদা প্রজাদি কদায়দগী মথোঙ চাবনি? ঠিকাদাবদা সবকাব শেমহল্লবদি মশানা ঠিকাদাব সবকাব ওইফম থোকই। হায়বা যাই। ঙসিগী ঐখোয়না খন্নগদবা হিবমদি মসিনা ওইবা যাবে। ঙসিদি ছুটি নুমিৎনি। মকুপ মপাং খবগা উনকসি হায়দুনা বাজেনবু হৌবা লাক্লিবনি।

ইবম্মা যাবা ব্রাবোল ভাবনা খবমখৈদি শাগৎলি। খঙনীংমন্দুনা মখা পাথৈ। নেসনেল হায়ব্রে অনীমক্তা ইকোনোমিক ব্রোকেদ তৌখিবা থা অমা হেনজিল্লক্লে। প্রজা পুম্ন মক অব্রাবগী চৈথেং ফংনবে। চানা থক্লবা পোৎ-চৈগী মমল হেনগৎলক্লে। পেট্রোল

ডিজেলগী মমল অতিযা পক্লা ৱাংখ্রে। থাউ লৈত্রে। পম্পশিং থোঙ লোন্নখ্রে। পম্পশিংদা ফংদ্রবা থাউ নাবোলদা মমল হেল্লগদি মতৌ কবম্না ফংলিবা? লিটব অমদা লুপা নিফুমঙা তরুক পীবা পেট্রোল লুপা চামা নিফু যাঙ্খ্রেদা ফংই। পুম্নমক অসি যেংলগা সবকাবনা প্রজাগী অন্নাবা কোক্রস্বনি হাযদুনা অনৌবা নেসনেল হাযৱে অমদা পোৎ-চৈ পুশিল্লক্রবা হোৎনবি। নেসনেল হাযৱে অনী ব্লোকেদ তৌখ্রবসু অতোপ্পা লম্বী অমা লৈ হায়বসি উৎনবা সবকাবন' হোৎনবনি হাযবি। কিলোমিটব চনী চনীমুক্তং শাংবা হান্নগী লম্বী অনী অসিদি ফিভম ফনা ফৎত্রবসু ত্রক্লা চৎপদা নোংমা ফানা চঙ্দে। অনৌবা লম্বী অসিদা চৎপা তাবগদি নুমিৎ মঙানিদি চঙগনি পানবি। হান্নগী লম্বী অনী অসিদা সেক্যুবিটিনা ঙাক-শেল্লগা চৎথোক চৎশিন তৌবদি কবি অকাযবা লৈ? মসি মীযামগী খোল্লাউনি। লোন্না তৌববসু ইফোং ফোংই হাযবসিনি। মীযাম্না শাজববসু সোমদদি অনৌবা লম্বী অসি শেম্বা তাববদি ঠিকাদা পৈশা কোৎহৌগদৌবিবনি। নত্রদুনা পুকচেল শেংনা প্রজাগীদমক খন্দুনা থবক তৌববদি তুংকোইনা চৎনগদবা উপাই মযাম অমা যেংবা যাবে।

নেসনেল হাযৱে ব্লোকেদ তৌবসি হিংসা অমনি হাযবি। হিংসা তৌবশিংবু ফাগৎ তুনা মতুংদা অমুক তৌদনবা হোৎনদ্রিবা কবিগীনো? কিলোমিটব চনিমুকথক শাংবা জিবি লম্বীবু চীংলম্বী ওইববসু তৌগেতা ঙল্লবা ভাবতকুম্বা লৈবাক অমনা শেম্বদা চহী কযা চঙফম থোকপগে? ষ্টেট সবকাবনা পুকচেল শেংমন্দবদগী অন্নাবা নংমিন্নবনি। দবকাব লৈববদি হেন্না তেনশিনবা শাফগদবা লম্বী অমা থিফম ফাওবা থোক্তববা? পৃথিবীগী লৈবাক কযানা সমুদ্র মনুংদা ট্রেন চেলহল্লবা লৈনুংদা সহব শেম্নববা মতমসিদা অসিগুম্বা তেনখ্রবা লম্বী অমা শেম্বদা অসুক লুবিবসি কবিগীনো? এদিটবগী ৱাহংনি।

তৌবগীদি তম্পাক্তা, সহবদা নালা শেম্বা ফাওবা হৈজদ্রিবা কাঙলুপনি। ঈশিং চেংবা শেল্লিবা নালা খুদিংমক ফজনা ঈশিং চেন্দবদগী ফত্ত হাওদিনা পীক পীক থন্না লৈবা ঙাক্তনি। কাঙ মচা কোকফম শেম্বিব গুম্বনি। নিংথমথাদা চিক্রবমদবা কাঙ হৌজিক্তি ফজনা চিক্রে। ঈশিংনা শোবোক্তা চেনবনি। লেপ লেপমুক লুববা নালাদগী পাইখৎলকপা অপুম অশাগী মনম্না থল্লবা ঐখোযগী সহবনি। সহব লূ-নান্না থম্নবা অপুম-অশা চিংথোক্লগা শেম্বা নালা নত্তে। ঠিকাগীদমক চহী চুপ্পা থবক শূবা যানবা থম্বা খোনিনি। অকুৎ অতোং ফজনা যেংদুনা ঈশিং ফজনা চেন্নবা নালা শেমলুববদি ঠিকা কুম কাংগদৌবিবনি। থবক তৌবি হাযদুনা মীযামদা উৎপসু যাববোই। শেমদোক শেমজিন তৌবগী চৎথোক চৎশিন

ঙাইহাক লৈতনা থিংলবদি মীয়ামদা ইবায লাযনা থবক তৌবি হাযবদু উৎলেদনা। কবিদবু ফৈ হায়গদবনো খঙদ্রেদা। মাযকৈ খুদিংদা অশোযবগী অশোযবা ঙাক্তনি। বগু তৌববসু তৌদ্রবসু লিটবদা লুপা তবামাথোই নিথোই পীবা টেবশিং (কেবোসিন) চষী চুপ্পা লুপা নিযু যাঙখৈ অদুম পী। খ্বাইদগী মক ওইবিবা মহৈ মশিং তম্ফম লোযশং যেংলবসু অদু মঙাযবে। পুম্নমক মসিদগীনি থোক্লক্কদৌবিবসি।

মকপ বাজেনসু থোক্লক্লে। ঐখোয অনীনা চৎনবা শেম শাবিঙৈদা বাজেনগী ইমাসু হোবে হোবে চঙলকই। চৎখিবদবু মঙার্যবি যাম্না থুনা হল্লকই। তৌবগীদি হৌজিক মতমগী শোবাৎতি কনাসু কুইনা ফম্লদ্রে। পোৎযেং পীথোক্লবল্লগা সৎ সৎ হন্নবকপা ঙাক্তনি। কোম্বোং হেক যৌবকপদগী মচীন্দা মুকম মুকম শোন্দুনা চঙলকই। ইমানা শোল্লিবদু তাবম তাফাৎ তদুনা বাজেন্না হংই,

"কৈদৌবে ইমা' অমুক পোবোক শোল্লগা চঙলকইদি ?"

"মমাংঙৈদি অসুম্না তৌনা লাক্লবমদে। যাম্না ইকাইনবম্মী। হৌর্জিক্তি ইকাইবকা অমতা খঙনখিদ্রে। প্রজাসু মখোযগী সরকাবসু চপ হেক মান্নে।"

"অদুবু কৈদৌবগে হাযবা ?" বাজেন্না খঙনীংনা মখা তাক্ববনি।

"ও, মচু মান্নদবা সেন্দলদুসু লৈবমদবে।" ইমানা শাউবংননা খুল্লকই।

"হা হা ।" বাজেন ইবানি চপ মান্ননা নোকই।

শগোলশেল

১৭/০৫/১০

## লুহোংবগী অহিং

"দাদা থেঙলে। তুম্নবা তৌবসে। অসুম্না হেক হেক উংদুনা লৈবিবিবসিবো কবিগীনো?"

"যানিদা, ঐ ঙাইহাক্তা যম্মখিগে তৌবনি। ব্রাবল্লনি, নঙ চঙলম্মো।"

মাগী নুপী কিবনকুমাবীনা হংলকপা ব্রাহংগী পাউখুম কম্লকিশ্নবনা অসুম্না থিদোক্লুনা খুম্মী। মাগী নুপীগী ব্রাহংগী পাউখুম কবিগী থৈদোক্লুনা পীখ্রিবা? তশেংনমকসু বাখল অমদা মহাক উংদুনা লৈরুবনি। ফিভম অদু খঙদুনা মাগী নুপীনসু হংলিবনি। ব্রাফম অমদি শোযদনা লৈফম থোকই। ব্রাফম অসিবু মহাক্না মাগী নুপীগী মফমদা তশেংনা হাযদোক্লীংদববা? নৎত্রগা, থোইদোকপা অরুবা নত্তে থন্দুনা হাযদ্রববা? অদুবু মহাক্না উং উংদুনা ফম্বা খুযম অসিমদি মহাক্কী নুপীনা তোযনা থেংনববা মহাক্কী ফিভম অমা ওইবে।

লুহোংবা থা অনী অহম ফাজিল্লক্রে। হাযনা শীংনদুনা হোঙখিবা লুহোংবা ওইবনা মহাক্কী নুপীসু অহানবদদি হাযনীংবা হংনীংবা কযা লৈবগসু হংবা ঙমজবমদে। মপুবোইবা অমদি ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা লুনা চান্না তৌবিবনা হৌজিক্তি নৌনা লাকপা ইমুংদুদা

নুংঙাইতবা হঙ্গোইবা অমতা লৈতবে। খেন্নবিবা হায়ববু লৈশাবী অমা ওইনা লৈবকপা পুন্সিদগী মৌ অমা ওইবকপগী থৌদাং অদুমতংনি। ইমুংদুদা লৈবিবা খুদিংমক মহাক্কী লোইনমক ওইববনি। মহাক্কী অৱাৎ-অপা থোইদোক্লা লৈহন্দে। চানীংবতা চা, শেৎনীংবতা মনীংতম হায়বদুমক যাববা খল্লি। অসুম্না অসুক য়াম্না নুংঙাইনা থম্বিববা অসিদা কবিনো মহাক্না পেল্লোইদৌবিবা?

কমলকিশ্বরনা লাইবিক মতেক অমা পাবোই য়েংবোই তৌবা লোইবফাওবা কিবনকুমাৰীদি মহাক্কী মনাক্তা তুমিন্না অদুম্মক ফল্লি। ৱা মচেৎ অমতসু ঙাঙলক্তে। কমলকিশ্বরগী পাউখুমদা মহাকপু পেনখিদ্রববা? নৎত্রগা, ওইনবিবকা হাযবদুবা? কবিনো অমদি শোযদনা ওইগদবা মাল্লি। মীওইবগী পুকনুংদা লৈবা ৱাবু কনানা খঙবা ঙমগনি? কমলকিশ্বরসু মাগী নুপীদা ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙলকপা তৌদে। মাগীসিনা কবি? লক্লবিবা হাযদুবা? কনানা খঙবা?

মখোয অনী অসুম্না কযাম কুইনা ফমখ্রবা? মদুমক খঙনীংদুনা যেংবদি মান্দে, কমলকিশ্বরনা ঘড়ী থাঙ্গৎতুনা যেংই। নুমিদাংগী পূং তবামাথোই তাবল্লে। মচীন্দা শোন্দোবকই, "এ! থেঙলম্লেনা? তূমলুবোদনা?"

"দাদাদি থেঙদ্রিববা?

মাগী নুপীনা ৱাবৌবা অমা যাওনা হংলকপনি। কমলকিশ্বরদি মদুকা ভাব তাবিত্রা, তাদ্রিববা খঙদে ইচম চম্ন খুমদোবকই, "ঐদি তূমনীংদ্রিযে।"

"মদুগী মবম লৈগনি। ঐনা দাদাদা যাম্না যেৎলব্রো?"

মহাক্কী নুপীগী অকোনবগী কোচি থাংলপ তৌবা ৱাহৈদুদা মহাক ভাব তাবকই। মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দা ৱাবৌবা অমা লৈবে। কবিসু ওইববোইদবা হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱাবী অমনা মখোয অনীগী মবক্তা অচৌবা পল অমা ওইগদৌবিববা? ৱাবী অসিবু মাগী নুপীগী মকমদা লীথোক্তনা থম্লগা মহাক্কী কবি তোংজবা? লীথোকলুবগনা মঙোন্দা কবি মাঙজবিবা? অৱাবা ৱাবীদি তমথোক্লগা লীথোক্লগা মযেং তাই হাযনবিবনি। অদুগীসু মথক্তা কিবনকুমাৰীদি মহাক্কী নুপীনি। শাংলবা পুন্সি খোঙচৎতা অৱাবা নুংঙাইবা অনীমক শকক যামিন্নগদৌবিববনি। লীথোকপদা কবিবু অকাযবা লৈবগে? মহাকসু খঙলবদি অৱা-নুংঙাই পুম্নমক শকক যামিন্নবা যাবে। ঙাইহাক খল্লবা মতুং মোমোন মীনোক অমগা লোযননা নুংশিনা খুল্লকই,

"অদুন্না খল্লব্রা কিবনকুমাবী?"

"তশেংনমক ঐদি মীগী মকাদা যেৎপসি পামজদবনি। অদুবু ."

কিবনকুমাবী ব্রা মখা তাবা ঙমদে। হাযগদবা বাদু নীংজিং মাঙজিংনবকই। মমায লূকথদুনা লৈ। মাগী ব্রাহে মখা তানা তনীংলিবা কমললকিশ্বরনা তবশিল্লকই,

"অদুবু বৈদৌববা?"

"দাদাগা অহানবা উনবদা তাকপিখিদবনা অদুন্না থোকখ্রমাল্লে।" কিবনকুমাবীনা শোল্লাংননা শোল্লকই।

কমললকিশ্বর অমুকস নোকফেৎ তৌই। যাম্না কন্না নোক্লীংবদি মান্দে। মহাক্লা খল্লম্বা রাখল চুম্লে। পুন্সিগী ওইনা চিংনদনা লৈখিগদৌববা রাখল অসিমদি মতাং চাবিঙৈদা চুমথোকহৌবনা ফবে হাযনা খল্লমম্লে। স্বর্প অমা শাংনা হোন্দোক্লগা হাযবকই,

"নঙনা কনাগী মফমদসু যেৎপা লৈতে। মীওইবনা ইনখৎলকপগী পুন্সিবু খক কান্দনা চত্তে। মতাং অসিদা মীওই অযাম্বনা নংশি নুংওনগা থোঙবু কমা থেংনবকই। থেংনদবা যাওবগাসু যাম্না তাঙনা থোক্লমগনি। নহাক্কীসু থেংনবম্না যাই। ঐহাক্কী থেংনবকখি। হোয, মসিমদি ঐ নঙোন্দা হাযহৌদবে। নঙ ঐবু লান্না লৌনুকো। মতাং ফং চাবে। মতাং চাবিঙৈদা রাবী অসিমদি ঐ নঙোন্দা লীবগে।"

কিবনকুমাবী থুনদে। তুমিন্না ফমদুনা লৈ। রাবৌবিববা নৎত্রগা মপুবোইবগী চন্নব পুকচেলবু খঙলদুনা মপুবোইবগী যাথং ইন্দুনা মপুক্লিং চঙনা কবম্না রাবীনো খন্দুনা বানী তানবা শেম-শাবিববা? কমললকিশ্বরনা রাবী হৌই।

রাবীসো' মুন্না তাওকো। ঐনা ছাত্র ওইবিঙৈগী রাবীনি। ঐনা মাষ্টর তন্নিঙৈগী রাবীনি। ঐনা বেঙ্গলোবদা লৈবিঙৈদা মহাকসু মফমদুদা লাইবিক তম্বা লাকখি। মতমদুদা মহাক সুপ্নগী ইলবেন ক্লাস তম্বা লাকখিবানি। মহাক্কী মিং চনবগী থৌবাং পুম্নমক তাঞ্জা অমদগী ঐগা থেংনকবদুনা ঐনা লোইনা শীনবিখি।

মিং চল্লবা মতুংদা মহাক্কা ঐগা অদুম থেংনখিদ্রে। মহাক্লা মফম চানা লৈখ্রবনিনা ঐসু থোইদোক্লা খল্লদ্রে। চহীম্নক লৈবগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্লা ঐবু থিবকখি। ঐ ইঙক ঙককি। মহাকপু মিং চনবিবগী থাগৎপা ফোঙদোকপা লাক্লিবোই খল্লুই। ওইবমদে। মহাক্কী মমা লৈতবগী পাউ পুদুনা লাকপা ওইবমখি। মহাক মযুমদা থোক্লীংখি। প্লেনদা চৎনবা পৈশাসু লৈতে। ত্রেনদা মখন্তা থোকপদা খুদোংচাদবগী রাদু ঐঙোন্দা তন্নখি। মহাক্কী

মমিৎতা ঐসে কবি ওইনা উকব্ববনো খঙদে। মথম্মোই শোক্লা কপ্লখি। ঐসু মাগী অন্নাবদু শকক যাদবা ঙমখিদে। মহাকপু থেমজিনবিখি। ঐ নুংঙাইখিদে। মতম অদু ঐসু পবীক্ষা অমগী কন্না হোৎনবা মতাং ওইখি। মহাকপু থিনবিবা হাযবদুর্মদি মতাং চাখিদে। কুপ্না থন্নববা মতুংদা প্লেনদা চৎখ্রো হাযবা মহাক যাবে। ইমান্নবা অমা অনীদগী পৈশা খাযগৎতুনা টিকেট ককপিখি। এদোবগে ঠ ফাওবা থিন্দোকপিকই। মহাক অমুক হন্নকখিদবে।

মহাক ক্লাস ইলবেনগী পবীক্ষা থাবল্লগা থোকখিবনি। পবীক্ষা হাযদোক্লগা মমান্নবীশিংদা হংলুবদা মহাক ফার্ষ্ট দিবিজনগী মার্ক যাম্না ব্রাংনা ফংদুনা পাস তৌবমখি। মশক ফজবতা নত্তনা লাইবিকসু হৈবম্মী। ঐদি অহানবদা অদুন্না হৈবমগনি হাযবা থাজকদে। মহাক্লা পুবকখিবা ক্লাস টেনগী মার্ক অদুসু কযা ফজখিবা নত্তে। মশক ফজবী নুপীমচা অমার্ম্নদি ঈবংদা তাউগর্ল্লি। লমচৎ শাজৎ ফজগন্দে। ঐদি মখোযগা নকশিন্নবা কযা পার্মখিদে। অদুমকপু মসিমদি ঐগী অবানবা বাখল ওইবগ্রে। লাইগী মচা গুম্না বাশি লৈনা ফজবী মহাক্তি লাইবিক্তা মথবায যা ওবম্মী।

মহাক হন্নকখিদ্রবা তুংদা মযাম্না ঐবু লক্লখি। যুদিৎতা মাঙজোঙ চোংবা লৌশিৎতা খাজনা থীখিবা হাযদুনা কবেম্নবিখি। মী ওইবগী খুদোংগীবা মতমদা মতেং পাংনববু কবি কাযবগে'? ঐগী ওইনদি থোইদোক্লা নুংঙাইতবা তৌকবা লৈতে। ঐদি মঙোন্দা থোইদোক্লা শাউনীংবসু লৈখিদে। ঐঙোন্দা মীনমখি হাযনসু থনখিদে। মযাম্না খবা লক্লববসু ঐনা কবিসু থল্লুদবনা মহাকপু নোংমা নোংমগী তপ্না তপ্না কাউথোকখি। ঐনা মাবু নীংশিংলুনবা মবমসু থোইদোক্লা লৈখিদে। মহাককুন্না কযা কযা থেংনাখ। ইচম চম্না কাযনখি। ঐদি নুপীশিংগা নকশিন্ননসু কযা লোযনবকখিদে।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী চিঠি অমা ফংখি। ঐগী অবোযবা চহীগী পবীক্ষাগী মার্ক ব্রাংনা ফংনবা ঈশ্বরদা থৌনিজবি হাযনসু ইবকখি। ঐনা পুথোর্কাপখিবা পৈশাদু মতম চানা পীবকপা ঙমদ্রে, নোংমা পীবক্লগে হাযনসু ইবকখি। অঙকপা মীওইবগী লাইবক হাযবদুনি। মহাক্কীদি অপোকপা মপাসু এক্সিদেন্ট থো জুনা লাযকর্ম্নাবি হাযদুনা ইবকখি। নুমিৎতুদগী মহাক্কীদমক থন্দবা ঐ ঙম্নর্কখিদে। মহাকপু নুংশিবগী ঈহুল অমা থম্মোইদা কন্না ফাওবকখি। মাবু উনীংলকখি। ঐগী ওইবা ব্রাহৈ কযা মঙোন্দা হাযনীংলকখি। মহাক্কী ফোনদুসু চৎখিদ্রে। চিঠি ইগে থল্লবসু মহাক্কী লৈফম চপ চানা হংহৌদ্রে। উবিপোক্তগীনি

হাযবসিতনি ঐনা খঙহৌবা। কবি খনবদগীনো খঙদে, মহাক্লসু মহাক্কী চিঠিদুদা মাগী লৈফমগী মবমদা কবিমতা ইবক্তে। উপাই লৈতে। অদুবু, নীংশিংবদি হেল্লকখি। পরীক্ষাগী লাইবিক কন্না পাবিঙৈ মবক্তা ফাওবা মাবু নীংশিংলকখি। লাইবিক পাবদা অকায়বা পীববা হাযনা খনবা মতাং য়াওবকখি। কাউথোক্লবা হোৎনখি। ঙন্নক্লবদা কবিগুম্বদা মহাকপু শাউনীংলকপসু ফাওবকখি।

লাইবক ফবদগী পরীক্ষা ফাওবদি মায় পাক্লা লাম্ছোবকখি। মতম খবা যুমদা থোবক্লুনা লৈবিঙৈদা বেঙ্ককী পরীক্ষা তম্মখক যাওশিনখি। মবকসিদা উবিপোক্কী কাচীন কোযা চঙদুনা মাবু থিখি। ফংখিদে। ঐ নীংবা কাযখি। খঞ্জবম্বা অমদি নীংবা থুংদন লাইবিক মখা তমথনবা ঐ অমুক চঙবা তাবম্মী। বেঙ্গলোবদা যৌববা মতমদা বেঙ্ককী পরীক্ষাদু হাযদোবকখি। ইমুং মনুংগী খল্লগা যুমদা থোকপা তাবে। থবক তৌহৌবনা ফবে খন্দুনা লাইবিক মখা তমথখিদবে।

থবক তৌববা মতুং চহী খবা হৌখ্রে। মদু ফাওবদা মহাকপু থিবা লেপখিদে। মহাকপু থিবদা হান্না খঙনবকপা, নৌনা খঙনবকপা মরুপ মপাং কযাগী মতেং লৌখি। পুম্ন মক অবেম্বা তাখি।

থবক্কী মফম হোংদোক হোংজিন তৌবকপদা লোন খোমগৎপগী থবক্তা তাকবে। *বেঙ্ককী লোন তোনখিবা মীওইশিংগী মযুম মযুমদা চঙদুনা লোন খোম্বা চৎখি। নোংমদি চহী* কযা লোন শিংলক্লবা যুম অমদা চঙখি। ঙাইহাক ফন্নিঙৈদা নুপী অমখক্লা চা পুথোবকখি। ঐ ঙকখি। খোঙদগী কোক ফাওবা তু চুংখি। মহাকসু ঐবু উবদা ঙকখিবা মাল্লি। মিৎচীনা হাইবপ যেংলম্লগা মহাক্কি খঙগ্রনি মতাগুম চাদু থম্লম্লগা থুনা যাঙনা চঙখি। ঐগী থম্মোইদা মহাকপু চিংনদবা ঙমখিদে। ঐনা চা থক্লা থক্লা যুমবুদুদা হংখি। ঐনা খল্লম্বা অদুমক চুন্নর্মখি। মহাক জযশ্রী ওইবমখি।

মতম অদু ফাওবা মহাক লৈশাবী ওইদুনা লৈবম্মী। ইমুং অদুগা মহাক্কা কবিগুম্বা মবী অমা ফাওবা থোক্লবমদে। ইমুং অদুনা মহাকপু লৌশিন্দুনা থম্বিবম্বা ওইবম্মী। কযাদা পুকচেল চাউখ্রবা ইমুংনো? ঐনা কন্না হাযজদুনা মহাকপু অমুক হন্না কৌথোকহনখি। মহাকসু লোৎপা যাদ্রদুনা উপাই লৈত্রবগুম নোকফেৎ তৌনা থোবকই। যাম্না নুংঙাইনা লৈবিবগী মওংনি। *ঐনা হৌখিবা মতম কয়াদা মাবু থিখিবগী ৱাবী তম্মী।* মহাক্লা ইশি শিনা নোক্লুনা তাখি। মহাক্লা ফনা লাম্লবসু ইমুংদুদা মহাকপু অসুম মখা তানা থম্বিনবা ঐনা

হায়জবমখি। লোয়না লোয়ননা তোল্লম্বা লোনগী শেনফম অদু পংয়াম য়াম্বা নত্তবনা ঐনা শিংলগে হায়বমখি। শিংসু শিংখি। মবী লৈনবা চে চাং পুম্নমক লোইশিনবিখি। ইমুং অদুগা ঐগা অসুক্কী মতিক নকশিন্নবকখি। ঐনা ইমুং অদুদা চঙবদা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং হাযবা মতম অমা লৈখিদে। ঐখোয অনী অমুক হন্না থেংনবকপদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইখি। মহাক্কী আশাদা ঐগী পুন্সিগী মঙলান ও[illegible]শাগংপা হৌখি।

ঐখোয় অনী অসুম্না লোযনবকপনা থম্মোইগী ওইবা ব্রাফমসু অথাকপা অমতা থমদনা মঙোন্দা ফোঙদোকখি। মহাকসু ঐনা হাযবা খুদিং যাদবা লৈখিদে। ঐগী পেন্নবা হোৎনবনা মহাক্কী থবক ওইখি। ঐনা চৎলুসি যেংলুসি হাযবা মফমদা মহাকসু চৎখি। যাদবা লৈখিদে। নুংশিবগী লম্বীদা অথাকপা থম্নদবা মতাং হাযবদু যৌনবক্কদৌবে। মহাকপু মীগী মযুমদুদা মতম শাংনা কুইথনা লৈহনবা পাম্লকখিদে। ঐগী পুক্নিংগী ওইবা ব্রাফম অমা নোংমা মঙোন্দা ফোঙদোকই। মহাকসু হবাও হবাও যাবকই। ঐখোয় অনীনা অফবা নুমিৎ অমা যেংদুনা পঙ্খুংগী নুমিৎ অমা লেপ্লবে।

নুমিৎ মবি মঙানিতগী মতম অদু ঙাইবদা ঐহাক অসুক্কী মতিক ব্রাখি। যুগ কযা ঙাইবগুম থনখি। নোংঙানবা খুদিং নুমিৎ অদুতবু ওইহন্নীংখি। লেপ্তুনা চৎখিবা মতমগী খোঙচৎনা নোংমদি নুমিৎ অদু পুবকখি। হাযনখিবা মতুং ইন্না ঐখোয অনী থেংনদুনা মরুপ অমগী যুমদা অয়ুক পূং তবাগা অদুব্রাইদা থুংখি। মরুপ অদুনা ঐখোয অনীবু তবাম্না ওকপিখি।

কিবনকুমাবী! নঙবু ব্রাবীসে তাবিববো? কবিনো, চেক-মোক্কা অমতা লাউদ্রিবসিবো? ঐবু ব্রাবীসে লোইশিল্লসিবো?

"ঐ তাজবিযে।"

ঐখোয অহুম মরুপতুগী কাদা ঙাইহাক ফম্মিন্নববা তুংদা মরুপ অদুদি থোকখ্রে। জযশ্রী ঐখোয় অনীতা ঙায়হৌবে। নুমিৎ অদুদি হবাওবমনখিদুনা ঐনা হংনীংবা হাযনীংবা কয়া লৈববসু পাক ফোঙদোকপা ঙমখিদে। ঐনা কবি হাযসিগে থল্লিঙৈদা মহাক্লা হৌদোবকই,

"তামো।"

"কবিনো হাযযুনে?" ঐনা খঙনীংনা হংবনি।

মহাক্লা মাগী থাউদগী চে অমা লৌথোক লৌথোক্লা মপি শিন্তবকখি। ঐনা ঙক্লা

য়েংখি। কবিগী পিবাং?

"তামোনা ঐবু নুংশিবীবগী লমন অসিমদি হন্দক মপোক্কী শিংবা ঙমগদবা মান্দ্রে। ঐনা তামোবু থৱায়মক্তি খন্না নুংশিজদুনসু তামোগী সেবা তৌবদি ফংলবোই হাযদুনা হান্নসু কয়াবক হন্না হাযজখিবদুনি। চে অসিনা সাক্ষীনি। চে অসি অমুক্তা যেংবিয়ু।"

পিবাংনা চোৎলবা মাযথোংদু অমুক্তং তৈতোক্লম্লগা তনিক্লবা মখুৎতুনা চে অদু ঐঙোন্দা পীবকই। চে অদুনা কবি? মহাক্লা হাযববিসিনা কবি? ঐনা চে অদু লৌবগা যেংখি। ঐগী স্তান পুম্নমক মাঙখিবদৌনা তৌখি। ঐ থাজবা ঙমখিদে। ঐনা চে অদুদা ইবিবদু থাজদদুনা মঙোন্দা কযাবক হংখি। মহাক্লা মতৌ কবম্না আইচ আই ভি পোজিটিব ওইখ্রিবনো হাযবগী মতাংদা কপ্না কপ্না তন্নকখি।

মহাক্লা বেঙ্গলোবদা লাইবিক তম্বা হৌগৎলকপা মতমদা মমা অতোনবী লাকখি। হৌখিবা মতম কযাদি মহাক্কী মপানা মমাবু লুনা চান্না তৌবিখি। নোংমতা খৎনা চৈনবা লৈখিদে। অঙাং নুপা যাওদবগী মতাংদা মবক মবক্তা ৱাবী শানবদি তাখি। মমানসু মপাদা অতোপ্পা নুপী অমা থিনবা তত্তনা হায। অঙাং নুপা যাওদবগী মিংদা নুপী অতোনবী অদু পুবকখি। মহাক্কী মমাগীনি হাযদুনা হন্না যেংবদা মতেং পাংবিনবা কনাসু লৈখিদে। মবোক লুখ্রাবী অমনা যোক্লকপনি। লৈখিদ্রে। মচাগীদমক অৱা চৈনা কযা মাযোক্লদুনা হিংনবা ফনা কন্না হোৎনজবম্লবসু মীওৎ মীনৈ খাঙবা ঙম্লক্তবা চঙজফম লৈত্রবদা মমানা হূ থক্তুনা শিখি।

মমা অতোনবীগী শবৌদগী মহাক লাইবিক মখা তম্বা লাকপা ঙমখিদে। মমাগী ফিবোই লোইবতা ঙাযবিঙৈদা এক্সিদেন্ট অমদা মপা অমুক লৈখিদে। মমা অতোনবীনা মহাকপু থীনা থীনা তৌবা হৌবকখি। য়ুমদুদা লৈবা ফাওবা ঙম্লকখিদে। খবা নক্লা তিন্নবা লৈকাইগী ইমুংশিংদা অহিং কযা যাবেকখি। নোংমা নুমিদাং অমা মমা অতোনবীগী খুজিল থৌবাংদগী আইচ আই ভি পোজিটিব ওইববা নুপা অমনা মহাকপু মযুমমক্তদা ইজৎ মাঙহনবিখি। নুমিৎ অদুদা মহাক শিজবগে খন্দুনা মযুমদগী থোক্লকখি। মহাক্লা লৈবম্লিবা ইমুং অদুগী অহল অদুনা অথেংবা অহিংদুদা থেংনদুনা কনবিবকখি।

অহল অদুনা বেঙ্কতগী লৌখিবা লোনগী পৈশা অদুনা মমা অতোনবীগা মহাক্লা কেস থেংনবদা শীজিন্নখি। লাইবক ফবদগী মপা লৈখিদবগী ফেমিলি পেন্সন অদুমদি মহাক্লা ফংহৌবে। লোনগী শেনফম অদু খবা খবা শিংগৎলগে খল্লকপা মতমদনি মহাক্লা ঐগা

থেংনখিবদু। মযুম ইংখোল অদুমদি মপানা হিংলিঙৈদা মমা অতোনবীগী মমিংদা লোইনা ওনশিল্লম্লে। মহাক্কী শকক খজিক্তং ফাওবা ফংবা ঙমহৌদ্রে। মহাক্কী ৱাবী তাকুবদা যাই থাববা ঙাগুম ঐদি পুংপঙ পঙথখি। ঐ ৱাখল অমতা থোকপা ঙমখিদে।

ঐখোয অনী ফনা কুইনা ফম্মিন্নখি। থেঙজিল্লক্লবা মতম অদুদদি মহাক্তি চৎলগে হাযদুনা হৌগৎলকখি। ঐনা খাম্বা ঙমখিদে। চৎলো হাযবসু হাযখিদে। মহাক তপ্না থোকখি। হন্না ফাওবা যেংলমদে। চে অদু অশেংববা, শেংদববা হাযবদুমখক ঐ খঙনীংলকখি। চে অদুদি ঐনা লৌহৌখি। মহাক্লসু চিংনবা লৈতনা পীবমখি। ঐনা চৎলগা হংনকুবদা অচুম্বা ওইবমখি। ঐগী অশা পুম্নমক ময়োল কংখি। ঐঙোন্দা কবিসু কান্নদ্রবা চে অদু মঙোন্দা অমুক হন্দোকপিখি। ঐসু যুম পাল্লবোই থনখি। মতম শাংনা যুম পাল্লকখিদে। কবি গুম্বা মতমদা মহাকপু লুহোংলগে থল্লকপা মতাং কযা যাওবকখিদবসু নত্তে। ৱাফম অসি মঙোন্দা কযাবকসু হৌদোকখি। খুজিন খুনাম্থোক্তগী মহিক অদু ঐঙোন্দা চঙখিদ্রা হাযদুনা মহাক্লা যাম্না পাখৎচখি। মহাক্লা ঐবুদি হিংখো হাযদুনা লুহোংলসি হাযবা যাবা কৌবা লৈখিদে। মেদিকেল সাইন্সনা ফনা যাম্না চাওখৎতুনসু লাযনা অসিবু ফহনবা ঙম্বা হিদাক ঙসি ফাওবা পুথোকপা ঙমদ্রি। চেকশিনবদগী হেন্না যবা উপাই অমা লৈতনি।

চহী যামশিল্লক্লবদুদা মহাক অমদি ঐগী যুমগী অতল লমনশিংনা কন্না হাযমনবদগী মমৈধংদা ঐহাক লুহোংবা যাখি। ঐগী লুহোংবদা মহাকসু লাকখি। লুহোংবগী অহিং অদুদা নহাক্লা চাকশংলোমদা লৈবিঙৈদা মহাক চঙলক্লম্মী। ঐখোয অনীগী কাদা মহাক লৈরম্মী। ঐসু নপান থোকলুবদগী পবপ পবপ চঙলকপনি। ঐদি অহানবদা নহাক ওইববোই নীংদুনা পবপ পবপ চঙশিল্লুবনি। নহাক ওইবমদে। ঐ শ্বাই লাউখি। নীংবা কাযববা, নুংশিগী পম্লুং যৌবা ফংদ্রবা মাযথোঙদো পিনা পুংচোৎ চোৎতুনা লৈবম্মী। লেপ্পা লৈতনা শিন্থখিব মহাক্কী পিবাংগী অর্থ ঐ ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদবি। মহাক্লদি নুংঙাইমনখিদুনা কপ্পনি হায মসিবু তশেংনা চুমলিগদ্রা? ঐ থাজবা ঙমদে।

ঐদি মহাক্কী যাথং ইনখিবথক্তনি। মতমদুদা মহাক্লা পেন্নবা ঐনা কবি হাযগনি ৱাহৈ অমতসু থোক্লকউ হাযবা যাখিদে। মহাক্লা চৎলগে হাযবকপা মতমদতা ঐ জ্ঞান লাকখি। নুমিৎ অদুদা মহাক্লা কুইনা পম্থদুনা লৈনবগী মবমসু লৈতে। মহাক্লা নহাকপু মহাকমক্তি থন্না লুনা তৌবিযু হাযবম্মী।

মহাক্লা নফমদা অমুক হন্না যেৎলগদবসু লৈত্রে। নহাক্লা মঙোন্দা যেৎখিবসু নত্তে।

লুহোংবগী অহিং অদো নহাকসু নীংশিংলমখিগনি। অহিং অদো ঐনা কবম্না কাউগনি? ঐ তূমদনা মগুলাক্লখি। ঐহাক ননাক্তা ফনা থেগুলফাওবদা চগুলকপা গুমখিদে। নগুনা ব্রাবৌখিবা তাবে খনবদগী ঐ চগুলকখি। ঐনা চগুলকপা মতমদদি নহাক্তি তূমদুনা লৈবম্লে। ঐ নগুবু হৌদোকপা গুমখিদে। মহাক্না চৎলমদাইদা ঐখোয় অনীবু নুংঙাই য়াইফনা পাম্লু হায়দুনা ববসু পীবম্মী। মহাক্কী মগুক্তগী লিক অমা লৌথোক্লুনা নগুগীদমক খুদোল তম্লম্মী।

ব্রাবীদো অসিনি।

কমলকিশ্বরনা উপূদগী লিক অদো লৌথোক্লুনা কিবনকুমাবীগী মগুক্তা শিবিবি। কিবনকুমাবীদি মদুগা থওইনা খল্লুদবগুম উই। নুগুনা শাবা মুর্তি অমগুম ফল্লি। হোয় মাই হাযবক্তে। হৌজিক ফাওবা মচী ইবেঙ লেগুলক্তে। কমলকিশ্বরনা কিবনকুমাবীদা চেপথদুনা যেংই। কিবনকুমাবীগী মতৌ উবদা মপুক্লিংদা কবিবু ফাওবক্লিবা? মবেংবান্দা পাযবগা তপ্না নোমদুনা কৌবকই,

"হায কিবনকুমাবী! নগুবু কৈদৌবগে'"

ইবাই

০১-০১-২০১০

## পাপ অমগী মথঙদা

"কাকা, কাকামচা ।" ইবোতোম্বনা পবপ পবপ লাক্লগা হবিদাসকী থোঙজিল মযাদা লেপ্লগা কৌবৈ।

হবিদাসতি তাবিববা তাদববা খঙদে মাগী নুপীগা ৱা খবা কন্না ঙাঙনবদি মপান্দা লেপ্লিবা ইবোতোম্বনা তায়। ইমুংদা চঙশিনগে তৌবদা খংপন হেক পল্লি।

"ঐনা নহাক্নমখৈ অসি থোক্কনি হায়দ্রা? নঙবু কবিসু তৌবোই হায়বদায? হৌজিক্তি ফববিনি হায়বা? ঐগী নীংজবা পুন্না কায়হল্লেদনা সে। মখোয় মচীন মৌপ্পা অনীসিদংদি ঐনা মী অমমমতা ওইনবা শেম্বিগে খনবনি। হৌজিক্তি লোইবেদনা। মসি পুন্নমকসি নঙনা থোকহনবা ঙাক্কেনি।"

হবিদাসনা অদুক কন্না ঙাঙলিবদু মাগী নুপী ককমনি নুপাসি শাউবমাল্লেকা খল লাক্কে। সৎ হেক খুন্নকই,

"ফবগনা মপা ঐ লৌ তৌবিনি, ঐনা শেম্বনি। ফৎত্রগনা মমানা থোকহনবনি হেক মহাযবা। সিবু নুপা নখোযগী হৌনবীবো? মাইদা ঐদি। মচানুপী চেনখ্রগা ঐঙোন্দা

তাইনবিবিনে।"

"নুপী নঙ ঙসি মথোং কযা চাবোইকো মী লাক্লবমদাইসিদা।"

মপান্দা লীলাগী অরায অখুম তাবিবা ইবোতোম্বা তাবা ঙম্লক্রমাল্লে, খবা হৌবপ অমুক কৌবকই,

"কাকা, কাকামচা ঐ লাক্লে।"

"হা' নঙ লাক্লব্রা ইবোতোম্বা?" হবিদাসতু হন্দক্তি তাবমাল্লে ঙাঙ ঙাঙদুনা থোক্লকই।

"হোয কামচা। ঐ কৌববু কবি হাযবিগদবনো?"

"সে, নঙগী বাজিহলদু খবা লৌবিরুচো। নচলনুপীদু কবি শুম্না চেনখি লাকখিবা ওইবম্লবদি মী লাক্লবনা হাল্লনি।"

"বাজিহলবু খঙখ্রবরা, কামচা?"

"পাউবুদি ঙবাং নুমিদাংনা তাখ্রবনি। নচল হল্লক্লবগী [illegible]নবদদা কাকনা হাযখ্রবনি। সে সে, গাড়ী সো। গাড়ী তপ্পা থৌকে।"

অসুম্না মপা মপ কল্লা ঙংলো শক্লবইঙদা হৌদে, অমুবী অম ইমংলোমদনা কর চেন্থোবকই। এচান্দা চে মযোম অমসু চল্লকই।

'এ, এ, হৌদোংনিনহে। কৈনো অমা চেনখ্রে। কামচা ঙাবি ওইবমাল্লেনে। অম তাহৌবে।" ইবোতোম্বনা মমাগ সং লৈখে, ক্লনা হৌদোং তম্নগে তৌই।

"তান্নকবনু ইবুংঙো ইবাযবক্কীনি। ঙাবি ওইবমগনি, হৌজিক্তা নদোমচা দুকান চৎলুবনি।" হবিদাসনা ইবোতোম্ববু খাম্নী। "অদুগী শরুকপুদি নঙগী চৎকদবদুদুম চৎথোকলুবো।"

পেন্দবগী অদুক পংঙাঙ ঙাঙবা হাযবদুনি। নুপা মযুমগী মী লাকপদা হবিদাস থোইনা অশাউবা উৎতে। হংনমম থোকপা অদুক খবা হংনৈ। নুপামচাদুসু গোভর্নমেন্টকী থবক মচা অমদি তৌজবে হায। থোইনা কুপথনা হংলুদে। হবিদাস থোইনা লৈবাকমচা তাদবা মীওই নত্তে। রাসু কযা ঙাঙগন্দে। নুপীমচাদু নুমিদাংরাইবম যৌহনবিবকউ, অদুগা লুহোংবগী রাদু নোংমা লেপ্পবসিন্দং হাযখি।

কমদৌনি, নিঙোল পোকপা হৌনশা নীংঙমদবা চৈনা খবদি ফংবা হৌনশানি। নীংবা খবা থুংলগনা খবা হেক মহাবাউবা, তাইবংগী চৎনবী ওইবমাল্লে। মহাক্কীদি মকপ

মপাঙশিংনা হংলকপা ফাওবা ইখুম হেক খুমনীংদে হাযবদুনি। মচানুপী প্রিয়া থোইদোক্লা লাইবিক লাইসু ইফৎ ফত্তবা, লাইবিক লাইশুদা থরায যাওদবা হাযদুদি নত্তে। মেত্রিক্তগীনা গ্রেজুয়েট ফাওবসি ফার্ষ্ট ক্লাস ঙাক্তনি। ইয়ু পি এস সি পরীক্ষা যাওবা থাহন্নীংবনি মপানদি। মাষ্টর তমহন্নবা কোযচেন চেন্নবিঙৈ মবর্কাসিদনি মহাক্লা চেনথোকখ্রিবসি। অঙাং ওইবি। কনানবুদি নুংঙাইফম থোকপগে। ফবে মবাইবক্না হাযবদুনি।

থবক অমা থোকপা হাযবর্সিদি মী তিল্লবা হৌনশানি। অযুক নুংথিল নুমিদাং হাযবা নাইদে অমসু অমসু পাংলাক্তা লাকই। মী যাম্লবদি ব্রা যাম্বা হৌনশানি। মানা মানা থোকপা কদায কদাযদগীনো পংকোৎতা কোৎথোক্লবকই। হন্দক্কী লুহোংবা অসি অবাযবা অমদি ওইবোইদৌবি।

বব ওইগদৌবিবা প্রেম মাইবম নত্তে, অযোকপনি হাযবি। অদুগীসু মথক্তা মরী মখোঙ থিবদা অকবা থবক অমসু ওইগদৌবি। মমানা লৈশাবিঙৈদা পোকপদগী লোন্না লৌহৌবনি হাযবি। অচুম্বনি খঙদে অবানবনি খঙদে মীগী মচীনবু কনানা মেনবা ঙমলুগদগে? ব্রাফম অসি হবিদাস অমসুং ককর্মনিগী নাকোং যৌবে। মচানুপী প্রিযাদা মযাম্না ঙাঙনবিবসি চুম্বা হংই। মহাক্তি খঙলমদে। মহাক্কা খঙনবকপদি কুইবে। অদুবু, ব্রাফম অদুগী মতাংদদি নোংমতসু কনা গুম্বা অমতনা হাযবকপা লৈতে।

অতৈ অতৈ হাযববদি থবসু ফৈ। লৈশাবীগী মচানি হাযবসিদনি হবিদাসনা থাঙবা ঙমদ্রিবসি। ব্রাফম অসিবু যোকচবা যোকচবী মমা মপাদা কবম্না হৌদোক্কনি। অযোকপনি হাযবসিমদি শোযববোই। মী অযাম্বনা হাযবে। হংসি কদায খঙশিন্নবগুমসি কদায লৈতাফম খঙদ্রে। নুপী মশেন হংনবনা যবদ্রা খন্দুনা ককমনিদা ইনশিল্লি। মচাগী বব ওইগদৌবিবা মযানুপাগী মবমদা মনেম্নসু খঙনীংবা হৌনশানি। ককর্মানসু চিংনবিবা অদুমদি কোক্লবা হংলগে খল্লে। নুপা মযুমগী নুপীশিং লাকপা ন্যামৎ অমদা ব্রাফম অদু ককমনিগী মাযকৈদগী মচেশিং (মতৈগী নুপীশিং) দা হৌদোকহল্লি। নুপামচা ববদুগী মবমদা ফজনা খঙবা নুপী অমা মযামদুগী মবক্তা যাওবম্মী। লাইবক ফবনি। ব্রাফম অদু মহাক্লা মযাম মমাঙদদি হাযদোক্লীংলমদে। পংফা ফজবা ব্রাফম নত্তবনা ওইবম্বসু যাই। নৎত্রগা, তঙাযফদবা মী অদুখক্তদা হাযজ নোঞ্জগে খল্লম্বসু কনানা খঙবা। মহাক্লা কৈন্যাগী মমাদংগা ব্রবীদু লোন্না শান্নজনীংলম্মী।

চা-নুং থক্তুনা মযাম ঙাইহাক্তং ফমহল্লম্মী। ককর্মনিনা নুপী অদুবু পুদুনা মহাক্কী

কাবোমদা চঙখ্রে। কবিবু থোক্লগবা? য়াম্না নকশিন্নবা ফম্মিন্নৈ। ফনা কুইনা ফম্মিন্নখি। নুপী অদু কনাসু নত্তে। প্রেমগী মমাবোক্লি। মতম অমদা থৌবাল মায়কৈদা অঙাং উনবদা মমিং সেং কায়না চংলম্না ডোক্তর হেমোবতিনি। মহাক্কী ক্লিনিক অমা থৌবাল বাজাবদা হাংলম্মী। হৌজিক্তি মহাক্না অহল ওইশিল্লক্লবনিনা মচা মনাওশিংদা শিন্নখ্রে।

মতমদু ঙসিদগী চহী কুম্থ্রামুক্কী মমাঙগী বানি। মহাক্কী মনাওনুপাগা মনাওনুপীগসু মতম অদুদা ময়ুম পানবা চহী তবামুক্তি ফাববনি। মমীৎতা মচাদি উখিদে। উনবগী খুদোংচাবসু লৈখিদবে। মনাওনুপীগী অঙাংখাউ লৌথোকখ্রে। মথম্মোই কায়দনীংঙাই লৈবোই। মনাওনুপাসু মাগী নুপীগী খল্লগা অতোপ্পা নুপী অমা থিযু হায়বা যাখিদে। মুম পাল্লগা অঙাং যাওদবা হায়বসি নুংঙাইবা পুন্সিদি ওইববোই। অদুগীসু মথক্তা হনুবক্কনু হায়বসু যাবোই। মহুৎ মবেং শিনবিনবা লৈহৌবোই। মসিগীদমক্তসু ৱাদবা য়াদে। শাগৈগী অঙাংশিং যোক্কদবসু লোইনা চাউথোকখ্রে। তঙাইফদ্রবনিনা অফংবা অমদি যোকপদা তাবনি।

তাল্লক্লুদা নোংমা নোংজুগী অথেঙবা অহিং অমদা মহাক্কী ক্লিনিক্কী থোঙ থীল্লখি। নুমিৎ অদুদা ফিভম লুশিল্লবা অনাবা অমা লৈবদগী মহাকসু মফমদুদা লেকখি। লাইবক ফবা হায়বদুনি। থোঙ হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা মপান্দা লৈবল্লিবা মীওইশিং অদুগী মবক্তা মহাক্কী মখাদা থবক তৌবা ডোক্তর অমসু য়াওবম্মী। নুপী অমসু লোযনবকখি। পংকুই কুইদনা পৃংজা খবগী তুংদা অঙাং উনবগদবা নুপীনি। মহাক্কী মমিং কহিনি কৌই হায। লৈশাবীনি। ডোক্তর হেমাবতিনা খঙদবা য়াদবদগী খঙহৌবনি।

কহিনি মশক মতৌ ফজে। চহী কুন ফাবমগদবা মান্দে। অঙাংনি হায়বা য়াবি। লম হেল্লি হায়দুনা চৈক্লবসু মতাং ইচা চাদে। ডোক্তর হেমাবতি মশামক্লা অঙাং অদু উনখি। অঙাং অদুসু চপ চানা ফজে। ঙৌবোক ঙৌই। অদুবু, মহাক মমাগী যেক্লবা অমা ওইনা পোক্লবরা? কবি লালবু তৌগে খল্লিবা? চংনবীগী মায়োক্তবা নংত্রগা চংনবী ৱাংমা লান্না চংলিবশিংগী মাযোক্তবা? কয়া য়াম্না কনবা লালনো? মহাক্লা খুৎলায় পায়দুনা লেপ্লবা ঙমদ্রগসু মহাকপুদি অসুক্কী মতীক চাউবা য়েক্লবা ওইনা উখ্রে। কহিনিগী মমা মপানা মহাকপু ঙ্কাঙহনখিনবা কন্না হায়জখি। ডোক্তর হেমাবতিগী মফমদা ৱাখল অমা লাকখি। মনাওনুপীদা অঙাং অদু য়েংলনবা লোন্না পাউ পীখি। অঙাংদু উবদা হবাওমনখিদুনা পম্বা তৌদনা মনাওনুপীনা অদুম্মক লৌখ্রে। ডোক্তবনদি আইনগী থোঙদা অঙাং অদু য়োকসি

হায়জবনি। অদুবু, আইনগী থোঙদা পুথোকপদা ফজবোইদবা লৈবদগী মদু তৌখিদবে। কহিনিগী মমা মপানসু মদু তৌদনবা কন্না হায়জে। মখোয়না হায়খিবগী মতুং ইম্না মখোয়সু ঙসি ফাওবদা অঙাং অদুগী খোঙ্গুল লীবকখিদবে। অঙাং অদু পোকখিবগী বোকোর্ডসু ক্লিনিক অদুদগী মাঙখ্রে।

মনাওনুপীনা য়োকচববসু ডোক্তর হেমাবতিনা মখুৎমক্না পোকচবা অঙাং অদু কদায়দা শোয়খিগদগে খল্দুনা চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা লাকখিবনি। প্রেম অসি অশেংবা মাইবম মচা নত্তে। মহাক্কী শাগে, য়েক-শলাই কবিনো হায়বা খঙদে। অসুম্না থোক্লগনি হায়বা কনাসু খল্লুনহৌদবে। মহাকপু তঙাইফদনা য়োকখিবনি। রাফম অসি ঙসি ফাওবদা কনানসু লীথোক্তনা থল্লকপনি। অঙাং অসিগী মবমদা খজিক্তং খঙলিবসি মহাক মথন্তনি। মীওই অমখক্তনদি ফজনা খঙগনি। মহাক অদুদি ডোক্তর বতননি। অদুবু, মহাকসু লাইবক থীবা থৌদোক অমদা লৈখিদবে। কবি উপাই লৈগনি? রাফম অসি ডোক্তর হেমাবতিনা ককমনিদা য়াম্না নুংঙাইতনা তম্বনি।

রাফম অসি প্রেমগী মনাকোং যৌরবদি কবি ওইগনি? মহাকপু হৌজিক ফাওবা তাবমখিবোইদ্রা? মহাক্না মাইবম নৎত্রগদি লুহোংবা অসি তোকপা তাবিব্রা? নৎত্রগনা, মাইবম ওইবগদি লুহোংলোইদৌবিব্রা? নৎত্রগনা, অশেংবা মমা মপা খঙদ্রবদি মহাক মপুক্সিগী লুহোংবা য়াদ্রবা মীশক অমবা? মমা মপা থিদোক্লবা অবোনবা পাম্বৈ লৈত্রবদি মেডিয়াগী মতেংনা থিদোকপদি কবি অকায়বা লৈবগে? মমা মপা থোক্লক্লবসু কবিবু অকায়বা লৈবগে? মচা চাউনবা য়োকপিবে। ময়ুম মকৈ পানবিববু হবাওফম থোক্তববা? লুবিবদি সমাজগী মীনোক মৈশা অসিমদি কনানা মুৎথৎপিগনি? পুক্সিগী কোকপা ঙল্লবোইদবা দাগফম ওইনা লৈহৌবগদবা? মহাক্কী মবালনা কবি? লুহোংবগী মতমদা রাফম অসিবু পোকথোক্লবক্লিবসিনা কবিগী?

ওইনীংবা ওইসনু, মীপুম খুদিংগী রাবু কনানা ইনবা ঙমগনি? লাইবিক তম্বা য়াবা খবা তন্লে। থবক মচা অমা তৌজবে। মবোমদোম হিংজবা ঙল্লগনি। নিশা চাদে। লমচৎ শাজৎ ফজে। অহল লমনশিংনা হায়বদা হে তোংদে। ফত্তবা মকপ মপাং তিন্নদে। মসিদগী হেন্না ফবদি তাঙনা থোক্লনি। মহাকপু অফবা মী অমা হায়বদু ওইদ্রিববা? মীওইবা অমনা ফংফম থোকপা হক অদো মহাক্না ফংজবদা কবি অকায়বা লৈবগে?

নুমিদাং অসে থেঙজিল্লক্লে। ককমনি তূম্বা ইম্না য়াদে। ডোক্তর হেমাবতিনা

হাযবম্বদগী খঙলে। ডোক্তব হেমাবতিনা হাযবম্বা ৱাহৈ পবেং খবদি ককমনিগী মনাকোংদা হৌজিকসু নিন্দুনা অদুম লৈবি।

"মবাযবক থীববা অঙাংনি। পোকপদগী মমা মপা মশক খঙজবক্তবনি। মমাগী খোমলাং মহাও তংজবক্তবনি। ইবেম্মগী থৌজাল নংত্রবদি অঙাং অসিগী পুন্সিদি মাঙখিবা তাবে। ইবেম্মনা খবা নুংশিবিযুকো।"

নুংশি হাযদুনসু মপান হেক থোকপা য়াবদি নংখিদে মশাদা হুমাং কাখিবা ৱাহৈ অমদি অঙাং অদুগী মমাগী মমিং পল্লকপদুনি। বেকোর্ড পুম্নমক মাঙখ্রবসু ডোক্তব হেমাবতিনা মিং অদুমদি কাউবমদবি। অঙাং মমা কহিনি কনানো? মহাক্না কবম্না কবিগী মচাবু হুন্দোক্লম্লিবা?

কহিনি ইম্ফালদা লৈবা মচীনজাক কাবক কাবক চাজবা ইমুং অমগী মচানুপীনি। যাম্না মঙাও থীনা হৌবকপমক্তি নত্তে। অদুবু, তিনকি লাইকিদনা হৌরকপা নুপীমচা অমনি। মচীন মনাওশিংগী মনুঙদা ইতোন তোনবীনি। ইমুং মনুংনসু খবা লুনা চান্না তৌবকই। মহাক্না তৌবা থবক্তা কনানসু কুপ্পা যেংশিনদবগুম তৌই। মহাক্না খুঙ্গংদগী লাক্লগা ভাবাদা লৈবগা লাইবিক তম্লবা সুধিব কৌবা নুপামচা অমখকপু নুংশিকখি। মখোযগা যুমথংননা লৈববনি। যুমবুগা খবা লাপতক তৌনা লৈনবা যুম অমনি। নুপামচাদুনদি থৌওইনা যাজদবনি। মহাক্না মবক মবক্তা চৎতুনা চাকসু থোংবিকই, ঈশিংসু শোকপিকই। কনাগুম্বনা উববসু ইচম চম্না লোযনবিবোই মনীংই। মীবক নাবক যেংলগা কাহনিনা মীগী কাদা হেক্তো চঙলুই। মীগী মশাদা তাপ তাপ হেক্তে পাযকই। মযম চানা চাদবা যেংদে। মনাক্তা মৈ হৌজিল্লববদা কবম্বা থীনা শৌদোক্লোই।

চানীংবা যেঞ্জাংনা হাউর্বাসি হৌনশানি। তোযনা উনবকপগী তৌনবা মতম মাঙহন্নবক্তবে। মতম্না কনাবুসু ঙাইঁবযু যাদবনিনা থা লেপথোকখ্রে। মখোয অনী কবিসু পাখৎপা পোক্লদে। নোংমা চেল্লসি হাযদুনা নুমিৎ থানবে। মযুম শেমজিল্লুখিগে হাযদুনা সুধিবসু মযুম চৎখি। হল্লকপবা হল্লক্তা সোমদদি লোৎশিন্দুনা থম্না যাবা মতম নংলক্তবে। যুমগী অহল লমনশিংনা হংনবকপদা থা তবেৎ শুবম্লে। লৌথোক্লবগী মতম হেন্দোকখ্রে। ডোক্তব তানবা যাবা তানবে। ডোক্তব বতনগী পাউতাক মতুং ইন্না ইমুংদগী মপান থোক্তনা লৈবে।

তাল্লকসিদা সুধিবনা কহিনিবু লৌবা লাক্লে। কহিনিখোযদা মহৌশাগুম ইকোই

কোইদনা চঙলুই। কহিনিগী মমানা হবাও হবাওনা কৌশিল্লি। কহিনিগা মহাক্কা লৈনবিবা মবীগী মতাংদসু হংলকপা ঙাঙলকপা অমতসু লৈতে। খঙশিন্নদে মমানা। থবক অমা চৎথোককি হায়দুনা কহিনিবু উনহল্লক্তে। নোংঙাল্লগা উনবো হায়দুনা থাদোবক্লে। হবাও হবাও হল্লক্তুনা মাগী কাদা চঙদুনা তুমখ্রে।

নোংঙানবা ফনা কুইববা ফাওবদা সুধিবগী থোঙদু ইহাং হাংদোক্লক্তে। ময়াম চঙদুনা য়েংলুবদা থোঙদি লোল্লমদে, তপ নপ্পা ঙাশিন্দুনা থম্লম্লনি। হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা মহাক্কী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংনা ফমুংদা তাদুনা লৈবম্মী। কবিগুম্বা খুৎলায অমতনা শোক-পনখিবগী দাগফম লৈবমদে। ডোক্তবগী রিপোর্টতা চীঞ্জাক্তা হূ যানশিনখিবগী চিংনবা ব্রাফম য়াওখিদে। হার্ট এটেক্নি হায়দুনা মযেক শেংনা ইবি। মীশি অসিগী মতাংদা চিংনবা খবা ফোঙদোক্লখ্রবসু মনা মনিল নাইনখিদবে। তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। অদুবু, থৌদোক অদুদগী কহিনিদি ঙা কৌবতা চাখিদ্রে। মবম হংবদসু হাযদোক্তে। চুম্না চানীংদদুনা তৌবনিদং হায়। সুধিবনা শিখিবগা কহিনিনা ঙা চাখিদবগা মবী লৈনবম্লসু কনানা খঙবা' চপ চানা খঙলুবা উকবা নত্তবনিনা হাযকুবদি যাদে। মী শিনগদবা ব্রাফমনি।

সুধিব লৈখিদবে। অদুবু থম্লম্লিবা থব্রায অদুমদি তাইবং ফাওবক্কনু হাযবা যাবা নত্তে। মতম যৌশিল্লকখি। ডোক্তব বতনগী লমজীং মখাদা নোংমা নোংজুগী অহিং অমদা থৌবালগী লাইফ লাইন ক্লিনিকতা চৎপা তাখি। কহিনি কৈদৌবা চৎলিবনো হাযবা চপ চাবা খঙবা ঙমখিদে। মহাক্না খঙবা হাযববু মহাক্কী মতম যৌশিল্লক্লে হাযবসিতংনি। মতমসিদা মহাক্কীদমক লেপ্লিগদবা মহাক অদুদি সংসাব অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রে। ক্লিনিক অদুদা জ্ঞান মাঙলুবদগী মহাক্লা জ্ঞান তাবকপা মতমদদি শিখ্রে হাযদুনা মচাগী মশক ফাওবা উহনবিখিদবনি। নুপাবা নুপীবা হাযবা ফাওবা খঙজখিদে। লোন্না কযা কপচখিবনি মাঙখ্রকা মচাগীদমক। ওইখিবনি অঙাওবী নুমিৎ কযানি। ঙসি ফাওবদসু ব্রাখল চেইবপ তৌবা মতৌ মবক মবক্তা উদবা নত্রে। সুধিবগী মতুং ইল্লগে কযাবক খনখি। ঙমখিদে। নোংমা নোংমা হৌখি। নোংফাদোক নীংশিংলকপা নত্তনা অকাউবগী লৈবোনুংদা তপ্না তপ্না চঙখ্রে।

ডোক্তব বতনগী মফমদা মীনমদুনা শক্তাকখিবা কহিনি ঙসিসু হিংলি। নুমিৎতুদা লাইফ লাইন ক্লিনিক্লা পুখিবা কহিনি, কহিনি নৎখিদে। মিং বাযখিবনি। মচা লৈশাবীনি। তুংদা মযম মকৈ পান্নহনবগী হ্না লৈবিবনি। অশেংবা মমিং মমা মপানা মতৌ কবম্ন'

তাকখোক্কনি? লোৎপা তাবনি মীয়াম মমাঙদা। মদুমক্তনা মহাক মীয়াম মমাঙদা ঙসি ফাওবদা চাউখোক্লা হিংবা ঙন্নিবনি। সতি ধর্ম্ম কায়দবী যুমগী মৌ ওইবা ঙন্নি।

মীওইবনা লোৎতুনা কয়াম কুইনা লোৎকনি? নহালমখৈ উকন্দবা প্রেমগী মশক ঙসি ফোংদোবক্লিবসিনি। মীযাম্না ঙাওনবিবসি কবিগুম্বা প্রেম্না তাবক্লগদি অশেংবা মমা মপাবু মশক ফাওবদা ওইববসু খঙনীংলম্লোইদ্রা? মহাক্না মমা মপাবু নিন্দা তৌবোইদ্রা? অমবোমদা মপাদি লৈখিদ্রে। মপাগী মীশিংগী মতাংদা খঙলকপা মতমদা মপাবুদি শোয়দনা ঙাকপিগনি খল্লি। পাঙ্গল শোনবী উপাই সৈজদবী মমাবুদি ঙাকপিবোইদবা? মমা কহিনিনা কবম তৌগ্রবা? অহিং তুম্বা যাদনা মীৎশেন খাঙলিবা ককমনিনা ডোক্তর হেমাবতিগী বাবী তাবগা কবিগী অবোনবা পিবাং শিম্ববিবা? মচা অনীগী লুহোংবগী থৌবমবু কুম্মৈ ওইনা যেংবা ঙমগদৌবিদ্রা? বব কৈন্যা অনীমক্কী মমাবু মী অমতনা ওইফম থোকপ্রা? ককমনি হিম্না যাদে তুম্বা য়াদে ফুক ফুক হৌগৎলি। চুম্না লেপ্লা ঙমদে কোযচৎ চৎলি। কুইনা চৎতুনা খাঙবা ঙমদে লৈমাইদা থবো থবো অমুক ওল্লি। তুমিন্না লৈবা ঙন্নক্তে চোইবোন পাবোল লোল্লকই।

যুমশকৈশা

০২-০৬-২০১০

## পিরাংগী মরোল

"খবা য়েংলগা চংলদি ফগদবা।" ইশা অহল ওইজববসু ঐঙোন্দা থেংজিল্লক্লিবা নহা অদুদা শাউবপ্পা ঐনা ইংগ্রাজি লোন্দা হায়। লম্বী চুম্না চংচবিবা ঐঙোন্দা দুকান নাকল অমদগী লৈথোক্লকপা মহাক্না মনীংনা শং থেংজিল্লকপনি। মী কয়াদা উশিংখিদ্রিবনো? তৌগে মতাগুম হেক তৌবা মাপ্লি। ঐ চপ লেপতুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ। শাউনীংমনখিবনা ঙাইহাক্তো মীবমনি হায়বা ফাওবা কাউথোকলুই। ও, মাগীদু লৈশাবী মচা অমদা মখুৎ হাইনবা হোৎনবদা ঐবু উহৌদবা ওইবমাল্লে। লাপতক্লা নুপী মচা অমা মখুৎ হাইবল্লগা চংখিবা উই।

"ঐ লানথ্রে অহল।" ঐঙোন্দা শং ওনশিল্লগা মহাক্না ইংগ্রাজিদা খুল্লকই। নুপীমচা অদুনা হাইবম্বা মখুৎ অদু ফাওবা মহাক উহৌবমগদবা মান্দে। ঐগী খুৎতগী তাখিবা পোৎ-চৈশিং অদু খুনগৎকদবগী মহাক লুকথখ্রে। ফনা শাউনীংলবসু মীনা লানথ্রে হায়ববনিনা কবম্না ঐনা মখা তানা শাউকগনি? ঐসু পোৎশিংদু খুনগৎনবা নোনথৈ। মকোয় ফজনা চোম্বা নহা অদুনা শাউবিবনু হায়বগী মতাগুম ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই।

"অঙ্কলবু মণিপুবদগী ওইবিবব্রা?" খঙহৌদনা য়াম্না থাজদনা য়াম্না লাঙতক্লনা মণিপুবীদা হংলকই। মহাক্না ঐবু মতৌ কবম্না মৈতৈনি খঙলিবনো খঙদে।

"হোয, মানি।" খোইবপ তৌববসু মণিপুবীদা হংলকপদুদদি ঐসু অশেংবদু খুমদোকখ্রে। অতোপ্পা লোল অমদা হংলকপগা ওইবন্নবদি ঐসু কোবিয়া নংত্রগা জাপান্দগীনিকা হায়দুনা খুন্নম্বা যাবিবনি। মণিপুবদগীনিকা হাযবসি ভাবত মচাশিংনা কয়া খঙদে। মণিপুববু কদায়দা লৈবগে হায়না ভাবত মচাশিংনা হংবা যাম্না তোয়না থেংনৈ। ভাবতকী ষ্টেট অমনি হাযবদা থাজদবনা অযাম্বনি। ওফিসাববু ওইববসু লাইবিক ফনা হৈববসু মখোয়না ভাবতকী ষ্টেট অমবু খঙদবা হায়বসি অঙকপা অমনি। অৱাং-নোংপোক লমদম নত্তনা অযাম্বা ভাবত মচাশিংনা মণিপুববু খঙদে হাযবা যাই। খঙলবসু কযা থৌওই উশিংতে। মৈতৈ মচাশিংবু চীংনুং মান্নুংদগী লাকপদৌনা খল্লি।

পোৎ-চৈশিং খুনগৎপা লোইবে। মাসু ঐসু ফুক ফুক হৌগৎলি। হোয মাই হাযনদে। ঐনা চৎলুখিগে হাযগে তৌবনি। অদুবু, মাসু ঐনা খোঙ থাংবা মাযকৈদা লাক্লে।

"ইবুংঙোসু সোমদা চৎকদববা?"

"হোয, ঐগীদি পংলাপ লাপত্রে। অস্বাইফাওবদনি।"

চৎনা চৎনা কদোমদগীনো ৱাখল অমা লাকই। অস্বাইফাওবদনি হাযশিন্নবগা তানজা যেংলগা মাগীসিবু ঐগী পোৎ-চৈ মুনদৌবিববা? মসিগুম্বা ৱাবী কযা অমা ঐনা হান্না তাখ্রে। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ঐ মাবু চেকশিন্দবা যাদে। অসুম্না খঞ্জাননা চৎলিঙৈদা মহাক্না ৱা হৌদোক্লকই,

"অঙ্কলবু কবিগুম্বা অমতা হংজবা যাগদ্রা? ঐসু মৈতৈ পাঙলনি। ঐগী ইপাসু মণিপুবদগীনি হায ইমানা। ঐনদি মশক খঙজহৌদ্রে।"

*মাগীসিবু ঐবু নমথাক তৌনবা লম্বী থিবা হৌবক্লিব্রা? পুক্লিংদা চিংনবা হৌবকই।* হুম মদুমক্তি মান্দে। থম্মোইদগী থোক্লকপা ৱাহৈদি থম্মোইদা যৌবা হৌনশা ওইবমাল্লে। অদুবু মানা হংনীংলিবা ৱাহং অসিদি কবিবু ওইবিগবা? ঐনা খঞ্জানবিঙৈ মহাক্না মখা শমথবকই,

"ঐবু নোংমতং অঙ্কলগী যুমদা লাকচবা যাগদ্রা?"

"মণিপুবদা?"

"হোয. ঐ মণিপুবদা যাম্না চৎনীংই। ঐ লাকপা যাগনিকো?"

"কবিগী য়াদনি হায়গে? নঙনা কবিগুম্বা মণিপুরদা লাক্লবদি ঐগী যুমদা হান্না চঙলকউ। নয়ুমনি খন্না মঙানি তবানি লৈকলাউ। কবিসু হংগোইকনু। ঐগী লৈফম পীবমগে।"

"য়াম্না নুংঙাইজবে অঙ্কল।"

ঙাইহাক্তুদি মহাক্না ঐবু নমথাক তৌবক্কনি হায়বগী ৱাখল পুম্নমক কাউখি। মপা কাযনহৌববা ঐনা থেংনখিবা মচা কয়াগী শক্তম নীংশিংদবা ঙম্লক্তে। মপা শিখিবা কযা অমা। হিংনা হিংনা কাযনখিবসু কযানি।

মৈতৈ মচা কয়ানা চীংদা থবক তাবগা চীংমী নিঙোল কযা লৌবিবম্মী। তম্পাক্তা হল্লকপা মতমদা মাগী মাগী নুপী ওইনা পুবকখিবদি খবখক্তনি। অযাম্বনা মমা মচা পুন্না হুন্দোকপিবম্বা ঙাক্তনি। মসিসু মৈতৈ/মীতৈশিংগী কবম্বা পুকচেলনো? ও, কুপ্না নৈনকববদি মসিদি মৈতৈশিংগীতা ওইবা যাবোই। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা বৃটিশ লান্মীশিংনা লৌবম্বা মণিপুরগী চীংমী তন্মী কযা লৈহৌবি। মখোযগী মচা মশুশিংনি হায়বা ঙমজদনা ঐখোযগী ইবক্তা তিলহৌবি। হে মীওইবা, মসিবু কনানসু থিংবা ঙম্লবোইদবা নঙগী লীচৎনিকো।

অঙাং অদু অসুম য়েংশিল্লুবদা মকোই চোমজববসু মৈতৈ মচা অসুম মানশিল্লকই। খম্বনা পাখঙ ওইবিবৈঙগী মশক্তু অসুম মানশিল্লকই। খম্বগী মচা ওইবম্বসু যাবি। খম্বগা ঐগা, অলিগড়দা লাইবিক তম্মিন্নখিবা মৈতৈ মচানি। য়ুনিভর্সিটিদি তোঙান তোঙাল্লি। ক্লাস ন্নাকই লৈফম তিন্নাকই মতম খবা।

অঙকপা নুপানি!

মতম খবা লৈবগা মফম অদুদা লৈবা মুসলিম মচা কাদিব কৌবা অমগা মহাক্কা কন্না তিন্নবকই। লাইবিক তম্মিন্নবসু নত্তে। অমদুনা ইঞ্জিনিযব লোইববনি। কদোমদগী কমদৌনা হাইজিল্লগা তিন্নকবিবনো খঙদে। অযুক নুংথিল নুমিদাং পাদুনা চামিন থকমিন্নবা তৌবকই। নিশা-নুংশা চা-থকপবুদি নত্তে। চা অমা, হৈ মহী অমা, শিংহাব অমা অদুক চামিন থকমিন্নবগী ৱাতনি। অমদুসু হেক্তা লাকই। খম্বগা তিন্নবকপদগী ঐগসু কাদিবগা মুন্না খঙনখি। মবুক মপাউ য়াম্না ফৈ। ঐখোয়গী অৱাৎ অপাদা ফজনা মতেং পাংবিবকই। থোইদোক হেন্দোক্লা পৈশা-নুংশা পাযবা ইমুং অমসু ওইবম্মী। কা হেন্না চাউথোক খোৎতোকপসু তৌদে। কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযবু মাগী মযুমদা চাককৌই। চেক্লা মথোল

অনী শাবা য়ুম অদু ফনা ফজে। মবাক মযুং হাইরপ মাম্রে। য়ুং চামগুম্বা শাংলগা মবিফুগুম্বা পাক্লমগদবা মাল্লি। ইচুম তাফমদগী ফনা পাকথোক্লা ষ্টব তৌই। য়ুমগী লৈমায়দু অঙৌবা মার্বলনা থাই। মথক্তা চংপদা মি তাবা উই। খোঙ হামফম ইরুজফম কা ফজনা নাম্না শাই। মফম অনী অহুম থম্মী। ঐখোয়না থৌওইনা য়েংই। মখোয় উহনববুদি নত্তে।

মতমদু ঐখোয় স্বাইদদি তিন্না কুপ্পা য়ুম মচা অমা শাবকপদা ইনাক খুল্লে হায়দুনা য়েংনবা মতমনি। পুংকুই কুইববুদি নংত্রি, চহী নিফু য়াংখৈ অস্বাইগী রাবীনি। তুবেল মপাল্দা বোবা শেগাযবা অমা খল্লগা খোঙ হামলিঙৈগী রানি। তাঞ্জা য়েংলগা লৌবুক্তা কুল্লগা খোঙ হামনবি। লমহাংদা কোন মচা অমদা ঈশিং খবা পুবগা অরাবা কোক্লবিঙৈগী মতমনি।

খবা লৈবগদি কাদিবগী মচলনুপী মিনাদু খম্বনা কোয়বে হায়না তাবে। ঐখোয়না তৌদনবা ফনা থেম্মী যাদে। লৌবদবনি হায়। কোয়ববসু মবুং তিন্নদ্রবদি ফৈদনা। অদুক লুনা তিন্নবগা মকপকী থাজবা হাংতৌবিবনি। ফাগি ফাগিদগী লুহোংনবা মতম লেপ্লবকখি। ঐখোয় মথা শাখি। মকপ মপাংনি হায়বৈ রানি লাইবিক তম্বা চংলিবা ঐখোয়না মহাক্কী মতেং কয়া য়াম্না পাংবা ঙমলুগনি। মহাকসু অদু মঙায়। মহাক্তি লাইলিক তম্বদা পৈশা চঙদনবা হায়দুনা মমিং ফাওবদা এম ডি হাপচিল্লিবনি। এম ডি খম্বা কৌবিবনি। ময়ুমদগী পৈশা অমা ফাওবা কৌদনা লাইবিক তল্লিবনি। মফম অদুদা লৈবা মুসলিম ইচীল ইনাওশিংনা মহাকপু মুসলিমনি হায়না খঙনখি। মফম অদুদা লৈবা মুসলিম ইচীল ইনাওশিংনা ফংবা খুদোংচাবা খুদিংমক মহাকসু ফংখি।

লুহোংদবা য়াদবনিনা লুহোংলে। কদায়দগীনো খঙদে শগোলকা তোংলিপোংনি। লুহোংলবনিনা হোসটেলদা লৈবা য়াদদুনা ঐখোয়গা খবা নক্লনা য়ুম অমদা ভাবাদা অমুক লৈববে। কদায়দগী পৈশানা ভাবা পীবিবনো খঙদে। হাম্না মানা হোসটেলদা লৈত্রিঙৈ ঐখোয়গা লৈমিন্নবিঙৈদি ঐখোয়না অদুম হনবিবনি। শমনা হায়ববদা মাদি ঐখোয়গী অহেনবা মীগুম্বনি। নোংফাদোকসু মানা থবক শুকম্বগীনি হায়দুনা অদুম মপুথোক্লকই। হৌজিক্তি ঐখোয়গসু খবা খবা লাপথোক্লবা হৌবে। মহাক য়ুনিভর্সিটি চংপা উখিদ্রে। মবক মবক্তা থেংনৈ। হংনকম্বদা পংলৈ মবৈ হায়না খুমলম্মী। রাবে কৌবদি অমুক্তা হায়বমদে। মবক মবক্তা মাবু উনবা চংলুবসু য়াওই। মাগী নুপীদুসু য়াম্না যৈ। নোকমি নোকমি তৌদনতা লৈ। মহাকসু প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইবি হায়। ঐখোয়বুসু মবুংগী মমান্নবনি হায়দুনা মবুংগুম্না লুনা তৌজে।

খবা লৈবগা মচা নুপী অমা নুপা অমা মথঙ মথঙ লৈবকখি। নুপীনা অহলনি। মহাক লোৎতুনা তুমিন্না লৈবা যাবক্কমাল্লে, সাইকল অমা তোংদুনা থোক্লকপা হৌবে। সাইকলগী নাকল নাকলদা চা মনাগী পেকেট চবুন চবুন যাল্লি। কিলোমিটব তবা কুন ফাওবা গোননা চৎলি হান। কবিস্যু লাযদে। তিংনর্গা লানফমদা ইকাইকফম লৈতে। মীগী মপোৎ হৃদয়দ্রগা লোইবে।

ঐখোর্যদি লাইবিক তম্বা লোইবদুনা যুমদা থোক্লনবা শেম শাবে। পবীক্ষা হাযদোক্লগা সার্টিফিকেটনচিংবা লৌথোক্লগা থাবিবক্লবা মকুপ মপাং খবদা শিন্ননীংলম্মী। অদুনা খম্বা উনবা চৎলে। মহাক্তি মফম অদুদা অদুম লৈহৌবদবা হাযনা খল্লুবনি। ঐখোয চৎলনি হাযবা পাউ তাবদগী মহাকসু যাওবনি হাযজিল্লক্লে। মহাক্তসু নত্তে, মহাক্কী নুপী অঙাংসু পুন্ননি।

ঐখোযগী থবকশিংদু মতোপ্পা ইমান্নবশিংদা শিন্নবম্লগা ঐখোয তকক থোকমিন্নবকপদা এবে। ইমান্নবা অমনে, খম্বনে মাগী নুপী অঙাংগা পুন্ননি। ডিমাপুব যাওবা ট্রেনদা লাক্লগা ডিমাপুবদগী মণিপুব স্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস তোংদুনা ইম্ফাল যৌবকখি। মখোর্যদি যুম হোংলকপগুন্ননি। যম অমগী মপোৎ মচৈ মযামদু মাঙদনবা হোৎনবদা ঐখোয লোইনমক তৃম্না চাবা অমতা চঙনবকখিদে।

ইম্ফাল যৌবকপদা নুমিদাংব্রাইবম ওইবক্লে। জি এম হোল মপাদা গাড়ী খাম্মী। লমশাঙ লাকপগী অব্রাবদু স্বব খজিক্ত হোন্দোকপোই নীংই। যুম যৌবনি খনবদা ইশা পুম ইযাং যাংবোই খল্লি। অঙাং অনীদুনা অমুত্তোইবা প্রাবিবা, মতৌদু যেংবা ঙমদে। নুপীমচাদুদি খক্তিক চাউববনিনা ঙাঙনা শানবা খবা যাবে। নুপামচার্দুদি কপ্পর্তনি। মমায মমীৎ ঙাশং ঙাঙই। হৃমাংনা পুংচোৎ চোৎলি। ঙসি ফাওবা মীৎতা শংশং উবি। অঙাং অনীগা মাগী নুপীগা ঐখোয অনীদা শিন্নবম্লগা খম্বদি গাড়ী ফাকগে হাযদুনা চৎখি।

হল্লক্কবা হল্লক্তা সোমদর্দি নুমিৎ তাশিল্লক্লে। নুংশা থাবা অমা যাওশিল্লক্লে। ঐখোযতা নত্তনা মাগী নুপীদু ফাওবা মমীৎতা মপি তাবক্লবনি। মপি তোযনা তৈথোকপা উবক্লে।

"মিনিষ্টবগী মচানি হাযবগা কবিগী ওক্লমদ্রিবনো?" মাগী নুপীনা যাম্না লাঙতক্লনা ঐঙোন্দা হংবনি।

"মদুমক মানা হেক হাযব্রা?" ঐসু কবি খুমগদবনো খনফম খঙদবদগী অদুম্না

খুমদোকলুই। শোযদনা হাযবমগনি। নহালমখৈদি মানা ওৎলৈ পালৈ তৌদুনা ঙম্ন ঙম্নবা হোৎনবমগনি। অদুবু ঙসিদি যাদ্রে। মাগী নুপীসু অদুক পঙবা নত্তবনিনা মখা তাবকখিদ্রে। মাবু নমথাক তৌবিবে হাযবসি মাসু শোযদনমক্কী খঙলম্নগনি। কযাদা চম্না খম্নবু থাজনা লৈবমগ্নবনো? থিজিল্লবদি নহালনা খঙলদবনি। ঐনা খুল্লিবদু শোযখ্রে খঙবদগী ঐনা ৱাবী লম্বৈ এমবোমদা পুখোকই। মণিপুবদদি কিকং মী এবা লৈতে হাযবদা মহাকসু কপ্পা তোকখ্রে। ঐখোয অনী মনাক্তা লেঙদনা অসুম লৈবদুনা ওইবম্বসু যাই।

থেঙজিল্লকপদুদদি মকুপ অমদুগা ঐখোয অনীদি মিহুল চোংবা হৌববনি। মাগী নুপী অঙাংদু কনাদা শিন্নবমগনি। যুমদা পুশিন্দুনা চঙবা যাবসু নত্তবা। যুম যৌবানি খন্দুনা ঙাইহাক হবা ওকবা ৱাখল ঈযাযগী কোঙ্গোলগুম্না তাকখিবা খঙহৌদে। থৱায ৱাবম্নদগী শাউনীংলকপা অমদুম যাওবকখি। নুপীদুদি মীনৌনি। লম্মিৎ তুমিৎ কবিসু খঙজবা নত্তে। মফম অসিদা মহাক্কী কনাসু লৈবা নত্তে। হুন্দোক্লম্নগা চৎপসু যাবা নত্তবা মতাংনি।

ঙক তেকপমখৈ ঙাইববা তুংদা খম্না জিপ অমা পুদুনা লাকই। নপোৎ মচৈশিং অদু হাপচিনমিন্নববা মতুংদা মখোয চৎখ্রে। হবাও মীনোক তম্নবে। নুংশিনা বিদায পীনবে। মখোয মীৎযেংগী ৱাংমা লানখ্রে।

ইম্ফালদা লাক্লবসু যুম নক্লবা নওবনিনা পাক হেক উনবা ফংদে। মাসু মাগী মখৈ চিল্লমগনি। ঐসু অদু মঙায লাইবিক তম্বা লোইববান হাযদুনা ফমদুনা লৈথোকপা নদে। ঐগীদমক কনানা নোংখক্তগী থাদবিবক্কনি। ঙাইহাক শংবদা যুমগী থবক মতেং পাংশন্দনা যাদে। মসিগী মথক্তা পুন্সিগীদমক হিংনবা থবক থিবা তবনি। পুন্সি হাযবসি থবক্নি।

*থা অহুম মবিগী মতুংদা একচেঞ্জদগী হল্লকপদা লম্বীদা নোংমা খম্নগা থেংনৈ।* মানদুম হান্না কৌবকই। কবম তৌবি হংনবা নত্তনা থোইদোকপা ৱাবী শাফম লৈতে। ঐসু মাগী নুপী অঙাংগী মবমদা খঙনীংদুনা হংই। নুমিৎ তবামঙানিমুক লৈবম্লগা মখোয চৎখ্রে। মখোয মণিপুবগী হৱা নুংশিৎসি কযা হৈনদ্রমাল্লে হায। তশেংবদি নত্তে। মযুমদদি পুশিন্দদনা হোটেলদা থম্লগা কযাম কুইনা থম্না ঙমগনি। মহাক্না ধিমাপুব ফাওবা থিন্দোকপিকবা ওইবমাল্লে।

অঙাংশিংদুনা পুংকক চাউবকপদা মমান্নবশিংনা লক্লবিবম্লোইদ্রা? মপা যান্নবগী মচানি, মমা ওক্তবীগী মচানিকা হাযবিবম্লোইদ্রা? স্কুলগী মকওইবা থৌবমশিং লাকপদা মীগা মমা মপাশিং উবদা মপাদু নীংশিংলম্লোইদ্রা? মমাদা কযাম তোযনা মপাগী মবমদা

হংলমগনি। মমাগী পাউখুমদা মচাশিংনা 'পল্লমগদ্রা?

ঐগা রাবী শাদুনা চৎমিন্নবিবা অঙাং অদুসু অসুম্না তশেংনা অরাৎপা অমা লৈনকখিবা অঙাংলা? যদে মহ ক্লা ঐবু মীনমগে খল্লবস মীনম্লসন্। ঐসু খঙনীংবা খবদি মঙ্গেন্না হংলগে।

"ইবুংঙো ইপাগা অহানবা শকখঙনবা ওইনা চা গ্লাস অমমমতংদা থকল্লুসিদনা? ইপা লৈবমগে।"

"যাইনে অঙ্কল।" ইতিং তিংনা খুম্লকই।

অনকপদা লৈবা রেষ্টুরেন্ট অমদা ঐখোয অনী চঙমিন্নবে। মায মায ওনশিন্দুনা ফম্মিয়ে।

"নঙদি মৈতৈলোন ফজনা থোকই। কনাদগী তম্মী?" ঐনা ফাগি ওইনা নোক্লুনা হংই।

"ইমানা ঐসে মণিপুরনি হায়বদদা ইমালোন কয়া খঙনীংখি। মনা চাউববা ফাওবা খঙখিদে। জাইবক মনদগী বোলেজদা মৈতৈ মুসলিমশিং থেংনখি। মখোযনা ফজনা তম্বিবনী। মখোযদা ইপাগী মমনদস হংখিবনি। অদুবু, তৌভিক ফাওবদি মসে যনসু পাউ চমতা পীরকপা লৈত্রে।"

"নঙদি কদায়দগানো?"

"ঐদি অলিগড়দগীনি অঙ্কল।"

মহাক্কী পাউখম তাদা ঐ মড়োমদা মীৎ কপ্পুনা য়েংলে। ঐগী মিৎনা হংবনা য়েংলম্মি। খোংদ্রে খনখি। কম্মা মখা হংদনা তোকখি।

"নঙদি সিদদি করি তৌরি?"

"অঙ্কল ঐ প্রাইভেট কম্পানি অমগী এসিষ্টেন্ট মেনেজর ওইনা থবক তৌরি। ঐগী মিংনা এর্মদি - মদা খান কৌই। বাবানা থোনশিবম্বনি হায়।

কনিষ্ঠম্না নগাক্না খম্নগী মচা ওইবম্লবদি মপা মচা থেংনতনবদি ঐনা লায়না ঙমগনি। অদুবু খম্নগী যাকা অমদি য়েংদবা যাদ্রি। মতম লৈরি। মতম খবা য়েংবা তারনি। ঐনা ইস্কালদা থোক্লগা যাম্না শুনা খম্নগা উনদবা যাদে। মাসুবু যাবনদি মপা মচা খঙনহনদনা কযাম নুংঙাইনি? মতমদুদা মচানুপাদুগী মমিংদু হেক হংতৌবম্লনদি মাান নত্তে হায়না যাবরনি।

“ইবুংঙোগী বাবাগী মিংবু কবি কৌই হাযগে ইমানা?”

“সোবি অঙ্কল ঐ ইমাগী মিংসু বাবাগী মিংসু তাকচহৌদ্রে। ইমাগী মিংনা মমতাজ, বাবাগী মিংনা মোহমদ খন্না কৌই হায।”

ঐ স্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোকই। ব্রাখল মচা অমতং খল্লুই। অঙাং অসিনা মমাগী মমিং লোৎলিববা? খন্নগী নুপীগী মিংদি মমতাজ কৌদে। ফবে ওইনীংবা অমা ওইবসনু। অঙাংসিনা অসুক যাম্না খঙনীংলন্ত্ৰনা কবিগী মতেং পাংলোইদগে? খন্নগা মহাক্কা নোংমা শোযদনা উনহনগনি। চুম্নবল্লে মবাযবক, চুম্নবমদবে মবায়বক্কীনি। ঐনা হেক লৈবিমখৈ মাগী মতেংদতি পাংলম্লগে হাযবা তাবদা মহাক্কা কযাদা হবাওজখি।

“ঐগী মিংনা সুসান্ত কৌই। কবিগুম্বা নঙনা ইম্ফালদা লাক্লবদি ঐগী যুমদা হান্না চঙলকপা কাউগনুকো। এযবপোর্ট মযাদা অদুম লৈবর্বনি। গেট হেক লাম্থোবকপগা মাযোক্লবদা হংলো। অদুম খঙলনি। সুসান্ত খাঙেম্বম হাযযুকো। মসিনা ঐগী কন্টেক নম্বরনি।” ঐগী ফোন নম্বর ইদুনা পীবম্মী।

“খঙজবনি অঙ্কল।” পিবাংনা নুপ্লবা মমিৎ অনীনা ঐঙোন্দা হবাওনা যেংলকখি।

শগোলশেল

০৩-০৬-২০১০

## পৃথিবীগী অমম্বা মচেৎ

ক্লাস চঙখিবা ওজা বীববাবুবু স্কুলগী পিওন্না কৌথোকপা চৎলুই। ক্লাসকী মতম লোইবম লোইফাৎতনা ওজানা ওফিস তম্না অফিং-অফাই ওইনা লাকই। ওফিসকী থোঙজিন কানশিন্দ্রি।

"ওজা বীববাবু হাযবসি ইবুংঙো ওইবিবব্রা?"

"অহোয়, মানি। ঐবু কৌবিববু কবিগী ওইবিববনো?" পবপ পবপ থাংলকপা খোঙথাং চপ লেপ্লগা ওজা বীববাবুনা য়াম্না ইচঙ থৌনা নোল্লুক্লা খুল্লকই।

"কবিগীনো ইবুংঙোনা ঐগী ইচাবু অসুক থীনা ফুবক্লিবসে? মপা ঐনা ফাওবা নোংমতা খুৎপাক্লা শেৎ থাদবনি। অদুগসু নঙগুম্বনা মখুবোম অনীতা নত্তনা মখুবাক অনীমক থবৎ থবৎ তৎনা ফুবক্লি। নখোয়গী স্কুলসিদা ইচা লাইবিক তমহন্দ্রবসু যাই। কবিনো ইবুংঙোনা পাম্বিবিবসে?"

"ও, তাদসি মনিম্নাগী মপা ওইবিবব্রা?"

"মানি, ঙসিদি ঐ নঙবু মশক খঙগে হাযনা খন্দুনা লাক্লিবনি। নঙনা ঐখোয

অস্বাইদা লাক্লগা অফাওবা শাবা যাব্রো? নঙ ঐবু মশক খঙবা পামব্রা?"

"যাম্না শাউবিবমাল্লে। ঐবু ফুগে হাযবসু ফুবিযু ঐ খুৎ হঞ্জবোই। তৌবদতি ঐগী ব্রা অসিমতংদি তাবিখো ঐ চেঞ্জবোই। খুৎসু হঞ্জবোই। ঐনা লাল্লম্লবদি তাদনা ঐবু ফুবিবদা ঐবু ব্রাবকপিবনি হাযনা লৌজগে। সোমদা ভাইতক্লো লেঙশিনবিযু।"

ওভা বীববাবুনা চৌক্রি অমা থাংদোবকই। মহাক তশেংবদি শাউনীংলমগনি। অদুবু, মপুক্লিং ফাথবগা তমিঃ। ভাইতক শৈখি। মাগীসু চৌক্রি অমা থাংদোবক্লুনা ফম্মী। খুৎ থোক্লবা যাবা নতাং পোক্লবদি মহাক তুমিন্না তেথদুনা লৈগদবা মান্দে। মী খব। পীকচববসু মীনা লাকচবা সবা মীদি নত্তে। শিনফমনা ওভা অমা ওইক্লবগা সমাজগী থনবা মীশক অমগা ওইক্লবগা মহাক লমচৎ ব্যবহাব পুম্নমক চেকশিনখিবনি। ছাত্র খুদিংনা মহাকপু কিনৈ। অফ ফত্ত খঙদ্রিবা ছাত্রশিংনদি নুংশিবীগদবা মখলগী ওজা নত্তে। মাবু নুংশিবা খবদি যাওবমগদ্রা" মব ওইনা লাইবিক লাইশুদা থব্রায মাওবা প্রান খদা তাববা ছাত্রশিংনদি মহাকপু নুংশিবম্বসু যাই। মহাকপু মশক মুনা খঙবা কনাগুম্না অমনা মখাওন্দা অথীব। বাক্তৈ খোনফম হাযবা ভুমগদবা নত্তে। অদুম ওইনমক মচে মনেমশিংনা পক্লবদা থব্রায তানা নোক্লুনা লৈখোরপ। ভম্না মীনি। মচপ মপাংশিংনা চৈবকপদা লাল্লে হাযবা ভম্না মীনি। মহাক্লা মীবু মশক মুন্না খঙনা পোযননবা হোংনখিব্রা খল্লি। নুমিৎতুসু মহাক্লা শাউনীংবা কনা লৈবগসু ফাজিল্লগা ওপ্লপ্পা হাযনকই,

"তাদগী অঙাংসি হৌজিক তৌজিক ঐখোযগী স্কুলদা মহৈ তম্না থাবিবক্লি। থা খুদিংগী নৎত্রবসু চহী ফাজিল্লক্লবদি কীদি থীদনা যাদে। শোযদনা থীবিবমগনি। চহী অমদা মিং চনবগী, ফীগী, লাইবিক্লী অমদি মফি মবোলগী পৈশা কনা যাম্লদি চঙলমগনি। অদুবু মহাক্তি স্কুল চাং নাইনা কাবক্তে। লোংমা কাবম্লগা নুমিৎ নীনি হুম্ল হেক্তো কাবক্তে। স্কুলগী কীদি মানা কাবক্লবা নুমিৎতুগীসু যাওনা অদুম লৌখিনি।"

অসুম্না মহাক্লা স্কুল চাং নাইনা কাদ্রবা ছাত্র অমনা কবি ওইফম থোকপগে হাযবগী মতাংদা শুগাইনা তাবপিখি। ক্লাস থ্রি ফোবদগী হৌনা খঙদা খঙদনা চংখ্রবদি মতৌ কবম্না ক্লাস টেন পাস তৌগনি। ফেল অদুম ওইবা মতৌশানি। ক্লাস টেন ফেল ওইববদি ইলবেন কাবা যাববোই। অদু ওইনবদি ক্লাস থ্রি ফোবদগী টেন ফাওবা তম্নদা পৈশা কযা যাম্না চঙগনি? মতম কযা যাম্না মাওগনি? মদুদা চঙখিগদবা পৈশাদু তূংশিননিবগা অবেম্বদা হৌখিগদবা মতমদুদা তুংদা শিনফম ওইবা যাবা থবক অমা শংহল্লগদি কযা যাম্না কান্নগনি।

অঙাংনা শিনফম ওইবা যাবা থবক শুবা যাদে হাযসি ওজাসু খঙলমগনি। অদুবু, খুঙ্গংদা পোক্লুবা অঙাংশিংদি অযাম্বনা থবক্লা লাকহৎপিবা ঙাক্তনি। মতমদুদা লাইবিক লাইশুগী মঙাল খবা খবা উববা মমা মপাগী মচাশিংনা লাইবিক তম্বা চৎপা উবগা ঐসু চৎনীংখি। অদুবু, ষন ইবোই শেনবিনবা মীসু লৈত্তে। ষন ইবোইসু শেন্দবা যাদে। মবমদি মবুক থন্না চাবগা মশ। ফববদি থবক ফজনা শীজিন্নবা যাগদৌবিবনি। মখোয়গী মতেংনা ঐখোয় হিংলিবনি। মখোযনা শূবগা ঐখোযনা চাবিবনি। ঐ ষন ইবোই শেন্নীংদ্রবসূ শেনবা তাই। পাবাগী মতেং পাংবা তাই। ইমুংগী মতেং পাংবগী চৎনবী অদুবু কনানা ককপা ঙমগদগে? কনানসু কক্লবা হোৎনখিদে। ওজা বীববাবুনা চৎনবী অসিবু কক্লবা হোৎনবা নৎত্রগসূ হোংলাক্লবা মতমগী চাওখৎপগী মঙাল অসিবুদি মহাক্লা ঐখোযদা পীনবা কন্না হোৎনবমখি। লাইনা যাৎপা খযাৎপু লেম্না মাঙবা যাত্রা হাযবা থাযনগী ব্রাদু হৌজিক্তি যাদ্রে। পোকখোল্লবা অঙাংদি শেম্বিদবা যাদ্রে। শেম্বিদ্রবদি মাঙগদৌবিবনি। অসুম্না অচুম্না ব্রাখল্লোন কযা যোঙদোক্লদুনা মহাক্লা মখ তাবকই.

'ঐনা হাযজবিবসি তাদ, অমসুং মানিস্নাবু নুংশিবদগী হাযজবনি। লাইবিক য জনা তমহল্লবদি মনিস্নাসি মহৈ চাগদবা অঙাংনি। লাইবিব তম্লগা মহৈ চাদ্রবাদ কবি কান্নগনি? কান্নদবা থবকপু তৌনা হৌনব্রনে? হৌজিক্তি মহাক লাইবিক নীংথিনা তমদবনা অমাঙবা অঙাং অমা ওইগদৌবে। অথবা অঙাং অমা মাঙখিগদবাসি ঐ তশেংনা পাম্মুই। যেংবিযু, মহাক্লা তম্মিন্নবিবা অঙাংশিং অসিন হযেং মী অমমম্ ওইখ্রগা মহাক্লা ওইহৌদ্রবদি মদুদা মহাক্লা কনাগী মথক্তা ব্রাবৌবক্কনি? তাইনবক্কনি? ঐনা চিঠি কযা অমা ইদুনা তাদবু অমুক্তং লাকপিনবা হাযদুনা অঙাংদা পাজখি। লাকপিখিদে। ঐ অঙাংবু পংফু ফুবা ওজা নত্তে। অঙাংশিংনু কিহন্দুনা নম হাদুনা লাইবিক তম্বিবসি হৌজিক চৎনদ্রে। তাদবু উননীংমনবদগী উপাই থিবদা মনিস্নাবু ফুবিবা তাখি। ঐ খবা শাউবা হেনমনখ্রমাল্লে। মসিদা ননা ওনা লানখিবা লৈববদি ননাওবু তাদনা মতিক চানা ব্রাবকপিবম্মু।"

"ইবুংঙো নযাম্বা লানখ্রে। নযাম্ববু অমুক্তা ভাকপিযু। নযাম্বা খুকমজবি।"

"এ, এ তাদা. অদুম্না তৌবা হৌনদে।"

"নযাম্বনা ব্রাখল থেল্লুবনা ইচাগী চৈনাখোল যেংবা ঙমদবদগী নঙবু লান্না লৌকবে।"

"ফবে তাদগী ব্রাসু ঐ তাজবে। ঐগী ব্রাসু তাবিবে। ঐ যাম্না নুংঙাইজবে। হৌজিক্তি

মনিম্নাবু লাইহিক তমহনবিগে তমহনবিবোই তাদগী খুৎতা লৈবে। তাদগা উনজবসি ঐ যাম্না নুংঙাইজবে।

"ঐ ইচাবু হযেংদগী স্কুল চাং নাইনা কাহনজললক্লগে। মবক মবক্তা ইচাগী অফ-ফগে খুদিংমক ইবুংঙোনা মতম চানা খবা খবা হায়লি-কই। ঐ অমুক যৌদ্রবগে।"

নুমিৎ অদু পাবগা ঐনা চৎমিন্নরবনি। অসুম্না যৌদোক হন্দু ঐগী ইমাংমক্তদ খোপ্পনলনি। ঐ অমতা খাক্তনা নীংশিংলি। ঐবু মায মিৎ পাঙহনখিবা, এতস্ নক্তন পাববুসু লাইবিক তম্বগী অনৌব। মঙাল অমা পীখিবসি ওজা বীববাবুনি। নুমিৎ অদুদগী পাবনা ঐবু চাং নাইনা স্কুল কাহল্লকখি। ঐখোয ইচীল ইনাও অহুমবু লাইবিক ফজনা তমহল্লকখি। ব্রাজবকখিবদি ইমাগা পাবগনি। অদুবু, ঐনা ওজা বীববাবুদি কাউফম থোকপ্রা? ঐখোযগী খুলদা নৌনা লিংখৎপা স্কুল অমদা মহাক ওজা ওইবম্মী। মহাক্না মতম খবা ওজা ওইবিৎেদা ছাত্র ওইহৌবা মীওই খুদিংমক ঙসিদি মী অমমম ওইহৌব্রা খল্লি। মতম খবা লৈবল্লগা গোভর্নমেন্টকী থবক ফংলে হাযদনা চৎখিবনি। মতম অদুদগী ঙসি ফা ওবা মহাক্না উনখিদ্রে। ঙসিদি মতাকপু নৌহৌনন নীংশিংলকই। ঙসিতা ওজাবু নুংশিবা ফাওবকই। মহাক্কী লমজিং মঙাল অদুনা ঐনা হন্দক এম পি এস সি পরিক্ষা মায পাকপা ঙমজবনি। কনিগুম্বা মহাক্না খেংনল্দ দ্রর্দ ঐব ঙসিসু ষন ইবেন্থ শেন্দুনা লৈবল্লোইদ্রা? ককপা যাবলোইদনা ব্রাফর্মা। অদুবু ঐগী ঙবাংগী রেডিও ইন্টর্ভিউ অদুবু মহাক্না তাবপ্রবাদি মহাকপু পেল্লমগদ্রা? ঐনা মায পাকপা ঙস্বগী ক্রেদিট খুদিংমক পাবদা পীখি। ঐ ওজাবু তশেংনা কাউথোকলুবে। ঐ মাবু কাউথোকফম থোক্তে। ঐ ওজাদা থাগৎ ব্রাহে অমতংদি হাযফম থোকই।

ওজাগা উনববু মফম মতম ঙসি হযেং ঙাইবা হৌনদ্রো? ঙসিমক ওজাবু উনবা চন্তবা যাদে। অসুম্না খন্দুনা অযুক চাক তোল্লগা ইমাগা পাবগদা হাযবল্লগা ঐ ওজাবু উনবা থোক্লকই। গাডী মচা অমা তেংনবগী উপাইসু লৈজদ্রি। বস তোংদুনা লাকপনা ওটো অমুক তোংবা তাবি ওজাগী থোঙ্গাল যৌনবা।

থোঙ্গাল যৌবকপা মতমদদি শুমাঙদা মাগুব খনবা উই। মচা মশু লুহোং- খোংদোংবকা যাওবিববা খল্লি। চঙলুবদা ফজগদ্রা ফজবোইদ্রা ঙাইহাক খঞ্জানৈ। ওইনীংবা অমা ওইজসনু কৈদৌই হাযবগে? মী লৈব্রা যেং যেংদুনা চঙই। অনকপদা কনাসু লৈবা উদে। ইচীক চীকই। ও, অবাঙফম ওইবমাল্লে অহল অমা অনীদি লৈবা উবে।

চঙশিন্দুনা হংই। ফিবোইগীনি খুন্নকই। ঐ স্বাই লাউই। কনাগী? ঐ চিংনবা হেনগৎলকই। হংলুবদদি চুন্নম্লে। ওজা বীববাবুগী ওইবম্লে। ঐ কোকচাওবী ফুং কায। ঐ কবি তৌনি? মখোয়না হংলকপদা ঐ কবি খুমগনি। ঙাইহাক খঞ্জানে। খুমদবদি যাদে, খুমলে। ঐগী অশেংবা সিং, লৈফম হাযদোক্লে। যুমগী মীওই অম তংদি উননীংই। চহী যাংখৈমুক্কী লেংগা ওইবী নুপী অমা থোক্লকই। ঐনা শক তাকচে। মতৌ কবন্না ওজাবু লৈখিদবনো? ঐগী থম্মোইনা খঙনীংবা হেনগৎলকখি।

"নখোয ওজানা শুমাঙদা থবক খবা শুদুনা লৈবিঙৈদা বোম লংশিল্লকপনি। বোমনা পানবনি ইবুংঙো।"

"কবিগীনো ইমা অদুদি?"

"নখোয ওজানা অঙাংশিংসু লোইনা চাউশিল্লক্লে, যুম মচা অমতং শানবা হাযদ্না বেঙ্কতগী লোন লৌবগা, তু যুম মচা অসিম তং শাকবে। মসি উবদা মখোযনা পৈশা পীযু হায। নখোয ওজানা অশেংবা অদু হাযজদুনা লৈতে হাযদুনা পীখিদে। অদুদগী তৌবক্লিবনি। লোইশিল্লম্নসু ঙম্লমদ্রে। লৌখিদবনা হানখ্রে। মীবু পৈশা পীযু যাদে হাযবগীদমক মখোযনা তৌবল্লিবা থৌওং অসিদি খবদি হেনমল্লি।"

ব্রাহৈশিং অসি ইমাদুনা যাম্না নীংঙমদনা শোম্বাংননা হাযবকপনি। শাবা লোইশিন্দ্রিবা যুম অদদা অমুক যেংই, মপি অমুক তৈথোকই। ইমাগী মতৌদু উবদা ঐ তশেংনা নুংঙাইতে। মখা তানা হংবসু ঙমদে। খঙনীংবা কযা অমদি লৈখি। ঐনা চৎচকবদি অচৌবা এরার্ট অমা ওজাগী মযমদা পীব, ঙমজদ্রবসু ওজাবু অমুক্তং খুকমজনীংবনি। মসিনা পেনগদবসু নম্ভে। তশেংনমক ঐদি ওজাগী লমন চাউনা তোল্লবা মীশক অমনি। ঐ নুংঙাইখিদে। মখা তানা হংনীংখি। হান্না যাম্না মুম্না খঙনরুবসু নত্তবনা কুপথনা হংলুবা ঙমদ্রে। মীওইববু লান্দবা ঙম্বা কনা লৈবগে? ওজাগীসু মবাল লৈবম্বা যাই। অদুবু, মী হংলুববা মী ফাওবদা শিবগী চৈবাক্তি হেক্তা পীনদে। পীদবা যাদবদা পীবনি।

"মদুদা চেন্নবা মীদি অমতা যাবা ঙমখিদ্রববা ইমা।"

"কনানা ঙমগনি হাযগে? অসিগুম্বা থবক অসিদা অমসু অমসু কৈসু ইযাও যাওববসিদা। হৌজিক্তি অশিবতা মাঙজবে।"

চুম্মী ঙবাং নহালগী থৌদোক অমসু ফোঙ ফোঙ শানা লৈবি। শেল খাযবা লাকপা মখোয মবিগী মনুংদা মীযাম্না ফুবদা অমদি শিবে। অনী অমনা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে। থীনা

শোক্লবা অমদুনা সবেন্দবিনি হাযবি। সেক্যুবিতি ফোর্সনা হায়বদনা নম্বব ফোব ফাবা চঙবনি হায়বি। দ্রেস শেৎতুনা চঙলবদি চেনখ্রনি খনবদগী সিভিল দ্রেসতা চঙবনি। প্রজানা হাযবিবনা শোক্লবা মীওই অদুনা হপতা অমগী মমাঙদা লালহৌলুপ অমগী ডিমান্দ লেটব পীবম্বা মীশক্লি। অদুগা শিবিবা মীওই অদুনা মীবক্তা ওনশিন্দুনা নোংমৈ কাপ্লকপনি হায়বি।

মীফা মীপুন তৌববু কবিগী মখোয় মবিখক্তং জিপসি অমদা চৎলিবা? মখোয়না মশক তাক্লফাওবদা প্রজানা মখোয়বু কবিগী হাৎনবা হোৎনবিবা? প্রজানবু সেক্যুবিতি ফোর্সতা হেক্তা মায়োক্লনবা হোৎনব্রা? লাল্লিবসি প্রজাবা নৎত্রগা, সেক্যুবিতি ফোর্সলা? অনীমক চুল্লম্বসু যাই? অনীমক লাল্লম্বসু য়াই। অনীমক লাল্লগনা কবিগী অবানবা থবক তৌবিবা? মীপুম খুদিংমক অবানবা থবক লোইনা হৈনবব্রা?

প্রজানা চুল্লগনা সেক্যুবিতিনা তৌবিবসি চুল্লিব্রা? সেক্যুবিতিনা চুল্লগনা প্রজানা তৌবিবসি চুল্লিব্রা? প্রজাসু সেক্যুবিতিসু অনীমক চুল্লগনা সেক্যুবিতিসু পৈশা খাযবা লাকপনি অদুগা প্রজাসু নম্বব ফোব যোনবনি। অমনা চুল্লগা অমনা লাল্লবসু হৌজিক লৈবিবা মণিপুব সমাজ অসিদি কবি ওইবা হৌনবে। অসিগুম্বা থৌদোক্লা ব্রাথোক্তনা যোল্লবা লৈবাক অসিগী পুকচেল শেংনা সেবা তৌবা কনাবু লৈবিবগে? লৈবাক নীংবা শাবা মীথীবোং মীতম্বাল কযানা শৌগ্রী যুংবগুম যুংখ্রে। লমদম অসে অচুম্বগী নমাদা অবানবা থৌ ওংনা পুমযোম যোমখ্রে। ঐগী ব্রাখল পীকশক পীকশিনখ্রে। মবকসিদা ইমাদুবু কবম্বা ব্রাহৈনা থেল্লমগনি? ঐগী ব্রাখল থোকখিদে।

"হৌজিকসে ইমা ঐখোয়না হিংগদবসে যাম্মা লুখ্রে।" ইমাদুনা পেল্লমগদ্রা পেল্লল্লোইদ্রা খঙদে। অসুম্মা ইচম চম্মা খুমদোকখি।

"হৌজিক্তি নঙগী ওজাসু লৈত্রবনিনা ইমাগীদি পাঙ্গল থৌনা পুম্নমক লোইখ্রে। ঐগীদি হৌজিক কবিসু লৈত্রে। শিবা ঙাইবা হাযবদুনি।"

'ঐখোয অসুক য়াম্মা লৈবিবসিদি ইমা। হেক নুংঙাইতবা লৈবদা পাউ তাকবিকউ।"

খঙনবা খঙনদবা ইমানসু মাগী পেন্দবদু ঐঙোন্দা হঙ্গোইবা লৈতনা খবমখৈদি হাযদোবকই। হায়নীংদবা কযা অমসু লৈবমখিগদবা? লৈবম্বসু য়াবি। পুবা ঙাওববীসু নত্তবনিনা ঐবু কনানি হায়দুনা লোইনা হাযদেক্লকদৌবিবনো?

মীগী ময়ুমদুদা নুংঙাইতে হায়দুনা কয়ামদি কুইনা লৈকগনি? ঐ নীংঙমদবা চৈনা

অমগা লোয়ননা থোক্লকই। ওজানা হিংলিঙৈদা নোংমতসু উনহৌদে। ওজাখোয়গী থোঙ্গাল হেক লাম্ফোক্লকপগা কুইনা উনখিদ্রবা ইমান্নবা অমা অমুক থেংনৈ। মাসু ঐ উবদা চপ লেপ্পি ঐসু লেপ্পি। ঐখোয় অনী ঙাইহাক রাবী শানৈ। ঐনা ওজাখোয়দা চঙলুবগী রাবী লীকই। মহাক্না ঙক্লপ্না ঐঙোন্দা হংলকই,

"নহাক কবি অমতা তাখিদ্রো?"

"ঐদি মপান্দা লৈরুবনা কবিসু তাহৌদ্রে। কবি থোকখিবগে?" ঐনা খঙনীংনা হংই।

মহাক্না ইনাক্তা চঙশিল্লগা তপ্না হায়বকই,

"মহাক্না থবক হাপ্পিনি হায়দুনা লৈশাবী মচা অমা কোইপু পুরুবমাল্লে। লৈশাবী মচাদুগী খঙনজবা কনাগুম্বা মীওই অমনা লমন খুল্লকপনিসু হাযনৈ।"

"হা!"

ঐ খংপ্রেক খংখি। থাজবা ঙমখিদে। মঙোন্দা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈখি। ঐ তূমদনা মঙলাক্লবে। পৃথিবী অসে পুম্মম মমখ্রবোই নীংই। ঐগী মায় কবম্বা মতমদা লৈমাযদা লুকথখিবনো খঙহৌদে। কবম্বা লমচৎ কনাগী খুজিল থৌবাং? পুঙ্গিগী অর্থ থব্রায়গী মমল লৈবক্লবা সমাজ অসিদা ইওইতা ওইবা যাই। ঐনা মখা তাবা ঙমদ্রিঙৈ মহাক্না ঐগী হকচাংদা তপ্লপ্না পায়দুনা হাযবকই,

"ঐসু খঙদে। অহানবদদি লৈকাই হৌদুনা ইবাং কয়া তৌকববনি। অদুবু, তুমিন্না তোক্লব্রে।"

লৈবাকপোকপা

২৪-০৮-১০

## আইন শান্নবা

ওজা গৌবো লাক্রে হাযবসি মিটব চামমুক নৎত্রবসু কুন কুম্ভামুক ব্রাৎলিঙৈদগী মওং অমা নৎত্রগা অমদা হেক্তা খঙবনি। কবিগুরুনা গান্ডীগী হোর্ন খোং খোংদুনা লাকই। কবি গুরুনা ড্রামাগী দাইলোগ তৌদুনা লাকই। কবি গুরুনা ইশৈ অমা শক্তুনা লাকপা মাগী হৌনশানি। নোং-ফাদোক ওজা গৌবোনা স্কুল কাদ্রবদি ছাত্রশিং অনাবা হৌই হাযনবিবনি। এসেমব্লি হৌদ্রিঙৈ নৎত্রগা লোইবকপদা ছাত্রশিং অমুক্তং ওইববসু নোকহৌদবা য়াদে। ময়ুমদসু অদু মঙায চৎলমদাইদা ফাগি অমা হল্লকপদসু থোঙ্গল চঙলকপগা লম্বীদা থেংনবকপা ফাগি অমা অহানবা থেংনবা মীদুদা তৌবদি শোযদ্রবনি। অদুবু, ঙসিদি ঙসাইদগী মানা হল্লকপা ঙাইবিবা মাগী নুপীনা ফাওবা মানা হল্লকপা খঙহৌদবে।

“কবিগীনো মখোয বাবা ফি-বোলকা অমতা হোংদমখৈ তুমিন্না চঙলক্লগা উংদুনা ফল্লিবদুবো?”

নহালমখৈগা মান্নদবা মওংদা ওজা গৌবোনা তুমিন্না চঙলক্লগা হোয মাই হায়দনা মাগী কাদা টেবলদা মখুৎনা খদাং শৌদুনা ফম্বদু উবদা মাগী নুপীনা হংলকপনি। অদু ফাওবা

মহাক্তি তাবিব্রা তাদ্রিববা খঙদে মচী ইবেঙ লেঙদে। স্বব অশাঙবা অমা হোন্দোক্লগা চৌত্রিদগী মঙক নোঙ্ছদুনা খোঙউপ মবী লৌথোক্লবা লাক্লবি। সোমদদি মাগী নুপীনা ফাগ অমা তৌবক্কদবা খন্দুনা ঙাইবি। তৌবক্তে

"স্কুলদা ছাত্রশিংগা খৎনবক্লবো? নঙবু ছাত্র মাগ্গা লূনা তৌজবদাইনে? নৎত্রগা ওজাশিংগা কবি কবি হায়নবক্লবগে? অবাপ্পদা ত্রান্সফবকা অমুক তৌবক্লরো? তৌসু তৌম্রপোৎনি নখোযগী ত্রান্সফবসে। মন্ত্রীনা অমুক ডাইবেক্তবনা অমুক মখোযনা পৈশা পায়দ্রবদি হেক তৌবক্কদৌনি।"

"ঙাঙখ্রেদকো জামিনি নঙসে। মথোঙ মবমদি ইখঙ হেক খঙদনা পঙাংদা ঙাঙইদা।"

"অদুনবু কবি তৌবক্লগে হংজবিদনা।"

জামিনিসু মনাক্তা লৈবা চৌখি অমদা ফমথৈ। মাগী নুপানা কবিগুম্বা খবদি হাযবক্কদ্রা খনবা মাল্লি, মাগী নুপাদা ঙাইহাক মুন্না যেংদুনা লৈ। ওজা গৌবো ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙলক্তে। কবি মতৌনো মানা ঙসি তৌবির্বসিবো ' মাগী নুপীদা ইকাইবিব্রা, কিবিব্রা, নৎত্রগা শাউনীংলিব্রা খঙদে। মানা ঙসি অসুক শাথিনা উংলিবসি কবিগীনো? নহালমখৈগা ইমান মান্নদবা মতৌনি। তৌশিন্নবগা নোকথোবক্কদবা খন্দুনা জামিনিদি কন্না ঙাইবি। নোক্লক্তে।

মবমদি'

সুমদৌবনি। ঙসিসি ওজা গৌবোনা স্কুল কাবকপদা মাগী গাডীদু যাবক্তবদগী ব্রার্কসোপতা শেমহল্লল্লগা স্কুল কাখি। হল্লকপদা বস তোংদুনা হল্লকই। মহাক্লা ফন্নিবা সিটতুদা ঙাযোনবী নুপী অমা ঙাহিংকা ইনম নল্লদুনা ফল্লে। মনমদু হৈনদদুনা মতাক হৌগৎলগা লেপ্লসিবা হাযবা ফাওবা খল্লুববনি। নুপীদুনা ইকাইখ্রদবা খনবগা স্কুলদগী হল্লকপগী ব্রাবদুগা মহাকসু অদুম ফল্লে। ঙাহিংবু কৈদৌই হাযগে? ঙাইহাক্কী ব্রানি। পাৎকদবসু নত্তে। ঙাযোনবী অদুদি মপুন্সি চুপ্পগী অদুম নমদুনা লৈবদবনি। শিনফম অমা হোংখ্রবদি খঙদ্রেকো। অসুম্না মাসু খন্দোকই।

ঙাইহাক লৈবগা ঙাযোনবী অদুদি উইথবক্লে। উইবতা নত্তে, ওজা গৌবোদা ঙাথদুনা নাখোক্লকই। থবক্লা লাকহৎতুনা ব্রাবমাল্লে। মতম ঙাইহাক ফংবদা পোম্থাখ্রে। ওজা গৌবোগী পাম্বোমদা মতীলকা ওবো ওবো চেম্ভবক্লি। ওজা গৌবো খজিক্তং হন্দোক্লসিবা

খল্লি। অদুবু, কদোমদনো হন্দোক্কদৌবিববো? হন্দোকফম লৈতে। তূমজবসনু মখল্লি। কৈদৌই হায়গে, বস মনুং হাযবসিদি অসি ঙাক্তনি। ঙসিনা অহানবা নত্তে। অসিগুম্বা থৌদোকসিদি কয়াবক থেংনখ্রবনি। বসনি হায়দুনা তৌবিসু খজিক্তং কন্না থৌববদি ঙসাইনা য়ৌবা য়াববনি। থোঙ্গাল খুদিংগী খাম্বগা খবগা তপ্পগা পূংখায় অমবোম থৌববসু মচী ইবেং লেঙদে। য়ুম য়ৌবদদি পূং অনীবোম চঙদৌবি। চৎখিবদদি পূং অমবোমদগী হেন্না চঙদবনি। মসি মণিপুবগী হৌনবী ওইবমাল্লেকো। মফম হেক খুদিংগী চপ মান্নে।

ঙাইহাক লৈবগা নুপা অমা চঙশিল্লক্লগা খঙলাউ লাউবকপদুদা ওজা গৌবো খংপ্রেক খংই।

"নঙনা নহালমখৈ চৎমিন্নবিবা নুপা অদুদি সি ওইবে?"

নুপী অদু খংবোই লাকপোই মমীৎ খংপাঙ পাঙথোক্লকই। ফুক হৌগৎলগা নুপাদুদা ওনশিন্দুনা হায়বকই,

"নঙবু লৈহৌবদায়নে? কৈদৌনা অমুক লাক্লিনো? নমায়দু ইকায়বা কবি অমতা খঙদ্রবো?"

"নঙগী লোম্নবা নুপাসে মশক খঙগে হাযদুনা ইন্নবক্লিবনি।"

তৌফম খঙদ্রদুনা ওজা গৌবোদি তিঙক মাযঙক্লদুনা অমদা অমুক অমদা অমুক যেংদুনা লৈ। নুপা অদুগী ৱাহৈদু খবা কনমনখ্রমাল্লে, নুপীদু খংশাউ শাউবকই।

"নঙনা অদুম্না হেক্তা হাযবা য়াব্রা? নঙনা মদুগী প্রমাণ পীবা ঙম্রা? কবি থোকই হায়দুনা তৌবিনো? নঙতা শিজখ্রো হাযবসু য়াদে। কবিগীনো নঙনা অসুম্না কোইন ইন্নবিববো?"

"প্রমাণ হায়ববু নঙনা কেথদুনা নৌথদুনা নুপাসিগী মপান্থোমদা ঙাথদুনা তূমলিবদুনি। য়েংউ তু, প্রমাণ হাযববু নতীলনা মপান্থোম অসি চোৎলবা ফাওবা নুপা অসিসু কবিসু হায়দেদনা" নুপা অদুনা মমীৎকা লংথোক্তুনা ওজা গৌবোগী মপান্থোমদা খুদোনবীকা থিন্দুনা হায়বকই।

মখোয় অনীগী মতৌ য়েংদুনা ওজা গৌবোদু তুমিন্না ফল্লম্বনি। ফম্বা য়াদ্রমাল্লে ফুক হৌগৎলগা হায়বকই,

"হেবা, ইবুংঙো ৱাগী ৱা ওইনা চুম্না চুম্না ঙাঙনৌ। ঙসাইদগী তাগে হায়দুনা তাবনি। ইবুংঙোগী ৱাদু ফবক তাবক্কদৌবে। ঐদি ইচম চম্না ৱাবমাল্লে হায়দুনা অদুক

তূমহন্নবগী ৱানি।"

"বস মনুংদা তোংলিবা মযামসিবু নঙগুম্না তৌবা কনা য়াওগে'? সে, ঐগী নুপীনি। পাল্লগা পাম্মী হেক্তা হায়য়ু। হৌজিকমক কৈন্যা কৎপিগে।" নুপাদুনা মমীৎকা ঈ কাবদুনা ব্যবহাবগা ইয়াও যাওদনা হায়বকপনি।

অসুম্না অৱাম অখুম তৌদুনা খবা ঙাঙনবে। ওজা গৌবো কবি ৱানা মখা তাগদবনো খঙদে। মাসু হায়বা য়াবা খবদি হায়ববনি। নুপা অদুনা অসুম হেনজিল্লকই। ৱা মখা ইতা তাদবনা ফবে খন্দুনা তপ্না লৈথোক্লগা অমুক ফমথনবা হোৎনৈ। ওজা গৌবোবু মশক মুন্না খঙনবল্লবদি ঙসাইদগী কুম্মে য়েংলিবা নুপা মচা খবনা হাযবোইদৌবা ৱা খবা হাযবকই,

"ঙাইখো ঙাইখো, অহল ফমখিবা যাবোই। হনুথঙদা কৈদৌনবা ঙাওশিন্নবিনো?"

ময়াম চঙদুনা চেল্লিবা গাডীদু খামহল্লি। মথোঙ চাখিদ্রবা অঙাং ঙাক্তা হাযবদু ওইবে। তোংলিবা অহল অমা অনীনা খাম্বদু হেক্তা যাদে। বসতুদা তোংলিবা মীপুম খুদিং লোইনা কুমথহল্লি। উবি ৱাবিনা লৈ পবেং শেমদুনা লম্বী নাকলদুদা কৈন্যা কৎনবা কোযলাঙ লাঙই। ওজা গৌবোনা মাগী অশেংবদু মখুৎ লোন্নদুনা নহাশিং অদুদা শেংনা হাযজৈ। ঙাযোনবী নুপী অদুনসু মাগী নোংমগী শুজা নোমজবিবা নোংমগী হিংনবা হোৎনজবদা ৱাজবিবা খুদিংদু শেংনা কপ্না কপ্না তমজৈ। ঙাযোনবীগী নুপা অদুনদি মখোয অনীনা হাযবিবদু সুকযা যাদে। মাগী নুপীদু ওক্তবীনি। মযুমদা ফাওবা নীংথি নুংঙাইনা হঞ্জিল্লক্তবীনি। ওজা গৌবোগা মাগী নুপীগা চৎমিন্নবা মমীৎনা কয়াবক হন্না উবে অসিনি। অসুম্না চৎমিন্নবা যানবা মাগী নুপীনা নুংথিলদা লৈকাইদগী ঙা তিক্লগা নুমিদাংৱাইবমদা থ্বাইবম্বন্দ কৈথেলদা ঙা য়োনবা চৎলি। অযাম্বা মতমদা যুমদা হল্লক্তে। নুমিদাং কবম্বা মফমদা লেক চাদুনা লৈবিবনো হায়দুনা থিবকপা কুইবে হায।

খুদক্তুনা থেংনবা মীযামদুনদি হায়বিবা ৱাফমদুদা থাজবা যাবা খবসু লৈ। ঙাযোনবী হায়বগী ৱানি, চহী পংযাম য়াম্বা নত্তবি। মহাক্তা য়ামগে হাযনা যাল্লবদা চহী কুন্থ্রামবি মঙামুক্তা মঙায়। মশক হায়বা কনাগুম্বা নুংঙাই যাইফম্বা ইমুংদকা মযুম পাঞ্জবল্লবদি মেম সাহেব কৌবদা মেম সাহেব মান্ত মাল্লমগনি। মায়হিংনা কুপ্না থুংহৌদবা মমায মচেৎ খজিক্তংদু উবদতা খঙই, কুচুদু ভৌবোক ভৌই। শমলাংসু গোল্ডন হেয়াবকা হায়বীদুনি। ঙাবোয় শাবান তাবী শাবান্দু মুম্না য়েংশিল্লুদ্রবদি মৌবু মাল্লপ্লোই। ফিজেৎ খজিক্তং নাল্লম্বা ঙানমবু নল্লমদ্রবদি হৌজিকসু

মীপুম খুদিংগী মিতানফমদু ওইবমগনি। মাগী নুপানি হাযবিবা নুপাদুদি মুন্না য়েংলুদ্রিঙৈদদি খবা ফবন্মী। মুন্না য়েংশিল্লুবগদি অকিবা অমা ফাওবকই। মমায়দুসু থাঙফল্লা কবিনো খঙদে দাগফম অমা অনী অতোংবা যেৎকী চাযকং মথক্তুন্দা তাই। মচীনবান ইচাউ চাউই, ঙাঙলবা মমীৎ অনীদু মৈ মতুম ওইনা পাইথোক্লক্কদৌবগুম উবি। মশম মনা নীংথিজনা হাৎতবা কুইবমাল্লে মকোয মবাংসু নীংথি নুংঙাইনা কক্কে। মফি মবোলদু মোৎপদগী হেন্দো তুন্না হুমাং মনম্না হাবে। য়ুনমসু ব্রা ব্রা নমই। অমবোমদা ওজা গৌবোদি মশা তনান তনাল্লি। মশক অদুক হাক্লা ফজবা নৎত্রবসু তবুপ তবুপ যেংবা অদুম নুংঙাই।

যৌ যা, যৌ যা মী ফনা যামশিল্লক্লে। বসতা তোংলকপখক্তা নত্তনা লৈকাই অদুদগীস্ ফনা যাম্না থোক্লক্লবনি। খাম্না লাক্লবা নংহৌদে। খঙহৌদনা জুব্রা হাবগুম্বনি। ফবকপা যাওবকই ইনশিল্লকপা যাওবকই ওজা গৌবোগা নুপীদুগা নক্লনা হেক্তা ফমহল্লি। লৈ পবেং হেক্তা হুক্রহল্লি। কৈন্যা কৎপা লোইবে।

ওজা গৌবো লুকথখিবা মমাযদু হাইগৎলক্তুনা হৌগৎপা ঙমদে। নুপী অদুসু তাশিন্দুনা তুমিন্না ফল্লি। মীযাম কুম্মৈ যেংলি। খঙবা খঙদবা মানা মথা থোক্পা পঙাঙ ঙাঙনৈ। ফোটো কাপ্পা খবসু যাওই। অসুম্না ঙাইহাক কোযলাঙ লাঙলুববা তুংদা কাংবু অমনা মখোযবু থল্লম্লগা গাডীদু থৌনবা হাযবকই, কাংবু অমন্যা খাম্গী।

মখা কবি তৌগদগে হাযবা মীযামদু তৌফম খঙনদে। অমগী বাসু চুমবোই নীংই। অমগীসু চুমবোই মনীংই। খবা অমদি কুম্মৈ যেংগুম তুমিন্না যেংদুনা লৈ। খনা অমনা কোযলাঙ লাঙই। কুপ্না হংনবদা ওজা গৌবোগী শিনফম খঙলে। ঙাযোনবীদুগীসু মচা অহুম লৈবল্লে। ঙাযোনবীদুগীসু মাগী নুপাগা কাযনবা হাযবসি অঙাংশিংগীদমক্তদি তুংদা লাইবক যাম্না থীনীংঙাইনি। মতমসু থেঙজিল্লক্লে। মযামগী বাবেপসু থুজিল্ল ক্তবা যাবক্তে। ওজা গৌবোগী লোঙ্গা ওইবপ তৌবা মশা মউ ফবা লৈকাইদুগী নুপা অমা যাওবি। মতুং ইন্দুনা লাকপা মী ওই খবসু যাওবকই। মযাম্না লাঙলিবদুগী মবম তাববা মতুংদা মানা ব্রাযেল্লকই। ঙাযোনবীগী নুপাদুনা মাগী অঙাংশিংগীদমক যেংলগা মাগী নুপীনা অমুক হন্না তৌববোই হাযববদি মাগী নুপীবু অমুক হন্না লৌশিনবদা যাবম্মী। তৌবতবু ইজৎকী দাবী অমদি তৌবি। ওজা গৌবোদা অমুক হংই। মহাক্লদি দাবী অদু যানীংদে। থবক অদু মহাক্লা তশেংনা তৌকববদি যানীংলম্বসু যাবনি। তৌসু তৌকদবা থবক অদুগীদমক মহাক্লা পৈশা কবম্না তিংনীংগনি? অদুবু মহাক্লা ব্রাফম অসি যাদ্রবদি ব্রাথোক অসি চাউথোক্লক্কদৌবি।

যাদবা য়াদদুনা ওজা গৌবোনা হোয হাযবে। থা অমগী মনুংদা লুপা লাক্ষ অমা পীবা তাবি।

যৌদোক অসিগীদমক্তি মহাক্লা ঙসাইদগী উংলিবসে। কবিগীসু উংলোইদৌবিবনো? যৌদোক অসিবু মী অমদা হেক থোকপদা নুংঙাইফম থোকপ্রনে? পৈশাগীদি অবায়বনি। ৱাবী অসি তম্বদা মাগী নুপীনা ফজনা খনবিববদি যে নংত্রবদি ইমুং ফা ওবা কাযবা যাবিবনি। হযেংগী খববদা হাপকনি হায়দুনা নহাবোল খবদি পাউ পীবা চংনম্রে। বস অমতদা তোংমিন্নবকপা অনী মীয়াম্মা কৈন্যা কংখ্রে হায়না য়াওবকপা যাবিবনি। মমিং মথা লৈফম চাফম পন্দুনা য়াওবকদৌবিবনি। তবাই তবাইনা যাওবকদবা নত্তে। হযেংদি ওজা গৌবো স্কুল কাবা ঙম্বগী ৱা লৈত্রে। মীয়াম মমাঙদা কবম্না ওজা অমনি হাযদুনা মায উংকনি? জাতিগী যুম্বী ওইগদৌবিবা অঙাং কযাবু শেম্বিবি। অমবোমদা ওজাসু মীনি। ওজা অতৈগী মফমদদি অসিগুম্বা থবক অসিদি কবিসু ওইবমদবা যাই। অদুবু, ওজা গৌবোদি অদুগুম্বা মীশক্তি নত্তে। মদুমক্তনা মহাক্তি যৌদোক অদুগী ৱাখলনা পোংলুম ওইখ্রে।

মাগী নুপীদা তমদ্রগসু পুম্নমকসি হযেংদি নোংঙাল্লকপদা ৱা ৱা শোযদনা লাউনবক্লগনি। অমবোমদা চেক চেকশিল্লক্লগা মাগী ৱা তানফম হাযবসি মহাক্কী নুপী নত্তনা কনা লৈ? ওজা গৌবোনা যাম্না থুনা ৱাবেপ অমা লৌই (পুম্নমক তমথোক্তবা যাদে।) থোকখিবা যৌদোক খুদিংমক অমতা চিংথদনা মথৱায যাম্না ৱানা মাগী নুপীদা তম্মী। মাগী নুপাগী মগুণ ফজনা খঙলবা জামিনিনা ৱাবীদু তাবগা ফাক ফাক নোকথোক্লকই।

"কৈদৌবে জামিনি" ওজা গৌবোনা ঙক্লা হংই।

"নঙবু ওজা নংত্রো? লৈবাকসি আইন লৈত্রবো? কবিসু খঙদবা মখোয খবনা আইনবু মখুংতা পাযদুনা হেক্তা শান্নবা যাব্রো? ঐ তৌগে যেংউ, মখোয বাবা। হযেং নোং হেক ঙানবগা ঙাযোনবীদু থিবা চংকদবনি। ঙাযোনবীদুতসু নত্তে, মাগী নুপাদুসুনি। পৈশাদুবু উদা ৱাদা পানবদৌনা মখোযনা ইবায লাযনা হেক্তা তানবা যাব্রো? হৌজিকমক প্রেস এসোসিএসনগী প্রসিদেন্ট উনবা চংকদবনি। পাউ অদু ফোঙহনবা য়াদে।"

ওজা গৌবো ৱাখল অমা লাক্লে। লৌথোকলুববা খোঙউপ থুনা য়াঙনা অমুক উপশিনখ্রে। মাগী নুপী জামিনিসু অতোপ্পা অফবা ফি অমা হোংখ্রে। মখোয অনী থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে।

যুমশকৈশা

০১/০৯/১০

## মঙলানগী তাইবং

ঙসিদি শিদামসি থবক যাম্না ফনা উই। নুপাগী নুপীগীনি হায়বা থবক ফাওবা খাযদোক্না তৌথোকখ্রবা মাল্লি। মানা মথৱায খবা নুংঙাইবা নুমিৎতদি অসুম্না হেক হেক তৌই হায়বা যাই। নুংতিগী ওইববদি ভাব তানা ঙাঙনবা যাগদবা মতম নত্তে। অঙাং ওইবিগীদগী নিশা চাদুনা ঙাওশিন্নদুনা হৌবকখিবা মীওইমক্তি মহাক নত্তে। মযুম পাল্লবা মতুং ফাওবা ফনা কুইনা নিশা চাবমদে। ঙসিদি মহাক নিশানা য়োল্লবা মীশক অমা হায়বদু ওইবে। নোংফাদোক শীজিন্নদবা নুমিৎতনি মহাক্লা মী খজিক খজিক মাল্লিবসি। অয়াম্বা মতমদা মী মাল্লক্রবনি।

যুম পাল্লবদি যুম অমা পানবগী থৌদাং অদু লৌদবা য়াবক্তে। অহল লমনশিংগী মতেংনা কযাম কুইনা লৌবা যাগনি? অহেনবমক নৎত্রবসু অঙাং অনী থাবগা মখোয মবিগী নোংমগী চানা থক্লবা ফাওবদি তান্দবা যাবক্তে। নোংমা নোংমগী পুৎথবকপনা ঙম্না ঙম্নবা উপাই খিবকই। নুপীগী সনা-লুপা, লিককোন্দা ওইনা তাইনবকই। হৌজিক্তি ইমুংদুদা অবংবা পোৎশক অমতা লৈবক্তবে হায়বা য়াবে। মহাক্লা হুন্দোকলুবা কা হেন্না

ঙাওশিন্নরুবগী ব্রা ঙাক নত্তে। অদুবু, মীব্রা তাবদি হৌবে। ফমদুনা লৈথোকপা যাবক্তে। পৈশা তানবা চৎলিবনি হাযদুনা নোংঙানবদগী থোকখি, নুমিৎ তাবগা হঞ্জিল্লকই। অকোনবদা বিক্সো ওইনা থৌবদা মতাবে।

যু থকচিল্লগা বিক্সো থৌরুবদগী এক্সিদেন্ট থোকলুবে। অকনবা থবক শুবা যাদদুনা লৈবক্লি। ওইথংবা মখোঙ মখুৎ অনীমক তেকলববনি। খজিক্তং ফবকপদা মঙাযবি। হৈনখিবা নিশা পাক হেক থাদোকপা ঙমদে। হেক্তা মথকই। ঙসিদি মহাক পৈশা লৈত্রববা নৎত্রগা ব্রাখল খবা লাকপনবা খঙদে, থক্তে। মচা অনীবু চাক পীজথোক্লগা তূমহনখ্রে। পঙথেঙ থেঙবমক্তি নৎত্রি। হৌজিক ফাওবা মাগী নুপীদি হল্লক্রি। মাগী নুপী মিবানা হল্লকপা ঙাইবি। নুংতি নুমিৎ খুদিংগী অসুম্না থেঙনা হল্লকর্পাদ নত্তে। লাকপা যাবে খন্দুনা মহাকসু চাক চাদবমখৈ ঙাইবি। মিবানা থেঙনা হঞ্জিল্লকপা নুমিৎ খুদিং মহাক নুংশা থী। নোংমসু অসুম্না থেঙনা হঞ্জিল্লকপা নুমিৎ অমদা লৈকাই ব্রাথোক ওইখিবনি। মমাঙমক্তদা মাগী নুপীবু মক কোল্লগা শুনু যাইঙং তৈদুনা লৈবাক মীযাম মমাঙদা খোঙগোযনখিবনি।

নুমিৎ অদো মহাক্লা কবম্না কাউগনি।

কৈথেলদগী শেন্দোই খোম্বা চৎখিবী মিবানি। লৈকাইগী লৈশাবী মচা অমা পুথোক্লনা হোটেল অমদা ইজৎ যোম্থোকপিকই হায। নুপীমচা অদুবু অমুক্তসু নত্তবা কযাবক হন্না পুবিরুবে। চিংনবক্লনা মীযাম্না কোযশেন শেন্নদুনা লৈবকখির্বনি। নুমিৎ অদুদদি মিবাগী চেনফম লৈখিদবে। নুপীমচা অদুদসু নত্তে, লৈকাই অদুগী নুপীমচা অহুম মবিসু লোযনৈ। মসিনা কাববাবদা পুৎথবকপা শেনফম ফুগৎনবা মিবাগী অনৌবা শেন্দাল লম্বী অম'ন।

খন্থুরুবগা শিদাম তু চুংই। নুমিৎ অদুদগী মহাক্কী নুপীবু হঙ্গোইবা তুক্কচবা হৌবকখি। ফনা কুইনা ব্রা-লান ঙাঙনখিদে। থাইনবসু ঙর্মাখদে। লৈকাইদগী তাম্থোবকখি। থৌদোক অসিদগী মহাক নিশা শীজিন্নবা হৌবা মীওই অমা হাযবদ ওইখিববা? নৎত্রগসু মীমাঙ থোক্লা নিশা শীজিন্নবদি হৌখি। মহাক্কী মকপ অমা অনীনা শীনবিদুনা মাগী ইংখোলদু যোল্লগা অতোপ্পা মফম অমদা ইংখোল মচা অমা লৈবে। লৈবতং যানবা হাযদুনা পাকখন মচা অমা খন্দোকই। মহাক্লা নৌনা লৈকবিবা মফমদু জাতি সুনা লৈবা মফমনি। অমগা অমগা ইতোৎ তোৎশিন্নে। অহল লমন কৈবোই লৈকাইবু কিনা

ব্যবহাব তৌনা হিংলম্বা শিদামগী পুন্সি মনীং তম্বা হৌবে। মঙোন্দা চৈবিনবা কন্নাসু লৈতবে। পুন্সিগী ইজৎকীদমক পান্মুবা মিহৌবা পোকখিদবে। থোকখিবা থৌদোক অদু তশেং তশেংলবনি। মীনম্বা যাওখিদে। লৈকাই মীয়াম্না লানখিদে। মাগী নুপীনা লানখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না মতিক চাদবা মী অমা ওইরুবনা থোকখিবনি। মহাক খঙই।

শেমজিনর্বিদ্রবা সোফা অমগী মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লি। মখুৎনা ফমফমদা মাদুনা যেংই। ফমলমদাইদা হাইবপ যেংহৌদ্রবদি পুৎথগদৌবিবনি। তপ্না ফমথে। উব্দ উব্দ লৈদুনা ঙাইহাক্তি যেংলম্মী। কবিবু উগনি? ইমুংদুদা লৈতেংগী পোৎ-চৈ অমতসু লৈতে। মশাদু লোংলপ তৌনা ঙাথবগা ফমম্রে। মমিৎতু নোংথক্লোমদা যেংখৎলি। লৈতানা ফম্লবা মতুংদদি কবি কবিনো খবসু অমুক নীংশিংলকপগুম তৌবি। মহাক্কী নুপীনা অসুম্না মপান থোক্লুনা কৈথেল ফম্বীশিংদা শেল শান্দোক্লুনা শেন্দোই চাবী মতৌ কবম্না ওইখ্রিবা?

মহাক নীংশিংলি।

নোংমা মহাক্না বিক্সো থৌরুবগা রানা হল্লকপা নুমিৎ অমদনি। চাক লাম্মনখিবনা মখুৎ ফাওবা নীংথিনা হাম্বা নংদনা চাক চাবা হৌই। নুমিৎতু ফাওবা মহাক যু থকপা হৈত্রি। মী অমা মান্না হল্লক্লি। মাগী অবাবদু যেংবা ঙমদদুনা তাঞ্জা অমা লৌদুনা মাগী নুপীনা অসুম্না হাযবকই,

"তামো, নঙনতা অসুম রাবসি যেংবা যাম্না নুংঙাইত্রে। ঐসু পৈশা থোক্লবা কবিনো কবিনো থবক অমতংদি তৌবগে। অঙাংশিংসিনকা নোংমা নোংমগী চাউশিল্লকপগা পৈশা চঙবসু অসুম অসুম হেনগৎলকই।"

মাগী নুপীগী রাদু তাদা হাউনা চাবম্বা চাক্তু খকপন পল্লকপগুম তৌই। যোৎশিনবা হেক যাদে। অকোপ্পা চাইশেল মচাদু থাঙ্গৎতুনা ঈশিং যাউম অমা অনী থকচিল্লি। মাগী নুপীনা হাযবিবা রাদু চুমদবদি নত্তে। মিবাসু মদু খঙনা হৌদোল্লক্লিবনি। অদুবু, কবি থবক্রো মানা শৃগদৌবিবা? শিদামগী মপুক্লিংদা চিংনদবা ঙমদে। নুপীনা মপান থোক্লা তবক শুবসু মহাক্লা কয়া পামদে। খল্লপ তৌনা হংলকই,

"কবি থবক তৌদৌবিবা?"

"ঐনা মরুপ মচা অমা যাওবদু হয়েং ফংলনি। মদুনা শান্দোকপবা খোৎতোকপবা কৈনো অমা তৌবগে।"

"হে হে, মদুগুম্বা থবক তৌনু। মাঙদনা তোক্লবনি।"

চিংনজদুনা শিদাম্না অসুম্না ফোঙদোকচৈ। অদুবু, ওহোকইদা মিবা। নঙগী রাখলদা কবম্বা লাইনা তোংশ্রবনো? লৈজবা পাঙ্গল থৌনা পুম্নমক ফুদোবকপগুম উবি। অসুম্না তুমিন্না লৈবগা চাদ থক্তদুনা শিববসু শি, কবিগুম্বা থবক অমা তৌবগা লাইবক চাং যেংলগা শিবসু শি খনগ্রমাল্লে থৌনা অমগা লোযননা হাযবকই,

"কৈদৌবগী হেক্তা মাঙদোইনো? মীসু অসুক যাম্না তৌনবিসিদি? মীদনা মীবা? ঐখোয়সু ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি। ঐখোযসু হিংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি।"

খন্নবনি হায়ববসু যাই। অসুম্না যেৎপা মখৈ যেৎনববা মতুংদা কবি খল্লবনো খঙদে শিদামসু যাথোকখি। মিবাগী রাখল, মণ্ডলান কযা যাম্না নুংঙাইবমগনি? শেন্দোইদগী শেল্লেপ, শেল্লেপতগী সনা, সনাদগী লম, লমদগী ফজববা যুক-কৈ।

নোংঙানবা ঙাইঙমদে, মিবা মকুপকী মোহোবিগী মযুমদা চেন্না চেন্না চৎলি। খবা থুনা পীবিনবা ঙাঙনবে। হাপতা অমদি ঙাইবা তাবি। যুগ তবেৎ ঙাইবগা চপ মান্নদৌবি। নোংমগী মতমসে মিবাদদি যুগ অমগী মতমনি। যুগ তবেৎকী আশাগী মযোল কযা যাম্না রাংখবে। খঙদবনা খঙদ্রবসু মিবাগী মফমদদি অতিযা পক্লা রাংখবে। পুংলং লংখবে মাগী পুম্মম মল্লম্বা রাখলগী অতিযা। অসুম্না যুগ তবেৎ হৌখিদুনা শেঙ্গাও অমা পাযদুনা কৈথেল থোকপা হৌখি।

মিবাদা থোইনা তম্ননীংঙাই লৈখিদে। থোইদোকপা ময়েক চঙখিদে। কৈথেল হৌগৎলকপদা থাদখিবা শেনফম অদু কৈথেল লোইশিল্লকপদা শেন্দোই যাওনা খোমজিনবতনি। নোংফাদোকসু মখোয অনী পুন্না ফম্মিন্নদুনা পৈশা পামিন্নৈ। খবা কান্নবগী মমি উবদা অমঙবা নোংনা হাইদোকখ্রবা অতিযাগুম মাযথোঙ অনী তবং তবং মোমোন নোকচৈ। হোবেন কবি চানি হযেং কবি চানি খনবদা অন্না পোৎলুম পুবম্বা ইমুংনি। শিদামনা খবা তানশিল্লক, মিবানা খবা পাংশিল্লক তৌবনা শান্তিগী লৈকোল অমা ওইবক্লে। শিদামগী থম্মোইদা হৌবম্বা চিংনবগী ঈথক ইপোম নেমথখ্রে। হিংমিন্নবা পুন্সিগী মহাও হাযদো অসি ওইবমাল্লে।

নোংমা খঙহৌদনা হৌবকপা লৈবাক্কী ঈবাং অমদা নোংমৈ কাপ্পবকপদগী ইম্ফালদা মীওই তবানিথেৈই শিখি, কয়া অমবুনা অশোক অপন নংহনখি। লৈবাক ঈবাং কনশিল্লক্লে। কর্ফিয়ু থা অমবোম থমজিনখ্রে। নুংথিলগী পূং খবা খবা কোমথোক্লবসু থবক-ইনখাং শু-নোম্বা চৎথোকপদি যাবা নত্তে। নোংমগী চবা তাম্দুনা চাজবা ইমুংশিংদদি

পিবাংনা থুমহৎতবা মিৎলু যাওবমখিগদবা হন্দক মবকসে? মৈশা লাংদবা ইমু, যাওবমখিগদবা? মৈশা অসিনা লান্দাবকপদা মিবা শিদামগী শান্তিগী লৈকোলদ যৌশিল্লকখি। হান্নগী চবা অনী শুনা চাবা ফংদবা ফিভম অদুদা তপ্পা তপ্পা হঞ্জিল্লকপগুম তৌবে। চোংলিবা মিহুল নোংমা নোংমগী মশীং অসুম হেনগৎলকই। কবমদি তৌনি লৈবাক্কীনি। ঈবাং মবকসিদা থোকলুববদি শিবা তাবনি।

সবকাব অমদি চোকথববা মীযাম্না কন্না হোৎনমিন্নবদগী ঈবাংদি খবা নেমথবক্কে। অদুবু, মিবাগী শেন্দান লন্থীদি থোঙ লোনশিনবিবল্লে। অসুম্না শেন্দান লম্বী থোঙ লোনখ্রবদি চাকখাউ লন্থীদি কমদৌবা? শিদামগা মখোয অনী খন্নদুনা লৈকাইদগী শেল খবা পৃবদা লেপ্লবে। থবক্তি হৌবে হাযববু হান্নগীগা ইমান মান্নবা ঙমদে। মীগী শেন তানবিবা ওইনদুম থোক্কে। মীগী শেন্দোই হুনবদা অৱাবা পোৎলুম অমদুম ওইবে। মাগী নূপীগী লমচৎ শাজৎ হোংলকপা উবকই। মীনা নিনফুং নিনফুং ঙাঙনবকই। মাগী নুপীগী মশাদা ঈবাং থাংবা হেনগৎলকই। মহৌশাগা ইমান মান্নবক্তে। হিসাব মাঙবা হৌবক্লে। হিসাব বোয লৈবা উবক্তে। লৈকাইগী লৈশ্যাবী মচা মচাগসু মবক মবক্তা চৎমিন্নবা উবকই। ক্রাক্লা ব্রাহোংগী মতু থেৎতুনা কযামদি কুইনা লোৎকনি। মীযাম্না ফাদুনা খোঙ্গোযনখিবদু মতাং অসিব্রাইদনি।

চহী অমা অনীগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অদু ঙবাং নহালতা ওইবক্তই নীংলি। মীযাম্না যাদ্রে হাযদুনা কদাযদবু লোৎলুগদগে? সংসাব অসিবু ইবায লাযনা হেক্ত থাদোক্তনা চৎপা ঙম্লগদবা? খাঙবা তাবনি। মসিসু পুন্সিগী খোঙচৎ অমনি। থেংনবিব অৱাবা খুদিং কবম্না নীংশিংদুনতা লৈগনি? অৱাবা যাওদ্রবদি পুন্সিসে পুন্সি নৎত্রেদনা। কাউথোকপসু তম্বা তাবনি। কাউথোকপসু পুন্সি নুংশাংনবা লম্বী অমনি। অদুবু, কাউব তম্বা অসিমদি অসুক্কী মতিক লুখ্রে। পুন্সিনা লোইদ্রিমখৈদি ঙমগদবা মান্দে।

লাঙলম্বা নিল খোংলম্বা পুম্বা তপ্পা তপ্পা ঈংথখ্রে। অমম্বগী ঈবোলনুংদা লুপশিল্লক্কে। হৈনীংলম্বা, খঙনীংলম্বা ব্রাখল, জ্ঞানসু তপ্পা তপ্পা মাঙলকপগুম তৌবি। মবক মবক্তা হকাম অমা অনীসু চল্লকপগুম তৌবে। য়েৎলোমদা অমুক ওইবোমদা অমুক চেপ তৌদুনা খাঙবা হৌনবমখৈ খাঙবা হোৎনবম্মী। নিদ্রা কৌবী লাইবেম্বীগী থোৎ নৌববা খুৎশাশিংনা মিৎপান মথক্তা তপ্পা তপ্পা নাম্ববিবকপগুম তৌবে। শিদামদো চাক লাম্বা ফাওবা কাউথোকহনখবে। যুমথকলোমদা কোযলৈ লৈদুনা য়েংলম্বা মিৎস্রা অনী তৃকথবা

হীখ্রে। সংসাবগী ব্রাখলদা তাউবম্না লৌশিং পৃস্না অমুক লাক অমুক মাঙবা হৌখবে।

কদোমদগীনো খঙহৌদে মঙ অমা ফাইবেন থাগী অঙাওবা লৈচীলগুম ফৈনা যুংনা াইশিল্লকই। নোংথক্তগী উবা ইম্ফাল সহবগী শক্তম ওইনস্ উই। অমেবিকাগী নিযুযোর্ক স'টি ওইনসু উই। সিনেমা যেংলিবনি হায়গুম্নসু তৌই। এবোপ্লেন তোংলিবনি হায়গুম্নসু তাই। ঙাইহাক লৈবগদি নুপীঙাক্তা ফম্বা ইম্ফাল সহব ওইনা উবক্লে। লম্বী শোবোক ্ম্নমক মীনা কৃক কৃক ইন্ননা চৎলি। জিপ, কাব, ওটোবিক্সোনা নিযম লৈতনা মানা মানা থাকপা পংথৌদা থৌনবি। ময়ামদুগী মবক্তুদা নুপী অমখক যাম্না মোংহাদনা চৎলি। াংজিং মপান মচুগী ফনেক মযেক নাইবা অমা শেৎলি। শংবানবা শাবি অমা শেৎলি। মুবা মচুগী অনোক অমা উপ্পী। লেংবান্দা অমুবা মচুগী বেগ (খাউ) মচা অমা যাল্লি। ণদাম্না মমিৎ কুপ্তমখৈ যেংই। মিবাবু অসি যৌনা ফজব্রনে? লৈহাউ লৈবেলবু ঙমজবী নবাগী কুচুনি। শজি মিৎতাবু ঙমজবী মিৎম্না অনীনি। জুম জুম তাবী নীংদু যৈবী ফজবী মলাংনি। উবে ঙসিদি ঈশিং যোৎপা উনা ফজবী থৌবি, পাতক চেংতকপা শাওং শাদা। ট মঙা মখায হেল্লপ ব্রাংবী মিবানি। চহী তবার্মবি মঙাগী ইনখৎলল্লিবী নুপীমচা অমনা ভোন্দগী কবিদা হেনগনি?

শিদামনা খল্লি— মিবাবু ঐ খঙহন্দনা ফিল্মগা কুল্লজাৎলনে? মশক্কী হাযকববদি তৈদগী থোইনা তাবা নত্তে। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মা ঐঙোন্দা ফাওবদি ঙহনফম থোকপনি। ফৈ, মা ঙসিদি হল্লকখিসনু খঙনি।

মিবানা অসুম লাকপনা কৈথেল পোৎলক যৌবে। মৌ নহা অমগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ন্মী। মৌ নহাদুনা খজিক্তং হন্দোক্তুনা ফম্মিল্লৈ। মিবানা ব্রা হৌদোবকই,

"ইচেদদি মী অতৈদা হাযবদৌনা ঐ নুংতিগী ইনখৎপিযু হাযদবনিকো।"

"হোযদা হোযদা ঙসিদি ঙবাং নহালগী লাকখৎতুনা পীথোকসুঙায়দনা" পাৎযোনবীদুনা শৎ ওক্তুনা খুল্লকখি।

"অদুনবু ঐসু ইচেদদি চিংনবা লৈতেদনা" মিবানা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী।

"হায, নঙবু ঙাইখোনহে। ইপ্পানুপাদু ঙসিসু লাক্লম্মী। নঙবু হংলম্বনি।"

"কদাযদা উনসি হাযবম্বগে ইচে?"

"ঐ খঙজা লাকচদেদা। সে সে, মানা চে মচেৎ অমা পীবম্বনি।"

থাবিক্লা চে মচেৎ অমা লৌথোক্তুনা পী। মিবানা মোবাইল অমা লৌথোক্তুনা ফোন

তৌই। শিদাম্বা খল্লি—মাদি য়ুমদদি ফোন পায়দেদা। কদায়দগী ফোননো? এ, ঐদি কাউকুবেদনা। মাগীসিদি ফিল্মনিকো। ডাইবেক্তবগীবা, প্রদুসবগীবা অমা হেক্তা ওইবা য়াইকো।

মিবানা অতোপ্পা মফম অমা অনীদগীসু পৈশা লৌই। মাগী লৌফম থোকপা ওইবমাল্লে। লোইবদুনা কৈথেল পোৎলক্তগী থোক্লক্তুনা বিক্সো অমদা কাখৎখ্রে। বিক্সো বোদি খঞ্জিল্লি। মিবা তোংলি হায়বা শনানসু খঙলবোই। হায়নখিবা মফম য়ৌবমাল্লে বিক্সোদগী কুমথহৌবে। মনাক্তা লৈবম্বা হোটেল অমা তম্না থুনা য়াঙনা চঙশিনখি। কার্গা নম্বব যেং যেংদুনা চঙখিবনা কুনমবিগী মপা য়ৌবদা চপ লেপ্লি। থোঙ ময়াদা পাল্লিবা সুইদা নম্মী। থোঙ হাংদোবকই। খুৎলৈ থুনা চঙশিনখি। কনাসু লৈবা উদে। থোঙ লোনশিনখি।

মনুঙদা কবিবু তৌবিবা? খঙবা ঙমদে। শিদাম ফমদুনা লৈথোকপা ঙম্লক্তবে। মহাকসু ফিল্ম কুল্লিবগুম খল্লকই। থোঙ ময়াদা থুনা যানা চেনশিল্লি। থোঙদা নমদুনা যেংই। থোঙ চেজেৎনা লোল্লম্মী। থীন্দুনা য়েংই, হাংদোবক্তে। কবি উপাই লৈ? পবপ পবপ চেম্থোক্লক্তুনা হৌজিক্তা মপান্দা লৈহৌবা হোটেলগী মীশিংদু য়েংলুই। কনাসু লৈবমদে। কদাযদা চৎখ্রবা? মখোযবু লোইনমক লোৎখ্রববা? থিবদা অমতা ফংদবে। মখোয়সু থবকসিদা লোইনা যাওবিব্রা? অমুক চেনশিল্লক্তুনা থোঙদা মখুল অহোবকা লৈব্রা য়েংই। লৈবা উদে। থোঙ ময়াদুদা ঙাইহাক হনগৎ হন্দা চৎলি। নুঙগুম্বা কবিগুম্বা অমনা থোমগে খন্দুনা মহাক হোটেলগী মপান্দা থোক্লক্তুনা কোইথি থিবৈ। কবিগুম্বা অমতসু তাবম্বা থেংনদে। যেন্নখাবোমদা অমুক চৎলি। থোঙনাও মপাদা হাইবপ যেংই। মথোন অহুমগী থোঙনাও মপাদুদা কাখৎনবগী উপাই অমতা উদে। চেকপল ময়াদা হৌবা উদুদা কাখৎতুনা য়েংই। মপা থোক্লমদে। ফন চোংথবকই। থোঙজিন ময়াদা অমুক চেনশিল্লকই।

হন্দমুক্তি মহাক ব্রাখল অমা লাক্লে। যুমথক্লোমদা কাখৎলে। থৌবি অমা তাদুনা লৈবম্মী। থৌবিদু ঈশিং পুথনবা পাইপ অমদা চেৎনা পুনশিল্লে। থোঙনাও মপা হাইবপ য়েংলগা কুমথৈ। থোঙনাও ময়া ওইবপ্রা লেপই।

থোঙনাও মচীদগী তপ্লপ্পা য়েংশিল্লি। মিবানা হকচাং চনবা মিংশেল অমগী মমাঙদা ফল্লি। মশম মনা হাৎলি। মফি মবোল হোংবগুমসু উই। মথং মথং লৌথোক্লকই। কনাসু লৈবা উদে। শিদাম খজিক্তং হবাওজে। মখা তানা ফিল্ম নম্লবা কেবিমাল্লে খঞ্জে। কৌগে খন্দুনা

মশাদু খজিক্তং লৈশিল্লি। মীগী খোঙদোন অনী' খঙউ উবকই। ফমুংলোমদা য়েংশিল্লুবদা উবকপনি। মীবক নাবক যেংদুনা খোঙদোনলোমদগী ফৈগললোমদা শৎ যেংখৎলি। ফৈগল য়ৌবফাওবদা খোঙ অনীদু ফি যাওবা উদে। খজিক্তং য়েংখৎলকপদা খ্বাং য়ৌখিবা খঙহৌদে। হৌজিক ফাওবা ফি যাওবা উদবি। ইস' কবিনো অসিদি' নুপানিনা। শিদাম ত্তু খ্যাউ চুংই। কুইনা যেংবা ঙমদে। মমায খংলৈ লৈথোক্তুনা খাঙই। থোঙনাওবোমদা অমুক তপ্লা লৈশিল্লুই। অদুবু, থোঙনাও অদুদি লোনশিল্লন্নে। মখা কবি অমুক থোকখ্রবা'? মখোয অনী শান্নবগী মখোলনা কা অদু নিল্লক্লে। শিদাম মৈ হৌনা শাউবে। মযুম তান্না চেল্লক্লে। মাগী লুখুমদা লৈবা থাংশাং অদু নীংশিংলক্লে। মহাক্লা থাংশাং অদু লৌকব্বগা নুপাদুগা মাগী নুপীগা মতুপ মতুপ ককথৎনীংলে।

মহাক কবম্না মযুম য়ৌবকখিবা খঙহৌদে। মযুমগী থোঙদু মহাক্লা দং দং থীল্লি। থোঙ হাংদোক্লক্ত্রবদা মখোঙনা কাউখায। মহাক মীকপ খংথোক থোকই। মশা পুম্বা হুমাংনা পুংচোং চোংলি। ইপা পাখংলি। মথোঙ চাখিদ্রেদা' কবি মঙনো'? তাল্লক্তুদা মপান্দগী থোঙদা কোক কোক থীল্লকই। শিদাম খংপ্রেক খংই। খংহায হাযদোকখি,

"তাবে তাবে। ঙসাইদগী ঙাইবিবনি।"

ফুক হৌগৎপা ঙমদে। মখোঙ শেক্কৌ শেক্কৌ হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোকই। মৈগা লাক্তবগা পুম্মম হেক মম্মী। থৌওইনা যেংলুদ্রবদি কনাসু কবিসু পাক হেক উবা ফংদে। থোঙবাদা পাযবগা চেপথদুনা মপাল্লোমদা মুন্না যেংই। খংপ্রেক খংই। পুলিস শঙ্গু অমা লেপ্তুনা লৈবম্মী।

লৈবাকপোকপা

২৬-১০-১০

# ঐগী নুপীগী সনাগী লিক

ঐগী নুপীনা সনা পাম্বসিদি কবিদা প্রমাণ তৌকনি। মসি নুপী খুদিংমক্কী নৎত্রবসু নুপী অযাম্বনদি তৌবমগদ্রা খল্লি। নুপী অয়াম্বনা সনাসি যাম্না যাম্না শিনবদুদা অসুম খনবনি। সন্য লৈত্রফাওবদা সনামানবী অকপ্পী অতাউবী মযাম অমা শিনবা উই। ব্রাযববা শিনবসু মযাম অমা থেংনৈ। মীগীদি খঙদ্রে, ঐগীদি ঐনা খঙজে। মাগী মনাসি সনা য়ানবদা তৎলবসু অযো হাযবিবক্কদবা মান্দে। মঙক্তা সনা মোন অমা যাল্লসু থাংলগা চৎপিগে হাযবক্কদবা মাল্লি। পৈশা খজিক্তং উবদা সনা শাগে হেক্তা হায। লৈবিবদু অদুম শিযু হাযবসু চৎনদ্রে হায। অমুক শাদোকউ হাযবসু অশামন পাম্মুই হেক্তা হায়। হাযক হায়কবা খুদিং সনাগী মতাংদদি মানা ঙম্নবা অদুম খুম্মী। ঐসু মাগা মান্নবসি কয়া নুংঙাইতে। মচানুপী হাযবা অমতনি। অসিসু পীক্লি। ঐনা পাম্বনা অঙাংশিং পীক্লিঙৈদা পৈশা খবা তালহৌবনি। পৈশা তানগে হাযববদি পৈশা খবা যাওদবদি যাদে। যুম শাদোকখ্রবা সনা শাদোকখ্রবা হাযবসিদি পৈশাদু মচা পোক্লবোইদবনি। পুম্নমকসি মঙোন্দা ভাব তাহনবা ইঙম ঙমদে। মসিমসু কবিগীনো খঙদে। মতাংসি যৌবকপদা কোক হেক্তা হোৎনীংই। মহাক্লা তাবোই

হাযদুনা তাশিন্নদ্রিববা হায়বসু খঙদে। হাযদা হায়জিল্লুবগা সনাসু নোংমা নোংমগী মমল তাঙখৎলকই। কাযনীংবা মতমদা কায়বা য়াই, মীঙোম্দগী পৈশা পূগে হাযবদা সনা যাওববদি খুদক্তা ফংই হায। অদুবু, ঐনা অচিনবা অমগী হাযকুবদদি নোংমতা বনধোপ থম্মসি থাদে। নুপানি ঙম্লবা হোৎনৌ হেক্তা হায়। ঐসু ঙম্না ঙম্নবা অদুম হোৎনখি। ঐনা সুম পাবদা মাগী সনাসি ফর্নদি যাল্লম্ননি। কনাগী লিক, খুজি, খুদোপ, পামবোম্ম ফানী, নাবি ফাওবা যাওবে। লিকমক্তদা মখল মবি মঙানি। মযামসি লোইনমক শিদ্রবসু নোংফাদোক লুহোং খোংদোংবা চৎপা নুমিৎতদি ফনদি যাল্লমগনি মানা শিবিবসি। কবিসু কাযদে মী অযাম্বা অবৈ অবৈবা শিনবিবা চিন্নবিবা ঙাক্তনি।

মখোয নুপীনা সনাকা চিনবসিসু ফদি যজৈকো। যি মচেৎ অমা পুনশিনবা প্লাষ্টিক মচেৎ অমা কদাযদনো অমা নপশিনবা ফাওবা মখোযদদি হেক্তা পকচবনিদা। ইকুজখোক্তুনা তক তনাল্লবা হকচাংদা মকে শেন্নকপদা সনা মচেৎ অমতং যাওবদি মঙাল অমদি থংজেন হেনগৎলি। ফজনা শুদোক চামথোক্লবা পাববা ইন্নফিগী মনুংদা লৈবিবা নীক নাক লাউববা হকচাংগী কযাৎশিংবু লৈতেংবিদনা, লোৎশিন্দুনা অসুম থম্বিববদি কনানা উবিগনি। উবিদ্রবা ফজবা ফজকবগী কবি কান্নগনি? ব্রাথোক ওইনীংলগা ওইজৌ ফজববু কনানা লোৎতুনা থম্বা যাগদগে?

ঐগী মিৎনদি ওইনমগদবা মান্দে। হন্দক্তি ঐগী নুপীগী ফজবসি খবা হম্বগুন্না, ফজবা ইব্রাৎ ব্রাৎপগুগ্না অমা তৌই। ঐগী নুপীসি মিস যুনিভর্সমক্তি নত্তে। অদুবু, ফদি ফজবনি। ঐগী মিৎসে ইতাউদা পাল্লম্নদি খঙগদবনি হাযদুবা খঙদে। কুচুগীদি যাম্না হাযববোই। নোংমতা পাউদব থানদ্রবা মাযথোঙনি। পিক্তক্লা তুমতক তাবী নাতোন্নি। কাজল থাগী মথৌ তাদ্রবা পিশূমনি। মোমোন্তা নোকচদুনা নৈজবী পাতক তৌবী চীনবান্নি। কযোই যাতা ঙমজবী যাতোন্নি। মাযথোঙ থম্বাল যেংলুবগদি মেঙনা থোকপী থাজসু হেক মাল্লি, তনৌবী গুলাপ উকবগসু হেক মমাল্লে। ইশানা থাগৎচবগা কোচাংন কোযা যৌই হাগবদু তাবমাল্লে। মসিদনি মানা নোংফাদোক কেথোববকপদা ঐনা মথন্তা থাদোকপা শুকঙম ঙমদ্রিবসে। মসিগী লাযনাসিমদি ঐখোযনা হেক হনুদ্রিমখৌদ পাক কোক্কদবা মান্দে। মীনদি মতুং কোইন ইন্নে হাযবিবা, মখোযনদি খঙপোৎ নত্তে। মাঙজববদি ঐ ইথর্ন্তনি।

মশা ঙমদ্রববা হায়বসু কৈসু তৌদে হায। নুংশুক নুংজানবা অমদি অদুম ইবৈতা লৈবদৌনা উই। ঐ উবগনা হেক নোকশিন্নে। কবি লাই ওক্লববনো খঙদে। ইচিংতা চিংনৈ।

মখোয নুপীদি মবুক মনুংদা অকৎবা ৱা থম্লবদি ঙমদে হায়নৈ। থোইনা অকৎবা লৈবমগদবুদি মান্দে। অদুবু, মখোয়গী অবোনবদি ব্রহ্মামক্লা খঙবা ঙমদেসু হাযনৈ। মসিবু কবি হাযবিবনো? মশাদা লৈবা অনা অয়েকসু লোৎশিন্দুনা থম্লগী হৈনবী অমসু লৈ হাযনৈ। নুপীদি অখাঙ কল্লিসু হাযনৈ। ঐসু হংবা যাবদি মেনকাদা হংলবনি। কবিসু তৌদেদা হায। ঐগী চিংনবদি নোংমা নোংমগী অসুম তেনগৎলক্লি। মীবু কয়া ফত্তনা খনবসি ঐ ইতৌ তৌদর্বনি। কবিগীনো খঙদে হন্দক মবক্তি পংখন্দা খল্লি।

ঐগী নুপীগা ইতৈমগসি যাম্না চান্নজবনি। লৈকাইনা ফাওবা পোকমিন্নবা ঐখোয ইচীন ইনাওদগী মখোযনিনা হেন্না নুংশিনজৈ হাযনবিবনি। হন্দকসি মখোয অনীসু কৌনা ঙাঙনবসি ইৱাৎ ৱাৎপগুম্না অমদি তৌই। হান্নগুম্না চৎথোক খোৎতোকপদা হৌনদুনা চৎমিন্নবা ইউ উদে। কৌনা ঙাঙনববসু ফাগি-জুগাইগী চাংদি হায়দগী যাম্না হম্থ্রে। ঐঙোন্দা ৱাবৌবকা লৈখ্রববা' ঐনদি ইতৈমদা অকাযবা অবানবা অমতদি তৌখিবা লৈতে। ইতৈমনসু ঐবু লুনা চান্না তৌবির্বনি। ইতৈমনা অসুম্না তৌখিবসি ঐসু যাম্না নুংঙাইতে। নহাল নোংমা লৈতবা মতাং থোক্লনা পৈশা খবা পীহৌদবদুগীবা? নৎত্রগা, মেনকানা লানখিবকা যাওখ্রববা? ঐনা মেনকাবু ৱাবকপা ঙমদে খল্লববা? তৌবগীর্বুদি ঐনা মাবু নুংশিমনবদগী মাবু খবা খবদি ঙমহনবনি। হয়, ঐ মসি ইতৈমদা হংদ্রবদি ইনুং নুংঙাইবোইদৌবে। মেনকাদা হংবসু তাক্তে, কবিসু তৌনদেদা মহায।

"ইতৈমা, ঐ কৈনো অমতা হাযজগেবা।"

"ইবুংঙো ঐ নখোযগী পৈশাদু পীবক্লবা যাম্না কয়া হোৎনবি। ঐনা মেনকাদা মতম খবা ঙাইয়ু হাযখিবনি।" ঐনা হংগদৌবিবা ৱাগী মবম তাদনা ইতৈমনা হান্না শাউবংনবা মান্না খুন্নকখিবনি।

ঐ ঙকপনা খম থেংখি। শাউর্নীংবদি লাযবদনা নোক্লীংবা অমা ফাওবকখি। নোকপদি ঙর্মাখিদে। ঐ তশেংনা ঙকখি। ইতৈমনা ঐখোযদগী পৈশা কয়া লৌখিবা? ঐদি খঙখিবা লৈতে। তঙাইফদবা লৈববসু ঐঙোন্দা হাযবগা লৌবদা কবি অকাযবা লৈবগে? ইতৈমা তাচৌগী অচিনবা লৈবদা ঐনা ঙম্না মতেং পাংববু কবি অকায়বা লৈবগে? মসিদা শিংলকপা শিংলক্তবগী ৱাফম লৈব্রনে? ঐনসু মখোযদগী লৌখিবা কয়া অমা লৈ। লুবিবদি পৈশা কয়া মথৌ তাবদগী পৈশা কয়া লৌবিবা? কবিদা শীজিন্নবনো? ঐঙোন্দনা কবিগী খঙহন্দ্রিবা? ইতৈমদি ঐবু শাউববা? ৱা মখাকা তাবমদনা চঙথ্রে। ঐবু তাচৌদা অমুক্তং

হংবনা চুমগদ্রা? তাচৌসু মাঙ্গোলদা ফল্লি। ঐ তাচৌগী মনাক্তা চঙশিল্লি।

"তাচৌ।"

"কবি হায়গে তোম্বা? ফম্মু ফম্মু?"

"তাচৌ ইতৈমনা পৈশাকা হায়বিসিবো?"

"হা! কবিগী পৈশানোনে? তাচৌদি খঙদেনে।"

"ঐসু খঙদে তাচৌ। ইতৈমনা হৌজিক্তা মতম খবা ঙাইয়ু। শিংবীনি হাযবম্মী। তাচৌখোযগী দবকাব লৈদুনা লৌবা ওইবদি শিংলক্লবসু য়ানিদা।"

"ঐদি নখোয়দগী পৈশা লৌ হাযবদি নতৈমদা হাযবা লৈখিদেনা। ঙাইখো ঙাইখো, হন্দক্তি নতৈমসি মওং অমা তৌববনি। অমুক্তা হংখিসি।"

"তাচৌসু খঙদবা!"

ইতৈমদু অমুক যাম্লা ফিংনা থোক্লকই। ঐগী ইনাক্তা লেপ্লে। অখাক অবাওমক্তি নত্তে। অদুবু, অঙকপা মওংদা ব্রাহং অমদি ঐগী ইথক্তা হৈথববি,

"কবিনো তোম্বা, নঙ নতৈমনা হাযবমক্তদা নযাম্বদা অমুক হাযববিবসে? নখোযগী পৈশাদু শিংনি হায়বেদনা? নঙ নতৈমবু থাজদবগী ব্রা নত্তবা? নঙবু ঐনা কয়াম লুনা নুংশিনা খনবা, ঐনা পোকচবা ইচাগা চপ মান্ননা খল্লিবনি। ঐনা খল্লম্বগা ওন্থোক্লা খেন্নবল্লেদা ইবুংঙো।"

"ঐদি ইতৈমনা হাযবিবসি ভাব অমতা তাবা ঙমদে।"

"খঙঙে খঙঙে, ইবুংঙো।"

ইতৈমগী চাম্বক্তা ঐ কবি খুমগদবনো? ইতৈমনা ঐবু তশেংনা ব্রাবৌবে হাযবসিমদি মাগী ব্রাহৈদগী খঙলে। অদুবু ঐদি হৌজিক ফাওবা মদুগী মবমদি খঙবা ঙমদবি। ঐদি ইতৈমা অমদি তাচৌদা ঙসি ফাওবদা অকায়বা অবানবা অমতা তৌখিদ্রিববা হাযনা খল্লি। ঐগী থম্মোইগী ব্রাফমসিবু ইতৈমদা কব্ম্মা ফোঙদোক্কনি? হাযফম খঙদে। খঞ্জিল্লুবগা কপ্লীংবা ফাওবকই। ঐ লুকথদুনা খাঙই। কবিগী অদুক কনবা ব্রাহৈ ইতৈমনা ঐঙোন্দা শীজিন্নবিবা? ঐদি মহৌশা মহৌশাগুম ইচম চম্না হংলুবতনি। ঐ খল্লুবগা চমম্নবা হেনগৎলকই। তাচৌদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈবম্বনি। ঙল্লক্লমাল্লে।

"ঙাইখো ঙাইখো, নঙনা হাযবিবা পৈশাদুবু তোম্বদি কবিমতা খঙদ্রিনে।" তাচৌনা মখা তাবকই। "নত্তে কনাদগী কৈদৌনবা লৌকব্বা পৈশানো অমুক্তা হাযযু।"

"মেনকাদগীনি। ঐখোয তামোনা দবকাব খবা লৈ হাযদুনা লৌকখবনি।" ইতৈমনা শাউবা ইহন হন্দবগুম খুন্নকই।

"ইবাইগীদি কৈদৌনবা? অদো নঙদি ঐঙোন্দা হাযবদি কৈদৌই? ঐঙোন্দদি হাযদ্রদুনা অঙাংদগীদি কৈদৌনবা অমুক হাযর্কাববনো হা?" তাচৌগী খোন কনখৎলকই।

"ঐখোযগীদি লৈতেবদ্দ।" ইতৈমসু কল্লপ্পা অদুম খুন্নকই।

তাচৌ শাউবমাল্লে। মমিৎতু কুপ্তুমখৈ ইতৈমদা মুন্না যেংলকই। খামহৌদ্রবদি ইতৈমবু ফুবিবক্কদবা মাল্লি। ঐ হৌগৎতুনা মখোয অনীগী মবক্তা লেপ্পি। ইতৈমবু ফুবিবগা ঐনা নুংঙাইগদবসে কবিনো? ঐগী তোংজাবা কবিসু লৈগদবা নত্তে। অদুবু, ঐ হৌজিক ফাওবা ঐনা খঙনীংলিবা বাফমর্দুদি খঙবা ঙমদ্রি। কযা যাম্না পৈশানো? কবি তৌবদা শীজিন্নখিবনো? ইবাইনর্বুদি লৌখির্বান। তাচৌদি খঙলমদে। ঐগী চিংনবদি অসুম হেনগৎলক্লি। তাচৌনা খবা তপথবগা অমুক হংলকই,

"কযা যাম্না পৈশানো? কৈদৌনবনি হাযগে?"

"মঙাখক্তনি। আই জি (ইঙ্কম জেনরেসন) লিঙ্কতা থাধনর্বানি হায। যামা খুনা পীবক্কনি হাযবদুদা ঐনা ইনাওদগী লৌকবনি।"

"মঙা হর্যাদি?" তাচৌনা চিংননা হংই।

"লাক্ষ।" তপথদবা যাবক্রুমাল্লে ইতৈমনা তপ্পপ্পা খুন্নকই।

তাচৌ যম্নম্বদগী য়ুক হৌগৎলকই। ঐনা তাচৌবু খুদাং পাযদুনা চিংথোকই। তাচৌনা খুদোনর্বী শীংলদুনা ইতৈমদা হায,

"ঐনা মদু গুম্না শুনীংদবগী থবক্তু তৌনু হাযদুনা কযাবক হন্না নঙোন্দা হাযখ্রবা নৎত্রো? আই জি লিঙ্ক হাযবিবদু কানখ্রবান খঙলব্রা? অদুক যাম্বা পৈশাদু নঙ হৌজিক কদাযদগী কনানা শিংদৌবি? চৎনু হৌজকমক নপামদা।"

"তাচৌ হৌখ্রবদি তৌখ্রে। মীগী মমাঙদা ইকাযবে তোক্লসি। যাম্না চম্না নুংশি চান্নন নুংঙাইনা লৈমিন্নবকপা ইমুংসে কৈনো অমা ইতৌ তৌবদৌনা উবদুদা ঐদি ইচম চম্ন হংবতনি। ইবাইনা লৈবগা পীজবক্কনি। লৈত্রগসু কবি কাযবগে সিবো? ঐখোযনা চেকশিনহৌদবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি।" ঐনা তাচৌবু থেমজিল্লি।

ঐসু শাউনীংদবদি নত্তে। ঐনা শাউববদি নাতৈ অমদি চাবোইদৌবি। ঐ ব্রা মখ তাদ্রে। তাচৌগী মনাক্তা ঙাইহাক তুমিন্না ফমদুনা লৈ। অসিগুম্না মথোং মবম খঙদবা

নেটৱার্ক মযাম অসিনা ঙসিদি শূদনা নুংঙাইবা পান্না মৈতৈ মচা পুম্নমক ঙাওহল্লে। লৈবাকসে কযা যাম্না মাঙ তাকহল্লবা। লুপা লিশিং কুন্থাখক থল্লগা (শান্দোক্লগা) চহী অমদা লাখ অমা ফংগনি হাযবসিবু পৃথিবীগী কবল্লা মফমদা ওইথোক্কদগে? চে চাং অমতসু ইনদ্না পাযনবা নত্তে। মথন্তা একাওন্টতা চঙ্‌ঙ বক্কদবনি হাযবি।

ঐনা থ্বাইদগী ঙক্লিবদি কবিসু খঙজদবা নুপী অঙাংশিং অসিগুম্না ডোক্তৰ, ইঞ্জিনিযব অমদি খঙ হৈবদা মখোয মঙাযবে খঞ্জবা শক্লাইববা মীওই কযা অমসু যাওবিবনি। মথৌ মশক খঙদবমখৈ মথৌ কাউবমখৈ ওইজবা খবা ফংনি হাযবগীদমক তৃম্না চাবা চঙদমখৈ অঙাওবা হূইগুম কোযচৎ চৎলি। কযাদা মীহৌ চাউথ্রবনো? থল্লবদা ইকাইদববা সিবো? অপঙবা তিলনা মিবাংবু মশক খঙদে হাযবদুবা? মখোযদি তিলদি নত্তে। মায ওনশিন্নৱ্বগদি ঐবু চামবক হন্না তাকপিগে হাযবক্কনি। মখোযনা ঐঙোন্দা তাকপিগদৌবিবদুবু মখোযবু তশেংনা নেটৱার্ক কবিনো খঙলিগদবা?

নেটৱার্কপু থাজবিববা নৎত্রগা ইতৈমবু থাজবিববা? মহাকসু থবকসিদা নাকোইননা নৎত্রগা হকথেংননা চেন্নবিববা? অমবু ওইবে অমবু ওইবে মেনকাসু মবাল লৈ। অসুক চাউবা থবকসি মহাক্লা ঐ তাহন্দনা তৌবা হাযবসি মহাক্কী অচৌবা মবালনি। মহাক্লা অযুক নুমিদাং শিবা লিক লৈ মচাশিং অদু ফাওবা অমতা উদ্রে। মহাক্কী সনাশিংদু কাযথোক্কুনা ইতৈমদা পীখিবা শোযদনা ওইবগনি। ও! ওস্তোকপনিদা মঙক্তা শিবা ঐগী নুপীগী সনাগী লিক্তু আই জি লিক্কনা ওইনা শিখ্রবা !

নিংথৌকাবা

২৫-১০-১০

# প্রোফেসাব

নুমিৎ অদু ঐ ফি য়োনবা দুকান অমখক্তা ফি যেংলি। ইখঙ খঙহৌদনা ফি যোনবা যাওবিবা নুপামচা অনীদুনা মপাল্লোমদা যেংলগা চপ মান্ননা হায়বকই, "এ, প্রোফেসাব বোমাসিনি।" মখোয় অনীগী খোঙ্ছোক্তুদা ঐসু খঙহৌদনা যেংথোক্লুই। ভৌবোক ভৌবা চূং-ফিবাল চাববা নুপী অমা অতোপ্পা নুপীমচা অমা অনীগা চৎতুনা লৈবম্মী। মহাক্না শুগে হায়না শুববদা চহী কুন্থ্রামঙামুক মঙায়। ফজৈ, ফজৈ হাযবসিদগী কবি অমুক হেন্না হায়কখিনি। ফজবা অদুননি মঙোন্দগী চহী নৌবিবা অঙাং অনীদুফাওবা ঙাওবিবা। তনাপ তনাপ্পা বোমাসিনিনা শাবি অশংবা ফুল অমা শেৎলগা চৎলম্বদুদি ঐসু ৱাখল অমা খনখি (ৱাউ , প্রো বোমাসিনি) মোং-হাদনা থাংখিবা খোঙথাংনা লেপ্তুনা চৎখিবনা উনা উনা ঙাইহাক্কী তুংদা মিৎমাঙদগী মীবক্তা তপ্না তপ্না মাঙখি। অপাইবা লৈচীলনা য়েৎলোম ওইবোম নোম নোমতৌনা হুমদোকখিবগুম্বনি। ঙাইহাক্তং ওইববোই মনীংই। অদুবু, ঐনা য়েংলুবদু কয়া কুইববনো খঙদে অঙাং অনীদুনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈবম্মী। নোকফেৎ তৌবা অমসু যাওবম্মী। জ্ঞান খংলাক লাকই। মমিং ফাওবদি মখোয় অনীগী মচীন্দগী

খঙহৌবে। কবিগুম্বা খবা খঙনীংদুনা মখা তানা হংনীংলুবনি। হংলুদবে। হংবদা থোইনা কাযগদবদি নত্তে। মখোয়গা মতিক মপা চানদে। মখোযদা খুবৌ থাংবা ওইনা কবিসু থোক্লোই। মখোযদি অঙাংনি। চহী কুনগী ঙকযা ঙাক্তা ওইবমগনি। ফজবা হাযবসিসু উবদা মীপুম খুদিংমক ঙাওবজাংনিকো। ফজবা হাযবসি মীযামগীনি। অসুম্না খন্দোক্লে। ঐ কি যেংববোমদা অমুক মায ওনশিল্লে।

ফিদি লৈবক্তবে। যেঙ্খাং নাপী চানীংবকা যাওব্রা যেংগে হাযদুনা মনা-মশিং য়োনফমলোমদা অমুক চঙলকই। যোংচাক মক্ব ফজবা খবা উই। কবম তৌগে হাযবা যেংগে খন্দুনা ফং লৈশিল্লুই। ইসা লিল ওইবদি ঙসাইনা উবনি। সিদি প্রোফেসাব বোমাসিনিনিনা। নত্তব্রনে? মুন্না যেংলুবসু ফবক অমা ইতা তাগুম তৌই। মাসু মশাদু খজিক্তা ফাওবা লৈথোক্লক্তে। খজিক্তং লৈথোক্লক্লবদি খঙগদবনি। নুপীমচাশিংদুদি যাওদ্রে। অসুম্না খল্লিঙৈদা লেপ্লম্বদগী মহাক ফমথখ্রে। যোংচাক চবোং থাঙ্গংতুনা যেংবা হৌখ্রে। শেংলি ইল্লিবা ফিজোলদুমাদি ঙসাই ঐনা উখিবদুমক্লি। কুচুসু অদুম মঙৌই। মনাক্তা হেক্তা চঙশিন্দুনা লেপলুবদি ইঙম ঙমদে। ঐ পোংফম মবি মঙা লাম্থোক্লুনা চংলুই। অতৈ পোংফমদসু যাওব্রা হাযদুনা হাইবপ যেংলুই, যাওবমদে। যাওবগসু অমদুনা খজিক্তং হেন্না ফজবোই নীংই। হল্লক্লুনা প্রোফেসাবনা ফমহৌবা পোংফমদুগী মনাক্তা অমুক লাক্লে।

হন্দকমুক্তি মযেক শেংনা উবে। শোযদনা চুল্লগনি। মানা ঙসাই যানখিবা বেগ অদুসু মমাঙদা থল্লি। মানা উপখিবা অমুবা অনোকসু উপলি। ঐ হন্দকমুক্তি তঙাইফদনা চঙশিল্লে। মঙোন্দা অমুক যেংই। যোংচাক্তা অমুক যেংই। মশক্তদি ফজনা খঙহৌবগে থল্লি। মশক খঙবদদি কবিসু অকাযবা লৈতেনা। অনোক্লা খুমজিনখিবনা মমিংমক্তি উবা ফংদবে। যেংথংবা চীনবান মযাদা পিক্তক তৌবা শমব্রু অমদি উবে। মিংফম খজিক্তং হোংলুবদা কবিনা ঙাকখংলক্লিবনো খঙদনা ফজনা পেথোবক্লিবা থা মচেং অদুদা মীংফম তাকবে। থাখুম্না খুম্নবা হোংনজববসু ফনা ফজনা নাম্থোক্লক্লে। মীংফম হোংবা যাদে। শাবি অদুসু নাম্থদুনা হেক লৈবম্মী। পোংযোনবীদুগা মখোয অনীগী মমিংতু ঐঙোন্দা খজিক্তগা চোইথোক্লক্তে। হনুবীদুসু মহন্দে। ঐ ঙাইহাক্তি লেপ্লবনি। মখোযনা ঙসাইদগী ঙাঙনবিবদু মমলদি ইযা যানদে। তাঙমল্লি অমা হাপ্পু হায অমনা। অযোনবীদুনা হাপ্পা ঙল্লোই হায। লৈগদৌবিবদুনা অতোপ্পনা হেল্লি হায। যোল্লিবীদুনা অতোপ্পদগী লৈকচো অসিনচিংবা অসিনি মখোযনা ঙাঙনবিবসি। নাকলদা চংখিবা অমনা খজিক্তং থেংলম্বদগী ঐ জ্ঞান

খংলাক লাকই। হাইস মাগীসিবু থওইনা থেংলল্লিববা? মীদুদা হাইবপ য়েংলুই। মাদি ঐঙোন্দা যেংলমদনা অদুম চৎখ্রে। খোঙফম হাইবপ লেঙলুবদুদা মখোয় অনীমক ঐঙোন্দা লৈখত্তুনা যেংলকই। তু খ্যাও চুংই। কয়াদা ফজখ্রবনো প্রোফেসাব বোমাসিনি! বাশি কযাদা লৈখ্রবা? ঐ খজিক্তং ইকাইবপ তৌই। মুন্না যেংবা ঙমদবে। হাইবপ যেংশিন্নদবা শাবগা যোংচাক মমল হংবদা মতাবে। ঙসাইদগী মমি শামি খবা তাববনিনা তাঙই হাযবদি ঐসু খল্লি। অদুবু, ঐ মমলকা ঙাঙনকবা তৌদবে। মনি বেগতগী পৈশা শৎ লৌথোক্লগা পীবল্লে। যোংচাক্তু লৌবগা লাক্লে। প্রোফেসাব বোমাসিনি ফমহৌবি। খবা চৎথোক্লগা ঐনা হাইবপ লৈথোক্তুনা যেংলম্মী। মাসু ঐঙোল্লোমদা যেংদুনা লৈবম্মী।

ঙাইহাক লাক্লবা মতুংদা ব্রাখল অমা লাকই। হেল্লোইনা চেনবকা হাযদু অসুম্না তৌবিদবা? কদাযদগী নুপীনো অমা হেক থেংনকই। কোকসিদা মাগী ব্রাখলনা শুক শুক নৈশিন্দুনা অদুম লৈবগুম তৌবি। লৈশাবীসু মান্দে। কবি লমদগীনো হাযবসু খঙবা নত্তে। ফুত্তানি তৌদুনা মাগী মমাঙদগী যোংচাকসু লৈবক্লিবনি। হৌবেল ইমানা হংলক্লগা কবি খুম্বা? ঙাঙগনবী ইমানা তাঙমল্লি হাযদুনা ঙাঙলক্তনবা লংথোক্লম্বনসু হেন্না যবববা খল্লকই।

যুমদা হনজিনবা খজিক্তং ঙনমল্লি। ইমাম্নবা অমনসু উনসি হাযবদগী হোটেল কিযগী মমাঙদা লেপ্তুনা মাবু ঙাইহাক ঙাইবি। ঙাইহাক্তং ওইববসু ঙাইবসিদি ওস্তোক্লা নুংঙাইখিদ্রবা। ঐগী গাডী মথক্তা ঙাইহাক ফল্লম্বদগী হৌগৎতুনা ফুটপাঠতা কাখৎতুন অমুক লেপ্পি। ফোন অমুক্তং তৌদুনা যেংসিবা? মানা হাযবকপা মফমদুবু ওন্নবব্রা? ঐনা সোমদা ঙাইবমখৈ ঙাইবগা মানা নাকল অমবোমদা লৈবববা? ঙাইহাক্তংদুদা অসুম্না মওন মওন খল্লি। তৌফম খঙদদুনা হোটেল্লোমদা হাইফেৎ য়েংশিল্লুই। নুপী অমা মোং হাদনা থোক্লকই। হৌজিক ঙাইহাকী মমাঙদা থেংনখিবী প্রোফেসাবদুবু অসুক থুনা মফম অসিদগী থোক্লক্কদ্রনে? তৌবগীবুদি পূংমুক্তি ফাবল্লগনি। ঐ চিংনদুনা য়েংবা লেপ্তে। মান্নিদা। তবা তবাবী চীনবান, চীনবান মথক্কী শমব্রু লোইনা চুম্মী। ফিজোলদুতনি খেন্নবিবা। ঙসাইনা অশংবনি, হৌজিক্লা অঙাংবনি। কবিসু থৌশাদনা ইনাক তম্না চঙশিল্লকই। কয়াদা নক্লা চৎখ্রবনো? ঐনা থৈদোক্লল্লদ্রবদি থেংবু থেংজিল্লমগনি। মথোং কযা চাখিদ্রবনো?

মহাক্লা চৎখিবা মাইকৈদা ঐ যেংদুনা লৈহৌই। মখোঙনা মথন্তা অদুম চৎখি। হন্না-তুনা যেংলমদে। অঙাংনি হাযদুনা তান্নক্ববসু যাদগুম তৌ উনা উনা মিৎয়েংগী ব্রাংমা

লাম্হোকখি। কদায়দবু চৎলিবা? ঐ ঙাইহাক অমুক জ্ঞান মাঙলুববা খঙদে। ঐনা লৈথোক্লকপদা ইমান্নবদু ইনাক্তা লেপ্তুনা লৈবম্মী। ঐখোয় অনী ব্না মচেৎ অমতা ঙাঙনদে। মহাকসু প্রোফেসাবনা চৎখিবা মাযকৈ অদোমদা যেংদুনা লৈবম্মী। মহাকসু প্রোফেসাববু উটৌববা খঙদে। ঙাইহাক যেংলবা তুংদা মনা হংলকই,

"কবিনো যেংলিবদুবো?"

ঐদি মাসু খঙলগা য়েংলিবোই নীংই। অদুগা মাদি খঙলমদবে। ঐবু কবি খুমসিবা? অশেংবসি হাযদোক্লসিবা? হাযদোক্লগনা কবি তৌবা? মসিবু লোৎলুবগা কবি কান্নগদগে? ঐনা নোকফেৎ তৌই।

"মী অমখক যেংবনিদা।"

"নুপাবো নুপীবো?" মানা থুনা হংজিল্লকই।

"হেবা নুপানবো নুপা যেংবা হৈনব্রো?" ঐনা থুনা অমুক ওকখি।

"এ, এ, ঙসিদি নুপী যেংবা হৈবল্লেদা। ফজববো?"

"ফজে। য়াম্না ফজেবো। নঙসু উববদি ঙাওনি।"

"হুং ঐদি য়েংজবোই। ঙাওনবগীদমক ঐ যেংজবোই।"

"ফাগি নত্তে। তশেংনা ফজে। উবদি নঙসু পাম্লক্কনি।"

"চুম্মীনে, নুপীদি য়েংদে হাযবদু নঙদি ফজবদা ঙাওবনিনে। থাইনা কোলেজ তম্লিঁঙেদা নঙনা চন্দ্রকালাদা ঙাওবদো?"

চুম্মী ঐগী পুঙ্গিদা ফজবা উবসি বোমাসিনিনা অহানবা নত্তে। মমাংঙৈ চন্দ্রকালাদসু ঙাওখি। মমিংদবু কালা তাশিনবগী ব্নানি। কনানবু থোনবিবম্না মিংনো খঙদে। ওম্হোক্লা চানদে। ঈ চেনবা উবা কুচুদুদা অমুবা হায়ববদি মচুম খেৎথবগা অমুবা মুক্তা শুংবা যাগদবা মানবা মুশুক মুবদুদা, অঙৌবকা কৌবা তাবিববা? মিংসিনা মিং ওইপ্রবসু মিস য়ুনিভর্সকা হায়বদুনা থোইনা হেনগদবা নত্তে। মহাক্লা মণিপুবদা পোক্লম্লগী মবায়বক থীবনি। যুবোপকী চাওখৎলবা লৈবাক অমদা পোক্লম্লবদি মিস যুনিভর্সনা মঙাবক তকক্লক্কা তাবা যাবম্লবদি মহাকসু শোযদনা তাবমগনি। পুঙ্গিদা কাউবা ঙম্লবোইদবা চন্দ্রকালাবু নীংশিংলুবদা ঐ ঙাইহাক মাগী ব্নাখলনা পুদুনা অমুক চৎলুই।

"চন্দ্রকালাগুম্না ফজববো?" ঐগী মকপ্না নোক্লপ হংলকই।

"হুং মফজা অমমম হায়দুনি। থম্বালসু ফজে। গুলাপসু ফজৈ হায়দুনি।"

"পাউখুমদি হৈবেনে। লৈফমকাদি হংহৌববো?"

"কদায়দগী হংদোইনো! ঙসিতা থেংনবগা? অদুবু, খঙবা যাববা যেংনবা উপাই অমদি লৈ।"

"অদুদি যাম্না ফবেনে। কনাদগীনো?"

"ফি যোনবা যাওবা অঙাং অনী লৈ। মখোযদা হংলবদি খঙবসু যাই।"

"অদুদি অঙাং অনীদুদা [illegible] [illegible]ইবেনে।"

"য়াম্না লুবিবদি লৈশাবীবু মান্দেদা।"

"অস নঙসিদি, [illegible]থোং চাদবা ঙাক্তো তৌইহে।"

"যেংবসিবু কবি কাযগে? লৈশাবী নৎত্রদি ফজবসিবু যেংবা যাদে হাযবকা লৈব্রনে?"

"ফবেসে ওইনীংবা অমা ওইবসনু। খঙদোকপদি যাইদনা।"

"খঙদোকপদি যাই। লৈশাবী ওইবম্বসু কনানা খঙবা।"

"নবাইবক্লা তম্লম্লবদি হেক্তা থুংনদৌবিনি। হা, নৎত্রো?"

"অদু ওইবদি ঐদি পোকপগী মহৈ যাল্লে।"

"অদুম্না হাযদৌ নত্তে। কুইনা পাখঙ ওইবকপগী মহৈ যাল্লে হাযদৌ নৎত্রো?"

"অদুসু যাই।" মঙোন্দদি ঐ ইকাইদে। ঐ নোকফেৎ তৌই।

"ফবে চৎসি লাক-ও।"

"কদাযদনো?" ঐখোয অনীগী চৎকদবা থবক অমসু লৈবনিনা ঐনা ঙক্লপ হংই।

"অঙাং অনীদু হান্না উনকসি। মদুনা মক নৎত্রো?" মানা মৈ যাঙশিল্লকই।

গাডী মফম চানা থমজিল্লম্লে। ঐখোয অনী খোঙনা মতেক অমা চৎলি। চৎনা চৎনা ঐদি মঙ মঙখি। তাংদাংবা অমদি খঙবা শোযদ্রে। মবমদি অঙাং অনীদুনা য়াম্না খঙনা ঙাঙনহৌই। মখোয়নদি ঐঙোন্দা লোৎলোই। মবমদি—মখোয়গা ঐগদি ফনা ফজনা খঙনববনি। কবিগুম্বা মশক্তং খঙবনি, মাগী মবমদা থোইদোকপা খঙদে হায়বক্লগনা কমদৌবা? অমবু ওইবে অমবু ওইবে মাগী মবমদা হংলুবা হাযবসিমদি শোয়দ্রে। ঐখোয়না চৎলিবসি মদুগীদমক্তনি। লৈশাবী ওইবম্লবদি কবম তৌবা? ঐগী মকপকী মায়কৈদগী অকনবা শাফু অমদি শোয়দনা লাক্কনি। ঐগী থম্মোইনদি কবি হাযনীংলিবা? মবোল লোনথোকপা ঙমদ্রবসু মাসু য়ানীংবদি ফোঙদোক্লি। অমদুগী মবমদা খঙনীংবা

পোক্লিবসি য়ানীংবা অমদি ফোঙদোক্লিবা নৎত্রনে? মৌনি হায়বক্লবদি কবম তৌবা? মৌদি লৌবা কবি কায়গে? হাইস, প্রোফেসাবনি হাযকো অদু ওইববদি মাগী নুপাসু পংনোপ নোপ্পদি ওইবল্লোইদা। য়াম্না লুনা খল্লুবা কান্নদেদা। থুংবু থুংনৌ হাযবদি মচা মঙা লৈবফাওবা পাখঙ মচাদা চেল্লকপা যাওদ্রিনি। ঐখোয লৈকাইদা ফাওবা লৈ। তাদা ধবলিদা ইতৈমা কমলিনি চেল্লকপদু মৌ ওইববা মতুংদনি। ৱাখোক চাউনা থোকখি। শেল যাম্না তিংখি হাযনৈ। হান্নগী নুপাদুদা মচা মবি লৈহৌবি হায। ঙক্তি ঙকইকো নুপী হাযবা কাঙবুসে। তাদা ধবলিনা মশক ফজবা হেনবসু নত্তে পৈশা পাযবা হেনবসু নত্তে হাযনখি। চহীসু ইতৈমনা ফনা নীংথিনা হল্লমগনি। হান্নগী নুপা অমদি মচাশিংদু কাউথোক্লগা কযাদা নুংঙাইনা লৈবা ঙম্লিবনো! মসিবু অশেংবা ওইবিদবা ? তাদা ধবলিসু অদু মঙাই। খঞ্জিল্লবদা মথৱাইবু নুংঙাইবমগদ্রনে? হুং, ঐমক্তি মসি তৌবোইদা। মসিদি মহা পাপকী মশক্লি। অদুদি, প্রোফেসাবনা মৌ ওইবল্লবদি কবম তৌবা?

চৎপনা সুম লেপ্তুবনা চৎকদবা লশ্মী লোইবল্লে। ঐগী মকপনা ঐঙোন্দা কবি হংখিবা, ঐখোয অনী কবি ৱাবী শাখিবা ঐ থোইনা ভাব ওইহৌদে। দুকান মপাদু যৌবদা ঐ মীকপ খংথোক থোকই। ঐখোয় অনী দুকান মনুংদা চঙলে। ফি যোনবা যাওবিবা অঙাং অনীদুনা ঐখোযবু তবাম তবাম্না ওকই। ঐনা অমুক হল্লকপদু ফি লৈবা লাক্লবোই খনবা মাল্লি। কবম্না ফি ওইনা তৌবসিগে হাযনা হান্না হেক্তা হৌবকই।

মখোয কযা কন্না চিন্দুনা লৈবসু মান্দে। তাঞ্জা চাকবা হাযবদুনি। শাউদনবা হাযদুনা ঐনা হান্না ৱামাং খবা যাল্লি। মখোযসু ৱাবী শানবা য়াম্না নুংঙাইবনি। ঐ হান্না খঙই। ঐনা কোইথোক্লা ঙাঙলুবগী কান্নবা থোইনা লৈতে। পোৎ লৈবা মী অমুক লাকশিল্লবদি ৱাবী শাদুনা লৈথোকপা যাবোইদৌবিবনি। প্রোফেসাব বোমাসিনিগী ৱাফমদু থোক হেক্তা হৌদোক্লে। মখোয়সু মথৱাই যাওনা ৱাবী হৌবকই। ঐনা খঙনীংলিবদু হেক্তা হংলকই। ঐসু চিংনবা লৈতনা প্রোফেসাবগী লৈফম, ইমুং-মনুংগী মবমদা মথং মথং হংই। মখোয অনীগী মনুংদগী অমনা মতম ইমাঙ মাঙহন্দনা চিংনবা লৈতনা খুল্লকই,

“ঐখোয লৈকাইদগীনি। যাম্না ৱানা নংনা হৌবকপনি। মপান ইপান থোক্তুনা থোইনা ঈবাং তৌবকপা নত্তে। মহাক্কী নুপাদু মীগী দুকান্দা ঘড়ী শেন্না য়াওবি। মযুম ঙন্না পানবনা মচাশিং পুংকক চাউবে। মচা মবিনি।”

মকপকা ঐখোয অনী য়া কাদুনা তায হাযবদু যৌবে। কবিনো ঐখোযনা হৌজিক

মখা তানা হংদৌবিসিবো? ৱাবীদি ঐখোযনা হৌদোকলুবনি। লোইশিনফম খঙদে। লোইশিল্লসি হাযবা পাক হেক ঙমদে। খঙনীংবসু লোইবা নৎত্রি। অঙাংদুনা মখা চত্থবকই,

"ইমুংগী লৈত লাযবা পুনবা হোৎনবদা কৈথেল থোক্লক্লিবনি। ঐখোযনদি মানা তৌবিবদু তৌহন্নীংদে। ঐনা মাবু প্রোফেসাব মাল্লি হাযদুনা প্রোফেসাব কৌই। নোংমস্ ঐনা ইমান্নবা অমদা ইনশিল্লগা প্রোফেসাব হাযনা লক্কহল্লুবদগী তান্নবক্তুনা ফুগে তৌবকত্থবনি।"

"ইস' কবিনোনে হাযবিসিবো?" ঐনা খঙহৌদনা শোন্দোকখি।

মকুপকা ঐখোয অনী হাইবপ হৌনা নোকই।

যুমশকৈশা

০৯-০৩-২০১১

## মঙলাক্লবা

কৈথেলমানবী হেক যৌবকপদা যুম যৌববগুম খল্লি অহঙ্গাউগী পুক্লিংদা। নুমিৎ নিফুনি হেন্না যুম থাদোক্লুনা সোবোক্তা লমহাংদতা লৈকবগী মশা পুন্বা পুংচোক চোকথববনি। যুম হাযবসি যাদবোইবে। যৌববগুম হেক খল্লকপদতা মশা পুন্বা ইতেক তেককৎলকপগুম তৌবকই। ঙসিনা অহানবা যৌদোকপুদি নত্তে। হৌখিবা চহী মঙা তবা অসিদা চহী অমদা অমুক অনীবক্তি অসুম্না থেংনদুনতা লাক্লবনি। হন্দকসু অমুক থোক্লবে। শাংলবদা নুমিৎ তবেৎনিমুক্তগী হেন্না চঙলোইদ্রা খল্লুবা খোঙচৎনি।

নুমিৎ হুম্লি অমনা মাল ফংদবদগী মফম অমদা অমদা কোযথি থিবিঙৈদা মতম মাঙথোকখি। মাল ফংদুনা থোক্লক্লবা মতুংদা ডিমাপুব যৌবকপদা মাও লানশিনবা যাদ্রে হাযবে। হংনকবদা লমদমদুগী মীওইশিংনা মখোযগী অপাম্বা খবা ফংনবা তানবদা লম্বী থিংবনি হায়। হান্নগী হান্না হামু হামুনি। চপ মান্নে। হাযরে থিংবা যাদে হাযবসি সুপ্রিম কোর্টকী ব্রাবেপ (ওর্দব) লৈ। অদুবু লমদম অসিদদি চৎনদে। ব্রাবেপ অসি লমদম অসিদদি কোমথোকই হাযবা নৎচদে। লমদম অসিদা ব্রাবেপ অসিবু চৎনহনবা ঙমদবনি।

কযাম কুইনবু থিংগনি সবকাবগা যাশিন্নবা পুজবক্কনি খন্দুনা নুমিৎ খবা ডিমাপুবদা লৈবে। মখোযতা নত্তে মখোযগুম্বা গাডী মযাম অমনি। অমগী মথংদা অমা থুংলদুনা গাডী চনীগী মথক্তা যৌখ্রে। নোংমা য়ানবকপ্রা যানবক্তে। খোঙজং চঙশিল্লিবা কাঙবুনা হন্দোকপবা হন্দোক্তে। নোংমা নোংমা হৌখিদনা থা অমা ফাজিনখি। পুনবক্লিবা পোৎ-চৈ খর্বদি পৎপা পুন্না যাওনবক্লে। যুমগা পাউ লৌনবদসু কৈদৌঙৈ য়াগনি হায়বসু খঙবা ঙমদবি। মমাঙদা অসুম্না থোকখিবা থৌদোক্তা নুমিৎ চার্মনি হেনবা ফাওবা চৎপখিবা থেংনখি। অসুম্না অসুম ঙাইদুনা লৈবগী মহৎতা কোইববসু কোইনা জিবিবোমদা চৎনহৌবনা ফবদবা খন্নবকপা য়াওখি। খন্নবদা নত্তনা চৎনবসু যাওববনি। মবকসিদা অহঞ্জাউসু যাওবকখিবনি। লৈনহৌবা খবসু যাওবি।

উচিন নাচিন্না জিবি যৌবকখি। জিবিবোমদসু থোকপা যাবমদে। ইস্কোর্ট ঙাইবা তাবম্মী। ইস্কোর্ট লাক্কনি হায়দুনা ঙাইবদা নুমিৎ নীর্নামুক হৌখি। নুমিৎ কযানি তাঞ্জা যেং যেংদুনা গাডীদা নৎত্রগা লম্বী সোবোক্ত চাক থোংদুনা চাবক্লে। জিবি যৌববদসু অদুমঙাই যান্নবা গাডীগী মীযামদু চাক থোংদুনা পীজনবা হোটেল লৈত্তে। অযাও অযাওবা অদৈ অবৈবা পুথোক্লদুনা চামিন্নবে।

উচিন নাচিন্না ইস্কোর্ট লাক্কুনা গাডী চামবোম খবা হেন্না ইম্ফাল চঙনবা শেন শানবে। অহঞ্জাউ মযুম যৌনীংমনখিবনা পৃং ঙাইবা ঙমদে। পৃং তবেৎতগী চৎকনি হাযবদুনা তককমখায খবা হেল্লকপা অদুব্রাইদগী গাডীদা কাখৎতুনা ফম্মী। অমুক কুমথৈ অমুক কাখৎলি। পৃংখাযমুক্কুগী মনুংদা কাখৎ কুমথা মবি মঙাবক্তি শোযদনা তৌবমগনি।

মাল থন্না থন্না যাওববা গাডী ঙাক্তনি। যুম থুনা যৌনীংই হাযদুনা লৈজবী থাদুনা কন্না কন্না যৌনবা যাবদি নত্তে। অদুবু, মানা মানা হৈজবী থাক্তা গাডীগী খোঞ্জেলশিংদু মহৌশাদগী খবা খবা যাংতক যাংতক্তি যৌনববা খল্লি। ঘড়ীগী খোঙচৎনা তপ্পদি নত্তে। মিৎ-না চোইথোক্তনা যৌনবক্লিবা গাডীশিংদু থুনীংই হাযদুনা অমনা অমদগী হেনগৎতুনা যৌনবা যাবসু নত্তে। মমাঙথংবা গাড়ীনা খাম্লক্কবনিনা অহঞ্জাওগী গাডীসু খাম্বা তাবনি।

গাডী খাম্বা নংদে মাগী হেণ্ডিমেন অঙাং নাতেকসু ফন হেক্তা চোংথখি। ঙাইহাক লৈবগা লম্বী চৎপা যাদ্রে হাযদুনা তম্লে। মবমদি হংদনা অহঞ্জাউ খোয়দৌ শাউকাৎপনা হাল্লি। মফম অদুদসু খোঙজংদু যৌববোই খল্লি। ইস্কোর্টশিংদুদা ওইনা ওনশিন্দুনা শাউনীংই। গাড়ীদগী কুমথদুনা মমাঙ পাংনা অসুম চৎখৎলি। অতৈসু কুমথনবকই। হান্না কুমথনবসু যাওবন্লে।

মথং মথং হংনবদা খোঙজং যৌবম্নদি ওইবমদবে। চীং নীংখাযবা ওইবল্লে। অসুম চঙশিনবদা উবে, লম্বীদু শেংদোক্লবা হোৎনবিবদু নোংমদা ঙম্নগী ব্লাদি লৈতে।

মমাঙ থংখিবা গাড়ীগী মীওইশিংসু বি আব টি এফকী লেববশিংনা শুবিবা থবক্তুদা চঙশিন্দুনা হোৎনবম্না থেংনবে। মশা চোকথববসু চোকথনা মহাকসু চঙশিন্দুনা ঙাইহাক য়াওকবে। খঙহৌদে নুমিৎ তাশিনখবে। থবক্তি তংখায যৌনা শুজিনবা ঙমদে। নোংসু লেপ্পা লৈতনা চুবি। মখা তনা নীংখাযবকপসু য়াবি। তম্না ঙমদবি।

মসিনি লম্বী অসিগী হৌজিক ওইবিবা ফিভম। অচৌবা শেনফম থাথদুনা চহী কয়া চঙনা শেমলক্লিবা লম্বী অসিগী ফিভম খজিক্তং ফগৎপগী মওং লৈতে। নোংজুথাদনা চীং নীংখাযবগা গাডী চাকা তংখায হেন্না পুংথবা লৈখোমগনা গাডী যৌবা যাদে। ঈকংথাদনা উফুলনা গাড়ী যৌবা ঙমদে। নোংজুথাদসু শেন্না যাদে ঈকংথাদসু শেন্না ঙমদে। কবম্না মতমদা শেমগদবা লম্বীনো খঙদে।

নোংঙানবদদি অহঞাউসু নাতেকসু যাওবা ঙমদ্রে। ঙবাং নোং চোৎখিবদুনবা খঙদে মশাশিংদু খিকম খিকম তৌনবে। গাডীদগী মখা কুমথনদ্রে। নাতেক্তি অয়ুকসিদা অমুক নাখোক্তুনা তুমথখ্রে। অহঞাউদি ফম্মী ফম্ফম খঙদে, হিপ্পি হিপফম খঙদে। গাডী মনুংদা ফল্লি। অসিগুম্না মতমসিদা য়ুম নীংশিংনবসি হৌনশাবা খঙদে। অহঞাউসু ময়ুম নীংশিংলকই।

"হল্লো, তাবিবনো?" ফোনদি পাযখৎখ্রগা ব্রা ঙাঙলক্তবদুদা অহঞাউনা হংই।

"উ তাবিয়ে। নখোয়বু থোক্লকপা যাদৌবব্রো?" মাগী নুপীনা খুল্লকই।

"ঙসিদি থেঙলবসু থেঙনা যাগদবা খনবনি। কবম তৌবমগদবনো খঙদে। ঙাইহাক লৈবগা যেংলুবা তাবে। নাতেকসু ঐসু থবক শূবা যাওকদ্রে, মাসু মশা কযা নুংঙাইতে হাযববা। ঐসু কয়া নুংঙাইত্রবা।"

"চাক্তি চাবব্রো?"

"নাতেকসু ইচা চানীংদে হায়বে। মাদি তূম্বু তূমখ্রে। চেংপাক খবা লৈবকপদুগা দবল্লুতিগা বদামগা বুজিয়া খবা য়াওবি। মদু ওইনা চাবগা হিদাক চাবগা ঙাইহাক পোত্থাবগে। হেক য়্যাবগা থোক্লক্লবা তৌবগে। বুংঙোদি?"

"লৈ।"

"ফবে ফবে চথোকহনগনু। থম্মগে।"

অসুম্না মনীং-তম্না হেক হেক নীংখায়বগীদমক লম্বী অসিদা লৈবা নুঙ দলালগী

মমিং চৎলি। অহিংদুমসু লেল্লবা মতুং মথংগী নুমিৎতদি গাডী চৎপা যাবে হায়দুনা পাউদি তাবে। মাগী মপাদি শুকযৌ যৌবক্তে। উচিন নাচিন্না পূং অমা অনী হৌখ্রবা তুংদা মাগী মপা যৌবকখি। যাম্না তপ্না থৌদ্না মফমদু লাপ্তোক্লে। লাপ্তোক্লে হায়দুনা হেক্তো থৌবকপা যাদবি। মতুংগী গাডীশিং অদুসু ঙাইদবা যাদবি। পং... ...ন্নগদবা...।

নুং... পং ম...ক। অদ্রাইদা লাংজিং যৌনরে। কৈথেলমানবী তুংওইনবল্লে। স্কুল তোপ্দোক্লবা ...যামগী মবক্তা অহঞাউগা নাতেক্কসু যাওই। ঙাইহাক্তি মফমদুদা পন্দবা যাদবি। এন্ড্রি অমুক তৌখিগদবনি হায়বি। তৌগদবা থবক খুদিংমক নাতেকতা শিন্নবে। যুম থুনা যৌনীংবনা নাতেকসু থবক যাঙশিন্নবা হোৎনৈ। ঙাইহাক অসুম ঙাইর্নবিঙৈসিদা অহঞাউ কৈনো অমমুক নীংশিংলকই। অথুবা পাউ তমনীংলকই। ফোন পায়খৎলি।

"হল্লো, কদায় যৌবল্লগে?" মাগী নুপীনা হংলকপনি।

"লাংজিং যৌবক্লে। যুম যৌবক্লনি কুইববোই। এন্ড্রি ঙাইহাক্তং তৌবানি।"

"বুংঙোনা বাবা লাক্লগা সাইকল থৌদোইনি হায়দুনা ঙসাইদগী ঙাইর্বিবানি। অমদা অমুক অমদা অমুক কোয়চেন চেন্দুনা তন্নিবনি। তুশিন্দনা মখুবাইযা...বা তৎলবনি।"

"হা! কযাম থীনা তৎলগে?"

"যাম্না তৎপা নত্তেদ। ঈগা থোকপা নত্তে খজিক্তং হুবাৎপনিদা।"

"লৈবম্মোয়ু লৈবম্মোয়ু, ঐ যৌবক্কদৌবে। মাবু কদায়দা লৈগে?"

"লৈযে লৈযে, পায়হল্লক্কে।" অসি হায়দুনা মাগী নুপীনা মচাবু "বুংঙো বুংঙো বাবাহোয় লাকএ" হায়না কৌবা মানা তায়।

"হল্লো বাবা।"

"হাউ, নঙবু যুমদা লৈববো?"

"হোয়, নঙ কদায় যৌবল্লগে?"

"যুম যৌবক্কদৌবে।"

"ঐগী সাইকলদি লৈবকপবো?"

"লৈবকএ লৈবকএ। ঐনা নহালনা লৈবকএ হায়বিদুদি।"

"থম্মগে।"

"হোয় হোয়, মমাদা পীয়ু।" মথা চৌখে, "তাবিব্রা?"

"হোয়।"

"ঈশিংগা খবা লুল্লম্মু। নাতেকসু রাবনা লোইববনি। চাক্কা লোইবম্মো।"

"হোয হোয।"

"থম্মো থম্মো, অতৈদি যৌবক্লগা ওইনা তল্লগে।"

অতৈ লার্যবি মানা কন্না মেনীংলিদি মচানা সাইকল থৌবদনি। ইম্ফালদগী লৈববসু যাবনি। মানা ঙাইহাক লৈতনা গৌহাটিদা চৎপনিনা গৌহাটিদগী লৈবীনিংই। মমলগীবুদি থোইনা খেন্নবম্লোই। গৌহাটিদগী লৈবনিকা হাযবদুনি মক ওইনা মানা পামজবিবসি। মযুমগী পোৎ-চৈ অযাম্বা ইম্ফালদগী ইবৈ লৈদে। মমল তাঙই খবা হায ফবা ব্রাৎলি খবা হায তৈই মানা। তৌবগীদি মীগী গাডীদা হেল্ডিমেন ওইনা যাওবিঙৈ হাযগদ্রা অঙাং ওইবিঙৈদগী হাযগদ্রা গৌহাটিসি মাগীদি ইম্ফাল কাবগুম্না কাবক্লে হাযবদনি। গৌহাটিগী কাচিন কোযা ফাওবা মানা খঙদনাসি ইবৈ লৈবম্লবোই।

মহাক্লা হৌজিক ব্রাজবিবনা মশাগী গাডী অমা মীঙোন্দগী পূবা লাকপা তৌদুনা লৈজবতা মঙাযবি। শেন্দোই পুবি। গাডী চেন্দ্রবদি পুত্থবনা হেঞ্জিল্লক্কদৌবিবনি। মসিনা মবম ওইবগা মহাক নিংথমথাগী অহিংদসু হুমাং কাংলিবনি। ঙসিসু মহাক নোংলিক্লা গাডীগী মপান্দা তাবি। গাডী মনুংদনা মহাক্কী মশাদু পুংচোৎ চোৎলি। হৌজিক্তো তেকখৎলম্বা মশ। পুম্না খঙহৌদনা ইচোক চোকথৈ। মশা পুম্না পদ্রাক তানা লেকথবক্লুনা জ্ঞান মাঙখিবা খঙহৌদে।

নাতেক্লা হৌদোক্লবা মতমদদি লম্বীদা মৈ কাবক কাবক থানগৎনবা হৌবল্লে। ইহৈ হৈনীংদে। নাতেক্তা গাডীদু থৌ হাযবে। নাতেকপু থাজে। মবক মবক্তা নাতেকপুসু শাংনা শাংনা গৌহল্লবনি। মথন্তা থাদোক্লুনা অতোপ্পা গাডী অমা থৌহল্লবসু যাবনি খল্লবনি। অতোপ্পা অঙাং অমা হেক ফংদবনা মহাকপু অসুম ফাজিন্দুনা থম্বিবনি হাযবা যাই। নাতেকসু যুম যৌনীংবনা ব্রায ব্রাদে ঙম্নি ঙল্লোই হোয মাই হাযদে। গাডী থৌবা হৌই। অহঞ্জাউ ফজনা জ্ঞান তানা অমুক তূমথৈ। ব্রেক খংফা ফাখিবগুম তৌই। অফিং অফাই ওইনা অহঞ্জাউ মিৎ খংপাঙ পাঙথোকই। মিৎ পাঙগোকই হাযবতনি জ্ঞান ইতা তাবা ঙমদে।

"নাতেক নাতেক।" যৌববা হংগে খন্দুনা নাতেকপু কৌই।

"ওজা, মী তকএ।" হাযবল্লগা নাতেক চোংথদুনা চেনখিবা মমি শামি উহৌই।

ঈবাই

১১-১১-১১

# নুংশিবনা মকপনি পামুবনা খোঙলোয়নি

দাদা,

কবম তৌবি? নুংঙাইবিদনা? নশক উখিদবা, নপাউ তাখিদবা কুমজা কয়া হৌখ্রে। ফোনসু ফংখিদবে। ননাক্তা লাক্লীংবনি। অদুবু কোন্না লাক্লগে। মতম কুইববগী তুংসিদা খনবমখৈ খল্লগা চিঠি অসিমতং ইখিবনি। অযেৎপা অকায়বা ওইবদবা খন্দুনা ইবগুমসিবসু খল্লম্বনি। অদুবু, কবিগীনো খণ্ডদে ঙসিদি য়াম্না ইনীংলকখি। অচিনবা মতম ঙাইহাক্তং কাইথোকপিদুনা হবাও হবাও পাবিযুকো।

কবি কবিবু ইবিগবা!

চুম্মী, উনখিদবা কুইবে। নপাউ তাখিদবসু কুইববনি। কাউথোকপা তল্লগে খন্দুনা কাউখিবা ঙম্নবা হোৎনকবে। মতম খবা অসে মবক মবক নীংশিংবা নত্তনা কাউবু কাউক্কববনি। নঙবু কবম লেল্লিগবা? বালা! ঙসি নঙগী চিঠি ফংবা নুমিৎ অসিদা ঐবু কয়াদা বাহল্লবা। ঐখোয় অনী উনখিদ্রবা তুংদা ঐসু হোৎনবা য়াবা হোৎনদুনা নঙবু অমুক্তং ওইববসু উননবা হোৎনখি। উপাই লৈখিদ্রবনি। নঙনা লৈশাবী ঐনা পাখঙ ওইবল্লবদি

শিববসু অদু মঙায়বে খন্দুনা নঙগী খোঙজিন্দা লেপ্লন্না য়াবনি। মদুসু নৎখিদে। নঙসু নুপা লৈববা নচানুপী অনীগী মমানি। অদুগা ঐসু নুপী লৈববনি। নুমিৎ অদো ঈশ্বরনা ঐখোয় অনীবু কবিগী থেংনহনখিবনো? ঐ ঙক্তবা ঙমদে।

ঐসু লমশাঙ চৎলুবগী ব্রাবনা ট্রকম অমদা ঙাইহাক পোত্থাদ্না লৈবনি। পোত্থাবিঙৈদা ওইবক্লিবা ফিভমদু খঙলকখি। নুমিত্তি তাশিল্লক্লবা খঙহৌদনা তৌশিল্লকপা বন্দনা লম্বীদা মী ইচৎ চৎনদ্রবা মতমদুদা নঙনা পীক্লিবা নচা অমা পোবগা য়াম্না লাঙতক্লনা লেপ্লদু উখি। নহাক্লা ঙাইহাক লেপ্লন্নগা চৎখিবা ওইবন্নবদি ঐসু কবিসু খল্লন্নোই। ঐসু লম্বীগী মওং যেংদুনা ঙাইহাক লেপখি। নঙনা অবাকপা গাডী অমা অনী থামদুনা হংবগী মওংসু উবা ফংখি। নহাক মফম অদুব্রাইগী মীওইদি নৎত্রে হাযবসিমদি ঐঙোন্দা চিংনবা পোক্লকখি।

"ইবেম্মা নঙবু কদায য়ৌগদবনো?" নঙগী নতৌদুদা নঙবু হেন্দোক্লনা চৎপা ঙমদদুনা ঐনা হংখি।

"দাদা ঐ নম্বোল য়ৌগদবনি। বন্দ তৌখিবদগী ঐনা তোংলকপা গাডীদুসু মফম অসিদগী হেন্না চৎলবোই হায়বে। মী খুদিংমক মানা মানা থোকপা ঙম্নবা চৎনব্রে।" নঙনা চিংনদনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা খুমদোক্লকখি। নমায নমীত্তি ঙাংশং ঙাংই। নাতোন শুমাঙদা হুমাং মবিক অমা অনীসু শৌগৎলকপা উখি।

"নঙনা কদায়দগী লাকপা?"

"মোইবাংদগী। মোইবাংদা ইপামনি। ইপামদা চৎলুবনি।"

"অদুদি মোইবাংলোমদা ওইনা হনবদি কমদৌবা?"

"অসোমদা চৎকদবা গাডীসু ওইনামদা থিংখিবদগী সোমদা অমতা লাক্তবে। কোইবগা লোইনা চৎনখ্রমাল্লে। খঙনা চানবা মী অমা অনী লাকপবা য়েংবসু লাক্তবে। পীক্লিবা অঙাং অমসু যুমদা লৈহৌবি। ঐ কবি তৌগদবনো হাযফম অমা খঙদবে।"

"ঐসু কৈশামপাৎত্তি য়ৌগদবনি।"

"দাদা ঐসু য়াওজহৌবগে।"

ঐনা চৎমিন্নসি হায়বা ফাওবা নংদ্রিঙৈদা নঙনা ঐগী গীড়ী মনীংদা চোংখৎলকখি। হায়গে খল্লবসু পুক্লিংদা নীংজিং মাঙজিংনবা ফাওখি। কবম্না ঙমগনি? ঐবু চুম্না খনবিবন্নবদি ফৈ। নৎত্রদুনা খুদোংচাবা লৌবা মী ওইনা খনখিবসু য়াবিবনি। অমা ওইবে

অমা ওইবে নঙনা মদুমক্তি খনবিখিদ্রমাল্লে। নৎত্রগা, নহাক্কী চৎনীংবগী ময়াইনা হেনখিদুনা অফ ফত্ত খুদিংমক কাউখিববা? নহাক ঐগী খোঙবু হাযবদু ওইখি। অহানবদদি ঐসু থোইনা খল্লুদে। নঙনা ঐগী গাডী মনীংদা চোংখৎলক্লবা মতমদদি ঐসু পাখৎপা অমদি ফাওবকখি। যনা প্রেসকী মী ওইববস নুপী অমগা চৎপা হাযবসি মখোযদা চিংননীংঙাই অমদি অদুম ওইবদবনি। থাজবা খবদি ব্রাৎলদবনি। ফবে, থোক্লবা অমা লাক্লনি খন্দুনা গাডী থৌবকখি। নঙবু কবয়া অমুক খন্নমগনি। লক্ষ্মীদা ঐখোয অনী কবি কবি ব্রাবী শাখিবা নীংশিংবা থোক্তবে। ওইনাম্ন যৌবা মতমদদি মন্নবনি। লক্ষ্মী থিংবা মীওইশিং লৈবন্নবোইঃ খনবনি। অদুবু, লক্ষ্মীগী নাক-যেক্তগী উতুপ ব্রাতুপ পাযদুনা চেম্থোক্লকপদু উবদা ঐ জ্ঞান মাঙখি। গাডী খামখি।

কুইনা জ্ঞান মাঙবদি যাবা নন্ত্র। অসুম থোক্কনি খঙদবনা অযুক্তা প্রেসকী থবক অমা চৎলুবনি যুমদা হল্লকপনি হাযজবফাওবদা মখোযনা থাদোকউ হাযবা যাখিদে। ঐনা ঐগী শক্তোকচে পুথোকখি। মখোযনা নঙগী বা অমুক পুথোবকখি। উপাই লৈতদুনা নঙবু ঐগী নুপীনি হাযখি। নঙনা কবি খল্লমগবা? ঐ খঙখিদে। নঙ ব্রাবৌবা যাদেকো। মখোযনা শাউনীংবোই কবিবোই তৌনা গাডীদা চৈনা কনবোই ইনবোই তৌবকই। ঐ তুগে তৌখি। ও! মতমদুদতা ঐ জ্ঞান ফজনা লাকখি। নঙনা ঐগী খ্বাংদা চেৎনা কোন্দুনা লৈবমখি। ঐনা কুমথনবা হাযবফাওবদা নঙনা থাদোকউ যাখিদে। নঙনা কিনা কুমথখি। ঐনা পাউচেগীদমক মখোযদগী পাউ খবা লৌবদগীদি মখোযসু খবা নেমথবকখিদনা? নঙসু নীংশিংলমগনি।

মখোযনা হাযবগী মতুং ইন্না ফনা শাংনা লক্ষ্মীগী মতাইদা গাডী ইন্দুনা ঐখোয অনী লাকখি। মখোযনা ফনা শাউনীংলসু ঐখোযবু ঙাইহাক ফাজিন্দুনা থল্লবা তুংদা থাদি থাদোক্লকখি। নঙগীদমক খনবদা মীকুপতো ঐ কযাদা নুংঙাইখি। নুংশিৎকী মমাঙ থাদুনা ঐ গাড়ী থৌবকখি। নঙসু ঙমজবী থাদুনা তাহৌদনবা ঐঙোন্দা কোল্লকখি। খুদোংথীবদগী নাম্থোক্লক্লে খল্লুবনবা খঙদে, স্বব চনীং তানা হোনখি। ইশাসি পুংয়াং য়াংখি। তাল্লকসিদা নহাক্কী হকচাংগী লুম্বু লুম্বু শাবা মৈশা ফাওবা হৌবকখি। ঐগী হকচাংগী কযাৎ খুদিং মবোল লোল্লকপগুম তৌখি। নঙসু ফাওবমগদবা খল্লি। অদুবু, নহাক ঐগী কনাসু নত্তে, লমলানবীনি। উপাই লৈজদ্রবী অমনি। সুপ্নগী নয়ুম যৌনবা মতেং অমখক ঐঙোন্দগী পাল্লিবীনি। অদুবু, নহাক্লসু য়াববদি কবিবু কাযবগে? হুম, ঐগী ব্রাখল চোইক্লবেনা।

গাডীগী মৈঙাল অমনা মাযদা ফুবকপদা জ্ঞান তাবকখি। পুলিসকী গাডী ওইবগাল্লে। লম্বী থিংলিবদু তানখাযনবা চৎলিববা? ঙসাইমখৈদি কৈদৌদনা লৈরুবগে? মখোযনা ঙসাইনা লাক্লমবদি ঐখোযসু খবা ওল্লম্বা যাবনি।

নম্বোল য়ৌববসু নঙদি লৈহৌরে, হাযবা যাখিদে। যাম্না থেঙলা অহিংমক নৎত্রবসু অমম্বা মী চিক্লবা অহিংদুদা নথম্তা চৎপা কিবদগী নযুম ফাওবা থিলহল্লমখি। নযুমগী মীশিংনা নঙবু থোঙ্গালদা ঙাইদুনা লৈনবমখি। থোকখিবা থৌদোক্কী রাবী পুম্নমক মখোযদা তম্নবা মতুংদা ঐ হল্লকখি। অমম্বা অহিংদুদা ঐখোয অনীনা লাকমিন্নখিবদুমদি মখোযবু চিংনবল্লোইদ্রা? নঙোন্দা কবি থোক্লমগবা খনবদা অহিংদুমা ঐ তূম্না যাখিদে। নঙনুদি চিংনদনা অদুম লৈহৌখি। নঙোন্দদি কবি থোক্লমগবা? নীংশিংলবসু মদুদি ঐ নঙোন্দা নোংমতা হংখিদবে। নঙনসু নোংমতা হৌদোক্লকখিদবে।

মতম খবা লৈবগা ইম্ফাল কাবকই হাযদুনা নঙনা নোংমা পি সি ওদগী ফোন তৌবর্কাখি। ঐস থোইদোকপা অচিনবা থবক লৈতবনা নঙবু উনবা থোক্লকখি। নঙসু ঐগী যোন নম্বদগদি মাঙহল্লমদে। নঙনা ঙাইবমগে হাযবা মফমদদা নঙবু কোইথি থিখি। নঙবু উনা উনা নশক খঙবা ঙমখিদে। নঙনা নোক্লক্লমদ্রবদি ঐ নঙবু নশক খঙদদুনা হল্লম্লসু যাই। কবিগীনো নুমিৎ অদুদা নঙনা অদুক যাম্না ফজবল্লিবা? অহানবা থেংনবা নুমিৎ অদুদি অদু যৌনা ফজখিদে। ঐ তশেংনা ঙাওখি। ঐঙোন্দা মঙ গুম্না থোকখি। লাইবেম্বী অমা ওক্ল বগা চপ মান্নখি। ঐনা মীৎ কুপ্তবমখৈ ঙাইহ্যাক যেংখিবদো নঙসু খঙলমগনি। নঙগী নশাদা কবিগুম্বা মখলগী থোইদোকপা লৈতেং পোৎশক অমতা যাওবক্লবসু হীবা মণিমুক্তানা যোম্নবগুম নঙগী হকচাংগী মফম খুদিং পুংলং লংখি। হোটেলদা চা থকমিন্নবা মতমদুফাওবা মীকুপ অম ফাওবা ঐগী মীৎযেংনা নঙোন্দগী লাপথোকপা ঙমখিদে। নঙনসু ঐবু পেন্নবা যেংজবসনু মতাগুম যেংহনখিবা নত্তবা? নুমিৎতো যাই থাববা ঙাগুম ঐ পুংপঙ পঙথখি। নঙনা হাযবা খদিং যাখি। নঙোন্দা হাযনীংবা রাহৈদি অমতসু ফোঙদোকপা ঙমহৌদে। ফজৈ হাযবা রাহৈ অদু ফাওবা হাযবা হেক ঙমহৌদে। ঐ ঙসি যাওবা ইতোমতা ঙকচবি। নুমিৎ কযানি তবঙদা ইতাউ তাউদুনা নঙবু উদুনতা লৈখি। মকে ইশেম শেমদনা অদু যৌনা ফজবদুনদি মকে খবা শেম্লগদি কদায য়ৌনা ফজনি। হুম, মদুদগী হেন্না ফজবা যাদে নঙ। নঙনা শেমজবকপনা অমনি, ঐনদি নঙোন্দা মকে শেম্মু হাযখিদে। মীশৌ চঙনবক্কনি। মীৎয়েং কাবল তানবক্কনি।

মবক মবক্তা নঙবু নীংশিংবা অসি ঐগী ইথৌ ওইরকখি। অথেঙবা অহিংগুম্বা ইথল্লা লৈবা মতমদনা হেন্না নীংশিংলকই। নখোযবোমদা থবক চৎপদা পাউ পীনীংলকখি। পীসু পীখি। নঙসু ঐবু উনবা বিষ্ণুপুর ফাওবা লাকপা য়াওখি। ঐগা লোযননা ঐগী মরুপ মপাংগী যুমদা চৎপা ফাওবা নঙগী চিংনবা লৈখিদে। কবিগুম্বদা থেঙখিদবা খন্দুনা ঐঙোন্দদি পাখৎপা লৈখি। অদুবু, নঙোন্দদি লৈখিদববা খঙদে। নোংমখক নত্তনা নঙনা নোংমতা থেঙলে হায়খিদে। হায়গে খনখিদববা? নৎত্রগা খন্না খন্না হায়বা ঙমখিদববা? অদুবু কবিগীনো? ইহে, ঐদি কাউকবেদনা। কবি কবিনো নঙনা চিঠিসিদা ইবিবসিবো?

দাদাগা অহানবা থেংনখিবা নুমিৎতো ঐদি ঙসি ফাওবা কাউবা লৈতে। নুমিৎতুদা দাদাগা থেংনবমদ্রগা ঐ কবি ওইবমগনি খঙদে। নুমিৎতুদা বন্দ তৌবা কাংবুনা দাদাদা শাউখিবদু ঐ যাওবদুননিকো? ঐ খঙই। ঐ যাওবমদ্রবদি দাদাদদি অদুক হাক্লা শাউবম্লোই। ঐগীদমক দাদা শিবু শিবমগনি। ব্রাফম অসে হঞ্জিন হঞ্জিন হায়খ্রবসু হেক্তা হায়নীংলকই। দাদানবুদি নত্তে হায়। অদুবু ঐসু খঙইদা। নুমিৎ অদুদা উখিবা দাদাগী অচম্বা থম্মোই অমদি থৌনাবু নচলনা কল্লকচখি ঐগীসু দাদাগুম্বা ইচানুপা অমতং পামজখি। অদুনা দাদানা হায়বা ব্রাফম খুদিংমক ঐনা ইনজগে হায়না থনখি। ঙন্নবা হোৎনখি। দাদাগী নীংবা থুংখিদবদি লৈবমগদবা খঙদে। দাদানা নোংমতা হায়বক্তবনা খঙবসু ঙমদে। ঐগীসু ইচানুপা অমদি ফংজবে। দাদাদদি পাউ পীখিদবে। ঐবু ব্রাবৌবিনুকো। নীংশিংবিবমগনি খল্লি নোংমা ঐনা দাদাদা যুমদা হনবা ঙন্নবোই হায়খিবা নুমিৎ অদো। নুমিৎতুদি দাদাসু ফজনা পাখৎখি। নতৌ যেংগে হায়দুনা ঐনা লক্লখিবনি। মদুগীদমক ঙাকপিয়ুকো। মতমদুদা নাউপুবিবা অঙাংদু নুপানি হায়বা খঙলবনি। ঐনা হবাওমনখিদুনা লক্লখিবনি। ঐ ওক্তবীদি নত্তেকো দাদা। দাদানা যাবক্লবসু ঐনা যাগদবা লৈতে। ঙসিদি চহী তবামঙা তরুক হায়বক্লেদনা। ইচাবুদি মশক খঙবিনীংদ্রা? দাদাগীদি ইচানুপা লৈবব্রা? লৈবগদি মচীল মনাও মশক অমুক্তংদি খঙনহনসি। চাউবক্লবনিনা হযেং লম্বী লমখাংদা থেংনবদা মশক খঙনজনবা।

হা! বালা নঙগীদি নচানুপা লৈববকো? নঙদি কয়াদা লাইবক ফববনো? ঐগীদি লৈতবে। মখাদি?

তৌবগীদি লায়ববা খুঙ্গংগী ইমুংদা পোকল্লুবনা মতিক চানা শেল্লিবদি ঙমগদবদি মান্দে। মপানা লৌমী ওইজববসু মচাবুদি মতিক চাবা মী অমা ওইনবা শেমগনি হায়নদি হোৎনজবি। খঙদেদা কবি থোক্লগবনো? পুন্সি হায়বসে অসি ওইবমাল্লে। ইচাগী আশাদা

অমুক হিংবা হাযবদুনি। ঙম্নবসু হোৎনজবি। দাদাবুসু কাউবা ঙম্নবা হোৎনজবি। অদুবু, ৱাবকপা ঙমজদ্রবা থম্মোইসিনা কাউবো হাযবসে য়াদে। ঙসিসু অমুক নীংশিংলক্লি। দাদাদি ঐবু নীংশিংবিদবা ঙম্লবা নত্তবা?

কদাযদগীনোদা বালা! নোংমা নঙনা শিল্পখিবা নঙগী মীৎলুগী পিবাংদো যাম্না মবৌ লৈ। মদুনা ঐগী থম্মোইগী মৈশাবু কৈদৌনুংদসু ঈংহনবা ঙমদে। মৈগী চীংদগী চেম্ববকপা অশাবা ঈচেলগুম ঐগী থম্মোইদা ঙসি ফাওবা তত্তনা তাববি। মৈতালনা ৱাখৈববা মতমদতা ঈংগদৌবমাল্লে।

নুমিৎ অদো।

"বালা ঙসিদি ঐ নঙোন্দা ৱা অমতা হাযগেনা?"

"হাযযু কৈদৌগে দাদা? হায়নি হাযনি হাযবগা নঙদি শুংহায়সু হাযদে।" নঙনা ঈখৌলাংবা মীৎযেং অমগা লোযননা খুমলকখিবনি।

ৱাফম অদু হাযকবগা নঙবু ইকাযবা পীবা ওইনা থোক্কদ্রসু খল্লি। ঐনা নঙবু মীবাযবা ওইবদ্রসু খল্লি। অদুবু ঐখোয অনীমক্কী তুংগী পুন্সিগীদমকসু খন্দবা যাদে। উপাই অমা তৌদুনা ঐখোয অনী লাপথোক্লদবদি যাদবনি। নহা ওইরুবনা পুক্লিং ৱাখল তিন্নকবে। অদুবু, পুক্লিং ৱাখল ৱাবকপা ঙমদবসিনা ইমুং মনুংদি কাং-থোং চাইবা যাবিবনি। ফজববা নুংশিববা পুন্সি অসে লৈখা তানা মাঙহনখিবসু যাবিবনি। নখোয নুপীসে খঙ্গবা খবা ৱাৎলিববা নৎত্রগা হেল্লিববা খঙদে কৈনো অমদি তৌই। ভাব তাবোদনা হাযববসু তাদবগুম মতৌই। তাবনুদনা হাযবসু হেন্না খঙজিল্লকই। ঐখোয় অনীগী লুশিল্লক্লিবা ফিভম ঐ খঙলকখি। নঙগী যাইফনবগীদমক নঙবু থাদোকপদা ফংগদবা অৱাবা খুদিং ঐ খাঙলগে থনখি। নুপা অমা ওইনা পোক্লবদি থৌনা লৈবা তাই নুংশিবগীদমক অপাম্বা খুদিং কৎথোকপা ঙম্বসু তাই। নঙবু মুন্না যেংবা ঙম্লকখিদে। ঐনা শোষ্পাংননা হাযখি,

"ঐখোয় অনী অমুক হন্না উনবগুমসি।"

"কৈদৌবগে দদা? নঙ ঐবু হংগোইবববো?"

"নঙবু হংগোইবা নত্তে বালা। ঐনা নঙবু তশেংনা নুংশি। মবম অদুননি ঐনা হাযবিবসে। ঐখোয় অনীনা পাখঙ লৈশাবী ওইবল্লবদি ফৈ। ঐনা নঙগী নুংশিববু কৈদৌনুংদা মীবায়বা ঙম্লোই। অদুবু, খোঙফম অমা শোয়খিবগীদমক নঙগী পুন্সিনা অৱাফমদা তাবদুদি ঐনা কবম্না যেংদুনা লৈগনি? য়েংউ, ঐখোয় অনীসে ভাব তাদবা জ্ঞান

যাওদবা মী অমমম ওইবসি হায়বিবো?"

"দাদা নঙ ঐগীদমক লেপ্পিবা ঙম্লবোইদ্রা? নহালমখৈ নঙনা ঐবু শান্নবিবিবসে কবিগীনো?" ঐনা হাযবিবা পুম্বা উৎতা ঘী হৈবগুম ওন্ন-তৈনবা পাউখুম নঙনা পীবকখি।

"নঙ ভাব তানা অমুক্তা তাখো। ঐ হৌজিকস্ নঙগীদমক লেপ্পি। অদুবু, ঐখোয অনীনা লেপ্পিবা খোঙফম অসিদগীদি হন্দোকপা মতম ওইবে খল্লি। ঐখোয অনীনা ইপা ইপুবু নোবোক তাহনবা চুন্নিববা? অদুগা নঙ ঐগী তুংগী ইচা ইশুদসু অমুবা কালি অমা তৈশিনবিবমগদৌবিবা নত্তবা? ঙাইহাক্কী ৱাখল ফাথবা ঙমহৌদবনা কযাদা খুদোংথীনীংঙাই ওইবিবনা? নঙসু অমুক্তা খল্লুনে?" ঐনা নঙবু থেমজিনবা ওইনা হায়খি।

নঙনা কপখি। ঐনা হায়বিবা ৱাফম অদু জ্ঞান তাখিব্রা তাখিদববা ঐ খঙখিদে। মসিদগী কবম্না অহেনবা ৱাহৈনা নঙবু থেমজিনগদগে হাযবসু ঐ খঙখিদে। নঙগী মীৎলু অনীদা পিবাং ঈহৌবকখি। নখজাই অনীদা পিবাংগী ঈবীক্লা মনীং তম্না চেন্থবকখি। ঐ অমা নমাঙদা ইচাউ চাউনা লৈনা লৈনা কযাম কুইনা নঙগী পিবাং শিন্থহনগনি। শোক্লীংদ্রবা নঙগী খজাই অনীদা তাবকখিবা পিবাংদো ইখুৎমক্লা তপ্না তপ্না নাম্থোকপিখি। নহাক্লা ঐগী থবাক্তা নমায লোৎশিন্দুনা ফাইবেল-লমতাগী নোংখোংগুম হিক হিক লাউনা খোংথবর্কখি। ঙাইহাক খাঙলবা মতুংদা খনফম খঙদ্রদুনা ঐনা খঙহৌদনা শোন্দোকখি,

"মথংগী মপোক অমা হাযবদুনা কবিগুম্বা শোয়দনা লৈবগদি মথংগী মপোক্তদি ঐখোয অনী থুংনসিকো।"

"দাদা নহাক ঐবু ঙাইবম্মুকো।"

"ঐ শোয়দনা ঙাইবমগনি।" ঐনা কপ্লীংদবা শাদুনা নোকশিন্নদুনা খুমখি।

নঙবু ইথানুংদগী তপ্না ইম্থোক্তুনা হায়খি,

"সে মথংগী মপোক্তা ঐবু শক খঙনবা ঐঙোন্দা মুন্না অমুক্তা যেংলকউ। ঐসু নঙবু যেংহৌগে।"

নহাক্লা নপি তৈথোক তৈথোক্লা ঐবু য়েংখিবদো ঐনা কবম্না কাউগনি? ঐগী থম্মোইসিদা ঈ মবিক অমা চেল্লিবমখৈ নঙবু কাউবা ঙমগদবা লৈতে। ঐনা মতম অদুদা হাযখিবা খুদিং নঙসু ঙসিদি ভাব তাবক্লম্লনি খল্লি। তাববা নৎত্রনে? মখ্যাদি কবি হাযনীংবা লৈবিবগে নঙবো?

কবিসু থোইদোকপা হায়নীংঙাই লৈতেদা। দাদাবু সুম নীংশিংলক্লুনা তৌবনি। হন্দক্কী মেত্রিক পরীক্ষাদা মঙাশুবা পোজিসন তাখিবদো দাদাগীসু ইচা ওইবল্লা যাবনি। মহাক ঐগী ইচানি। চিঠি অসি দাদাদা অমুক হন্না যেৎকে খন্দুনা ইজখিবদি নৎচদে। কযাবক খল্লবা মতুংদা ইচাগী নুংঙাইবা পাউ অসমতংদি তমফম থোকই খন্দুনা ইজখিবনি। অশোযবা অবানবা কযা লৈববসু অপঙবীনি খন্দুনা ঙাকপিযুকো। লোইশিঞ্জবগে। দাদানা পুন্সি নুংশাংনা নাদ-যেক্তনা নুংঙাই-যাইফনা লৈনবা ঈশ্বরগী মফমদগী ফিগাও শানা নিজবি।

নহাক্কী,

বালা

থাংজ

০৪ ০৬-১১

# নৈখাইবিববা ঙচেল

নাকলগী দুকানশিংদুদা যোল্লিবা পোৎশিংদু ঐনা যেং যেংদনা খোঙলম্বীদা লাকই। লৈনীংবা পোৎ যাওব্রা হাযনা খোইনা য়েংলুববুদি নত্তে। মখল মখলগী পোৎ মযাম লৈবদুদা চুম্না অসুম যেংলুবতনি। নুমিৎ তাম্রগসু মৈ ঙানবনিনা লৈবিবা পোৎশিংদুনা ফজনা অদুম মউবি। মবক মবক্তা মসিগী পোৎ অসি মসিগী দুকানসিদসু য়াওবোইবেকা খল্লুবসু মযাওই। অসুম্না অসুম লাকপদা ইখঙ খঙহৌদনা গল্লি অমা যৌশিল্লকপদা মী অমা লৈবগুম উবদুদা যেংশিল্লুই। ইখঙ খঙহৌদনা নুংশিবা নুপীগী খোঞ্জেল অমখক তাবকখি।

“দাদা।”

ঐ খংপ্রেক খংই। খংযেং য়েংশিল্লবদা নুপীমচা অমনা ঐগী ইতৌদুদা ইশি শিনা নোক্কুনা লৈবগুম মল্লি মল্লিবা মৈঙাল মবক্কুদা উই। হৌজিক্কী খোঞ্জেলদুবু মঙোন্দগীবা নত্তববা ঐ ভাব তাদে। ঐঙোন্দবা কনাদনো হাযবসু ঐ খঙদে। অদুবু মহাক্কা ঐগদি কাবক কাবক ফংবা মৈঙাল মবক্কুদা ফজনা মীৎচানকবে। মদুতা তানবা মহাক্রা থওইনা শীল্লিবব হায়বসু ঐ খঙদে। চমম্নদুনা ঐ মঙোন্দা ঙাইহাক্তি য়েংদুনা লৈ। ঐগী ইতৌদু খঙলমাল্লে। ৱা

মখা তাবকই,

"দাদাদনি কৌজবিসে।"

"ঐঙোন্দা?" ঐনা ঙক্না হংই।

"হোয়, কৈনা অমতা হাজগে নৈবনি। স্কাইফাওবদং অমুক্তা চৎবিবকপা য়াগদ্রা? দাদাদি ঐবু কাউবমাল্লে।"

ঐ মাবু শুংকাউ হেক কাউবা নত্তে। মাবু সুকখঙ হেক খঙদবনি। খজিক্তং ঙকপা নত্তে ফজনা ঙকই। খঙ্গনবা মতম ইফং ফংদে। ঙাইহাক্তং খঙ্গনবা মতম লৌগে খল্লুই। থোইদোক্লা নীংশিংবা থোক্তে। অদুবু, ঐ থোইদোক্লা চিংনবা ফাওকদে। ইঙল ঙল্লি, মীযাম মবী মবী ককচেং চৎপগুম চৎনবি। ফুট-পাঠ মযা, গল্লি হেক মচীন্দনি। অদুগীসু মথক্তা মহাক নুপীমচানি। মথন্তনি। মহাক্না ঐঙোন্দা কবিবু তৌবক্কদগে? মহাক্কী মশক্তুনবা খঙদে, পাক হেক নাম্বোকপা ঙমদে। ঐগী থম্মোইবু শুমহৎকে থন্না শুমহৎপা ঙম্বা শাথেক্কী মযাই অমদি মঙোন্দা যাওবি। চীনবান্তা নত্তে তবা তবাবিবা মশা পুম্নমক তবা হেক তবাই। ব্রাচেৎতা মিহুল হুনবা হাযবদুমক্তি নত্তে। শওং-শাদা ফজবা হাযবদুমক্লি খল্লি। খোঞ্জেলদুমকসু তান্নাগী খোঞ্জেলবু ঙমজবী হায়গদ্রা কোকিলগী খোঞ্জেলনি হাযগদ্রা অমদি হাযনীংই। মহাক্না হাযবকপা য়াবা ব্রা অদুমসু কন্না তানীংলক্লি, খঙনীংলক্লি। ঐ তপ্লপ্না চঙশিল্লি। খজিক্তং চঙশিনবগা মানা ঐগী খুদাংদা তপ্না পাযশিল্লকখি। শোল্লাংননা হাযবকই,

"দাদা ঐ সুনিতানে।"

মদুনা হেয়া ঙকখ্রে। মানা যাম্না খঙবদৌনা হাযজিল্লক্লবনিনা ঐসু সুনিতা, সুনিতা কনানো নীংশিংবা কন্না হোৎনখি। অদুবু, তেল্লবা মীকুপ অমা অনীদুগী মনুংদা কনানা নীংশিংবা ঙমগদগে? ঐ মাবু নীংশিংবা সুকঙম ঙমখিদে। তাল্লক্তুদা মমায লৈথোক্তুনা ঐবু তপ্না চিংদুনা পুনবা হোৎনবক্লি। মিবাংদা থুববা তীলগুম ঐ পুংপঙ পঙথখ্রে। মহাক্কী মতুং ইন্দুনা তপ্না তপ্না চঙবা তাখি অমম্বা গল্লিদুদা তুং মাঙ যেং যেংদুনা। কা মচা অমা যৌখি। কনাসু লৈবমদে। ঐখোয় অনীখক্তনি। ঐনা কোযলৈ লৈদুনা যেংই। মহাকসু কবি কবিনো খবা ঙাঙলি। ঐ থোইনা নীংশিংবা ঙমদে। ঐগী পুক্লিংদা মওন মওন খনবা হৌবকখি। মহাক্না অচীকপদু থুগাইবকপদা ঐগী ব্রাখলগী ঈবৈসু মথং মথং মচেৎ মচেৎ কাযদনা তপ্না তপ্না মাঙখি।

"দাদা চা থকখিসি। কদায চৎলুবনো?" মহাক্না ষ্টোব থাগৎ থাগৎনা হাযবকপনি।

"হুং, ঐ চা থক্কে।"

"অদু ওইবগা শঙ্গোম ওইনা লোম্লক্কে।"

"হুং লোম্লুবনু। কোন্না থকসিদা। ঙসিগীদি ঐ খবা থেঙখ্রে। ঐ চৎলগে। নোংমা থক্লসিদা।"

"কুইবোইদা লোইদৌবে। ঐবু যাম্না চিংনবগ্রো? নপোৎতো কৈসু মুল্লোইদ , কিকনু।"

মাগী রাইদদা ঐনা ঙসাইমখৈ নীংশিংলুদবা রা অমখক খংনীং নীংশিংলকখি। শকখঙদবা মীনা অসুম্না পীজ-পীথক তৌদুনা মীবু রান্থহল্লগা পোৎ-চৈ মুনবগী রাবী কয়া অমা ঐনা তাখ্রে। খুদোংচাবা লৌবা, হাৎপা তুম্পা ফাওবা যাওখ্রে। ঐগী পুক্নিংদা চিংনবা ফাওবকখি। ঐগী ইশাদা খুৎলাই ওইবা যাবা কবি পোৎ যাওবি নীংশিংদবা যাবক্কে। মফমদুদা কাচিন কোযাদা খুৎলাই ওইবা যাবা পোৎকা লৈবা হাযনা কোযলৈ লৈদুনা যেংদবসু যাবক্কে। অদুবু, পুম্নমকসি উৎথোকলুবদি যাদবি। কবিসু খন্দবা থৌনা যাম্না লৈবগী মওংদা ইশা হাইফেৎ লেং-ওৎ তৌদুনা ঐ ঙাইহাক লেপ্পি। ঐগী পোৎশিংদু লৈমাযদা পোপ থাথবগা তপ্না হাযখি,

"ফবে, ফবে কুইবক্কনুকো।"

"কুইবোইদা।"

কাদুগী মযাযদুদা টেবল মচা অমা লৈ। রাংমা রাংমদা চৌক্রি অনী থাই। কম্পিটিসন একজামগা মবী লৈনবা চেফোংশিং, লোগী লাইবিক অমা অনীসু লৈবা উই। ঐগা হেক মাযোক্লবদা ফমুং অমা য়াম্না নাম্না থাবি। থোংজিন মযা ওইবপ্পা টিভি অমা লৈ। বিমোটতি ঐগী ইনাক্তা টেবল মথক্তা তাদুনা লৈ। অতে কাতু-কাবল, ফৈবেং-তুবেংগী পোৎ অমতা লৈবা উদে। কা অদু ঈংনা নুংশিবা মনম অমনা থন্না নিন্দুনা লৈ। তনান তনান তক তকনা পোৎ খুদিংমক লৈবি। মযামসি উকপদা খল্লুবা রাখলগা মপুং ফানা তাইওন্নবগুমসু উহল্লি। ঐগী রাখল চমন্নবা হেনগৎলকই।

মহাকসিবু তশেংনা কনানো? মহাকপু যুমসিগী মীবা? ঐনা অসুম্না লৈবিঙৈ মমা-মপা মবুং মৌপ্পা কনাগুম্বা অমনা চঙলক্লবদি কবি খুন্না? ঐনা তৌবিবসি চুম্লিব্রা? ঐ

কা অদুদগী য়াম্না থুনা থোক্লীংলকখি। মীকুপতুমক্তদা সুনিতা থোক্লকখি। ট্রে অমদা শঙ্গোম কপ অনী প্লেট অমদা বিস্কুট খবা হাপ্তুনা পুথোবকই। ঐগী পুক্লিংদা লাঙতক্লবা খজিক্তং ফৈ। অসি য়ৌববদি থোক্লবা খুদিং মাযোক্লবা তাবনি। ঐ নুপামচা নত্তে, নুপানি।

"শঙ্গোম থকসি দাদা।"

মহাক্না টেবল মথক্তা থম্লিবা শঙ্গোমদু ঐ পাক লৌখৎতে। মঙোন্দা অমুক যেংই শঙ্গোমদা অমুক যেংই। খুৎ থেক্তুনা ঙাইহাক অমুক খাঙই কবি হাযসিগে ঙাইহাক অমুক খন তৌদুনা লৈ।

"কবিগীনো নঙনা অসুক যাম্না হোৎনকবিসিবো" ঐদি তশেংনা ঙকই। ঙসাইদগী ঐনা নঙবু নীংশিংবা হোৎনর্বনি। হৌজিক ফাওবা নীংশিংবা থোক্তে।"

"দাদা নঙ ঐবু চিংনব্রা?"

"চিংনবগী ব্রা ঙাক নত্তে। ঐ ভাব অমা ইতা তাবা ঙমদে।"

"ঐনা ঙসাইমখৈ ফাগি তৌদুনা সুম পংঙাঙ ঙাঙবনি। ঐগী ইবুং অমখক লৈবম্মী। দাদাগা চপ হেক মান্নে। দাদাবু হেক উবদা ঐগী দাদাদো হল্লক্লব্রা হাযনা খল্লবনি। শিগ্রবা ইবুংদু নত্তে খঙলবসু চা গ্লাস অমতংদি পীথক্লীংখি। ঐগী দাদাদো চা যাম্না পাম্বনি।"

"ও, ও।"

মহাক্কী ব্রাবীদু অচুম্ববা অবানববা ঐ খম্বকবা নংখিদে। মানা ঐবু শুম্বনা হানথ্রমাল্লে। ঐগী পুক্লিং নৌথবনা হানখি, ঐখোয অনী ঙাইহাক ব্রাবী শাদুনা ফল্লে। অদুবু, ঐ শঙ্গোম অদুবুদি পাক লৌখৎতুনা থকপা ঙমদে। মহাক্না কপ অনীদু পাযখৎতুনা ঈংহনবগী মওংদা কপ অমদগী অমদা শঙ্গোমদু হৈদোক হৈজিন ওস্থাং ওনশিন তৌই। ঐনা চিংনদনবা তৌবা শোযদনা ওইবমগনি। মহাক অচম্বা নুপীমচা অমদি নত্তে। ঐঙোন্দা ফাওখিবা চিংনবপ তৌবা ব্রাখল অদু মহাক্না খঙখিবা মাল্লি।

"দাদা ঈংলম্লনি সে।" মহাক্না কপ অমা লৌহৌবগা অমনা ঐঙোন্দা পীবকই।

নুমিৎ অদুদগী ঐখোয অনী থাদোক্লবা যাদবা মবী অমনা পুনখিবগুম তৌখি। কবিগুম্বা মতমদা মানা ঐবু কৌবকখি। কবিগুম্বা মতমদা ঐনা চৎখি। অসুম্না নকশিন্নবকপনা লৈত-লায়বা, অব্রা-অনাগী তান্নফম ওইবকখি।

মমা মপা লৈখিদবদগী মমাগা পোকমিন্নবা মামগী যুমদা লৈবকখিবনি। মহাক্না লৈবিবদু মহাক্কী মামগী যুমনি হায়। মামসু লৈখিদবা কুইবে। মনেখোযনা মাবু মফমদুদা

লৈহন্নীংদবে। চৎলোসু হাযবে। মতম খবদংদি খাঙখিগে খন্দুনা খাঙলিবনি হায়। মহাক তশেংনা যাম্না ৱানা লৈবা মাল্লি। ঐনা চৎখিবা মতমদা মহাক্কীনি হায়দুনা মহাক্কী মনাক্তা কনাসু লৈবমদে। লাইবিক তম্বসু তোক্লে হায়। কাববাব মচা খবা খবা তৌবি হায। মদুমদি ঐঙোন্দা তাকথোক্তে। তোঙান তোঙান লৈনবী ঐগী থম্মোইদা অৱাবা ফাওনা হেনগৎলক্লি। মহাকপু ইনাক্তা নক্লা থম্বনা চুম্লমাল্লে খল্লকখি। ঐনা মদু মঙোন্দা হায়বদা থোইনা চিংনবা পোক্তে। মহাক্সু থোইনা হেন্না যাফম থোক্লবনি। থম্মোইনুংদা চপ যুংনা লেপ্পুনা মহাকপু লৌকবগে খন্দুনা নোংমা চৎখি। মহাক লৈবমদে। ঙাইবা যাবা ঙাইখি। ফোন তৌবদস্ পাযখৎলকখিদে। অতৈ নুমিৎশিংদদি ঙাইহাক ঙাইবদা অদুম মহল্লকপনি। অদবু, নুমিৎ অদুদদি মহাক অদুম হল্লকখিদবে। মহাক্লা লোৎতুনা কযাম কুইনা লোৎকনি। নোংঙানবদদি খঙলে।

ও! মহাক্তি ওক্তবী ওইবল্লবা? কন্যা কৎখ্রবা? মতম কুইনা ঐনা চিংনদুনা লাকপা ৱাফম অমদি মযেক শেংলে। চুল্লে। মহাক্লা ঐবু কয়াদা লাযনা হৈনা নমথাক তৌবল্লবা! মখোযগুম্বী ওক্তবী কযা অসিনা নমথাক তৌদুনা কবিসু খঙজদ্রিবা লমদম অসিগী নহাবোল কযাবু ফৎত্রবা লম্বী অসিদা চিংথদুনা মমল যাম্না পুম্সি কযা মাঙহল্লি। ঐ হৌজিক কবি তৌবা তাই? মহাকপু ম তুপ চাম থোক্লা কক্লুনা হাংলবসু ঐ পেল্লবোই। হৌজিক ঐবু হিংলদুনা কবি কান্নখিগদগে? খল্লকখি। পঙমল্লি হে থম্মোই! মিনুংশি চাউবা নঙদি নদোম শিৰ্জখিবনা মতিক চাববনি। শিনীংবগী মযাইনা কর্নখিবনা পুম্সিগী মমলসে থৌবী মকক অমনা, হূ যাউম অমনা হেয়া মমল লৈবকপা মতম যাওবক্তবা নত্তে। কবিসু লৈবক্তে।

অদুম ওইনমক ৱাখল অমখক্লা মাবু মশক মুন্না অমুক্তংদি খঙনীংলকখি। মহাক কনানো থিবা হৌবকখি। মহাক্লা লীখিবা ৱাবী খুদিংমক নোংমা নোংমগী ঈশিং ঈচাওগুম চিংনবা হেনগৎলকখি। মহাক্কী কনাসু লৈত্রে হাযবদুমদি নাকল অমবোমদা হায়বদি য়াই। মবোক অশোনবী অমতংদি লৈবক্মী। মমা লৈবগসু হন্না য়েংনখিদবে। মহাক্লা ক্লাস ফাইবকা তন্নকপা অদুৱাইদা মহাক্কী মপা লৈখিদে। মখোযগী লৈকাইগী লাই লম্পাক অমদা যাউশং স্পোর্টস্ তৌবিঙৈদা নাকলদগী চেনশিল্লকপা মীওই অমদা নোংমৈনা কাপ্লকপদা মঙোন্দা পান্দুনা শিখিবনি। সবকাবনদি কাপ্লবদা লৈখিদবনি হায। লৈবাক ৱাথোক ওইখি। কনা লৈজদবা ইমুংদো অশিবতনা মাঙজৈ হাযবদুমক থোকখি। সবকাবনা এক্স-গ্রেসিযাগী পৈশা খবা পীবগা লোইশিন্নখি।

মপা লৈখিদবা চহী অনীমুক লৈবগা মমাসু অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক মযুম পানখি। মপাগা হান্না চেক শূবা চৎমিন্নবম্বা মপাগী মমান্নবা অমদনি। মহাকপুসু মমানা পূনবা কন্না হোৎনখি। মপা পোকপা মবোক্না যাদবদগী মহাক্তি মবোক্কা লৈতৌখি। পুংকক ১ ইথক্লবর্নিন, মীগী মযুমদা চৎপদু মহাক্নসু যানীংখিদে। মমাবু ব্রাবৌখি। মবক মবক্তা মানা তন্নিবা স্কুলদা মমানা লাক্লম্বদুসু মহাক্না চৈবদগী লাকখিদবে।

যাম্না নুংঙাইনা লৈবমক নৎত্রবসু মহাক্কী কবিসু অৱাবা লৈখিদে। মখোয অনীখক্কী হিংনবা হোৎনবদি মবোক্না খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলদা পোৎফম মচা অমা ফম্বদুনা যাম্না লাযনা পুবা ঙম্মী। নোংফাদোকসু মবোক্কী মহুৎশিন্দুনা মহাক্না ফম্মী। অযাম্বা মতমদা মবোক্কী মনাক্তদা লৈবকখিবনা মঙোন্দা থোইদোক্না লুনা থোক্তে। অসুম্না মবোক্কী পোৎফমদা তোযনা চৎলকপদগী থংননা ফম্মিন্নবিবী মচে মনেমশিংগা খঙনবকখি। ফাগি-জুগাই তৌনবকখি। মীবক নাবক যেংলবা নুপী ওইবীগী অচেৎ-অকোমগী ৱাবী ফাওবা শানৈ। মহাক্না ক্লাস নাইনখক তন্নিৗঙদা থংননা ফম্বা অমখক্না মযুম পান্নবা কন্না তকশিল্লকখি। নুপা অমখক্কা খঙনহনখি।

ইকুই কুইদনা নুপা অদুনা মহাকপু পাউনা কৈথেলদা লৈবা যুম অমখক্তা মমান্নবগী মযুমনি হাযদুনা পুশিনখি। ঙাইহাক ফম্মিন্নববা মতুংদা চা থকলুবদগী মহাক মকোক ঙাওবকখি। জ্ঞান মাঙখি। জ্ঞান লাকপগা মহাক্না হৌগৎনবা হোৎনবিঙৈদা থোঙ কন্না থীল্লকখি। মফি শেৎচিনবা নংদ্রিঙৈদা থোঙ কাউখাযবকখি। পুলিস ওইবমখি। নুপা অদু কদোমদা চেনখিবনো মহাক তশেংনা উহৌদে। লৈবমদবে। চঙক্লবিঙৈদা পুলিসশিংদুনদুম কদোমদা চেলহনখিবনো হাযনা মঙোন্দদুম চৈবিখি। নুমিৎ অদুগী অহিংদুমসু পুলিসকী মখুৎতা তাখি। মখোয মবি মঙ'না নৈবদা অহিং অদুমা মীকুপ অমতা পোথাবা ফংখিদে। থোক্লিবা থৌদোক অদু মঙ নৎখিদে।

কযাদা নোংদম থীখ্রবনো? পুক্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা চৈনাদু খাঙবদা মচীলদি মেনবিখ্রবসু মিৎলু অনীদগী শিন্থবকপা পিবাংদি থিংবা ঙমখিদে। নোং ঙাল্লবসু মহাক্কী পুক্সিদি অমম্বা অহিং ওইদুনা অদুম লৈখি। খববদা থেংনদুনা মীনা হায়বকই হাযদুনা নোংঙানবগী নুংথিলদা মবোক লাত্তুনা পুলিসতগী মাবু লৌথোক্লবা মতমদু ফাওবা মহাক ৱা ঙাঙবা ঙমখিদে। হোসপিটালদগী হল্লকপা মতমদদি লৈকাই শবা শল্লম্লে। লৈকাই ঈবাং হৌবম্লে। মহাক্না শেংদোকচনবা মতম ফংখিদে। কনানা মতেং পাংবিগনি? কনাদা

ব্রাকৎলুগনি? ব্রাকৎফম লৈখিদে। অদুবু, লমন খুম্নীংবগী মৈবিনদি অতিয়া পক্লা চান্নকখি। শিগ্রবদি ঙম্নবোই খন্দুনা মহাক হিংবা তাখি। মী মবক্তদি নত্তে। লৈকাইদগী তাম্থোক্লক্লে। শা মখল অমা ওনবা তাবকখি। মহাক্লা মবোক্তা হাযজদুনা ঙসি ফাওবা অসুম্না মথন্তা হিংলকখি।

ঐনা মহাক্কী মবোক্কা উনবা মতমদুদা মবোকসু শোম্লম্লে। যেংশিনবিনবা যাওদবনা বুদ্ধি লৌশিংসু ইচোই চোইবম্লে। ভাব তানা ব্রাবী শানবা ইযা যাদবে। মহাক্লা মবক মবক্তা হায়বা হাযববু কৈথেলদা ঙাওদুনা চৎলিবী চন্দ্রজিনীদু মচা শিখিবদগী ঙাওবনি হায়। মহাক্কা পোৎফম থংননা ফম্লম্বনিসু হায। কল্লক পেন্না পেন্না শোল্লি।

ঐনা কন্না হায়বদগী হৌজিক্তি সুনিতাসু (মহাক্কী অশেংবা মমিংদি নত্তে। অদুবু, ঐসু অসুম্না হাযবগে) মবোক্কীদমক মতম খজিক্তং ওইববসু হিংগো হাযবা যাবে। ঐনা কোইথি থিবিদুনা মহাক্কী লেমহৌবিবা পুন্সিদু হিংবা ঙম্লবা লন্নাই সংস্থান অমদা লৈহনখবে। ঐনা মহাক্কা খেংনখিবা মীকুপ অদো পুন্সিগী অচৌবা এক্সিদেন্ট অমনি হায়না লৌবা য়াই। মাগীদি হিংনবা হোৎনবনি। লমন খুম্নবা হোৎনবনি। চিংনবিরদা ঐনা মঙোন্দা কবিগুরুম্বা লানবা লৈখিদুনা ঐগী ইথক্তসু লমন খুম্নবা হোৎনখিববা? তশেংনা মহাক্লা ঐঙোন্দা লমন খুম্নীংবা ওইবগদি অহানবা থেংনবা নুমিৎ অদুদা ঐবু থাঙনা থিল্লগা হাৎলম্বসু যাববনি। তাঞ্জা যাম্না ফংখি। শঙ্গোম থক্লবা মতুংদা ফনা কুইনা মাগী কাদা ঐ লৈখি।

মতুংদসু মতম কুইনা কুইনা লৈমিন্নখি। মমল লৌদুনা মশাবু ঐঙোন্দা কয়াবক হন্না য়োনখি। মহাক্লদি মমল নত্তে হায। উপাই লৈজদবা অমগী মতেংনি খনবিযু হায। ঐ কোন্না খঙলকখি। অতোপ্পা মীওই কয়াদসু অসুম্না যোল্লম্লগনি। অহানবদা থাজকদ্রগসু হৌজিক্তি মসি মশানা তাববনি। মান্দনবা হোৎনবদা ঐঙোন্দদি মমল লৌখিদবা নুমিৎসু য়াওখিদবা নত্তে। ঐনা পীদবদা পীদবা যাদে হাযদুনা মহাক্লা কৈদৌনুংদা থৌখিদে। অতোপ্পা মীওইশিংদসু অসুম্না তৌবিগদ্রা? মসিমদি মহাক্তনা খঙলনি।

ঐ শিগ্রবসু য়াবে হাযনা খল্লকপা মতমদুদদি মাবুদি মালেমসিদা হিংনা থম্লম্বা পামখিদে। ঐনা শিদ্রিঙৈগী মমাঙদা মহাকপু হান্না লোইশিল্লম্বা হায়বসি ঐগী অবোয়বা ব্রাবেপ ওইখি। কবম্না মাবু হাৎসিগে খনবনা ঐগী লাইনীং ওইবকখি। ঐবু মীহাৎপা মী হায়বদু ওইবা তাবিব্রা? ঐ লমচৎ নাইদবা ওক্তবা মীদি কৈদৌনুংদা ওইনীংখিদে। মসিমসু মহাক্লা ঐবু নমদুনা ওইহনখি। মহাক্লা ইফমদা খুম্নীংখিবা লমনদুবু অসিবা? নৎত্রগা নুপা

কাওলুপকী মফমদা অসিগুম্বা লমন অমা খুম্লীংখিববা? ব্রাফম অসিবু ঐনা অতোপ্পা মী অমদা ইবায় লায়না হেক্তা কবম্লা হায়কবা ঙমগদগে? কয়াদা ইকাইখ্রবা থবকনো? নোংমা নোংমা হৌখিবনা থা খবা হৌরে। ব্রাবেপতি হোংদবি। খুদোংচাবা ঙাইবা লেপ্তবি।

মতমদুদা ঐনা থনখিবা ব্রাখল মানা খঙখিববা? খঙলম্বসু য়াই খঙলমদবসু য়াই। তৌবগীদি ঐবু থেংনদনবা মহাক্লা লোৎপদি হৌরে। মহাক্না থেংননবা খুদোংচাবা অমতা ঐঙোন্দা পীখিদবে। ঐনা চিংনজবনি। ঐসু মহৌশাগুম মাগী থোঙজিনদা হেক্তা চঙবা ঙমখিদবা কবিগীনো? ঐগীসু ইবাল লৈখিববা? ঐগী ইবাল হায়ববু মঙোন্দা লমন খুম্লীংবা অসিমসু ওইবম্বা য়াই। অদুবু মাগী মবমদা পুম্নমক খঙলবা তুংসিদদি ঐ মাবু তশেংনা নুংশিববনি। মাবু থম্মোইসিনা হন্না হন্না থাগৎলিবনি। মহাক্লা ঐবুসু হিংনবা হোৎনবিবম্মী। ঐবু পুন্সি নুংশাংনা হিংলকখো হাযবম্মী। মাদি মতম খবদং হিংনবা হোৎনজবনি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ফোন তৌবকখি। মহাক্কী ওইবমখি। ইশা পূম্বা নীকখি। খোন থোকখিদে। তাঞ্জাদুদা মহাক্লা হাযবকখি,

“ঐ শিববসু যাবে। ঐগা বেষ্টুবেন্টতগী ফাম্মিন্নদুনা কৈন্যা কৎখিবা নুপামচাদু ইচে চন্দ্রজিনীগী মচানি। মাগীদি মবাল লৈখিদবনি। মহাকসু ঐগুম্না কবিসু খঙজখিদবনি। অদুবু, ঙসিদি মহাক ঐঙোন্দগী হান্না শিখবে. ।থম্লগে।”

থাংজ

১০-০৩-১২

# হোৎনজমন মহৈ

"পুন্নমকসি মাগী পাপ চাউতোন হাযবসিনা খোকহনবা ঙাক্কনি। অমুক্তং ফুদেক্রগা খঙগদবনি। মী মশক খঙদবা শাবদনা।" অসুম্না ঙাঙলদুনা চন্দ্রবাবুনা মখোঙকা থীন্দুনা লমযাযদা কাত্ত কাবন চংতুনা অশাওবা ফুদোক্লি।

কবিগীনো চাউতোনবু চন্দ্রবাবুনা অসুক শাউবিবসিবো" মবম লৈ। চন্দ্রবাবুগী অমতা যাওজবী মচানুপীদু মপান লমগী মীনি হায কবিনি হায তৌবা অমদা চেনখ্রে। মচানুপীনা চেনখ্রিবা নুপা অদুগী মপাদু চন্দ্রবাবুনা ফজনা খঙই। কাজাবদা হৱাগাডীগী পার্ট যোনবা দুকান ফম্বনি। চন্দ্রবাবুনা বস লোইবনি। ঙাইহাক নৈত্তনা পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌনবনি। ফনা পৈশা পাযদুনসু ফনা খঙনদুনসু চন্দ্রবাবুনা মচানুপীবু অতোপ্পা ফুরুপ অমদা থাজবা হাযবসিমদি সুংপাম পাল্লমদে। হৱাগাডীগী পার্ট যোনবা দুকান অসিদা চাউতোনসু সেল্‌সমেন ওইনা লৈবনি। অদুনা চন্দ্রবাবুগী ৱাখলদা পুন্নমকসি চাউতোন্না শীনবনি অসিনি। নোংমসু চাউতোনগা চন্দ্রবাবুগী মচানুপীগা ৱাবী শানবা চন্দ্রবাবুনা হাইবপ উখি। মহাক উবদগী চাউতোন পবপ পবপ চংখিবনি। চন্দ্রবাবুনা মচানুপীদা হংবদদি মচানুপীনা হৈহৌবিবসি। মতমদুদা মানা লুনা চান্না তিন্নখিবসি হাসনতা নত্তনা হাসনগুম্বা কযানি।

খবা ফগদ্রা খন্দুনা মপানা গাডীগী পার্ট লৌথোক লৌশিন তৌনবিবা হাসন হাযবদু যাম্না ফৈ হায়বম্বনি হাযনা খৈদোক্তুনা খুমখি। ৱাফম অসি হান্নদি কবিসু লুনা লৌবমদবনি। অদুবু হন্দক মচানুপীনা হাসনগী মচানুপাদা চেনখিবদগীদি মৈবিগুম হেন্না হেন্না মযেক শেংলক্লি। মহাক্কী মমিৎতা চাউতোনবু থম্মোইদা য়েকপদগী হেন্দোক্তুনা যেক্লবা অমগুম উবক্লি।

চন্দ্রবাবু মশামক্তা মৈতৈ ওইবমদ্রবদি চাউতোনগী ৱাহৌদগী মহাক্লা মৈতৈবু কযাম থীনা চৈবমগনি! মহাক্লা চৈদবা ফুকপ অমতা লৈতে। চুম্না চৈবত নত্তুনা পৃথিবী অসিদা মক ফা ওবা তাহন্নীংদবা ফুকপ যাওবি। পৃথিবী অসিদা মবুক ফত্তবা, মিনুংশি খঙদবা, কল্লক মীহৌ চাউবা অমদি ওইজবা তানবা হাযবনচিংবা তোঙান তোঙান্না মহাক্লা খাযদোকই। মখলশিং অসিগী চাং ফাওবদা অমুক অহুম অহুম মবি মবি থোক্লা খাযদোকই। মশামক্কী ওইনদি ইশম শম্না হায়ববদা পৃথিবী অসিদা লৈবিবা মীযামসিগী মবক্তা খ্বাইদগী ফবা, শিংবা অমদি খঙবা মীদু মহাক্লি হাযনা খঞবা মীদুনি হাযনা লৌবদা থোইনা লানগদবা মান্দে।

মচানুপীবু ফাদোক্লবা মহাক্লা হোৎনবা যাবা হোৎনক্তবে। অদুবু উপাই লৈত্রে। পৈশাদগী সঙ্গদগী অবৈবা শীজিন্নবনি। হাসননা কয়া যাম্না হেনখ্রবনো খঙদে। হাসনগী মীচং লোইনমক ওইখ্রে। হাসননা হাযবকপা ৱাহৈ, কবেম্নবা ৱাঙাং মহাক্লা পুন্সিদা কবম্না কাউগনি? ঙাই-শেন ওইনগদবা মীওই অমদবু অদুগুম্বা উশিৎতবা ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নবসিবু কযা যাম্লমগনি? নংত্রগা মগুণ মগুণ খঙনবদগী পেন্দবদগী ঙাইহাক শাউনবদগী পংঙাঙ ঙাঙনবা ওইবমগনি হাযববু মীওইবা অমা ওইনদি হাযদ্রে হাযবস যাবে। লাল ঙল্লবা নিংথৌ অমনা মাযথীববা নিংথৌ অমদা উৎপা লমচৎ শাজৎ অদুনা কবিসু হেল্লমগদবা মান্দে। মহাক্কী মনাদা হৌজিক কনা অমতগী ৱা চঙদে। নুংদা ঈশিং চাইবগুম্বনি। শাউবা হন্দবি।

তশেংবদি হাসনগা মহাক্তা খঙনর্বসি মহাক্লা পাখঙ ওইবিঙৈ গৌহাটিদা বসকী টিকেট থাফমদা ফল্লিঙৈদগীনি। মতমদুদগী হৌনা হাসনসু গাডীগী পার্ট অদুম লল্লোম্লক্লবনি। মহাক মপান্দা যাম্না তোয়না চৎথোক চৎশিন তৌই। গাড়ী পার্টকীদি অবাযবনি। মহাক্কী মকওইবা থবক্তি মপান্দগী মী খোম খোমদুনা পুশিল্লকপনি। হৌজিক ফাওবসু লেপত্রি। চন্দ্রবাবুনা টিকেট থাফমদা ফল্লিঙৈদা থবক অসিদা চাউনা মতেং পাংলকই। দবকাব লৈবা ওফিসাবগী শিল শাদুনা পায। মবী লৈনবা সহি মহাক্লা শাই। মসিদগী ফংলকপা পৈশাদুর্ননি মহাক্লা ঙসি বসকা লোইখৎতুনা তৌবিবা, গৌহাটিদা লমকা

অতৈনা খবা খবা লাপথোক্লগ্রবসু হাসনদি লম্বী খবা তিন্নকব্বনা হৌজিক ফাওবা তিন্নহৌবি। হন্দক্কী মচানুপীগী মতাং অসিদগী থোইনা অমুক নকশিন্নবম্বা য়াবনি। কায়নগদৌবিববা খগুদে।

সুম ঙাঙলম্বদগী কবিগুম্বা অমা নীংশিংবগুম চপ লেপ্লি। অলমিবা তম্না য়াঙনা চঙশিনখি। অলমিবা হাংদোক্লুনা কবিনো অমা কোইথি থিখি। মমায় শৎ লৈথোক্লুনা থোকখি। লুখুমদা লৈবা চৈশুদু তাপ লৌবগা মপান্দা থোকখি। মানা অলমিবাদগী লৌথোকখিবা পোৎতু মাগী নুপীনা খগুই। পাথৎতুনা থোকখিদনবা হায়জে। হায়জে হায়বদুমগায় হায়দগুমই। মীঙোন্দা থোক কাপলুদুনা বা য়াম্নবা তাবে খন্দুনা মতুংদা তান্নে। মাগী নুপীনা ঙাঙ ঙাঙদুনা তান্নবক্লিবদু তাববসু মহাক মীকুপ অমা পম্বা তৌদে। খোঙথাং য়াঙনা থাংখিদুনা শুমাঙ মতোন য়ৌখ্রে। চাউতোনগী ময়ুম থুনা য়ৌনীংমনখিবনা গাড়ী তোংগনি হায়বা ফাওবা কাউই। মীওই মবি মঙাসু তান্নবক্লুনা মতুং ইন্নখ্রে। খবনা খান্নবসু য়াওই খবনা থৌজিনবসু য়াওই। ময়াম্না ঙাঙলিবদু মহাক তাবিববা তাদববা খগুদে থাংলিবা খোঙথাংদি থোইনা অহোংবা লৈতে। লৈকাই অমতা ওইববসু ফনদি লাপ্পবনি। অদুবু, য়ৌখিবা খগুহৌদে।

চৈও কবিও চাউতোনগী শুমাঙদগী লেপলাউ লাউই। চাউতোন খোঞ্জেলদু তাবদা পবপ পবপ থোকচবকপনি। লৈবিম্নবা মওং মতৌশিংদু উবদা গুক্লুনা কবিগুম্বা খবা হংজগে তৌই। নংহৌদে। মনাক তম্না চেনশিনখিবা চন্দ্রবাবুগী লীচৈনা শাম্বনা হানখি। চৈনা ফংলবা চাউতোন খুৎ হন্নীংবদি লায়বদুনা মমায লৈদুনা চেল্লি। ময়াম হুপচিন্দুনা তান্নে। থোঙজিন কানশিনবা নংহৌদে। মাঙ্গোল ময়ায়মক্তদা উপথুদুনা তুবে। চৈবোংনা ফৌবোন কনবগুম কম্বখিবদু মশীং থীবা নংহৌদে। ইমুংগী মীওইশিং হোৎতোবক্লুনা খান্নবে। মদু ফাওবদা চন্দ্রবাবু হন্দে। মায়োক্লবগী ফিভমদা লৈবে। মী অমতা চঙলকপা য়াবোই হায়দুনা মুক্লুনা লৈ। ময়ুমদা চঙলক্লগা ময়াম্ববু হেক মমাঙদা ফুববদুদদি চাউতোনগী মনাওনুপাদু ইমুংদা চেনশিন্দুনা থাঙ লৌথোকলুবে। চন্দ্রবাবু তম্না ফুজিন্নবা হোৎনবকই। মমা মপা মচে মচলশিংনা খাম্না হোৎনবি।

লৈকাইগী মীওই খবা থুংলবে। মবম খগুনদ্রবসু হেক উবদা লৈবল্লিবা মওংদুদি লাপ্পফম অমনি। খামহৌদ্রবদি মীশি মীনা থোকপা য়াবিবনি। ময়াম হোৎচিন্নক্লুনা খামলৈ। অতিয়া পক্লা চাক্লম্বা মৈবি নোংজাউ ফুজিল্লকপদা খবা নেমথখিবগুম মায়কৈ অনীদা

লৈবন্না অশাবা ঈচেল খবা খবা নেমথখিবগুম্লে। চপ চানা পাক হেক নেমথরদি য়াগদবা মান্দ্রি। চন্দ্রবাবু হনগে খন্দ্রি। চৈনা ফংলবা চাউতোনসু ফজনা লেপ্পা ঙমদ্রবসু মাগী মীচঙ হেনগৎলক্লবনিনা মথৌনা ফুদোবকই।

"নঙনা ঙসি ঐঙোন্দা খুৎ থাববা, ঐনা কৈদৌবকপগে হায়বদু নঙ য়েংউ।"

"নঙ কৈদৌগে হায়বনো? নথরায়দু লৌথোকউবা?" চাউতোনগী রাহৈ লোইবম লোইফাৎত্রিঙৈদা চন্দ্রবাবুনা মখুদোনবীকা শীংদুনা খুম্লকপনি।

মৈচাক অমুক হেনগৎলক্কে তৌই। চন্দ্রবাবুগী শাফু ফাথনবা হোৎনবদা মীয়ামগা লাক্লা ফানা তৌবদা মাগী লাইসেন্স নোংমৈ তাবকই। মানা খুনবা নংহৌদে। মীযাম মবক্তগী অমনা খুনখিবনা হাল্লি। মী য়ামশিল্লক্লে। মীগী ঈপাক অমা ওইবক্লে।

উপাই লৈববোই থল্লকপবা নৎত্রগা, য়াবে খনবনবা চন্দ্রবাবু হল্লগে তৌবকই। মানা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। মহাক চৎপা য়াদ্রে। মীয়াম্না খান্নে। মাগী নোংমৈ পীদ্রে। রা তেনশিনবা য়াবক্তে। চন্দ্রবাবুনা ফনা চুম্নবসু মীগী ময়ুমদা চঙলক্লগা মী ফুববগী মবাল লৈতে হায়বা য়াখিগদবা? অচুম অবান খঙনীংবগীবা নৎত্রগা, রাবোই অমা পুবকপা পাম্বগীবা মীয়ামগী মবক্তগী খবনা হংবা হৌনবকই। কবিগী চাউতোনবু ময়ুমদা লাক্লগা ফুববিবনো? চন্দ্রবাবুনা রাহংদুগী পাউখুম মখৌ পোঙনা খুম্লকই,

"মীনাই মচাসিদা হংউ।" চাউতোন্দা মখুৎ থিন্দুনা হাযবকপনি।

চাউতোন খাঙবা ঙমদে। রাহৈশিংদু তাবদা হৌজিক্তা ফংখিবা চৈনা পুম্নমক কাউথোকখি। ফুমদুনা থম্লম্বা শক্তি পুম্নমক ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রদুনা মনীং তম্না পাইথোবকই।

"লৈকাইগী অহল অমনি হায়দুনা ঙসি ফাওবদা ব্যবহাব কায়বক্তবনি। নংই লায়বৈ হায়দুনা নঙোন্দগী চেঙ খুয়া অমা নিববৰা? অদুগুম্বা লৌরায় মচাগী চাওখত্তবা রাহৈ রাতাদু ঐঙোন্দা শীজিন্নবক্কনু।"

"শীজিন্নবে। নঙ কৈদৌগে হায়বনো? মীনাইবু মীনাই হায়বনি। নঙনা মপুনা চান্নবা হোৎনবদা ঙসি চৈ চাবিবদুনি। নথরায় লৌগদবনি। নথরায় হিংহৌবিবদু নবায়বক ফৈ।"

ময়াম পুম্নমক ভাব তাদবা হেনগৎনবকপগী মতিক থৌদোক অসিগী মবমদা খঙনীংবসু হেনগৎনবক্লি। অমগা অমগা য়েংনদুনা ঙাইহাক চঙক্রদুনা লৈনৈ। চন্দ্রবাবুনা হায়বিবদুগী অর্থ মাগা লাকমিন্নখিবা মীওই খবদু নত্তনা অতৈ কনাসু খঙবা য়াওদে। চমম্ন "হে অহল, নচানুপী ঐনা শেম্মিকা হায়জনু। নথরায় মাঙনিকো।"

বিবা ওক্লিবশিংদুগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ওক্লিবনা চাউতোন্নি। মহাক হৌজিক ফাওবা মবম খঙদ্রি। কবিগী চন্দ্রবাবুনা মখুৎতা নোংমৈ পায়দুনা লাক্লগা মাবু ফুববিবা? ময়াম্না খাম্বকা মঙোন্দা চঙদে। ইকাই নুংশি যান্নবা হাযবকই,

"ঐনা নঙোন্দা কবি তৌববগে? মদু হায়বমদনা ঙসি নঙ চৎখিবা যাবোই।'

"ইচানুপীদো, ইচানুপীদো মীবমদা মীতোপতা মযুম পানখিনি হাযদুনা লাইবিক তন্বা ফাওবা মপান্দা থাদ্রিবনি। অদ-- নঙনা মপুনা চান্নবা হাযদুনা খোঙবান চেন্দুনা মীতোপ মীবানচাদা পীখ্রিবা নত্তব? মদুগী হাযকববদি নঙদি হাৎতোক্লফাওবা পেল্লোইদবনি। ঐ-- মীবমদা মীতোপতা মচা থাজবগা লেন্নবনি সঙ্গ লৈববনিকা খঞ্জবা মীতাদুদি নত্তে।" মশামক মী-তোপকী ঈচেল ফাৎচিল্লকপদা শকক চাউনা যাখিবা মীশক অমনি খঙজদমখৈ হাযবকপনি।

"মীগী মী অমতনি। মীবু মী ওইনা উদ্রবদি ষন ওইনা পোকলুবা তাবা।" ভাব ইতা তাহৌদনা চাউতোন্না খুমদোকখি।

"হাই গধা, অদুদনিনে ঐনা নঙবু গধা হাযবিসে। মী ওইনা পোক্লগা মী লল্লোনবা। চাক্লা মৈতৈগী চাবগা থবক্লা মীগী শূবা।"

"কবি! কবি হাযবা?"

"নঙগুম্বা কযা লৈবনা মালেম অসি লূন্নবনি। নঙনা ইচানুপী যোনবগী পৈশা কয' ফংই? মৈতৈ নুপী কযা যোনগদবা ব্রাৎলি? নঙনা পাল্লিবা পৈশাদু ঐ পীগেনে?"

হৌজিক্তদ মীযাম ভাব তানবক্লি। চন্দ্রবাবুনা শাউবিবসি মচানুপী মীতোপতা চেনখিবগীনি। মচানুপীদু চাউতোন্না মীদুদগী পৈশা লৌবগা শেমখিবনি অসিনি। মসিবু চুমদা চুম্নিদবা? মীওইবা হায়বসি তম্নদি ঙমদে। পৈশাবু পীগে হাযববদি যাদবা কবিবু লৈবিবগে? অসি হায হাযদুনসু মী খুদিংমক হেক্তা যাগদবদি নত্তে। চাউতোনসু অসিগুম্বা মীওই অমবা হায়না য়েংবা অমদি চঙলি। মহাকসু পৈশানা লৈবা যাবা মীবা? মী অমগী মগুণ তবাই তবাইনা কবম্না হেক খঙগনি? হেক্তা হাযবদি লুগনি।

ঙাঙনবিবা ব্রাহৈগী মতুং ইন্না মীযাম মবক্তা মুকম মুকম শোন্নবকই। চাউতোনগী মবমদবা নৎত্রগা, চন্দ্রবাবগী মবমদবা খঙদে। চন্দ্রবাবুনা মবাল লৈবে হাযবিবা চাউতোন হম্থখিগদবোই নীংই। হম্বদে। হুন্নববদি লৈতুম ব্রাৎতে হাযদু থোক্লবে। চন্দ্রবাবুনা থোম্নক্লিবা লৈতুম ঙাকথোকপা তাবকই।

"লাউনে লাউনে। শিনীংলদি থোক্লকউ লাউনে" চন্দ্রবাবুনা মফি শেম্লদুনা খুম্লকপনি। অহলনি হাযবগী ৱানি। থোইনা অহল নত্তবনিনা মাসু হন্দে।

চন্দ্রবাবুগী ৱাহৈশিংদু তাবদা চাউতোনদি চৈনা ফংলবা কৈগুমখ্রে। চন্দ্রবাবু তম্না হোৎচিল্লকই। মীযাম চঙদুনা খামনৈ। ঈংথত্রদবা খনবা ঈৎক ইপোম অমুক মুক জ্বাব কাবকপগুম্মী। থৌওইনা হোৎনবা অমা যাওদবগুম মীযামদুনা পাক লাকশিনবা ঙমদে। অঙাওবগুম্লবা চন্দ্রবাবুনা খুদোনবী শীংদুনা মখা তাবকই।

"নঙনা যুমদা লাক লাক্লুনা ইচানুপী কৌথোক্লবা নৎত্রা, গধা? নোংমসু ঐ থেংনবদগী নঙ চেনখিবা নৎত্রা?"

ইস, হাযবিবা ৱাফমসিনা চুম্লগদি হন্দক্তি চাউতোন চেনফম শুক্লে লৈবোইদৌবি। মীযামসিনা পাক হেক খাম্না ঙম্মদ্রিবসিবু মসিনা ওইবাদবা? চাউতোনবু নুংশিবীবশিংনা মথোন্দা শীবল্লিবা মনাল অসিদগী কবন্না নাম্থোক্কনি হাযনা খনবিবসু শোযদনা যাওবমগনি।

চাউতোন্দ খোঙফম চেৎনা অমক্তং লেপ্লগা চন্দ্রবাবু তম্না যেংলকই। হৌর্জিক্তি চন্দ্রবাবনা মথোন্দা শীবিবা মনাল অদু নযেক তশেং তশেংলে। খুদম চাংদম ওইবা [illegible] [illegible] পাবক্লে। [illegible] [illegible]। থৌদোক্কী মতুংদগী চন্দ্রবাবুদা লৈকাইগী অহল [illegible] ওইনা থম্লম্বা [illegible] ইনা কান্থুবা চাউতোন্না নোংশা তম্না ঙংলদুনা হাযবকই,

"নঙগী ঐগী [illegible] নবু নোংমখত্তনি। অদুগা হনজিন হনজিন তোযনা লাকচক হাযনু। নচানুপীনা মীনী দুকানদুদা ভুইহাক লৈতনা লাক্লুনা ঈনাং তৌবাবিবদু তৌন হাবিগে লাকপনি। ইথৌদিনত্তে। অদুবু, লৈকাইগী মবুং মৌপা অমা লৈ হাযবগী ইকাইবগা অমতা লৈতবদু ঐগী ইমাঙদা ফাওবদি তৌইনাংদে।"

"নঙনা খঙলগা মদু নহালমখৈ কবিগী লোংশিন্দুনা থম্লিবনো? নঙসু মদুগী খুদোংচাবা ফংলবা নত্তবা?"

"অদুম্না হাযনু। ঐদি নঙনা ভুইহাক লৈতনা লাকপদুদা কবাম চাউবা নপা নচা যানদুনা তৌবিবোই খল্লুবনি। ঐদি মীগী মমাঙদুদা ইমাযকসি থম্ফম লৈতে, খঙলব্রা?"

"হা! কবি হাযবা?" চন্দ্রবাবু খংপ্রেক খৎই।

নিংথৌকাবা

১৮-০৬-১২

অইবগী

কোন্ত্রবা লাইরিকশিং

১। পৃথিবীসু উত্তলি ঐগী কোকসু উত্তলি (শেরেং, ২০০৮)

২। সাহেবকী খৌজাজ (বারীমচা, ২০০৯)




Price : ₹ 190